# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অহুমশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অহুমশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনবোল যাওবা ।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা মখা

অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা ।

ফংফম— (১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল ।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল

ইং কুমজা ১৯৯২, ফেব্রুয়ারী

শ্রীবৃন্দাবন-দা শ্রীগোপালবিগ্রহবু সাক্ষী থমহ্না ব্রাহ্মণ-নহাতুদা মচাম্বুপীবু লুহোংলগা পীগনী হায়হ্না রাশক্রম্মী। ব্রাহ্মণ-নহাতু ব্রাহ্মণ অহন্গী মতীক-চাবা বর ওইরমদে। মরমহ্না মরেবাক্তা হন্নলকবা তুংদা ব্রাহ্মণ-অহন্গী ইমুং-মন্নুংগী মীশিংনা রাশক্রখিবা লুহোংবগী রাহ্ য়ানীগুলমদে। ব্রাহ্মণ-অহন্ তৌফম থগুলমদ্রে। মতমতুদা ব্রাহ্মণ অহন্না শ্রীগোপাল না সাক্ষী ওইখিবগী রাহ্ হায়রম্মী। মতুদা ব্রাহ্মণ-অহনগী মীশিংহ্না হায়রম্মী—ফরে শ্রীগোপালমক্না মফমসিদা লেঙলক্তুনা সাক্ষ্য পীররবদি কন্যাদান তৌগনি। মখোয়না থল্লম্বদি বিগ্রহ-ওইবা শ্রীগোপাল-মক্না লেঙলকপা হায়বদো ওইথোক্তবনী হায়বসিনী। অতুবু ব্রাহ্মণ নহাহ্না শ্রীবৃন্দাবন-দা চৎলগা গোপালগী নাক্তা কপ্পুরগা উড়িষ্যাদা লেঙলগা সাক্ষ্য পীননবা হঙ্গৎলম্মী। মাগী ভক্তিদা পেল্লহ্না শ্রীবিগ্রহ-ওইবা গোপাল-না মহাক্কা লোয়নননা খোঙনা চৎলগা হায়নখিবা মফমদা সাক্ষ্য পীখি; লুহোঙলে। মতুদগী শ্রীবিগ্রহহক্ উড়িষ্যাদা অতুম লৈগ্রে; মাগী মিং সাক্ষিগোপাল হায়না থোন্থরে।

মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ॥ ২॥

**মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা**

শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা, শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রনা অমসুং গৌর-ভক্তশিংনা জয় ওইরে।

**মূল ৩**

চলিতে চলিতে আইলা যাজপুরগ্রামে।

বরাহ ঠাকুর দেখি করিল প্রণামে॥ ৩॥

**শব্দার্থ**

চলিতে চলিতে—চৎলে চৎলগা; আইলা—লাকখি; যাজপুরগ্রামে—যাজপুর খুন্দা; বরাহঠাকুর—শ্রীবরাহ দেবগী বিগ্রহ; দেখি—দর্শন তৌহ্না; করিল—তৌখি; প্রণামে—খুরুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুদো ) চৎল চৎলগা যাজপুরগ্রাম য়ৌরকখি। মফমদুদা বরাহ-ঠাকুরগী শ্রীমূর্ত্তি দর্শন তৌরগা খুরুম্খি।

### মূল ৪

নৃত্যগীত কৈল প্রেমে বহুত স্তবন।
যাজপুরে সে রাত্রি রহি করিলা গমন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

নৃত্যগীত—জগোই ঈশৈ ; কৈল—তৌখি ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেম্না ; বহুত—য়াম্না ; স্তবন—স্তুতি ; যাজপুরে—যাজপুরদা ; সে রাত্রি—অহিংদু ; রহি—লৈরগা ; করিলা গমন—চৎখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা বরাহদেবগী মাঙদা ) প্রেম্না থুমদুনা জগোই শাখি অমসুং ঈশৈ শকখি অদুগা স্তুতিসু তৌখি। অহিংদুমা যাজপুরদা লৈরগা প্রভু লেঙখি।

### মূল ৫

কটক আইলা সাক্ষিগোপাল দেখিতে।
গোপাল-সৌন্দর্য্য দেখি হৈলা আনন্দিতে ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

কটক—কটক দেশদা ; আইলা—লাক্খি ; সাক্ষিগোপাল—সাক্ষি-গোপালগী শ্রীমূর্ত্তি ; দেখিতে—য়েংনবা হায়দুনা ; গোপাল-সৌন্দর্য্য—গোপালগী শক ফজবদু ; দেখি—উরগা ; হৈলা—ওইখি ; আনন্দিতে—নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সাক্ষিগোপালগী শ্রীমূর্ত্তি দর্শন তৌগে হায়দুনা কটক লেঙলকখি। সাক্ষিগোপালগী শক ফজবদু উবদা নুংঙাইজখি।

## মূল ৬

প্রেমাবেশে নৃত্যগীত করি কথোক্ষণ ।
আবিষ্ট হইয়া কৈল গোপাল স্তবন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ( কৃষ্ণবু নুংশিবদা লুপ্পনা ) ; নৃত্যগীত—জগোইগা-ইশৈশা ; করি—তৌদুনা ; কথোক্ষণ—ঙাইহাক ; আবিষ্ট—লুপ্পা, চঙবা ; হইয়া—ওইদুনা ; কৈল—তৌখি ; গোপাল—সাক্ষিগোপালবু ; স্তবন—স্তুতি ( থাগৎপা ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা মতম-ঙাইহাক-জগোই শাই অমসুং ঈশৈ শকয়ি । প্রেমাবেশদা শ্রীসাক্ষিগোপালবু স্তুতি তৌখি ।

## মূল ৭

সেই রাত্রি তাহা রহি ভক্তগণ সঙ্গে ।
গোপালের পূর্ব্বকথা শুনে বহু রঙ্গে ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

সেই রাত্রি—অহিং-অদু ; তাহা—মফমদুদা ; রহি—লৈরগা ; ভক্তগণসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়ননা ; গোপালের—সাক্ষিগোপালগী ; পূর্ব্বকথা—মমাঙৈঙেগী ৱারী ; শুনে—নাকোঙনা তায় ; বহু—য়াম্না ; রঙ্গে—নুংঙাইনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং অদুমা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা লৈরগা সাক্ষিগোপালগী মমাঙৈঙেগী ৱারীদু য়াম্না নুংঙাইনা তাখি ( শ্রবণ তৌখি ) ।

### মৈনরোল

**গোপালের পূর্ব্বকথা**—শ্রীগোপাল বিগ্রহনা হান্না বৃন্দাবনদা লৈরম্মা, সাক্ষ্য পীননবা হায়রুনা বিদ্যানগরদা লাকপা অদুদগী কটক-তা লেপ্তুরকখিবগী ৱারী ।

## মূল ৮

নিত্যানন্দগোসাঞি যবে তীর্থ ভ্রমিলা।
সাক্ষিগোপাল দেখিবারে কটক আইলা ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ গোসাঞি—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ; যবে—মতমদুদা ; তীর্থ-ভ্রমিলা—তীর্থ কোয়খি ; সাক্ষিগোপাল—সাক্ষিগোপাল বিগ্রহ ; দেখিবারে—দর্শন তৌননবগী ; কটক আইলা—কটক লমদা লাকখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা তীর্থ কোয়বা লেঙবদা সাক্ষিগোপাল দর্শন তৌননবা কটক-লমদা লেঙলকখি।

## মূল ৯

সাক্ষিগোপালের কথা শুনিল লোকমুখে।
সেই কথা প্রভু আগে কহে মহাসুখে ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

সাক্ষিগোপালের—সাক্ষিগোপালগী ; কথা—ৱারী ; শুনিল—তাখি ; লোকমুখে—মীগী চীন্দা ; সেই কথা—ৱারীদু ; প্রভু—মহাপ্রভুগী ; আগে—মাঙদা ; কহে—তীখি ; মহাসুখে য়াম্না নুংঙাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা সাক্ষিগোপালগী ৱারীদু মীগী মচীন্দগী তাখি॥ ৱারীদু মহাপ্রভুগী মাঙদা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা য়াম্না নুংঙাইনা তীখি।

### তাৎপর্য

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুম থাদোক্লুনা সন্ন্যাসী অমগা লেঙখিরম্মী ; সন্ন্যাসীদুগা লোয়ননা অদুগা তুংদনা মথক্তমক চহী য়াম্না ভারতবর্ষগী তীর্থ অমৈবমখৈ কোয়বা লেঙলম্মী। মতমদুদা কটক-তা লেঙলক্লগা সাক্ষিগোপাল দর্শন তৌবা মতমদা সাক্ষিগোপালগী ৱারী অদু তাখি। ৱারিদু মহাক্না মহা প্রভুগী মাঙদা তীখি।

## মূল ১০

পূর্ব্বে বিদ্যানগরের দুই ত ব্রাহ্মণ।
তীর্থ করিবারে দোঁহে করিলা গমন ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; বিদ্যানগরের—বিদ্যানগরগী ; দুই ত—অনী ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ ; তীর্থ করিবারে—তীর্থ দর্শন তৌবগীদমক ; দোঁহে—অনীদুনা ; করিলা গমন—চৎলী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা বিদ্যানগরগী ব্রাহ্মণ অনীনা তীর্থ দর্শন তৌবগীদমক চৎলম্মী।

## মূল ১১

গয়া বারাণসী আদি প্রয়াগ করিয়া ॥
মথুরা আইলা দোঁহে আনন্দিত হঞা ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

গয়া বারাণসী আদি—গয়া, বারাণসীনচিংবা ; প্রয়াগ করিয়া—প্রয়াগ ফাওদুনা ; মথুরা আইলা—মথুরাদা লাকখি ; দোঁহে—অনীনা ; আনন্দিত হঞা—নুংঙাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গয়া, অদুদগী বারাণসী অদুদগী প্রয়াগ অদুদগী মথুরা তাম্না ব্রাহ্মণ অনীদুনা থরাই নুংঙাইনা লাকখি।

## মূল ১২

বনযাত্রায় বন দেখি দেখে গোবর্দ্ধন।
দ্বাদশবন দেখি শেষে আইলা বৃন্দাবন ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

বনযাত্রায়—বন ময়াম কোয়বদা ; বন-দেখি—বন য়েংলগা ; দেখে—য়েংখি ; গোবর্দ্ধন—গোবর্দ্ধন চীঙ ; দ্বাদশবন—বন তরানীথোই ; দেখি—য়েংলগা ; শেষে—মথৈদা ; আইলা—লাকখি ; বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন ধাম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণ অনীগু ) বন পরিক্রমাদা বন য়েংলগা গোবর্দ্ধন চীঙ য়েংখি। বন তরানীথোই য়েংলগা বৃন্দাবন য়োরক্লখি।

## নৈনরোল

দ্বাদশবন—২/১/২৩৭ পয়ারগী টীকা য়েংবীয়ু ॥

### মূল ১৩

বৃন্দাবনে গোবিন্দস্থানে মহাদেবালয়।
সে মন্দিরে গোপালের মহাসেবা হয় ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে - শ্রীবৃন্দাবন-দা ; গোবিন্দস্থানে—শ্রীগোবিন্দগী অরিবা মন্দিরগী অরাংথংবা মফমদা ; মহাদেবালয়—য়াম্না চাউবা লাইশঙ : সে মন্দিরে— মন্দিরছুদা ; গোপালের—শ্রীগোপালগী ; মহাসেবা—অচৌবা সেবা ; হয় - ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবন-দা শ্রীগোবিন্দগী লিরবা মন্দিরগী অরাংথংবা মায়কৈদা অচৌবা লাইশঙ অমা লৈ ; লাইশঙছুদা শ্রীগোপালগী সেবা চাউনা তৌয়ি।

### মূল ১৪

কেশিতীর্থে কালিয় হ্রদাদিকে স্নান।
শ্রীগোপাল দেখি তাহাঁ করিল বিশ্রাম ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

কেশিতীর্থ—শ্রীযমুনাগী কেশীঘাট্টা ; কালিয়হ্রদাদিকে- কালিয়হ্রদ-মচিংবদা ; কৈল স্নান—স্নান তৌরে ; শ্রীগোপাল দেখি—শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌরগা ; তাহাঁ—মফমছুদা ( মন্দিরদা ) ; করিল—তৌখি ; বিশ্রম — পোখাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীযমুনা তুরেলগী কেশীঘাট্টা অছুগা কালিয়হ্রদনচিংবদা স্নান তৌরে। অতুদগী শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌরগা শ্রীগোপালগী মন্দিরদা পোত্থারম্মী।

মূল ১৫

গোপাল-সৌন্দর্য্যে দোঁহার নিল মন হরি।
সুখ পাঞা রহে তাহাঁ দিন দুই চারি॥ ১৫॥

শব্দার্থ

গোপাল-সৌন্দর্য্য—শ্রীগোপালদেবগী শক ফজবনা ; দোহাব—অনীগী ( ব্রাহ্মণ অনীগী ) ; নিল—লৌখ্রে ; মন—পুক্নীং ; হবি—হুরান্দুনা ; সুখ—নুংঙাইবা ; পাঞা—ফংলদুনা ; রহে—লৈ ; তাহাঁ—মফমদুদা ( মন্দিরদা ) ; দিন—নুমীৎ ; দুই—অনী ; চারি—মরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবগী শক ফজবদুনা ব্রাহ্মণ অনীদুগী পুক্নীং হুগি। নুংঙাইরদুনা মখোয়নী মফমদুদা নুমীৎ নীনী হুম্নীরোম লৈখি।

মূল ১৬

দুই বিপ্রমধ্যে এক বিপ্র বৃদ্ধপ্রায়।
আর বিপ্র যুবা—তার করেন সহায়॥ ১৬॥

শব্দার্থ

দুই—অনী ; বিপ্রমধ্যে—ব্রাহ্মণগী মরক্তা ; একবিপ্র—ব্রাহ্মণ অমদি ; বৃদ্ধপ্রায়—হন্নুরকলয়্রে ; আর—অতোপ্পা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণা ; যুবা—পাখংনী ; তার—মহাক্কী ; করেন—তৌয়ি ; সহায়—তেংবাংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অনীদুগী মরক্তা ব্রাহ্মণ অমদি হন্নুরবগুম্লে। অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অদুনা পাখংনী ; মানা অহন্দুবু তেংবাংঙী।

## মূল ১৭

ছোটবিপ্র করে সদা তাঁহার সেবন ;
তাঁহার সেবায় বিপ্রের তুষ্ট হৈল মন ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ নহা ; করে—তৌরি ; সদা—মতম পুম্নমক্তা ; তাঁহার—মহাক্কী ( ব্রাহ্মণ অহনবী ) ; সেবন—সেবা ; তাঁহার—মহাক্কী ( ব্রাহ্মণ নহাগী ) ; সেবায়—সেবাদা ; বিপ্রের—ব্রাহ্মণ অহন্দুগী ; তুষ্ট—পেন্‌বা ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নীং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ নহাডুনা মতম পুম্নমক্তা ব্রাহ্মণ অহনবী সেবা তৌরি। মাগী সেবাদা ব্রাহ্মণ-অহনবী মপুক্নীং পেন্‌খি।

## মূল ১৮

বিপ্র কহে—তুমি আমার বহু সেবা কৈলা ,
সহায় হইয়া মোরে তীর্থ করাইলা ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহন্না ; কহে—হায় ; তুমি—নঙনা ; আমার—এগী ; বহু সেবা—অয়াম্বা সেবা ; কৈলা—তৌরে ; সহায়—মতেংপাংবা ; হইয়া—ওইদুনা ; মোরে—এবু ; তীর্থ করাইলা—তীর্থ য়েংহল্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহন্না হায়রম্মী—নঙনা এগী সেবা য়াম্না তৌরে। এগী মতেংপাংবা ওইদুনা এবু তীর্থ য়েংহল্লে।

## মূল ১৯

পুত্রেহ পিতার ঐছে না করে সেবন।
তোমার প্রসাদে আমি না পাইলাম শ্রম ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

পুত্রেহ—মচানুপানবাগুম্বা ; পিতার—মপাগী ; ঐছে—মসৌ অমুম্না ;

না করে —তৌদে : সেবন—সেবা ; তোমার— নঙনা ; প্রসাদে—চান্‌বনা : আমি—ঐ : না পাইলাম—ফংদে ; শ্রম—নোম্বগী রাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচান্নুপানবা এবা মপাগী সেবা অহুম্না তৌদ। ঐদি নঙনা লুনা চান্না তৌবনা করিমত্তা নোম্বগী রাবা হায়বত্তু ফংদে।

মূল ২০

কৃতঘ্নতা হয় তোমার না কৈলে সম্মান।

অতএব তোমারে আমি দিব কন্যাদান॥ ২০॥

শব্দার্থ

কৃতঘ্নতা—তৌবিমল-খঙদবা : হয়— ওই : তোমার—নঙগী : না কৈলে—তৌদ্রবদি : সম্মান—ইকাই খুম্নবা : অতএব—মরমতুনা ; তোমারে —নংবু : আমি— ঐনা ; দিব—পীগনি : কন্যাদান ইচাম্নুপী পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাকপু সম্মান তৌদ্রবদি তৌবিমল খঙদবা ওই। মরমতুনা নংবুন্দা ইচান্নুপী লুহোংতুনা পীগনি।

মূল ২১

ছোট-বিপ্র কহে— শুন বিপ্রমহাশয়।

অসম্ভব কহ কেনে যেই নাহি হয়॥ ২১॥

শব্দার্থ

ছোট-বিপ্র ব্রাহ্মণ-নহানা ; কহে—হায় : শুন- নাকোঙনা তাবিয়ু, বিপ্রমহাশয়—পূকচেল-চাওবা বিপ্র ; অসম্ভব - ওইথোক্তবা : কহ হায়রিবা : কেনে করিগীনো : যেই মত্তু ; নাহি হয়— ওইরোইদৌবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ নহানা হায়রম্মী—পূকচেল-চাওবা ব্রাহ্মণ! তাবিয়ু ; ওইথোক্তবা ওইরোইদৌবা রা হায়বিরিবা করিগীনো?

## মূল ২২

মহাকুলীন তুমি বিদ্যাধনাদি-প্রবীণ।
আমি অকুলীন বিদ্যাধনাদি-বিহীন ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

মহাকুলীন অচৌবা শাগৈগী মী ; তুমি—নংনী ; বিদ্যাধনাদি-প্রবীণ —বিদ্যা, লন্নচিংবদা মীথোই-মীহেন্নী ; আমি—ঐদি ; অকুলীন—অচৌবা শাগৈগী নত্তে ; বিদ্যাধনাদি-বিহীন—বিদ্যাস্ত লন্থুমস্ত্ লৈতবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদোমদি শাগৈ অচৌবনী (কুলীন-ব্রাহ্মণ) অদুগা বিদ্যাদস্তু লন্থুমদস্তু মীথোই-মীহেনবনী। অদুগা ঐদি অচৌবা শাগৈগী মীস্ত্ নত্তে, অদুগীস্ত্ মখক্তা বিদ্যা য়েংডী য়াওদে লন্থুম য়েংডী লৈতে।

## মূল ২৩

কন্যাদান পাত্র আমি না হই তোমার।
কৃষ্ণপ্রীতে করি তোমার সেবার উপহার ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

কন্যাদান পাত্র—মতীকচাবা কন্যাথাজফম ; আমি—ঐ ; না হই—হুইদে ; তোমার—নংগী ; কৃষ্ণপ্রীতে—কৃষ্ণ পেন্নবগীদমক ; করি—তৌয়ি ; তোমার—নংগী ; সেবার—সেবাগী ; উপহার—খুদোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক অদোমগী মতীকচাবা কন্যা-থাজফম নত্তে। ঐনা অদোমগী সেবা তৌবদি কৃষ্ণপ্রীতিগীদমক ( কৃষ্ণপেল্‌হন্নবগীদমক ) তৌবনী।

## নৈনরোল

ব্রাহ্মণহানা হায়রম্মী—ঐহাক অদোমগী মতীকচাবা কন্যা-থাজফম নত্তে। ঐহাক অদোমগী নচানুপীবু লুহোংগে হায়বগীদমক অদোমগী সেবা তৌবা নত্তে। অদোমদি অহল-ওইবা ব্রাহ্মণী, ঐগীদি পূজা-তৌফম

থোকপনি, থৌজানবিতুনা তীর্থ-দর্শন তৌবদা ঐবু লোইনবিরক্তুনা ঐহাক মহৈ য়ানজরে, অদোম্ব সেবা তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণনা পেনগনী হায়বগী অ.শাদা ঐনা অ.দামগী সেবা তৌজবনী।

## মূল ২৪

ব্রাহ্মণ সেবায় কৃষ্ণের প্রীতি বড় হয়।
তাঁহার সন্তোষে ভক্তিসম্পদ্ বাঢ়য়॥ ২৪॥

### শব্দার্থ

ব্রাহ্মণ-সেবায়—ব্রাহ্মণবু সেবা তৌবনা ; কৃষ্ণের প্রীতি—শ্রীকৃষ্ণগী পেনবা ; বড়—য়াম্না ; হয় ওই ; তাঁহার - মহাক্কী ; সন্তোষে- পেনলনা ; ভক্তি সম্পদ্—ভক্তি কৌবা লন ; বাঢ়য়—হেক্কৎলী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ সেবা তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পেনবী। শ্রীকৃষ্ণনা পেন্লবদি ভক্তি কৌবা লন্দু হেক্কৎলকয়ি।

## মূল ২৪

বড়বিপ্র কহে—তুমি না কর সংশয়।
তোমাকে কন্যা দিব আমি করিল নিশ্চয়॥ ২৫॥

### শব্দার্থ

বড়বিপ্র—ব্রাহ্মণ-অহন্না ; কহে হায় ; তুমি—নঙ ; না কর—তৌগনু ; সংশয়—চিংনবা ; তোমাকে—নঙোন্দা ; কন্যা- ইচান্নুপী ; দিব - পীগনী ; আমি ঐ ; করিল নিশ্চয়—লেপ্লবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহন্না হায়রম্মী—নং চিংনগনু ; নঙোন্দা ইচান্নুপী পীগনি ; ঐদি লেপ্লবনী।

## মূল ২৬

ছোটবিপ্র কহে—তোমার স্ত্রীপুত্র সব।
বহু জ্ঞাতি গোষ্ঠী তোমার—বহুত বান্ধব॥ ২৬॥

শব্দার্থ

ছোট বিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহানা ; কহে—হায় ; তোমার—নঙগী ; স্ত্রীপুত্র—মপীগা নচানুপাগা ; সব—লোইনমক (লৈরি) ; বন্ধু—অয়াম্বা ; জ্ঞাতিগোষ্ঠী—শাগৈ-নাতৈ ; তোমার—নঙগী ; বহুত—অয়াম্বা ; বান্ধব—মরূপ মপাঙ (লৈ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ নহানা হায়রম্মী—অদোমগী মপী অমদি নচানুপা পুম্নমক লৈরি অদোমগী শাগৈ নাতৈ য়াম্না লৈরি অমুগা মরূপ-মপাঙ য়াম্না লৈরি ।

## মূল ২৭

তা সভার সম্মতি বিনে নহে কন্যাদান ।

রুক্মিণীর পিতা ভীষ্মক তাহাতে প্রমাণ ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

তা সভার—মখোয় পুম্বগী ; সম্মতি—অয়াবা ; বিনে—নত্তনা ; নহে—ডুইরোই ; কন্যাদান—নচানুপী থাজবা ; রুক্মিণীর—শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী (লৈমা) রুক্মিণীগী ; পিতা—মপাবুঙ ; ভীষ্মক—ভীষ্মক-না ; তাহাতে—মদুগী ; প্রমাণ—উশংবা, অওইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্না য়াদ্রবদি কন্যাদান তৌবা য়ারোই । মদুগী তশেংবা প্রমাণদি রুক্মিণীগী অপোকপা ভীষ্মকনী ।

## মূল ২৮

ভীষ্মকের ইচ্ছা কৃষ্ণে কন্যা সমর্পিতে ।

পুত্রের বিরোধে কন্যা নারিলেন দিতে ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

ভীষ্মকের-ইচ্ছা ভীষ্মক-কী ইচ্ছা ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; কন্যা—মচানুপী ; সমর্পিতে—পীবা ; পুত্রের—মচানুপানা ; বিরোধ—থিংবনা ; কন্যা—মচানুপী ; নারিলেন—ঙমখিদে ; দিতে—পীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মকনা শ্রীকৃষ্ণদা মচানুপী থাজবা পাম্বনী ; অদুবু মচানুপানা য়াদবনা কন্যাদান তৌবা ঙমখিদে।

## মূল ২৯

বড়বিপ্র কহে কন্যা মোর নিজধন।
নিজধন দিতে নিষেধিবে কোন জন ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

বড়বিপ্র— ব্রাহ্মণ-অহন্না ; কহে—হায় ; কন্যা— ইচানুপী ; মোর— ঐগী ; নিজধন—ইছামক্কী লন্নী ; নিজধন—ইরল ; দিতে—পীথোকপদা ; নিষেধিবে—য়ারোই, থিংগনী ; কোন—করম্বা ; জন—মীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহন্না হায়রকয়ি—ইচানুপীদি ইরল্লী। ইরন পীথোক্‌পদা কনানা থিংগনি ?

## মূল ৩০

তোমারে কন্যা দিব সভাকে করি তিরস্কার।
সংশয় না কর তুমি করহ স্বীকার ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

তোমারে—নঙোন্দা ; কন্যা দিব—কন্যা পীগনী ; সভাকে—পুম্নমকপু ; করি—তৌদুনা ; তিরস্কার—চৈদুনা ; সংশয়—চিংনবা ; না কর—তৌগনু ; তুমি—নহাক ; করহ—তৌ ; স্বীকার—য়াবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় লোইনমকপু চৈরগা ( হায়বদি মখোয়না থিংবা থওইনা লৌবিদ্রগা ) নঙোন্দা ইচা পীগনী। করিমতা চিংনগনু ; নঙ য়াউকো।

## মূল ৩১

ছোটবিপ্র কহে—যদি কন্যা দিতে মন।
গোপালের আগে কহ এ সত্যবচন ॥ ৩১ ॥

**শব্দার্থ**

ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহানা ; কহে—হায় ; যদি—যদি ; কন্যা দিতে—কন্যা পীগে হায়বা ; মন—পুক্নীঙ ; গোপালের আগে—শ্রীগোপালগী মাঙদা ; কহ—হায়য়ু ; এ—অসি ; সত্যবচন—অওইবা য়া ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ব্রাহ্মণ-নহানা হায়রম্মী—নচানুপী পীগে থল্লবদি শ্রীগোপালদেবগী মাঙদা সত্য তৌরগা হায়য়ু হায়বদি শ্রীগোপাল বিগ্রহবু সাক্ষী ওইহল্লু ।

**মূল ৩২**

গোপালের আগে বিপ্র কহিতে লাগিল ।
'তুমি জান নিজ কন্যা ইহারে আমি দিল' ॥ ৩২ ॥

**শব্দার্থ**

গোপালের আগে -গোপাল-বিগ্রহগী মাঙদা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহন্না ; কহিতে—হায়বা ; লাগিল—হৌরকখি ; তুমি—নঙ ( গোপাল নঙ ) জান—খঙলো ; নিজ কন্যা—ইচানুপী ; ইহারে—মঙোন্সিদা ; আমি—এনা ; দিল—পীরবনী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীগোপাল-বিগ্রহগী মাঙদা ব্রাহ্মণ-অহন্না হায়রম্মী—"(হে গোপাল-দেব) নহাক খঙলো—মঙোন্সিদা ঐগী ইচানুপী পীরবনী ( হায়বদি ইচা-নুপীসি মাগী মফমদা বাগ্‌দত্তা ( বাক্-দান তৌরবা ) ওইরবনী ।

**মূল ৩৩**

ছোট বিপ্র কহে—ঠাকুর তুমি মোর সাক্ষী ।
তোমা সাক্ষী বোলাইব—যদ্যন্যথা দেখি ॥ ৩৩ ॥

**শব্দার্থ**

ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহানা : কহে—হায় ; ঠাকুর—ইবুংঙো ; তুমি—নঙনা ; মোর—ঐগী ; সাক্ষী—উশেংবা-উবা মী ; তোমা—নঙবু ; সাক্ষী—সাক্ষী ; বোলাইব—কৌহনগনী ; যদি—বদি ; অন্যথা—ওন্ন-তৈনবা, য়া থৈবা ; দেখি—উই ; ( যদি দেখি—উরবদি ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ নহাহুনা (গোপাল-বিগ্রহদা) হায়রম্মী—ইবুংঙো, নঙনা ঐগী সাক্ষীনী। করিগুম্বা ঐনা থৈদোকখ্রবদি নঙবু সাক্ষী ওইহন্নবা লৌগনি।

## মূল ৩৪

এত বলি দুইজন চলিলা দেশেরে।
গুরুবুদ্ধ্যে ছোটবিপ্র বহু সেবা করে ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক; বলি—হায়দুনা; দুইজন—মখোয় অনীনা; চলিলা—চৎখরে; দেশেরে—মরৈবাক্তা; গুরুবুদ্ধ্যে—গুরুনী হায়না খন্দুনা; ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ নহাতুনা; বহু—য়াম্না; সেবা করে—সেবা তৌই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসি হায়রগা মখোয় অনীদো মরৈপাক পানা চৎলম্মী। ব্রাহ্মণ নহানা অহন্দুবু গুরুনী হায়না খন্দুনা সেবা য়াম্না তৌরম্মী।

## মূল ৩৫

দেশে আসি দোঁহে গেলা নিজ নিজ ঘর।
কথোদিনে বড়বিপ্র চিন্তিল অন্তর ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

দেশে—মরৈবাক্তা; আসি—লাক্লুনা; দোঁহে—অনীমু; গেলা—চৎখি; নিজ নিজ—মশা-মশাগী; ঘর—য়ুমদা; কথোদিনে—নুমীৎ খরানি রোমগী মতুংদা; বড়বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহল্লা; চিন্তিল—খল্লম্মী; অন্তর—মপুক্কীডদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীমু মরৈবাক্তা লাক্লগা মশামশাগী য়ুমদা চৎনখি। নুমীৎ খরনি লেরগা ব্রাহ্মণ অহল্লা মপুক্কীডদা খল্লম্মী।

### মূল ৩৬

তীর্থে বিপ্রে বাক্য দিল কেমতে সত্য হয়।
স্ত্রী-পুত্র জ্ঞাতি বন্ধুর জানিব নিশ্চয় ॥ ৩৬ ॥

**শব্দার্থ**

তীর্থে—তীর্থদা ; বিপ্রে— ব্রাহ্মণ-দা ; বাক্য দিল—ৱা শকখরে ; কেমতে—মতৌ করম্না ; সত্য হয়—সত্য ওইগনী ( ঙাকনী ) ; স্ত্রী—নুপী ; পুত্র— ইচা ; জ্ঞাতিবন্ধুর- মরিমতাগী ; জানিব—খঙদোক্কে ; নিশ্চয়—অরেপ্পা মত।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

তীর্থদা ব্রাহ্মণ-দা ৱা শকখরে ; মতু মতৌ করম্না ঙাকপা তায় ? নুপীগী, ইচাগী অমদি মরিমতাগী অরেপ্পা মত খঙদোক্কে।

## নৈনরোল

ব্রাহ্মণ অহন্না তৌরম্লিবা চিন্তাদি অসিনী—ব্রাহ্মণ নহাদা ইচানুপী পীগে হায়না ৱাশকখরে—মতুম্মু তীর্থদা দেবতাগী মমাঙমত্তুদা। ৱাশক অসি কায়রবদি ঐগী লান্থোক্লবা উপায় লৈত্রে : অতুব্ করম তৌরগা ৱাশক ঙাক্কনী ? ইরি-ইতাশিংনা য়াগদ্রা ? করে- নুপীদা, ইচানুপাদা, মরিমতা-পুম্বদা হংহুনা মখোয়গী মত খঙদোক্কে।

### মূল ৩৭

একদিন নিজলোক একত্র করিল।
তা সভার আগে সব বৃত্তান্ত কহিলা ॥ ৩৬ ॥

**শব্দার্থ**

একদিন নোংমা ; নিজলোক—মাগী মীমথৈ ; একত্র করিল—পুল্লপ তিল্হল্লে ; তা সভার—মখোয় লোইনমক্কী ; আগে— মাঙদা ; সব—পূম্নমক ; বৃত্তান্ত থোকখিবা ৱা ; কহিল— হায়রম্মী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

নোংমদি ব্রাহ্মণ-অহন্না মাগী মী মথৈ পুল্লপ তিল্হন্খি। থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী মখোয় পূম্বগী মমাঙদা লীখি।

## মূল ৩৮

শুনি সব গোষ্ঠী তবে করে হাহাকার।
ঐছে বাত মুখে তুমি না আনিহ আর ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

শুনি — মনাকোঙনা তারগা ; সব—পুম্নমক ; গোষ্ঠী — ইমুংগী মীশিংনা ; তবে — অতুদা ; করে হাহাকার—হাই হাই ওন্নোকপনী হায় ; ঐছে— অতুগুম্বা ; বাত — রা ; মুখে —চীন্দা ; তুমি—নঙ ; না আনিহ—পুরক্কনু ; আর—অমুক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইমুংগী মী পুম্বনা মনাকোঙনা তারগা হাই হাই ওন্নোকপনী হায়খি। "অতুগুম্বা রাত্ নহাক চীন্দা অমুক পুরক্কনু।"

## মূল ৩৯

নীচে কন্যা দিলে কুল যাইবেক নাশ।
শুনিঞা সকল লোক করিবে উপহাস ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

নীচে— অতোন্বা জাত্তা : কন্যা দিলে — কন্যা থাজরবদি ; কুল— শাগৈ ; যাইবেক নাশ মাঙলগনী ; শুনিয়া - নাকোঙনা তারগা . সকল লোক - মী পুম্বনা ; করিবে - তৌগনী ; উপহাস— নোক্কবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জাৎ-হন্নবা মীদা নচা থাজরবদি শাগৈ মাঙলগনী। মী পুম্নমক্না তারগা নোক্কগনী।

## মূল ৪০

বিপ্র কহে তীর্থবাক্য কেমনে করি আন।
যে হউ সে হউ আমি দিব কন্যাদান ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র কহে—ব্রাহ্মণ-অহন্না হায় ; তীর্থবাক্য—তীর্থদা শরুখিবা রাত্ ;

কেমনে—করম্না ; করি—তৌগনী ; আর—ওহোকপা, রাশক থুগাইবা ; যে হউ সে হউ—ওইগে হায়রমখৈ ওইসনু, থোক্লীভবা অমা থোক্‌চশনু ; আমি—ঐ ; দিব—পীগনী ; কন্যাদান—কন্যা থাজবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহন্না হায়রম্মী—তীর্থদা শকখিবা ৱাবু করম্না হন্দোক্কনী ? থোক্লীভবা অমা থোক্‌চসনু, ঐদি কন্যাদান তৌগনী ।

## মূল ৪১

জ্ঞাতিলোক কহে মোরা তোমারে ছাড়িব ।
স্ত্রীপুত্র কহে—বিষ খাইয়া মরিব ॥ ৪১ ॥

#### শব্দার্থ

জ্ঞাতিলোক—শাগৈগী মীনা ; কহে—হায় ; মোরা—ঐখোয়দি ; তোমারে—নঙবু ; ছাড়িব—থাদোক্লগনী ; স্ত্রীপুত্র—নুপীগা মচানুপাগনা ; কহে—হায় ; বিষ—হু ; খাইয়া—চাহুনা ; মরিব—শিগনি ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণগী ) শাগৈগী মীয়াম্না হায়রম্মী—( অদু ওইরবদি ) ঐখোয় নঙগা তিন্নররোই । ( ব্রাহ্মণগী ) নুপীগা মচানুপাগনা হায়রম্মী—ঐখোয় হু চাহুনা শিদোক্কনী ।

## মূল ৪২

বিপ্র কহে—সাক্ষী বোলাঞা করিবেক ন্যায় ।
জিতি কন্যা লবে মোর ব্যর্থ ধর্ম্ম যায় ॥ ৪২ ॥

#### শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহন্না ; কহে—হায় ; সাক্ষী বোলাঞা—সাক্ষী কৌরগা ; করিবেক—তৌরনী ; ন্যায়—ৱাকৎ, নালিশ ; জিতি—ভমহুনা ; কন্যা লবে—কন্যা লৌখিনী ; মোর—ঐগী ; ব্যর্থ—অরেম্বদা ; ধর্ম্ম—ধর্ম্ম ; যায়—মাঙনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহল্না হায়রম্মী—( ব্রাহ্মণ-নহানা ) সাক্ষী কৌরগা ৱাকংল-গনী। ( অতুদগী মানা ) ৱা ঙমহুনা কল্পা লৌখিনী, অতুগা ঐগী থর্মনা অৱেম্বদা মাঙগনী।

## মূল ৪৩

পুত্র কহে—প্রতিমা সাক্ষী সেহো দূরদেশে।
কে তোমার সাক্ষী দিবে চিন্তা কর কিসে॥ ৪৩॥

### শব্দার্থ

পুত্র—মচাম্নুপানা ; কহে—হায়রম্মী ; প্রতিমা—অশাবা নত্রগা অয়েকপা লাইনা ; সাক্ষী—সাক্ষীনী ; সেহো—মহুস্থ ; দূরদেশে—লাপথ্রবা লমদা ( লৈ ) ; কে—কনানা ; তোমার নহাক্কী ; সাক্ষী দিবে—সাক্ষী পীগনী ; চিন্তা কর—চিন্তা তৌবিবদি ; কিসে—করিগীনো ?

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহনগী মচাম্নুপানা হায়রম্মী—প্রতিমানা নংগী সাক্ষী ওইবা। মহুস্থ্ আ থাপ্থ্রবা লৈবাক্তা লৈরিবা। কনানা নঙগী সাক্ষী পীদৌরিবনো ? করিগী চিন্তা তৌরিবনো ?

### তৈনমশ্বোল

প্রতিমানা মখোঙ থোংনা লাকপা ঙম্বরা ? লাপথ্রবা লমদমহুদগী প্রতিমাহুবু থাংলগা পুরকপস্থ ঙম্মোই ; ঙম্লবস্থ করি কিনঙাই লৈ ? প্রতিমাদি ৱা ঙাঙবা থোক্লোই। সাক্ষ্য পীনি করম্না ?

## মূল ৪৪

নাহি কহি—না কহিও এ মিথ্যা বচন।
সবে কহিবে—কিছু মোর না হয় স্মরণ॥ ৪৪॥

### শব্দার্থ

নাহি কহি—হায়খিদেনা ; না কহিও—হায়গন্নু ; এ অসি ; মিথ্যা—ওইদবা ; বচন—ৱা ; সবে—অসিতমক ; কহিবে—হায়য়ু ; কিছু—করিস্থ ; মোর—ঐগী ; না হয়—লৈত্রে ; স্মরণ—নীঙশীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ইচা পীগে হায়না ) হায়খিদে—হায়রবা ওইদবা রাসী অঙকপনু। অসিখক্তা হায়যু—ঐগী কল্লিস্নু নীঙশীঙবা ভমদ্রে।

মৈনরোল

ব্রাহ্মণ-অহন্দা মচানুপানা তাক্লন্মী—"ঐগী কন্যা পীগনী হায়না হাযখিবা লৈতে" হায়বা ওইদবা রাসী হাযগন। "ঐনা করি হাযখিবগে হায়বতু নীঙশীঙদ্রে" হাযবসিদা হাযযু।

মূল ৪৫

তুমি যদি কহ—আমি কিছুই না জানি।

তবে আমি ন্যায় করি ব্রাহ্মণেরে জিনি॥ ৪৫॥

অন্বয়ার্থ

তুমি—নঙনা; যদি কহ হায়রবদি; আমি—ঐহাক, কিছুই—করিমত্তা; না জানি—খঙদে, তবে—অদু ওইরবদি; আমি—ঐনা; ন্যায় করি—বিচার তৌহল্লগা, ব্রাহ্মণেরে—ব্রাহ্মণ নহাকুবু; জিনি—ভমগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঐহাক করিমত্তা খঙদে।" হায়না নঙনা হায়রবদি ঐনা বিচার তৌহল্লগা ব্রাহ্মণ নহাক্লবু মায়থীবা পীভমগনী।

মূল ৪৬ ৪৭

এত শুনি বিপ্রের চিন্তিত হৈল মন।

একান্ত ভাবে চিন্তে বিপ্র গোপাল-চরণ॥ ৪৬॥

মোর ধর্ম্ম রক্ষা পায় না মরে মোর জন।

তুই রক্ষা কর গোপাল লইলু শরণ॥ ৪৭॥

অন্বয়ার্থ

এত—অসিথক; শুনি নাকোঙনা তাহগা; বিপ্রের—ব্রাহ্মণ-

অহন্‌গী ; চিন্তিত—চিন্তাপুবা ; হৈল—ওইরে ; মন—পুক্নীঙ ; একান্তভাবে—মথন্তনা ওইনা ; চিত্তে—থম্মী ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহম্না ; গোপাল-চরণ—শ্রীগোপালগী খোঙ ; মোর—ঐগী ; ধর্ম্ম—ধর্ম্ম ; রক্ষা পায়—কায়দবা ; না মরে—শিদবা ; মোর জন—ঐগী মীনা ; তুই—অনীসি ; রক্ষা কর—ওইহল্লু ; গোপাল—হে গোপাল ; লইল—লৌজরে ; শরণ—চঙজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচানুপাগী পাউতাক অতু তারগা ব্রাহ্মণ-অহন্‌গী মপুক্নীঙদা চিন্তা পুরম্মী। মরমতুনা অতৈ রাখল তোক্তুনা ব্রাহ্মণ-অহন্না শ্রীগোপালদেবগী চরণ অতুতবু খল্লম্মী। হে গোপাল, নঙোন্দা চঙজরি, ঐগী ধর্ম্মসু ঙাকপা অদুগা ঐগী মীশিংসু শিদবা - অনীসি ওইহন্‌বিয়ু।

## নৈনরোল

ব্রাহ্মণ-অহন্‌গী মচাগী পাউতাক অতুদি ওইদবা ঙাঙবগী পাউতাক্নী। 'ঐ হায়খিদে' হায়বসু ওইদবা ঙাঙবনী, 'ঐ করিসু নীঙশীঙদ্রে' হায়বসু ওইদবা ঙাঙবনী। অনীমক লৌনম্নবা য়া ঙাক্তনী। মসী খঙবনীনা ব্রাহ্মণ-অহম্না শ্রীগোপালগী চরণ অতুতবু খন্দুনা হায়জরম্মী—"হে গোপাল, কৃপা তৌহ্নুনা মসী ওইহন্‌বিয়ু—"ঐগী ধর্ম্মসু মাঙদবা অদুগা ঐগী মীশিংসু অরাবা ফংদবা।"

## মূল ৪৮

এই মতে বিপ্র চিত্তে চিন্তিতে লাগিলা।
আর দিন লঘু বিপ্র তাঁর ঘরে আইলা ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

এই মতে—মতৌ অসুম্না ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহম্না ; চিত্তে—মপুক্নীঙদা ; চিন্তিতে—চিন্তা তৌবা ; লাগিলা—হৌখি ; আর দিন—অতোপ্পা নুমীত্তা ; লঘু-বিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহাদো ; তাঁর—মহাক্কী ( ব্রাহ্মণ-অহন্‌গী ) ; ঘরে—য়ুমদা ; আইলা—লাকৃখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণ-অহম্না মপুক্নীঙদা খন্‌বা হৌখি। নোংমদি ব্রাহ্মণ-নহাদো ব্রাহ্মণ-অহন্‌গী য়ুমদা লাকৃখি।

## মূল ৪৯

আসিয়া পরমভক্তো নমস্কার করি।
বিনয় করিয়া কহে দুই কর যুড়ি ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

আসিয়া—লাক্লগা ; পরমভক্তো—আয়োবী ভক্তিগা লোয়মনা ; নমস্কার করি—খুকম্লগা ; বিনয়—নোল্লুকপা ; করিয়া—তৌদুনা ; কহে—হায় ; দুই অনী ; কর—খুৎ ; যুড়ি লোম্নদুনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-নহানা লাক্লগা আয়োবী ভক্তিগা লোযননা খুকম্লগা খুৎ অনী লোম্নদুনা নোল্লুকা হায়জরম্মী ।

## মূল ৫০

তুমি মোরে কন্যা দিতে করিয়াছ অঙ্গীকার ।
এবে কিছু নাহি কহ কি তোমার বিচার ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

তুমি নঙনা , মোরে—ঐঙোন্দা , কন্যা দিতে—কন্যা পীনী হায়দুনা ; করিয়াছ তৌরে , অঙ্গীকার রাশকপা : এবে—হৌজিক-ফাওবা : কিছু—করিমত্তা , নাহি কহ—হায়দে ; কি করিনো , তোমার—নঙগী , বিচার—রায়েল ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা ঐঙোন্দা কন্যা পীগে হাযনা রাশক্লে । অদুগা হৌজিক ফাওবা করিমত্তা হাযদ্রিবসিবো করি রায়েন্নো ?

## মূল ৫১

এত শুনি সেই বিপ্র রহে মৌন ধরি ।
তার পুত্র মারিতে আইল হাতে ঠেঙ্গা করি ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসী , শুনি মনাকোঙনা তারগা , সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অদুম্

অহু ; রহে - লৈখি ; মৌন - রা ভাউদরা ; ধরি—তৌহুনা ; তার—মাগী ; পুত্র—মচানুপানা ; মারিতে—য়েগে হায়না ; আইল—লাক্‌খি ; হাতে—খুত্তা ; ঠেঙ্গা —চৈতুপ ; করি—পায়তুনা ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

রাসী নাকোঙনা তারগা ব্রাহ্মণ অহুন্না তুমিন্না রাভদবমথৈ লৈরম্মী । মচানুপানা চৈতুপ অমা মখুত্তা পায়রগা ( ব্রাহ্মণ-নহাবু ) ফুগে হায়না থোরকৃখি ।

মূল ৫২

আরে অধম ! মোর ভগ্নী চাহ বিবাহিতে ।

বামন হঞা চাঁদ যেন চাহত ধরিতে ॥ ৫২ ॥

শব্দার্থ

আরে - ওহে ; অধম - অতোনুবা ; মোর—ঐগী ; ভগ্নী—ইচনবু ; চাহ—পাম্মী ; বিবাহিতে - লুহোংবা ; বামন—থীক্লেম্বা ; হঞা—ওইরগা ; চাঁদ—থা ; যেন - গুম্না ; চাহত—পাম্বা ; ধরিতে—ফাগদোবগী, লামগ-দোবগী ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

হায় অতোনবা জাত্তা পোক্‌পা ! নঙনা ইচন্ লুহোংগে হায়বা ! থীক্লেম্বনা নোংদোন-থাজ ফাগে হায়না লাম্বগুম্বনী ।

মূল ৫৩

ঠেঙ্গা দেখি সেই বিপ্র পলাইয়া গেল ।

আর দিন গ্রামের লোক একত্র করিল ॥ ৫৩ ॥

শব্দার্থ

ঠেঙ্গা- চৈ ; দেখি—উবদা ; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহাহু ; পলাইয়া —চেন্দুনা ; গেল—চংখ্রে ; আর দিন—অতোপ্পা নুমীৎ অমদা ; গ্রামের — খুনগী ; লোক—মীয়াম ; একত্র করিল—খোমজল্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

চৈতুপ উবদা ব্রাহ্মণ-নহাহু চেন্দুনা চংখ্রে । অতোপ্পা নুমীৎ অমদা খুনগী মী ময়াম খোমজল্লম্মী ।

## মূল ৫৪

সব লোক বড়বিপ্রে ডাকিয়া আনিল।
তবে সেই লঘুবিপ্র কহিতে লাগিল॥ ৫৪॥

### শব্দার্থ

সব লোক—মী পুম্নমক অহুনা ; বড় বিপ্রে—ব্রাহ্মণ-অহনবু ; ডাকিয়া—কৌহুনা ; আনিল—পুরক্‌খি ; তবে—অহুদগী ; সেই লঘুবিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহাহুনা ; কহিতে—ঙাঙবা ; লাগিল—হৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী ময়ামহুনা ব্রাহ্মণ-অহনবু কৌরগা পুরক্‌খি। অহুদগী ব্রাহ্মণ-নহানা ৱা হায়বা হৌগংখি।

## মূল ৫৫

ইহোঁ মোরে কন্যা দিতে করিয়াছে অঙ্গীকার।
এবে কন্যা নাহি দেন কি হয় বিচার॥ ৫৫॥

### শব্দার্থ

ইহোঁ—মহাক্নিনা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; কন্যা দিতে—কন্যা পীগে হায়না ; করিয়াছে অঙ্গীকার—ৱাশকখ্রে ; এবে—হৌজিক্না ; কন্যা নাহি দেন—কন্যা পীদরে ; কি—করি ; হয়—ওইগদগে ; বিচার—ৱায়েন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্নিনা ঐঙোন্দা মচানুপী পীগনী হায়না ৱাশকপনী, অদুগা হৌজিক্না মচানুপী পীদ্রে। করি বিচার ওইগদগে?

## মূল ৫৬

তবে সেই বিপ্রেরে পুছিল সর্ব্বজন।
কন্যা কেনে না দেহ যদি দিয়াছ বচন॥ ৫৬॥

### শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; সেই বিপ্রেরে—ব্রাহ্মণ অহনবুদা ; পুছিল—হংলম্মী ; সর্ব্বজন—মী পুম্নমক্‌না ; কন্যা—মচানুপী ; কেনে—করিগীনো ; না দেহ—পীদ্রিবা ; যদি—বদি ; দিয়াছ বচন—ৱাশক্লরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী মী পুম্নমক্তুনা ব্রাহ্মণ অহন্দা হংখি -রাশক্রু রগা করি তৌনা নচান্নুপী পীদ্রিবনে।

## মূল ৫৭

বিপ্র কহে শুন লোক মোর নিবেদন।
কবে কি বলিয়াছি কিছু না হয় স্মরণ॥ ৫৭॥

### শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণ-অহন্না ; কহে—হায় ; শুন—তাবিয়ু ; লোক—মীয়াম পুম্বা ; মোর নিবেদন—ঐনা হায়জরিবসি ; কবে—কদৌঙৈ ; কি—করি ; বলিয়াছি—হায়খ্রে ; কিছু—করিমতা ; না হয়—লৈত্রে ; স্মরণ—নীংশীঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহন্না হায়রম্মী—মীয়াম পুম্বা, ঐনা হায়জরিবসি তাবিয়ু, কদৌঙৈ করি হায়খিবনো হায়বা করিমতু নীংশীঙদ্রে।

## মূল ৫৮

এত শুনি তার পুত্র বাকছল পাইয়া।
প্রগলভ হইয়া কহে সম্মুখে দাঁড়াইয়া॥ ৫৮॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; তার—মহাকী (ব্রাহ্মণ-অহনগী) ; পুত্র—মচানুপানা ; বাকছল—ৱাহৈগী লৌ ; পাইয়া—ফংলদুনা ; প্রগলভ—লমকেং-লমহাইখংপা ; হইয়া—ওইদুনা ; কহে—হায়খি ; সম্মুখে—মাঙদা ; দাঁড়াইয়া—লেপ্‌খংলকুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহনগী পাউথুম তারগা মচান্নুপাদুনা ৱাহৈগী লৌ ফংলদুনা লমকেং-লমহাইননা ময়ামগী মাঙদা লেপ্‌খৎলগা হায়রম্মী।

### মূল ৫৯-৬০

তীর্থযাত্রায় পিতা সঙ্গে ছিল বহুধন।
ধন দেখি এই দুষ্টের লৈতে হৈল মন ॥ ৫৯ ॥
আর কেহো সঙ্গে নাহি সবে এই একল।
ধুতুরা খাওয়াইয়া বাপে করিল পাগল ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

তীর্থযাত্রায়— তীর্থ চৎপদা ; পিতা সঙ্গে— ইপাগা লোয়ননা ; ছিল— লৈরম্মী ; বহুধন—শেল য়াম্না ; ধন—শেল ; দেখি—উরদুনা ; এই দুষ্টের —ফত্তবা মীসিগী ; লৈতে —লৌগে হায়না ; হৈল—ওইখি ; মন —পুক্নীঙ ; আর কেহো —অতৈ কনামা ; সঙ্গে —লোয়ননা ; নাহি —লৈরমদে ; সবে — থক্তা ; এই—মসি ; একল—মথন্তা ; ধুতুরা—সৌগোইহিদাক ; খাওয়াইয়া —পীজরগা ; বাপে —ইপাবু ; করিল —ওইহনখি ; পাগল—অঙাওবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তীর্থ চৎপদা ইপাগী শেল য়াম্না লোয়নরম্মী। শেল উরদুনা মী ফত্তবসিনা লৌনীঙখি। মী অতৈ কনামত্তা য়াওরমদে, মহাক মথন্তনী। মানা সৌগোইহিদাক পীজদুনা ইপাবু অঙাওহনখি।

### মূল ৬১-৬২

সব ধন লৈয়া কহে—চোরে লৈল ধন।
কন্যা দিতে চাহিয়াছে উঠাইল বচন ॥ ৬১ ॥
তুমি সব-লোক কহ করিয়া বিচারে।
মোর পিতার কন্যা দিতে যোগ্য ইহারে ॥ ৬২ ॥

### শব্দার্থ

সব—পুম্নমক ; ধন—শেল ; লৈয়া—লৌরগা ; কহে—হায়রকয়ি : চোরে—হুরানবনা ; লৈল—লৌখ্রে ; ধন—শেল ; কন্যা দিতে—কন্যা পীগে হায়না ; চাহিয়াছে—পাম্মী ; উঠাইল—পুখৎলক্রে ; বচন—ৱা : তুমি সব-লোক—নখোয় মী পুম্বা ; কহ—হায়য়ু ; করিয়া বিচার— ৱায়েন্দুনা ; মোর পিতার—ইপাগী ; কন্যা—মচানুপীবু ; দিতে—পীবদা ; যোগ্য কি—মত্তীকচাবরা ; ইহারে—মসোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মানা ইপাগী শেল লোইনা লৌথোক্লগা হুরান্‌বনা শেল লৌগে হায়না গায়রিম্বনী। অতুগীসু মথক্তা অমুক মঙোন্দা ইপানা কন্দা থাজগে হায়বা বা পুখৎলক্লি। মখোয় লৈরিবা মী পুম্নমক বিচার তৌরগা হায়বিয়ু— ইপানা পোক্‌পা মচানুপীবু মঙোন্দা পীবা য়াবরা, মাবু মতীক চাবা মীরা ?

## মূল ৬৩

এত শুনি লোকের মনে হইল সংশয়।

সম্ভবে ধনলোভে লোক ছাড়ে ধর্ম্মভয় ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

এত শুনি—বাসি তারগা ; লোকের—মীয়ামগী ; মনে—পুক্নীংদা ; হইল—ওইখি, পোক্‌খি ; সংশয়—চিংনবা ; সম্ভবে—ওইবা য়াই ; ধন-লোভে—শেল পাম্বদগী ; লোক—মীনা ; ছাড়ে থাদোকয়ি ; ধর্ম্মভয়—ধর্ম্মবু কিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহনগী মচানুপাগী বাসী তারগা মী ময়ামগী মপুক্নীংদা চিংনবা পোক্‌খি ; শেল পাম্বদগী মী হায়বসিদি ধর্ম্মগী অকিবা থাদোক্লবা মরম্মা ব্রাহ্মণগী মচানা হায়রিবসি ওইবা য়াই।

## মূল ৬৪

তবে ছোটবিপ্র কহে শুন মহাজন।

ন্যায় জিনিবারে কহে অসত্য-বচন ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ নহাতুনা ; কহে—হায় ; শুন—তাবিয়ু ; মহাজন—মীয়াম পুম্বা ; ন্যায়—য়েংনরিবা বাকম ; জিনিবারে—ওম্বনবা হায়তুনা ; কহে—হায়রে ; অসত্য—ওইদবা ; বচন—বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ব্রাহ্মণ-নহানা হায়রকয়ি—মীয়াম পুম্বা তাবিয়ু ; য়েংনরিবা বাকম ওম্বনবা হায়তুনা ওইদবা বা হায়রিবনী।

## মূল ৬৫-৬৭

এই বিপ্র মোরে সেবায় তুষ্ট যবে হৈলা।
'তোরে আমি কন্যা দিব' আপনে কহিলা ॥ ৬৫ ॥
তবে আমি নিষেধিল শুন দ্বিজবর।
তোমার কন্যার যোগ্য নহি মুঞি বর ॥ ৬৬ ॥
কাহাঁ তুমি পণ্ডিত ধনী পরম কুলীন।
কাহাঁ মুঞি দরিদ্র মুর্খ নীচ কুলহীন ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসী ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; মোর—ঐগী, ঐনা তৌবা ; সেবায়—সেবাদা ; তুষ্ট—পেনুবা ; যবে—মতমদুদা ; হৈলা—ওইখি ; তোরে—নঙোন্দা ; কন্যা—ইচানুপী ; দিব—পীগনী ; আপনে—মশানা ; কহিলা—হায়জখনী ; তবে—অদুদগী ; আমি—ঐনা ; নিষেধিল—থিংখি ; শুন—তাবিয়ু ; দ্বিজবর—হে ব্রাহ্মণ অথোইবা ; তোমার কন্যার—নচানুপীগী ; যোগ্য—মতীকচাবা ; নহি—নত্তে ; মুঞি—ঐ ; বর—বর, মপুরোইবা ; কাহাঁ—কদায় ; তুমি—নঙ ; পণ্ডিত—পণ্ডিত (লাইরিক-হৈবা) ; ধনী—শেল-পায়বা ; পরম কুলীন—য়ৌনা শাগে জাৎ-ফবা ; কাহাঁ—কদায় ; মুঞি—ঐ ; দরিদ্র—লৈতে-লায়রবা ; মূর্খ—অপাঙবা ; নীচ—জাৎ-তোনবা ; কুলহীন—শাগে চাউদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্‌পা

ব্রাহ্মণ অহন্‌সিনা ঐনা তৌবা সেবাদা পেনখ্রবা মতমদা হায়জরকখি—"নঙোন্দা ইচানুপী পীরগনি।" অদুগা ঐনা য়াহ্রমদে অসি হায়খ্রনা—"হে ব্রাহ্মণ-অথোইবা ! নঙগী নচানুপীগী মতীকচাবা বর নত্তে ঐহাক। অদুগা অমরোমদা নহাক্কি পণ্ডিতনী, শেল-লৈবনী, কুলীন ব্রাহ্মণনী ; অদুগা অমরোমদা ঐহাক্কি শেল-লৈতরনী, মূর্খনী, জাৎ-পীকপা মীনি।

## মূল ৬৮

তবু এই বিপ্র মোরে কহে বারবার।
তোরে কন্যা দিলুঁ তুমি করহ স্বীকার ॥ ৬৮ ॥

## মূল ৭৪-৭৫

তবে আমি গোপালেরে সাক্ষী করিয়া।
কহিনু তাঁহার পদে মিনতি করিয়া ॥ ৭৪ ॥
যদি মোরে এই বিপ্র না করে কন্যাদান।
সাক্ষী বোলাইব তোমা হৈও সাবধান ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

তবে অদুদগী , আমি—ঐনা , গোপালেরে—শ্রীগোপালদেববু , সাক্ষী করিয়া—সাক্ষী ওইহল্লগা ; কহিনু—হায়জবম্মী , তাঁহার—মহাক্কী , পদে—মখোঙদা ; মিনতি করিয়া—নিজহুনা, হঙ্গৎতুনা ; যদি—বদি , এই বিপ্র—ব্রাহ্মণসিনা ; না করে—তৌদ্রে , কন্যাদান—কন্যা পীবা , সাক্ষী বোলাইব—সাক্ষী ওইনা কৌহনগনী , তোমা—নঙবু , হৈও—ওইবিয়ু , সাবধান—পুক্নীঙচঙবা, চেক্শনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ঐনা শ্রীগোপালদেববু সাক্ষী ওইহল্লগা মখোঙদা নিজহুনা হায়জবম্মী—"ব্রাহ্মণ অহনসিনা মচানুপীহু ঐঙোন্দা পীদ্রবদি নহাকপু সাক্ষী ওইনা কৌখৎহনগনী মন্না তাবিয়ু।"

## মূল ৭৬

এই বাক্যে সাক্ষী মোর আছে মহাজন ,
যাঁর বাক্য সত্য করি মানে ত্রিভুবন ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

এই বাক্যে - ঋাহৈসিনা ; সাক্ষী মোর—ঐগী সাক্ষী ; আছে—লৈ , মহাজন—মন্নাচৎপা মী ; যাঁর—মাগী , বাক্য—ৱাৱু ; সত্য করি—অচুম্বনী হায়হুনা , মানে- যানৈ , ত্রিভুবন—(স্বর্গ মর্ত্ত্য-পাতাল) মরোল অহুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ৱা ফঙ্গী লৈবনা ঐগী সাক্ষী মহাজন লৈ। মাগী ৱাবু মরোল অহুম্না অচুম্বনী হায়না লৌমৈ।

## মূল ৭৭-৭৮

তবে বড়বিপ্র কহে—এই সত্য কথা ।
গোপাল যদি সাক্ষী দেন আপনে আসি এথা ॥ ৭৭ ॥
তবে কন্যা দিব এই জানিহ নিশ্চয় ।
তার পুত্র কহে ভাল এ বাত হয় ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; বড়বিপ্র—ব্রাহ্মণ-অহন্না ; কহে—হায় ; এই—মসী ; সত্য কথা—অশুইবা রানী ; গোপাল—শ্রীগোপালদেব ; যদি সাক্ষী দেন—সাক্ষী পীরৰদি ; আপনে—মহুামক ; আসি—লাক্তুনা ; এথা মফমসিদা ; তবে—অদু ওইরবদি ; কন্যা—ইচানুপী ; দিব—পীগনি ; এই—মসী ; জানিহ—খঙঙু ; নিশ্চয়—লেপ্পমক ; তার—মাগী ; পুত্র—মচানুপানা ; কহে—হায় ; ভাল—অফবা ; এ—অসী ; বাত—বা ; হয়—ওই ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ব্রাহ্মণ-অহন্না হায়রম্মী—"মসী অশুইবা রানী । গোপালদেব মহুামক্তা মফমসিদা লেঙঙলক্লগা সাক্ষী পীররবদি ঐ ইচানুপী পীগনী, মসী লেপ্পমক খঙঙু ।" ব্রাহ্মণগী মচানুপানসু হায়—"হায়রিবা র, অসী ফরে ।"

## মূল ৭৯

বড় বিপ্রের মনে কৃষ্ণ বড় দয়াবান্ ।
অবশ্য মোর বাক্য তেঁহো করিবে প্রমাণ ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

বড় বিপ্রের—ব্রাহ্মণ-অহনগী ; মনে—পুক্নীংদা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণদি ; বড়—য়াম্না ; দয়াবান্ থৌজান্ হৈবনী ; অবশ্য—শোয়দনমক্ ; মোর বাক্য—ঐনা হায়খিবা রাহু ; তেঁহো মহাক্না ; করিবে প্রমাণ—প্রমাণ তৌবিরগনী, চুম্মী হায়রগনী ॥

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহনগী মবুক্তা খল্লম্বনা—কৃষ্ণদি য়াম্না থৌজান্-হৈবনী ; শোয়দনমক ঐগী রাহু মহাক্না চুম্মী—হায়রগনী হায়বসিনী ।

## মূল ৮০

পুত্রের মনে—প্রতিমা না আসিবে সাক্ষী দিতে।
এই বুদ্ধ্যে দুই জনা হইলা সম্মতে ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

পুত্রের—ব্রাহ্মণগী মচানুপাগী মবুক্তা ; প্রতিমা না আসিবে—প্রতিমানা লাক্লোই ; সাক্ষী দিতে—সাক্ষী পীবা ; এই বুদ্ধ্যে—ৱাখল অসিনা ; দুইজনা—মখোয় অনীমক ; হইলা—ওইখি ; সম্মতে—য়াবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী মচানুপানা মবুক্তা খল্লম্বনা—প্রতিমা সাক্ষী পীবা লাক্লোই ; ৱাখল অসিনা ( মপা-মচা ) মখোয় অনীতুনা ( প্রতিমানা সাক্ষী পীহনগে হায়বতুদা ) য়াখি।

### নৈনরোল

ব্রাহ্মণ-অহন্না থাজরম্বনা থৌজাল-হৈবা শ্রীগোপালদেবনা শোয়দনমক লাক্লুনা সাক্ষী পীরগনী হায়রবসিনী অতুগা মচানুপানা থাজরম্বনা প্রতিমানা মখোঙ থোংনা লাক্পা হায়বতু ওইথোক্লোই হায়রবসিনী। ৱাখন অনীসিগা মতুং ইন্না মখোয় অনীমক প্রতিমা পুরক্কে হায়বতুদা য়াই হায়রম্বনী।

## মূল ৮১

ছোট বিপ্র কহে পত্র করহ লিখন।
পুন যেন নাহি চলে এ সব বচন ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

ছোটবিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহানা ; কহে—হায় ; পত্র—লাইরীক-চে ; করহ—তৌ ; লিখন—ইবা ; পুন যেন—অমূক হন্না ; নাহি চলে—চেন্দনবা ; এ সব বচন—ৱা পুম্নমক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-নহানা হায়রম্মী—লাইরীক (দলিল) অমা ইউ, করিনা হায়রিবা বচনশিংদু লেঙদনবা অমূক।

### মূল ৮২

তবে সব লোক এক পত্র ত লিখিল।

দোঁহার সম্মতি লৈয়া মধ্যস্থ রাখিল॥ ৮২॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী : সব লোক—মী পুম্নমক্কা ; এক পত্র ত—লাইরীক অমা : লিখিল—ইরম্মী ; দোঁহার—অনীগী ; সম্মতি— য়াবা ; লৈয়া— লৌরগা : মধ্যস্থ—ময়ায়-লেপ্পা অমা ; রাখিল—হাপ্‌খি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী তিল্লম্নিবা মীশিংনা পত্র অমা ইরে। মায়কৈ অনীমক্কী অয়াবা লৌরগা ময়ায়-লেপ্পা ( মধ্যস্থ ) মী অমা হাপ্‌খি।

### মূল ৮৩

তবে ছোট বিপ্র কহে—শুন সর্ব্বজন।

এই বিপ্র সত্যবাক্য ধর্ম্মপরায়ণ॥ ৮৩॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; ছোট বিপ্র—ব্রাহ্মণ নহানা ; কহে—হায় : শুন —তাবিয়ু ; সর্ব্বজন—মী পুম্বা ; এই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অসী ; সত্যবাক্য—অচুম্বা ডাঙবনী ; ধর্ম্মপরায়ণ - ধর্ম্ম চেৎপনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ব্রাহ্মণ-নহানা হায়রম্মী—তাবিয়ু মী পুম্বা ; ব্রাহ্মণ-অহল অসী অচুম্বা-ডাঙবা অমসুং ধর্ম্ম কায়দবা মীনী॥

### মূল ৮৪

স্ববাক্য ছাড়িতে ইহাঁর নাহি কভু মন।

স্বজন মৃত্যুভয়ে কহে লটপটী বচন॥ ৮৪।

### শব্দার্থ

স্ববাক্য—মছানা হায়বা বা ; ছাড়িতে—থাদোকে হায়না ; ইহাঁর —মহাক্নিগী ; নাহি—লৈতে ; কভু—কদৌঙৈদম্সু ; মন—পুক্নীঙ ; স্বজন —মছাগী মীগী ; মৃত্যুভয়ে—শিনি হায়না কিবনা ; কহে—হায়ব্নিবনী ; লটপটী—মকম মরাং থঙদবা, অওইবা-লোৎপা ; বচন —বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহনসীদি মচানা ওাঙ্ থোকথিবা রা থাদোকে হায়বগী মন কাদৌওৈদসু চেন্দে। মাগী মী শিথিদ্রা হায়না কিবদগী মফম-মরাং খঙদবা চোইরোন্ লোন্বনী।

## মূল ৮৫

ইহাঁর পুণ্যে কৃষ্ণে আনি সাক্ষী বোলাইমু।

তবে এই বিপ্রের সত্যপ্রতিজ্ঞা রাখিমু॥ ৮৫॥

### শব্দার্থ

ইহাঁর—মহাক্সিগী; পুণ্যে—পুণ্যনা; কৃষ্ণে—কৃষ্ণবু; আনি—পুরক্তুনা; সাক্ষী বোলাইমু—সাক্ষী ওইনা কৌরকে; তবে—অদু ওইরবদি; এই বিপ্রের—ব্রাহ্মণ সিগী; সত্যপ্রতিজ্ঞা—অচুম্বা রাশক; রাখিমু—ওাকনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-অহনসিগী পুণ্যনা কৃষ্ণবু পুরক্তুনা সাক্ষী ওইহনগে। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণসিগী অচুম্বা রাশক্ ওাকনী।

## মূল ৮৬

এত শুনি সব লোক উপহাস করে।

কেহো কহে ঈশ্বর দয়ালু আসিতেহ পারে॥ ৮৬॥

### শব্দার্থ

এত—অসী; শুনি—নাকোওনা তারগা; সব লোক—মী পুম্নমক্না; উপহাস—করেম্নবা; করে—তৌরি; কেহো—কনামনা; কহে—হায়; ঈশ্বর দয়ালু—ঈশ্বরদি থৌজাল-হৈবনী; আসিতেহ—লাকপসু; পারে—য়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসী তারগা, মী পুম্নমা করেম্নরম্মী। কনানা হায়রম্মী—হোয় হোয়, ঈশ্বরদি থৌজাল-হৈবনী, লাকপসু য়াই।

### মূল ৮৭

তবে সেই ছোট বিপ্র গেলা বৃন্দাবন।
দণ্ডবৎ করি কহে সব বিবরণ ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

তবে- অতুদগী ; সেই—মতু ; ছোট বিপ্র—ব্রাহ্মণ নহাতু ; গেলা—চৎখি ; বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন ; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌতুনা ; কহে—হায়রম্মী ; সব বিবরণ—মারী অপুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগীদি ব্রাহ্মণ-নহাদো শ্রীবৃন্দাবন পাংখ্রে। ( শ্রীগোপালদেবদা ) দণ্ডবৎ তৌতুনা থুকয়গা মা পূম্নমক হঙ্গংলম্মী—।

### মূল ৮৮

ব্রহ্মণ্যদেব, তুমি বড় দয়াময়।
দুই বিপ্রের ধর্ম্ম রাখ হইয়া সদয় ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্মণ্যদেব ব্রাহ্মণগী মনৱা তৌবা কৃষ্ণ ; তুমি—নহাক ; বড়—য়াম্না ; দয়াময়—থৌজান্-হৈবনী ; দুই বিপ্রের - ব্রাহ্মণ-অনীগী ; ধর্ম্ম রাখ—ধর্ম্ম ঙাকউ ; হইয়া—ওইতুনা ; সদয়—থৌজান্ হৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মণ্যদেব ! নঙদি য়াম্না থৌজাল হৈবনী। ব্রাহ্মণ অনীগী ধর্ম্মবু থৌজান্‌বিতুনা ঙাক্পীয়ু।

### তাৎপর্য্য

**দুই বিপ্রের ধর্ম্ম**— ব্রাহ্মণ অনীগী বাক্যনা চুম্বসি শোয়দনবা ঙাক্পীয়ু। ব্রাহ্মণ-অহম্না কন্যা পীনী হায়না মাশকৃপনী ; মহাক্তী মাশকৃসী ঙাক্নবগী-দমক মতেঙ পাংবিতুনা মাগী ধর্ম্ম রক্ষা তৌবিয়ু। ঐস্মু নঙবু পুরগা ময়াম মমাঙদা সাক্ষী পীহনগনী হায়না মাশক্ত্রে, অতুনা মাশকৃসী শোয়হন্দতুনা ঐগী ধর্ম্ম রক্ষা তৌবিয়ু।

## মূল ৮৯-৯০

কন্যা পাব—মনে মোর নাহি এই সুখ।
ব্রাহ্মণের প্রতিজ্ঞা যায়—এ বড় দুখ ॥ ৮৯ ॥
এত জানি তুমি সাক্ষী দেহ দয়াময়।
জানি সাক্ষী না দেয় যেই তার পাপ হয় ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

কন্যা পাব—কন্যা ফংগনী ; মনে—পুক্কীওদা ; মোর—ঐগী ; নাহি—লৈতে ; এই সুখ—নুংঙাইবা অসী ; ব্রাহ্মণের প্রতিজ্ঞা—ব্রাহ্মণগী রাশক ; যায়—কায়গনী ; এ—অসী ; বড় দুখ—য়াম্না ৱাবা ওই ; এত—অসী ; জানি—খঙদুনা ; তুমি—নহাক ; সাক্ষী দেহ—সাক্ষী পীয়ু ; দয়াময়—হে থৌজাল-হৈবা : জানি—খঙনা খঙনা ; সাক্ষী না দেয়—সাক্ষী পীদে ; যেই—মহাক অদু ; তার—মহাক্কী ; পাপ হয়—পাপ ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রাহ্মণ-নহানা শ্রীগোপাল বিগ্রহদা হায়রম্মী)—কন্যা ফংগনী হায়বগী পুক্কীওদা নুংঙাইবগী ৱা নত্তে ; ব্রাহ্মণগী রাশক্ কায়গনী হায়বগী য়াম্না নুংঙাইজদবগী ৱানী। মসী খঙনা, থৌজান্-হৈবা প্রভু, নহাক সাক্ষী পীবিয়ু। খঙনা খঙনা সাক্ষী পীদবা মহাক অদুদি পাপ পুগনী।

### নৈনৱোল

ব্রাহ্মণ-নহানা হায়—ঐনা অসীদা লাকপসে ব্রাহ্মণগী মচানুপীদু পাম্বগীদমক লাক্পা নত্তে ; নঙনা সাক্ষী ওইদ্রবদি ব্রাহ্মণগী রাশক কায়গাদৌরি, মদু ৱানঙাইনী ; মরমদুনা ঐমা নঙোন্দা চঙজবনী ; ব্রাহ্মণ অহনগী রাশক কায়দনবা থৌজানবিয়ু।

## মূল ৯১-৯২

কৃষ্ণ কহে বিপ্র তুমি যাহ স্বভবনে।
সভা করি আমা তুমি করিহ স্মরণে ॥ ৯১ ॥
আবির্ভাব হৈয়া আমি তাহাঁ সাক্ষী দিব।
প্রতিমা স্বরূপে তাহাঁ যাইতে নারিব ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণনা হায়রম্মী ; বিপ্র—ওহে ব্রাহ্মণ ; তুমি—নহাক ; যাহ—চৎলো : স্বভবনে—নয়ুমদা ; সভা করি—মীয়াম তিল্‌হন্দুনা ; আমা—ঐবু ; তুমি—নঙ ; করিহ স্মরণে—নীঙশীঙ্‌ঙু : আবির্ভাব হৈয়া—চোংথোরক্তুনা ; আমি—ঐ ; সাক্ষী দিব—সাক্ষী পীরগে : প্রতিমা স্বরূপে প্রতিমা ওইনা ; তাহাঁ—মফমতুদা ; যাইতে—চৎপা ; নারিব—ঙম্মোই ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়—হে ব্রাহ্মণ-নহা ; নঙ চৎলো নহৈবাক লমদমদা ; মফমতুদা মী ময়াম তিল্‌হল্লো অতুগা ঐবু নীঙশীঙেঙো । অতুগা মফমতুদা ঐ চোংথোরক্তুনা সাক্ষী পীরগে । প্রতিমা ওইনদি ঐ মফমতুদা চৎপা ঙম্মোই ।

### মূল ৯৩-৯৪

বিপ্র কহে হও যদি চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি ।
তবু তোমার বাক্যে কারো নহিবে প্রতীতি ॥ ৯৩ ॥
এই মূর্ত্তো গিয়া যদি এই শ্রীবদনে ।
সাক্ষী দেহ যদি তবে সর্ব্বলোকে মানে ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র কহে—ব্রাহ্মণ-নহানা হায় ; হও যদি—ওইরফাওবদা ; চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি—খুৎ-মরি-লোঙবা মূর্ত্তি ; তবু—অতু ওইরবসু ; তোমার—নঙগী ; বাক্যে—ৱাদা ; কারো—কনামতশী ; নহিবে—ওইরোই ; প্রতীতি—থাজবা ; এই মূর্ত্তো—মূর্ত্তি অসিমক্তুদা ; গিয়া—লেঙলগা ; যদি—বদি ; এই শ্রীবদনে—শ্রীমুখ অসিমক্তুনা ; সাক্ষী দেহ যদি—সাক্ষী পীরবদি : তবে—অতু ওইরবদি ; সর্ব্বলোকে—মী পুম্নমক্না ; মানে—য়াগনী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-নহানা হায়রম্মী—প্রভু নঙনা চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি ওইরবফাওবদা কনামতনা নরাক্তু থাজবিরোই । প্রভুনা লৈরিবা মূর্ত্তি অতুমক্তনা শ্রীমুখ অসিমক্না সাক্ষী পীরবদদা মী পুম্নমক্না য়াগনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপাল-বিগ্রহনা নোক্লগা হায়রম্মী—হে ব্রাহ্মণ, ন্যাকোঙনা তাও। ঐ নঙগী তুংদা অমুম চংকনী। নমাই ওন্থোক্লগা ঐবু য়েংগনু। ঐবু য়েংলগদি ( যেংলকৃপ্‌। ) মফমদুদা অদুম ঐ লৈথোক্কনী।

## মূল ৯৯

**নূপুরের ধ্বনিমাত্র আমার শুনিবে।**
**সেই শব্দে গমন মোর প্রতীতি করিবে ॥ ৯৯ ॥**

### শব্দার্থ

নূপুরের—নূপুরগী, ধ্বনিমাত্র—খোন্দমক; আমার—ঐগী, শুনিবে—নঙনা তাগনী, সেই শব্দে—মখোন্দুনা; গমন—চৎপা; মোর—ঐগী; প্রতীতি—থাজবা; করিবে—নঙনা তৌগদবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গোপালদেবনা মখা তানা হায়রম্মী )—ঐগী নূপুর মখোন্তমক ননাকোঙনা তাগনী। খোন্দুনা ঐ নঙগা লোয়ননা চৎলী হায়বসী নঙনা থাজগদবনী।

## মূল ১০০

এক সের অন্ন রান্ধি করিবে সমর্পণ।
তাহা খাঞা তোমার সঙ্গে করিব গমন ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

এক-সের অন্ন—চাক সের অমা; রান্ধি—থোংলগা, করিবে সমর্পণ—পীগদবনী, তাহা—মদু; খাঞা—চাবগা; তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা, করিব গমন চৎকনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেঙ সের অমগী চাক থোংলগা ঐঙোন্দা পীজৌ। মদু চাবগা ঐ নঙগা লোয়ননা চংকে।

## নৈনরোল

ভক্ত ব্রাহ্মণ নহাদুনা চাননবগীদমক ভক্ত-চানবা গোপালগী মতৌনী অসী।

মূল ১০১

আর দিন আজ্ঞা মাগি চলিলা ব্রাহ্মণ।
তার পাছে-পাছে গোপাল করিলা গমন ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

আর দিন—মতুং নোংমদি ; আজ্ঞা—য়াথং ; মাগি—নিরগা ; চলিলা—চৎলে ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ নহাসো ; তার—মাগী ; পাছে-পাছে—মনাক নক্লা নক্লা ; গোপাল—শ্রীগোপালদেব ; করিলা গমন—লেঙলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুং নোংমাদ ব্রাহ্মণ-নহানা শ্রীগোপালদেবগী য়াথং নিজরগা ময়ুম পাংনা চৎলে। মাগী মনাক নক্লা নক্লা শ্রীগোপালদেবনা লেঙলম্মী।

মূল ১০২

নূপুরের ধ্বনি শুনি আনন্দিত-মন।
উত্তম অন্ন পাক করি' করায় ভোজন ॥ ১০২ ॥

শব্দার্থ

নূপুরের ধ্বনি নূপুরগী খোন ; শুনি—নাকোঙনা তারগা, আনন্দিত—নুংঙাইবা ওইবম্মী, মন—পূক্নীঙ ; উত্তম—অথোইবা ; অন্ন—চেঙ, পাক করি—থোংলগা ; করায়—তৌহল্লী ; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নূপুরগী খোন তারগা (ব্রাহ্মণ-নহাগী) মপূক্নীঙ নুংঙাইরম্মী। অহ্নবা চেঙনা লূক হৌবগা গোপালদেবদা কথলম্মী।

মূল ১০৩

এইমত চলি বিপ্র নিজদেশে আইলা।
গ্রামের নিকট আসি মনেতে চিন্তিলা ॥ ১০৩ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; চলি—চৎতুনা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ-নহানা ;

নিজদেশে—মরৈবাক্তা ; আইলা—লাকিখি ; গ্রামের নিকট—খুনগী মনাক ; আসি—লাক্লগা ; মনেতে—মপুক্রীডদা ; চিন্তিলা—খল্লম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম চৎলগা ব্রাহ্মণ মহাক্ মরৈবাক্তা য়ৌরকখি। মখুন মনাক য়ৌরগা মপুক্রীডদা খল্লম্মী—

### মূল ১০৪-১০৭

এবে মুঞি গ্রামে আইমু যাইমু ভবন।
লোকেরে কহিমু গিয়া সাক্ষীর আগমন॥ ১০৪॥
সাক্ষাতে না দেখিলে মনে প্রতীতি না হয়।
ইহাঁ যদি রহে তবে নাহি কিছু ভয়॥ ১০৫॥
এত চিন্তি সেই বিপ্র ফিরিয়া চাহিল।
হাসিয়া গোপালদেব তাহাঁই রহিল॥ ১০৬॥
ব্রাহ্মণে কহিল তুমি যাহ নিজ ঘর।
ইহাঞি রহিব আমি না যাব অতঃপর॥ ১০৭॥

### শব্দার্থ

এবে—হৌজিক ; মুঞি—ঐ ; গ্রামে—খুনদা ; আইমু—লাক্লে ; যাইমু—চৎলগে ; ভবন—য়ুমদা ; লোকেরে—মী ময়ামদা ; কহিমু—হায়রগে ; গিয়া—চৎতুনা ; সাক্ষীর আগমন—সাক্ষীনা লাকপা ; সাক্ষাতে—মীৎমঙ্গা ; না দেখিলে—উদ্রবদি ; মনে—পুক্রীডদা ; প্রতীতি—থাজবা ( বিশ্বাস ) ; না হয়—ওইদে ; ইহাঁ—মফমসিদাইদা ; যদি রহে—লৈরবদি ; তবে—অদু ওইরবদি ; নাহি—লৈতে ; কিছু—খজিক্তা ; ভয়—অকিবা ; এত—অসিখক ; চিন্তি—খল্লগা ; সেই বিপ্র—বিপ্র-মহাক্ ; ফিরিয়া—মায় ওল্হোতুনা ; চাহিলা—য়েংলম্মী ; হাসিয়া—নোক্লগা ; গোপালদেব—গোপালদেব ; তাহাঁই—মফমদমক্তদা ; রহিল—লৈখি ; ব্রাহ্মণে—ব্রাহ্মণ-মহাদা ; কহিল—হায়রখি ; তুমি—নঙ ; যাহ—চৎলো ; নিজ—নহাগী ; ঘর—য়ুমদা ; ইহাঞি—মফমসিদা ; রহিব—লৈরগে ; আমি—ঐ ; না যাব—চৎলরোই ; অতঃপর—মতুংগী তুংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক ঐ ইথুন য়োরে ; যুমদা চৎলগে ; চৎলগা সাক্ষী লাক্লে হায়তুনা মীয়ামদা হায়রুগে। ইমীংনা উদ্রবদি পুক্নীংদা থাজবা পোক্কে। মফমসিদা গোপালদেবনা লৈরগদি করিস্থু কিনঙাই লৈত্রে। অদুগা খল্লতুনা ব্রাহ্মণ নহা অতুনা মায় ওন্থাক্লগা য়েংলম্মী ; অতুদা শ্রীগোপালদেবনা লোক্লগা মফমতুদা লৈখ্রে। ব্রাহ্মণ নহাদা হায়রম্মী—নঙ নয়ুমদা চংলো ; ঐদি মফমসিদা লৈরগনী, অসিদগী চংথররোই।

### লৈনদ্রোল

"শ্রীগোপালদেবনা সাক্ষ্য পীবা লেঙলক্লে হায়বসি যুমদা চৎলগা মী পুম্বদা হায়করগে। অতুব্ মথাক লেঙলক্লে হায়বনী নূপুবগী মথোন নত্তনা অতে পমাণ অমতা লৈতে হায়বদি ঐগী ইমীংমক্লা মাবু উদ্রি। ইমীংনদি উদ্রগা কবম্না ময়ামদা লাক্লে হায়বগনী ? ঐহাক মাবু উরগা যুমদা চৎকে ; ঐনা হন্না য়েংবদা মহাক্না চংপা লেপ্লবস্থু কবিমতা কায়দ্রে। ইথুমক্তদা ঐ য়োরে, মফমসিদা মহাক লৈরবস্থু ঐগী মাঙবা কবিমতা লৈত্রে। খুনগী মী ময়াম্থু কৌরগা মফমসিদা পুরক্পা য়াগনী।" অসুম্না ব্রাহ্মণ নহাতুনা থন্খি।

### মূল ১০৮

তবে সেই বিপ্র যাই নগরে কহিল।
শুনিঞা সকল লোক চমৎকার হৈল ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে অতুদগী , সেই বিপ্র ব্রাহ্মণ-নহানা ; যাই— চৎতুনা ; নগরে - নগরগী মীশিংদা ; কহিল হায়রম্মী ; শুনিঞা—না'কোঙনা তারগা ; সকল লোক মী পুম্নমক্না ; চমৎকার—ঙকপা ; হৈল—ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ব্রাহ্মণ নহাতুনা চৎলগা নগরগী মীশিংদা গোপাল লাক্লে হায়না হায়বরে। মাগী ৱা তারগা মী পুম্নমক ঙকখি।

### মূল ১০৯

আইল সকল লোক সাক্ষী দেখিবারে।
গোপাল দেখিয়া লোক দণ্ডবৎ করে ॥ ১০৯ ॥

শব্দার্থ

আইল—লাকখি ; সকল লোক—মী পুম্নমক ; সাক্ষী দেখিবারে—সাক্ষী য়েংন্নবা ; গোপাল—গোপালগী মূর্তি ; দেখিয়া—উরগা ; লোক—মীয়াম্না ; দণ্ডবৎ করে—দণ্ডবৎ তৌহুনা থুরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী পুম্নমক সাক্ষী য়েংননবা লাকখি। মীশিংহুনা গোপালবু উবদা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুমখি।

মূল ১১০

গোপালের সৌন্দর্য্য দেখি লোকে আনন্দিত।

প্রতিমা চলি আইলা শুনি হইলা বিস্মিত ॥ ১১০ ॥

শব্দার্থ

গোপালের—গোপালদেবগী : সৌন্দর্য্য—ফজবা শক ; দেখি—উরগা ; লোকে—মীয়ামহু ; আনন্দিত—নুংঙাইজখি ; প্রতিমা চলি—প্রতিমানা খোঙনা চৎলগা ; আইলা—লাকখি , শুনি—নাকোঙনা তারগা ; হইলা—ওইখি ; বিস্মিত—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপালদেবগী শক-ফজবহু উরগা মীয়ামহু মথর।ই নুংঙাইজরম্মী। প্রতিমা-না মখোঙ থোংনা লাকয়ি হায়বা রাহু তারগা ময়ামদো পূঙ-ঙক ঙকখি।

মূল ১১১

তবে সেই বড়বিপ্র আনন্দিত হঞা।

গোপালের আগে পড়ে দণ্ডবৎ হঞা ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী : সেই বড়বিপ্র—ব্রাহ্মণ-অহন্ অহনা ; আনন্দিত হঞা—নুংঙাইরহুনা ; গোপালের আগে—গোপালগী মাঙদা ; পড়ে—তুই ; দণ্ডবৎ হঞা—দণ্ডবৎ তৌহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ব্রাহ্মণ-নহাদুন্না মথরাই হুংঙাইরদুনা গোপালদেবগী মাঙদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমখি।

মূল ১১২

সকল লোকের আগে গোপাল সাক্ষী দিল।

বড় বিপ্র ছোট বিপ্রে কন্যাদান কৈল॥ ১১২ ॥

শব্দার্থ

সকল লোকের—মী পূম্নমক্কী ; আগে—মাঙদা ; গোপাল—গোপালদেবনা : সাক্ষী দিল—সাক্ষ্য পীখি ; বড় বিপ্র—ব্রাহ্মণ-অহন্না ; ছোট বিপ্রে—ব্রাহ্মণ নহাদা ; কন্যাদান—মচানুপী থাজবা ; কৈল—তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী পূম্নমক্কী মমাঙদা গোপালদেবনা সাক্ষী পীখি। ব্রাহ্মণ-অহন্না ব্রাহ্মা-নহাদা মচানুপী পীখি।

মূল ১১৩

তবে সেই দুই বিপ্রে কহিলা ঈশ্বর।

তুমি দুই জন্মে জন্মে আমার কিঙ্কর॥ ১১৩॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; সেই দুই বিপ্রে—ব্রাহ্মণ অনীদুদা ; কহিলা—হায়বম্মী : ঈশ্বর—গোপালদেবনা , তুমি দুই—নখোয় অনী ; জন্মে জন্মে—মপোক মপোক খুদিঙদা ; আমার কিঙ্কর—ইনাইনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ব্রাহ্মণ অনীদুদা গোপালদেব ঈশ্বরনা হায়খি—"নখোয় অনী মপোক খুদিঙদা ঐগী ইনাইনী।"

মূল ১১৪

দোঁহার সত্যে তুষ্ট হৈলাঙ দোঁহে মাগ বর।

দুই বিপ্র বর মাগে আনন্দ অন্তর॥ ১১৪॥

**শব্দার্থ**

দোঁহার- অনীগী : সত্যে—অ,ম্বা চৎপদা ; তুষ্ট—পেনবা ; হৈলাঙ —ওইরে ; দোঁহে—অনীনা : মাগ—নিউ ; বর—অপাম্বা ; দুই বিপ্র— ব্রাহ্মণ অনীনা ; বর মাগে—বর্য নিখি ; আনন্দ-অন্তর—মন নুংঙাইনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

গোপালদেবনা মথা তারম্মী—নখোয়নীনা সত্য ঙাকপসিদা ঐ পেল্লে। হৌজিক নখোয়নী বর নিউ। ব্রাহ্মণী অনীনা মন নুংঙাইনা বর নিখি।

**মূল ১১৫**

যদি বর দিবে তবে রহ এই স্থানে।

কিঙ্করেরে দয়া তবে সর্ব্বলোকে জানে॥ ১১৫ ॥

**শব্দার্থ**

যদি বর দিবে—বর পীবা হায়রবদি ; তবে—অদু ওইরবদি ; রহ— লৈয় : এই স্থানে - মফমসিদা ; কিঙ্করেরে—মনাইদা ; দয়া—থৌজান্‌বা ; তবে—অদু ওইরবদি ; সর্ব্বলোকে—মী পুম্নমক্না : জানে—খঙঙী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বর পীবিগে হায়রবদি মফমসিদা লৈবিরো। অদু ওইরবদি মনাইবু চান্‌বিবা হায়বদু মী পুম্নমক্না খঙগনী।

**মূল ১১৬**

গোপাল রহিলা দোঁহে করেন সেবন।

দেখিতে আইসে তবে দেশের লোকজন॥ ১১৬॥

**শব্দার্থ**

গোপাল—গোপাল-বিগ্রহ ; রহিলা—লৈখি ; দোঁহে—ব্রাহ্মণ অনীনা ; করেন—তৌয়ি ; সেবন—সেবা ; দেখিতে—য়েংবা ; আইসে— লাকয়ি ; তবে—অদুদগী ; দেশের লোকজন—দেশগী মীপোং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেব বিগ্রহ মফমদুদা লৈরে অদুগা ব্রাহ্মণ অনীদুনা সেবা তৌয়ি। অদুগা দেশগী মীপোং ময়াম শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌবা লাক্নি।

## মূল ১১৭

সে দেশের রাজা আইল আশ্চর্য্য শুনিয়া।
পরম সন্তোষ পাইল গোপাল দেখিয়া॥ ১১৭॥

### শব্দার্থ

সে দেশের—দেশ অদুগী; রাজা—নিংথৌ; আইল—লাকৃখি; আশ্চর্য্য — অঙকপা য়া: শুনিয়া— নাকোঙনা তাদুনা; পরম— অয়োবী; সন্তোষ —পেন্‌বা; পাইল— ফংঙী; গোপাল—গোপালদেববু; দেখিয়া— উরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেশদুগী নিংথৌনা অঙকপা পাওদু তাদুনা লেঙলকৃখি; শ্রীগোপাল-দেব বিগ্রহবু উবদা য়ৌনা পেন্‌খি।

## মূল ১১৮

মন্দির করিয়া রাজা সেবা চালাইল।
সাক্ষিগোপাল বলি নাম খ্যাতি হৈল॥ ১১৮॥

### শব্দার্থ

মন্দির করিয়া—মন্দির শাদুনা; রাজা—নিংথৌনা; সেবা চালাইল —সেবা তৌরম্মী; সাক্ষিগোপাল বলি—সাক্ষিগোপাল হায়না; নাম—মিং; খ্যাতি হৈল— ফাওরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দির শাদুনা নিংথৌনা সেবা চংহল্লম্মী। "সাক্ষিগোপাল" কৌদুনা নাম অদু ফাওরম্মী।

## মূল ১১৯

এইমতে বিদ্যানগরে সাক্ষিগোপাল।
সেবা অঙ্গীকার করি আছে চিরকাল॥ ১১৯॥

**শব্দার্থ**

এই মতে — মতৌ অসুম্না ; বিদ্যানগরে — বিদ্যানগরদা : সাক্ষিগোপাল —সাক্ষিগোপাল : সেবা অঙ্গীকার করি—সেবা লৌদুনা ; আছে— লৈ : চিরকাল— মতম শাংনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মতৌ অসুম্না বিদ্যানগরদা সাক্ষিগোপালদেবনা সেবা লৌদুনা মতম শাংনা লৈরক্লি।

**মূল ১২০**

উৎকলের রাজা পুরুষোত্তমদেব নাম।
সেই দেশ জিনিলেন করিয়া সংগ্রাম ॥ ১২০ ॥

**শব্দার্থ**

উৎকলের— উড়িষ্যাগী ; রাজা— নিংথৌ ; পুরুষোত্তমদেব নাম শ্রীপুরুষোত্তমদেব কৌবা ; সেই দেশ—বিদ্যানগর দেশ অদু ; জিনিলেন — জয় তৌখি ; করিয়া—তৌদুনা ; সংগ্রাম — লান।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীপুরুষোত্তমদেব কৌবা উৎকলগী নিংথৌনা বিদ্যানগর লমদম্বু লান তৌরগা লৌশিল্লম্মী।

**মূল ১২১**

সেই রাজা জিনি নিল তার সিংহাসন।
মাণিক্যসিংহাসন নাম অনেক রতন ॥ ১২১ ॥

**শব্দার্থ**

সেই রাজা—নিংথৌদুনা ; জিনি—জয় তৌদুনা ; নিল—লৌশিল্লম্মী ; তার—মাগী ( বিদ্যানগর দেশগী নিংথৌগী ) ; সিংহাসন—ফাণ্ডবল ; মাণিকাসিংহাসন—মাণিক্যসিংহাসন ; নাম— কৌবা ; অনেক রতন—রত্ন য়াম্না ( য়াওপ্রবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উৎকল -নিংথৌ অদুনা বিদ্যানগর-নিংথৌগী মাণিক্য-সিংহাসন কৌবা রত্ন য়াম্না য়াওবা সিংহাসন অদু জয় তৌরগা লৌখিরম্মী।

মূল ১২২

পুরুষোত্তমদেব সেই বড় ভক্ত আর্য্য।

গোপাল-চরণে মাগে চল মোর রাজ্য॥ ১২২॥

শব্দার্থ

পুরুষোত্তমদেব উৎকল নিংথৌ পুরুষোত্তমদেব, সেই—মহাক্কো, বড়—অচৌবা; ভক্ত আর্য্য- ভক্তনী অদুগা আর্য্যনী (পুকচেল-শিংবনী), গোপাল-চরণে—শ্রীগোপালগী; চরণে—খোঙদা; মাগে—নিজে; চল—চৎসি; মোর রাজ্য—এগী রাজ্যদা ( উৎকলরাজ্যদা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপুরুষোত্তমদেবদু অচৌবা পুকচেল শিংবা ভক্তনী। মহাক্না শ্রীগোপাল দেবগী খুযাখ দা নিজরম্মী—“চৎলসি এগী রাজ্যদা।”

মূল ১২৩-১২৪

তাঁর ভক্তিবশে গোপাল তারে আজ্ঞা দিল।

গোপাল লইয়া সেই কটক আইল॥ ১২৩॥

জগন্নাথে আনি দিল মাণিক্য সিংহাসন।

কটকে গোপাল সেবা করিল স্থাপন॥ ১২৪॥

শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীপুরুষোত্তমদেবগী ), ভক্তিবশে ভক্তিন মবম ওইদুনা, গোপাল শ্রীগোপালদেবনা, তারে-মঙোন্দা; আজ্ঞা—য়াথং; দিল-পীবিখি; গোপাল লইয়া—শ্রীগোপালদেববু পুবদুনা, সেই—মহাক, কটক—কটক-তা; আইল—লাকখি; জগন্নাথে—শ্রীজগন্নাথদেবদা; আনি—পুবদুনা; দিল—কৎলম্মী; মাণিক্য-সিংহাসন—মাণিক্যসিংহাসন; কটকে—কটক তা; গোপাল-সেবা গোপালদেবগী সেবা; করিল স্থাপন—লিংলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপুরুষোত্তমদেব রাজাগী ভক্তিনা মরম ওইদুনা শ্রীগোপালদেবনা ( কটক চৎকে ) হায়না য়াথং তাওথবিখি। অদুনা শ্রীগোপালদেববু পুরগা নিংথৌনা কটক লাকখি অদুগা শ্রীজগন্নাথদেবদা মাণিকাসিংহাসন অদু কৎখি। কটক তা শ্রীগোপালদেবগী সেবা চৎথখি।

**মূল ১২৫**

তাঁহার মহিষী আইলা গোপাল-দর্শনে।
ভক্ত্যে বহু অলঙ্কার কৈল সমর্পণে॥ ১২৫॥

**শব্দার্থ**

তাঁহার—মহাক্কী ( পুরুষোত্তমদেব নিংথৌগী ) ; মহীষী—লৈমা ; আইলা—লাকখি ; গোপাল দর্শনে—শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌননবা ; ভক্ত্যে—ভক্তিগা লোয়নদা ; বহু অলঙ্কার—লীক কোন য়াম্না ; কৈল—তৌখি ; সমর্পণে—কৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপুরুষোত্তমদেব নিংথৌগী লৈমনা শ্রীগোপালদেব দর্শন তৌবা লাকখি ; মহাক্না ভক্তিগা লোয়ননা লীক কোন্ লৈতেং য়াম্না কৎখি।

**মূল ১২৬-১২৭**

তাঁহার নাসাতে বহু-মূল্য মুক্তা হয়।
তাহা দিতে ইচ্ছা হৈল মনেতে চিন্তয়॥ ১২৬॥
ঠাকুরের নাসাতে যদি ছিদ্র থাকিত।
তবে এই দাসী মুক্তা নাসাতে পরাইত॥ ১২৭॥

**শব্দার্থ**

তাঁহার—মহাক্কী ( মহিষীগী ) ; নাসাতে—নাতোন্দা ; বহুমূল্য—মমল-য়াম্বা ; মুক্তা হয়—মুক্তা শি ; তাহা—মদু ; দিতে—পীগে হায়না ; ইচ্ছা হৈল—নীঙলম্মী ; মনেতে—মপুক্কীগুদা ; চিন্তয়—খল্লী ; ঠাকুরের —প্রভুগী ; নাসাতে—নাতোন্দা ; যদি—বদি ; ছিদ্র—অহোবা ; থাকিত —লৈরম্বা ; তবে—অদু ওইরবদি ; এই দাসী—মনাইনুবী অসীনা ; মুক্তা —মুক্তা ; নাসাতে—( ঠাকুবগী ) নাতোন্দা ; পরাইত—শিহনগদবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহিষীগী নাতোন্দা মরুল য়াম্বা মুক্তা অমা শিরম্মী। মহু শীনীণ্ডলম্মী, অদুনা মহাক্কা খল্লম্মী—"ঠাকুরগী নাতোন্দা অহোবা লৈরম্লবদি মনাই মুবী এনীনা মনাতোন্দা মুক্তা শিহনগদৌবা।"

## মূল ১২৮

এত চিন্তি নমস্করি গেলা স্বভবনে।

রাত্রিশেষে গোপাল তাঁরে কহেন স্বপনে॥ ১২৮॥

### শব্দার্থ

এত—অসিমক : চিন্তি—খল্লগা ; নমস্করি—খুরুম্লগা ; গেলা—চৎখী ; স্বভবনে—ময়ুমদা ; রাত্রিশেষে—অহিং লোইরকপা মতমদা ; গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ( মহিষীদা ) ; কহেন—হায়রম্মী ; স্বপনে—মঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম্না খন্দুনা লাইদা খুরুম্লগা রাজমহিষীদো শঙায়দা হন্খি। অহিং লোইরকপা মতামদা গোপালদেবনা মমঙদা লেঙলকুনা হায়খি—।

## মূল ১২৯-১৩০

বালক-কালে মাতা মোর নাসা ছিদ্র করি।

মুক্তা পরাইয়াছিল বহুযত্ন করি॥ ১২৯॥

সেই ছিদ্র অদ্যাপি মোর আছয়ে নাসাতে।

সেই মুক্তা পরাহ যাহা চাহিয়াছ দিতে॥ ১৩০॥

### শব্দার্থ

বালক কালে—মুপামচা ওইরিঙৈদা ; মাতা মোর—এগী হমানা ; নাসা—নাতোন ; ছিদ্র করি—হুৎতুনা ; মুক্তা পরাইয়াছিল—মুক্তা শিহল্লম্মী ; বহুযত্ন—যত্নন য়াম্না ; করিয়া—তৌদুনা ; সেই ছিদ্র—মথুল অদো ; অদ্যাপি—ঙসি ফাওবা ; মোর—এগী ; আছয়ে—লৈ ; নাসাতে—নাতোন্দা ; সেইমুক্ত—মুক্তাদু ; পরাহ—শিবিয়ু ; যাহা—মহু ; চাহিয়াছ—পাম্বদো . দিতে—পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীগোপালদেবনা হায়বম্মী )—"ঐনা মুপামচা ওইরিঙৈ মতমদা ইমানা নাতোন্দা হুংতুনা মুক্তা যাম্না চেকশন্না শিহল্লম্মী। মখুল অদো ওসি কাওবা ঐগী নাতোন্দা মৈরি। অন্তদা মংমা পীনীঙবা মুক্তাদো শিহল্লো।

মূল ১৩১

স্বপ্ন দেখি সেই রাণী রাজারে কহিল।

রাজাসঙ্গে মুক্তা লঞা মন্দিরে আইল ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

স্বপ্ন—মঙ; দেখি—উরগা, সেই রাণী—রাণীহুনা, রাজারে—নিংথৌদা, কহিল—তমখি, রাজাসঙ্গে—নিংথৌগা লোযননা, মুক্তা লঞা—মুক্তা পুহুনা, মন্দিরে—মন্দিরদা; আইল—লাক্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ উরগা রাণীহুনা নিংথৌদা পাওতমখি। অহুদগী নিংথৌগা লোযননা মুক্তা পুহুনা মন্দিরদা রাণী লাক্খি।

মূল ১৩২

পরাইল মুক্তা নাসায় ছিদ্র দেখিয়া।

মহামহোৎসব কৈল আনন্দিত হৈয়া ॥ ১৩২ ॥

শব্দার্থ

পরাইল—শিজন্বিবে; মুক্তা—মুক্তা; নাসায়—নাতোন্দা, ছিদ্র—অহোবা, দেখিয়া—উরহুনা; মহামহোৎসব—উৎসব অচৌবা, কৈল—তৌবম্মী, আনন্দিত—নুংঙাইবা; হৈয়া—ওইহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালগী নাতোন্দা অহোবা অমা উবহুনা মুক্তা শিবিবম্মী। নুংঙাইরহুনা মহোৎসব অচৌবা অমা তৌখি।

মূল ১৩৩

সেই-হৈতে গোপালের কটকেতে স্থিতি।

এই লাগি সাক্ষিগোপাল নাম হৈল খ্যাতি ॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই হৈতে—মতুদগী ; গোপালের—শ্রীগোপালগী ; কটকেতে—কটকতা ; স্থিতি—লৈবা ; এই লাগি—মসিগীদমক ; সাক্ষিগোপালে নাম—সাক্ষিগোপাল হায়বা মিং ; হৈল—ওইখি ; খ্যাতি—কাওবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদগী অতুম গোপালদেবনা কটকনগরদা লৈখিবনী। মসিগীদমক সাক্ষিগোপাল হায়বা মিংসি চংপা হৌখি।

### মৈনরোল

এই লাগি—অসিগীদমক। শ্রীবৃন্দাবন-দগী বিদ্যানগরদা লেংলকপনা সাক্ষী ওইখি হায়বগীদমক।

### মূল ১৩৪

নিত্যানন্দ গোসাঞির মুখে গোপাল-চরিত।

শুনি তুষ্ট হৈলা প্রভু স্বভক্ত-সহিত ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দগোসাঞির—শ্রীমন্-নিত্যানন্দ প্রভুগী ; মুখে—চীন্দা ; গোপাল-চরিত—শ্রীগোপালদেবগী লীলা ; শুনি—তারগা ; তুষ্ট—পেন্‌বা ; হৈলা—ওইখি ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; স্বভক্ত-সহিত—মন্নাইভক্তশিংগা লোয়নননা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ নিত্যানন্দ প্রভুগী চীন্দা শ্রীগোপালদেবগী লীলা নাকোংঙনা তারগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মন্নাইভক্তশিংগা লোয়নননা পেন্‌বিখি।

### মূল ১৩৫

গোপালের আগে যবে প্রভুর হয় স্থিতি।

ভক্তগণ দেখে যেন দোঁহে একমূর্তি ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

গোপালের—শ্রীগোপালগী ; আগে—মাঙদা ; যবে—মতমদা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; হয়—ওই ; স্থিতি—লৈবা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; দেখে—উই ; যেন—গুম্বা ; দোঁহে—অনীদো ; একমূর্ত্তি—শক অমত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবকী মাঙদা মহাপ্রভুনা লৈরবা মতমদা ভক্তশিংনা অনীমকবু শক অমতা ওইনা উখি।

মূল ১৩৬-১৩৭

দোঁহে একবর্ণ দোঁহে প্রকাণ্ড শরীর।
দোঁহে রক্তাম্বর দোঁহার স্বভাব গম্ভীর॥ ১৩৬॥
মহাতেজোময় দোঁহে কমলনয়ন।
দোঁহার ভাবাবেশ মন চন্দ্রবদন॥ ১৩৭॥

শব্দার্থ

*দোঁহে*—অনীমক; একবর্ণ—কুচু-অমতনী; দোঁহে—অনীমক; প্রকাণ্ড—চাউ শাংবা; শরীর—হকচাঙনী; দোঁহে—অনীমক; রক্তাম্বর—ফিঙাং-শেংপনী, দোঁহার—অনীমকী; স্বভাব—মতৌ; গম্ভীর—চীঙলেম্মী. মহাতেজোময—মঙাল-য়াম্না-লৈবনী; দোঁহে—অনীমক, কমলনয়ন—থম্বাল-মীত্তা-তাবনী; দোঁহার—অনীমকী; ভাবাবেশ-মন—ভাবাবেশ তা লৈবা পুক্নীংনী; চন্দ্রবদন—থাজমানবা-মায়থোঙনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীমক কুচু অমতনী, অনীমকী হকচাঙহ চাউ-শাংঙী। অনীমক ফিঙাং শেংপনী; অনীমকী চীঙলেম্বা স্বভাব নী। অনীমক তেজ-লৈবনী অদুগা থম্বাল মীত্তা-তাবনী। অনীমকী মন অসু ভাবাবেশদা লৈগনী, অদুগা অনীমক মায়থোঙদু থাজ-মানবনী নি॥

মৈনরোল

থাইনা থঙনবসি, শ্রীচৈতন্যকী কুচুমান পুনী অদুগা শ্রীগোপালগীনা অমুবা কুচুনী। অদু ওইববসু হৌজিক্তি অনীমকী কুচু অমতা ওইবে। মহাপ্রভুগী ফিনা অঙাঙবা মচুগীনী অদুগা গোপালগী ফিনা নাপু মচুগীনী, অদুবু হৌজিক্তি অনীমকী থাঙচেং-নমথাঙদু অঙাঙবা মচুগী ওইরে হাযবদি মহাপ্রভুগী ফিগী মচু ওইখরে; মসিনা তাকুপদি গোপালদো মহাপ্রভুগী ফিগুম্না মহাপ্রভুগী বর্ণদু লৌখিবা তাই। শ্রীরাধাগী কুচু নাপুগী

টীকা

মতাংমা শ্রীকৃষ্ণগী শ্যামবর্ণবু নাপু ওইহনবনা শ্যামবু গৌর ওইহনবনী ; হৌজিক-অমুক গৌরগী দেহদা লৈনা শ্রীগোপাল বিগ্রহগী অমুবা মচুবু নাপু ওইহল্লে। প্রভুগী লীলাশিংনা গৌরগা কৃষ্ণগা অমত্তনী হায়বত্থু তাক্লে, অদুগা লোয়নননসু শ্রীরাধাগী কান্তিগী থাইগা মান্নবা মতৌদু উৎলে ; কান্তিসিদি করম তৌবগে হায়বদু কান্তিদুগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্যাম ওইবা মচুদো লোৎননবা হোৎনব্রি।

অদুবু সাক্ষীগোপালগা গৌরগা একবর্ণ ওইনা ময়াম্না উখি হায়বসি কবিকর্ণপুরনদি হায়রমদে। মহাক্কী মতম্দদি মতমতুদসু অনীমক্কী হাম্নগী কুচু তোঙান্‌-তোঙানবদু অদুম উরম্মী হায়বদি গৌরনা গৌরবর্ণ ওইনা অদুগা সাক্ষীগোপাল-না শ্যাম-বর্ণ ওইনা। "উভৌ গৌরশ্যামদ্যুতি-কৃত-বিভেদৌ ন তু মহাপ্রভাবাদ্যৈর্ভিন্নৌ সপদি দদৃশাতে জনচয়ৈঃ॥ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যচরিতামৃতম্‌ /১১/৭৯॥" শ্রীচৈতন্যভাগবতদদি মসিগী মতাংদা করিগুম্বা অমতা পল্লমদে।

মূল ১৩৮

দোঁহা দেখি নিত্যানন্দ প্রভু মহারঙ্গে।
ঠারাঠারি করি হাসে ভক্তগণ সঙ্গে॥ ১৩৮॥

শব্দার্থ

দোঁহা—অনীবু ; দেখি—উরগা ; নিত্যানন্দ প্রভু—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা ; মহারঙ্গে—য়াম্না নুংঙাইরদুনা ; ঠারাঠারি—মীৎয়েং মতামা তৌদুনা তৌবা ইঙ্গিত ; করি—তৌদুনা ; হাসে—নোকৃয়ি ; ভক্তগণসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীবু (গৌর অমসুং শ্রীগোপালবিগ্রহবু) উরগা শ্রীমন্‌-নিত্যানন্দ প্রভুনা য়াম্না নুংঙাইরদুনা মীৎয়েংনা ইঙ্গিত তৌরগা ভক্তশিংগা লোয়নননা নোকৃমিন্নরম্মী।

মূল ১৩৯

এইমত নানারঙ্গে সে রাত্রি বঞ্চিয়া
প্রভাতে চলিলা মঙ্গল-আরতি দেখিয়া॥ ১৩৯॥

### শব্দার্থ

এইমত মতৌ অসুম্না; নানারঙ্গে—মথেল মথেল মুংঙাইবগা লোয়ননা; সে রাত্রি অহিং অতুমা; বঞ্চিয়া—লেম্লগা; প্রভাতে—অয়ুক্তা; চলিলা—চংশম্মী; মঙ্গল আরতি—মঙ্গলারতি; দেখিয়া—য়েংলগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মথেল মথেল মুংঙাইনা অহিংথু লেম্লগা অয়ুক উস্তাদা মঙ্গল-আরতি দর্শন তৌরগা লেঙখি।

### মূল ১৪০

ভুবনেশ্বরপথে যৈছে করিল গমন।

বিস্তারি বর্ণিয়াছেন দাস বৃন্দাবন॥ ১৪০॥

### শব্দার্থ

ভুবনেশ্বর পথে—ভুবনেশ্বর মায়কৈদা চৎলনবা লম্বীদা; যৈছে—মওংথুদা করিল গমন—চৎলম্মী; বিস্তারি—শন্দোক্লা; বর্ণিয়াছেন—হায়রি; দাস বৃন্দাবন—শ্রীলবৃন্দাবন দাস-না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভুবনেশ্বর লম্বীদা লেঙখিবা খোঙলেঙ অতুগী বা শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা শন্দোক্লা ইরম্লে।

### মূল ১৪১

কমলপুরে আসি ভার্গীনদী-স্নান কৈল।

নিত্যানন্দ হাথে প্রভু দণ্ড ধরিল॥ ১৪১॥

### শব্দার্থ

কমলপুরে—কমলপুর খুল (পুরী জিলাগী মমুংচনবা গ্রাম অমনী, মফস্সিলগী শ্রীজগন্নাথমন্দিরগী ফিরাণ উবা ফংঙী); আসি—লাকুনা; ভার্গীনদীস্নান—ভার্গীনদীদা স্নান; কৈল—তৌখি; নিত্যানন্দ-হাথে—শ্রীনিত্যানন্দগী খুত্তা; প্রভু-দণ্ড—মহাপ্রভুগী চৈশু; ধরিল—পায়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কমলপুর গ্রাম য়োৎরক্লগা ভার্গীনদীদা, স্নান তৌরে। শ্রীনিত্যানন্দগী খুত্তা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী চৈশুদু পায়রম্মী।

**মূল ১৪২-১৪৩**

কপোতেশ্বর দেখিতে গেলা ভক্তগণ সঙ্গে।
এথা নিত্যানন্দপ্রভু কৈল দণ্ডভঙ্গে ॥ ১৪২ ॥
তিনখণ্ড করি দণ্ড দিল ভাসাইয়া।
ভক্তসঙ্গে আইলা প্রভু মহেশ দেখিয়া ॥ ১৪৩ ॥

**শব্দার্থ**

**কপোতেশ্বর**—কপোতেশ্বর কৌবা শিব-লিঙ্গমী অমু; দেখাতে—য়েংবা; গেলা—চৎখি; ভক্তগণ-সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নননা. এথা—মফমসিদা; নিত্যানন্দপ্রভু—শ্রীনিত্যানন্দনা; কৈল—তৌখি দণ্ডভঙ্গে—চৈশু থুদেক্পা', তিন—অহুম; খণ্ড—মতেক; করি—থোক্হন্না; দণ্ড—চৈশু: দিল ভাসাইয়া—তাউহল্লম্মী; ভক্তসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নননা; আইলা—লাক্খি: প্রভু—মহাপ্রভুনা, মহেশ—কপোতেশ্বর মহাদেববু: দেখিয়া—য়েংলগা, খুরুম্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নননা কপোতেশ্বর য়েংব লেঙলম্মী। মফম অসিদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মহাপ্রভুগী চৈশু থুদেকখি। চৈশু মতেক অহুম থোক্না থুদেক্লগা ঈশিংদা তাউহনখি' শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নননা মহেশ হায়বদি কপোতেশ্বর মহাদেব দর্শন তৌরগা লেঙলকখি।

**নৈনবোল**

**কপোতেশ্বর**- মফমসিদা কপোতেশ্বর কৌবা অনাদি-শিবলিঙ্গ লৈ; মরমহুন্না মফম অসিবু কপোতেশ্বর কৌবনী। বৃন্দাবন দাসনা হায়—প্রভুনা রেমুণাদা খুঙলক্লিবৈঙেগী-মতাংদা সুবর্ণরেখা তুরেলগী তোর্বান্দা দণ্ড থুদেক্পনী।

**কৈল দণ্ডভঙ্গে**—নিত্যানন্দপ্রভুনা মহাপ্রভুগী দণ্ড মতেক অহুম

থোক্লা থুদেক্লুনা হৈশীঙদা তাউহনখি। দণ্ড থুদেকপগী মতাঙদা শ্রীচৈতন্য-ভাগবত-দা অস্মুম্না হৈরি—"দণ্ড হাতে করি হাসে নিত্যানন্দ রায়। দণ্ডের সহিত কথা কহেন লীলায়। ওহে দণ্ড আমি যারে বহিয়ে হৃদয়ে। সে তোমারে বহিবেক এ ত যুক্তি নহে॥—এত বলি বলরাম পরম প্রচণ্ডে ফেলিলেন দণ্ড ভাঙ্গি করি তিন খণ্ড॥ চৈশু থুংতা প্রায়রগা নিত্যানন্দ প্রভুনা নোকয়ি। চৈশুগী লোয়ননা ইলায়-লায়না রারী শায়; ওহে চৈশু! ঐগী থম্মোইদা পূজরিবা মহাক্কী নওবু পুতুনা চংপা নাতে চাদে। অসি হায়তুনা বলরাম-না হায়বদি নিত্যানন্দনা চৈশুবু মতৈক অহুম থোক্লা শাফু কন্না লংশেক্লম্মী। অন্ত্য /২/'.

দণ্ড থুদেকপগী মরম অমস্তু লৈবা য়াই। সন্ন্যাসীশিংনা চৈশু পুরিবা করিগীনো? শ্রীমদ্ভাগবতকী-হায়, (১১/১৮/১৭)—"মৌনানীহানিলায়ামা দণ্ডা বাগ্দেহচেতসাম্। নহ্যেতে যস্য সন্ত্যঙ্গ বেণুভির্ন ভবেদ্ যতিঃ। ঋা ৮াঙদনদি (মৌন) রাহৈবী দণ্ডনী (বাঃ থিনী), অনাস্বা থবক থাদোকপা দেহেগী দণ্ডনী অমুগা প্রাণায়াম চিত্তগী (পুরীওগী) দণ্ডনী। হায়রিবা দণ্ড মখল অহুম লৈতবা মীনা রাখী চৈশু পায়রগা চেকনা সন্ন্যাসী ওইবা য়াবা নত্তে।" মসিনা অবা হায়ববু বাক্য, দেহ অমসুং মন-বু থুতুম চক্কবা মীহুনা ত্রিদণ্ডী-নী, মহাতুনা সন্ন্যাসীনী। মমাঙৈওদা মৌন, কাম্যকর্ম ত্যাগ (অপ স্বা থবক থাদোকপা) অমসুং প্রাণায়াম, দণ্ড অহুমসিগী প্রতিনিধি (মহুৎশিনবা) নত্রগা স্মারক (নীঙশীঙহনবা) ওইনা বংশদণ্ড (রাগী চৈশু) অহুমখক পায়নৈ; মরমসিনা মথোয়বু ত্রিদণ্ডী (চৈশু অহুম-পায়বা) কৌরম্মী। বংশদণ্ড অহুমসিনা মৌন (রা ভাঙদবা)-নচিংবা দণ্ড অহুমবু নীঙশীঙহল্লী; নীঙশীঙহনবসিদনী বংশদণ্ডগী কান্নবা হায়ববু। শঙ্করাচার্য্যগী মতমদগী অহুমগী মহুত্তা অমথকতা শীজন্নখি; মহাপ্রভুগীসু দণ্ড অমথক্তমক ওইখিবগুম তৌবামাল্লী।

বাকদি রজোগুণগী থবক্নী, দেহনা তমোগুণগী থবক্নী অমুগা চিত্তনা সত্ত্বগুণগী থবক্নী; মরমহুনা গুণ অহুম-গী ওইবা মায়াগী মথা পোনবা মীশিংনা আসক্তি চেকচনবা কোক্কনবগীদমক মৌন, কাম্যকর্ম ত্যাগ অমসুং প্রাণায়াম কৌবা দণ্ড অহুমসি পায়দবা য়াদে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি স্বয়ং ভগবান্নী, মায়াগী রাজত্বদা লৈবনী; মহাক্কী বাক্য, দেহ অমসুং চিত্তদি সচ্চিদানন্দময়নী, মায়াগী থবক নত্তে; মরমহুনা মহাক্কী দণ্ড অমুক করিগী

চঙগদগে ? মদী উৎকে হায়দুনা নিত্যানন্দ প্রভুনা দণ্ডবু থুদেক্লগা তুরেন্দা তাউথহনখিবনী। উদ্দেশ্যদি—মায়াগী মথা পোল্লিন্নৈদা দণ্ড চঙবনী; মরমদুনা মসিবু মায়াগী ঈচেন্দা তাউখিসনু। মতেক অহম থোক্লা থুদেকপগী উদ্দেশ্যনা অসিনী মতুদি— মম ঙৈদো দণ্ড অহম পায়রম্মী; অহম তিন্দুনা শঙ্করাচার্য্যগী মতমদগী অমতমক ওইখরে, হৌজিক অমূক নিত্যানন্দনা অমহুবু থুদেক্লগা অহম অমুক থোক্হল্লে: দণ্ড অহমসি বাক্য, দেহ অমসুং চিত্ত হায়বা মাৱিক ওইবা পোৎসমঃ অহমসিবু খুদুম চন্নবগী খুদম্নী; মরমদুনা শ্রীনিত্যানন্দনা মায়াগী ঈচেন্দা তাউথহল্লম্মী, মায়াদা মায়া তিল্হল্খিবনী;

নত্রগা— দণ্ড হায়বসি শাসন ( রারাক রাতেম্বগী ) প্রতীক ( খুদম ) অমনী; দণ্ডনা হায়বদি খুৎলাইনা শাসন তৌনিবা মীগীদমক দণ্ড চঙঙী। অদুবু প্রেমসিন্ধু-অবতারসিদা মহাপ্রভুনা অদুগা মাগী পার্ষদশিং কনামতনা খুৎলাই পায়খিদে, অদুগা খুৎলাই শীজিন্নদুনা কনামতবু শাসন তৌখিদ্রে মতম অদু ফাওবদা অদুগা মতুঙদসু তৌরোই। "রাম-আদি অবতারে ক্রোধে নানা অস্ত্র ধরে, অসুরেরে করিল সংহার। এবে অস্ত্র না ধরিল, প্রাণে কারে না মারিল, চিত্তশুদ্ধি করিল সভার॥— রাম নচিংবা অবতারদা শাউরগা খুৎলাই মথন মথন পায়দুনা হিংচাবশিংবু হাৎলী। হৌজিক্তি ( মহাপ্রভু ওইনদি ) খুৎলাই পায়দে, কনামতবু হাৎতে, মী পুম্নমক্কী পুক্চেল্ শেংদোক্পীরম্মী।" হন্দক্তি পরমদয়াল অবতার ওইনা অবতার তৌরকপা মহাপ্রভুনী: অদুনা প্রভুনা অসুরশিংগী মথরাই লোৎগী মহূত্তা নাম-প্রেম পীদুনা, শ্রীঅঙ্গগী দর্শন তৌহন্দুনা— মখোয়গী চিত্তদা লৈরম্বা অসুর-ভাব অদু মাঙহন্দুনা মখোয়বু ধন্য ওইহনবিখি। দণ্ড চঙদবা পুঙয়া য়ারবদা থবক লৈতনা দণ্ড থম্ন বনা করি কান্নগনী। প্রভুনা সন্ন্যাস লৌবদি মাবু থীনা ঙাঙলম্বা পড়োরানশিংগী চিত্তদা লৈরম্বা অসুর ভাব অদু মাঙহন্নবগীদমক্নী; মখোয়দুগী অসুর-ভাব অদুসু দণ্ড শীজিন্নরগা মাঙহনগে হায়বগী সঙ্কল্প লৈরম্বসু নত্ত, অদুগুম্বা সঙ্কল্প অমা লৈরম্নবদি মানা সন্ন্যাস লৌদ্রবসু য়ারম্মী; মখোয়দুগী অসুর ভাবতুসু ক্ষমানা ( ঙাকপীদুনা ) মাঙহল্লম্গনী (১/১৭/২৫)। প্রভুনা লৌবশিংসু ভজন-সাধনগীদমক— চুচিত্তসংযমগীদমক— নত্তে (২৩৭১)। মতুগীদমক ওইরবদি দণ্ড পায়বা চুম্মী। সন্ন্যাসদি মহাক্কী উপলক্ষ্য ওইরক্নী, মাগী উদ্দেশ্যদি কৃপা হৈথরগা

মায় নিন্দা তৌবা মীশিংগী চিত্ত-শোধন তৌরবনী। কৃপা য়েনুবনা উদ্দেশ্য ওইরবদি কিংরবা দণ্ডগী কবি কান্নবগে? মরমদুনা গৌরকৃপাগী মূর্তি ওইরিবা নিত্যানন্দনা প্রভুগী দণ্ড থুংদেক্পনী। কৃপা য়েঙ্গোকপদদি, প্রভুগী শ্রীঅঙ্গ, প্রভুগা শ্রীমুখ অদুগা প্রভুগী সনাহিংবা মচুগী পাম্বোম অনীদুনা অদুম ওইরম্মী।

মফমগা— শ্রীচৈতন্যভাগবত গ্রন্থগী উক্তিদগী খঙবা ঙম্মী মতুদি— শ্রীনিতাইচাঁদগী থৱাই-কোটিগা মান্ননা নুংশিজবা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা বংলদণ্ড পুন্দুনা কোয়চং চংশন্দু শ্রীনিতাইনা থাগবা তমজবমসে, মরমদুনা শ্রীনিতাইনা থুদেক্পনী। মসিনা তাক্পদি শ্রীনিতাইচাঁদনা শ্রীমন্মহাপ্রভুব য়োনা প্রেম তৌরি হায়বনী।

মূল ১৪৪

জগন্নাথের দেউল দেখি আবিষ্ট হইলা।

দণ্ডবৎ করি প্রেমে নাচিতে লাগিলা॥ ১৪৪ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথগী, দেউল মন্দিব, দেখি উবগা, আবিষ্ট —ভাবাবেশদা চংবা, হইলা- ওইখি, দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌবগা, প্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবনা, নাচিতে জগোইশাবা, লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পুরীদা লৈবা) শ্রীজগন্নাথগী মন্দিব উবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখি। প্রভুনা দণ্ডবৎ তৌরগা কৃষ্ণপ্রেমনা জগোই শাবা হৌখি।

মূল ১৪৫

ভক্তগণ আবিষ্ট হৈয়া সভে নাচে গায়।

প্রেমাবেশে প্রভুসঙ্গে রাজমার্গে যায়॥ ১৪৫ ॥

শব্দার্থ

ভক্তগণ— ভক্তশিংনা; আবিষ্ট হৈয়া—প্রেমাবেশদা চংদুনা; সভে —লোইনমক, নাচে জগোই শাই, গায়—ঈশৈ শক্যি; প্রেমাবেশে —কৃষ্ণবু নুংশিবদা লূপ্লবা, প্রভু-সঙ্গে —প্রভুগা লোয়নন্না; রাজমার্গে— লোড়োকলমজাওদা, যায়—চৎলী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংসু প্রেমাবেশদা চঙখিহুনা লোইননমক জগোই শারম্মী অদুগা ঈশৈ শক্লম্মী। প্রেমাবেশদা প্রভুগা লোয়ননা মখোয় লোইনমক রাজপুথদা (সোড়োক অচৌবদা) চৎলম্মী।

মূল ১৪৬

হাসে কাঁদে নাচে প্রভু হুঙ্কার গর্জ্জন।
তিনক্রোশ পথ হৈল সহস্র-যোজন॥ ১৪৬॥

শব্দার্থ

হাসে—নোক্কয়ি ; কাঁদে—কপ্পী ; নাচে—জগোই শাই ; প্রভু—প্রভুনা ; হুঙ্কারগর্জ্জন—হুঙ্কার তৌদুনা ঙঙবা (তৌয়ি) ; তিনক্রোশ—ক্রোশ অহুমগী হায়বদি মাইল তরুকতমক শাংবা ; পথ—লম্বী ; হৈল—ওইখি ; সহস্র—লীশীঙ ; যোজন—ক্রোশ মরি হায়বদি মাইল নিপাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা প্রেমাবিষ্ট ওইদুনা নোকয়ি, কপ্পী, জগোই শাই অদুগা হুঙ্কার তৌদুনা ঙঙ্ঙী। অহুম তৌবনা ক্রোশ-অহুম-শাংবা লম্বীদু যোজন-লীশীঙ-শাংবা ওইথোক্খি হায়বদি চৎপদা মতম চঙখি।

মূল ১৪৭

চলিতে চলিতে প্রভু আইলা আঠারনালা॥
তাঁহা আসি প্রভু কিছু বাহ্য প্রকাশিলা॥ ১৪৭॥

শব্দার্থ

চলিতে চলিতে—চৎলগা চৎলগা ; প্রভু আইলা—প্রভু য়ৌরক্খি ; আঠারনালা—আঠারনালা কৌবা থোং ; তাঁহা—মফমদুদা ; আসি—লাক্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; কিছু—খরদং ; বাহ্য প্রকাশিলা—মপান্থোংবু খঙলবা হৃষ্টরক্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৎল-চৎলগা প্রভুনা আঠারনালা থোং য়ৌরক্খি। মফমদুদা য়ৌরক্লগা প্রভুগী মাঙলুরা জ্ঞান অদু হৃষ্টরক্খি।

## নৈনরোল

আঠারনালা— পুরীগী মনাক্তা তুরেল মথক্তা থোং অমা লৈ। থোংসিগী নালা ১৮ থক লৈ ; মরমসিনা মহুবু আঠারনালা কৌরিবনী। থোংসি লাম্নগা পুরীরোমদা পাংগদোবনী।

## মূল ১৪৮

নিত্যানন্দে প্রভু কহে—দেহ মোর দণ্ড।
নিত্যানন্দে কহে— দণ্ড হৈল তিন খণ্ড ॥ ১৪৮ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দে—শ্রীনিত্যানন্দ ; প্রভু কহে— প্রভুনা হায় ; দেহ— পীবো ; মোর দণ্ড— ঐগী চৈশু ; নিত্যানন্দ কহে— শ্রীনিত্যানন্দনা হায় ; দণ্ড হৈল —চৈদো ওইখ্রে ; তিনখণ্ড— মতেক অহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দদা হায়রম্মী—ঐগী চৈশু পীরো। শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—দণ্ডদি মতেক অহুম থোক্খ্রে।

## মূল ১৪৯-১৫১

প্রেমাবেশে পড়িলে তুমি, তোমারে ধরিলুঁ।
তোমাসহ সেই দণ্ড উপরে পড়িলুঁ ॥ ২৪৯ ॥
দুইজনার ভরে দণ্ড খণ্ড খণ্ড হৈল।
সেই খণ্ড কাহাঁ পড়িল কিছু না জানিল ॥ ১৫০ ॥
মোর অপরাধে তোমার দণ্ড হৈল খণ্ড।
যেই যুক্ত হয় মোর কর তার দণ্ড ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমাবেশে পাড়লে—প্রেমাবেশদা য়াম্থহনা তুরক্লে ; তুমি—নহাকনা ; তোমারে—নহাকপু ; ধরিলুঁ— ফারক্লে ; তোমাসহ— নঙগা লোয়নননা ; সেই দণ্ড উপরে— দণ্ডথুগী মথক্তা ; পড়িলুঁ— নন্দুনা তুরক্লে ; দুই জনার —মী অনীগী ; ভরে— মরূম অহুনা ; দণ্ড—চৈশু ; খণ্ড খণ্ড—মতেক মতেক ; হৈল - ওইখ্রে ; সেই খণ্ড—মতেকতো ; কাহাঁ— কদারদা ;

সবে অওধন-নচিংবা—লোইনা থাদৌত্থনা লাক্লে, লৈজবা হায়বব্ চৈশু অহুমতনী, মহুস্ু মবোয়ুবা মাওইনবিবরে। চৈপুই ঐনী সন্ন্যাস আশ্রমগী চিহ্নী হায়রহুক্ ওয় অদুক্লয়ে।

মূল ১৫৪

তুমি সব আগে যাহ ঈশ্বর দেখিতে

কিবা আমি আগে যাই, না যাব সহিতে ॥ ১৫৪ ॥

শব্দার্থ

তুমি সব—নখোয় পুম্বা ; আগে—হান্না ; যাহ—চৎলো ; ঈশ্বর দেখিতে—শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবা ; কিবা—নত্রগা ; আমি—ঐ ; আগে—হান্না ; যাই—চৎকে ; না যাব—চৎলোই ; সহিতে—লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

নখোয় লোইনা হান্না শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবা চৎখরো, নত্রগা ঐ হান্না চৎকে, লোয়ননদি ঐ চৎলোই।

মূল ১৫৫

মুকুন্দ দত্ত কহে প্রভু ! তুমি চল আগে।

আমি সব পাছে যাব, নাহি যাব সঙ্গে ॥ ১৫৫ ॥

শব্দার্থ

মুকুন্দ দত্ত কহে—মুকুন্দ দত্তনা হায়রম্মী ; প্রভু—হে প্রভু ; তুমি—নহাক ; চল—চৎলো ; আগে—হান্না ; আমি সব—ঐখোয় পুম্বনা ; পাছে—তুংদা ; যাব—চৎকে ; নাহি যাব—চৎলোই ; সঙ্গে—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

মুকুন্দ দত্তনা হায়রম্মী—হে প্রভু। প্রভু হান্না লেঙবিয়ু। ঐখোয় পুম্বনা তুংদা চৎকে, প্রভুগা লোয়ননা চৎলোই।

নৈনরোল

মুকুন্দ দত্তনা হায়রম্বা রাসিগী মরমদি অসি ওইরম্বা য়াই—"প্রভুদি অয়াবা অর্ধবাহ্য প্রেমাবেশদা ওয়ক্লা লৈ, মহাক্না অমান য়াওজবদৌনা তুহনা লৈগনী। প্রভুনা হান্না লেৎলাবদি জগন্নাথতা প্রেমাবেশদা প্রভুনা তুহনা

লৈরম্বতু ঐখোয় থেংনগনী, অদুগা মতম চানা ব্যবস্থা তৌবা ঙমগনি — অদু নত্তবনা, ঐখোয়না হাম্না চংশিনগাদি প্রভুনা তুংদা প্রেমাবেশদা তুরবদা ঐখোয় থঙকরোই অদুগা মতম চানা ব্যবস্থা তৌবস্থ ঙম্মরোই ; মতুম তৌরবদি প্রভু যাম্না য়াঙ্গনী।"

**মূল ১৫৬-১৫৭**

এত শুনি প্রভু আগে চলিলা শীঘ্রগতি ।
বুঝিতে না পারে কেহো দুই প্রভুর মতি ॥ ১৫৬ ॥
ইহোঁ কেনে দণ্ড ভাঙ্গে তেহোঁ কেনে ভাঙ্গায় ।
ভাঙ্গাইয়া কেনে ক্রুদ্ধ ইহোঁ ত দোষায় ॥ ১৫৭ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিথক ; শুনি — না়কোঙনা তারগা ; প্রভু— প্রভুনা ; আগে —হান্না ; চলিলা—চৎলম্মী ; শীঘ্রগতি—খোঙথাঙ থুনা ; বুঝিতে— খঙবা ; না পারে— ঙমদে ; কেহো— কনামতনা , দুই প্রভুর—প্রভু অনীগী ; মতি—পুক্নীঙ ; ইহোঁ মহাক্নিনা ( নিত্যানন্দনা ) ; কেনে—করিগীদমক ; দণ্ড—চৈশ্ ; ভাঙ্গে—থুদেক্যি ; তাহোঁ - মহাক অদুন (প্রভুনা) ; কেনে— করিগী ; ভাঙ্গায়—থুদেক্হল্লী ; ভাঙ্গাইয়া—থুদেক্হল্লগা ; কেনে - করিগীনো ; ক্রুদ্ধ—শাউবা ; ইহোঁ ত—মহাক্নিদা ; দোষায়—মরাল শীগী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(মুকুন্দ দত্তগী) বা তারগা প্রভুনা হন্না খোঙথাঙ থুনা থাংদুনা লেঙখি। প্রভু অনীগী ( মহাপ্রভুগা নিত্যানন্দগা অনীগী ) পুক্নীঙ করিনো হায়বা কনামতনা খঙবা ঙমদে। অমসিনা করিগী চৈশ্ থুদেক্যি, অমদুনা করিগী থুদেক্হল্লী ? থুদেক্হল্লগা করিগী শাউরিবা. অদুগা দোষ পীশল্লিবা ?

**তৈমনরোল**

মমাঙগী ১৪২-১৪৩ অদুগা ১৪৯-১৫০ পয়ারগা চাকাদা চৈশ্ থুদেক্পগী মরম হায়রিবদো গূঢ় ( অথুপ্পা ) মরম্নী · মদু নত্তবা মপাম্বোংগী ওইবা মরম অমস্থ লৈ, মদুদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু উদ্ধার তৌনবগী হৌবনী (উদ্ধারগী সূচনানী)। হায়রিবা গূঢ় কারণদি মতম অসিরাইদা অমসুং মফম অসিরাইদা কৌঙদোক্পগী মরমদি অসিনী মদুদি সার্ব্বভৌমবু উদ্ধার তৌনবগী সূচনাগী মতাঙদা মফম মতম অসী যুং য়াম্না চারম্মী।

**ইহৈা কেনে**-নচিংবা—শ্রীচৈতন্যনা শীরা প্রেরণানা (মচুঙদা ইনস্কনবনা) শ্রীনিত্যানন্দনা চৈশূ থুদেক্‌পনী। শ্রীচৈতন্যনা শ্রীনিত্যানন্দগী থক্তোইদা চৈশূ থুদেক্‌পা ইস্থা পোক্কহল্লিবা করিগীনো? মসীগী উদ্দেশ্যদি সার্ব্বভৌমগী মফমদা কৃপা তৌবা অসিনী। চৈশূ থুদেক্‌পদা মহাপ্রভু শাউরকুনা মথন্তনক লেঙলম্মী; লেঙলগা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌরগা রাম্বরম্মী; মতমহুদা প্রভুগা কনামতা লোয়নরক্কবা উবদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ময়ুমদা প্রভুবু পুহুনা রাম্ববহু ফহনখি; খোদোক্‌সিদগী সার্ব্বভৌমবু কৃপা তৌবা হৌখি। চৈশূ থুদেক্কমত্রবদি শ্রীনিত্যানন্দনচিংবহু প্রভুগা লোয়নরমগদবনী, মখোয়না প্রভুবু রাম্ববদগী হন্থহল্লমগদৌবনী, অহু ওইরবদি সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা প্রভু লেঙলমদবা য়াবনী।

**ভাঙ্গাইয়া কেনে**-নচিংবা—প্রভুগী প্রেরণানা নিত্যানন্দনা চৈশূ থুদেক্‌পা ওইরবোইদি করিদৌনা প্রভুনা শাউরম্লিবা? শাউবদগী ময়ামগী মাঙদা হান্না লেঙলম্লিবা করিগীনে? প্রভুনা হন্দক শাউরিবসি জীব-শিক্ষা (জীবদা তাকপীগে) শীগে হায়বগীনী। প্রাকৃত জীবনা সন্ন্যাসাশ্রমদা লৈবা মতমদা চৈশূ থক থুদেক্কসনু হায়বগীদমক্নী। মরমসিগীদমক প্রভুনা শাউবনী।

**অত্রগা**, প্রভুদি মতম পুম্নমক্তা মছাগী স্বরূপ লোংপা পাম্মী। অহুবু শ্রীনিত্যানন্দনা তৌবা থৌদোনা প্রভুগী স্বরূপ অমদি স্বরূপকী হৌনবী ভাব ফোঙদোক্লবক্‌পা য়াই হায়হুনা প্রভুনা অশাউরা হাইবকৎ উৎপন্নী।

## মূল ১৫৮

দণ্ডভঙ্গলীলা এই পরম গভীর।
সেই বুঝে দোঁহার পদে যার ভক্তি ধীর ॥ ১৫৮ ॥

## শব্দার্থ

দণ্ডভঙ্গ লীলা—চৈশূ থুদেকুপা লীলা; এই—অসী; পরম—য়াম্না; গভীর—খঙবদা রাবা; সেই—মহাক্তনা; বুঝে—খঙই; দোঁহার—মহাপ্রভু অমসুং নিত্যানন্দ অনীগী; পদে—থুয়াদা; যার—মহাকী; ভক্তি—ভক্তি; ধীর—লেঙদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈশূ-থুদেক্পগী লীকাল্লি য়োনা থত্তবদা থাবা অমনী। মহাপ্রভু অমসুং নিত্যানন্দ অনীগী খুয়া-থাদা লেঙদবা-ভক্তি-লৈবা মী মহাক্তুদনা থত্তবা ওম্মী।

মূল ১৫৯

ব্রহ্মণ্যদেব-গোপালের মহিমা এই ধন্য।
নিত্যানন্দ বক্তা যার—শ্রোতা শ্রীচৈতন্য ॥ ১৫৯ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মণ্যদেব—ব্রাহ্মণগী ফননবা তৌবা দেব, শ্রীকৃষ্ণ ; গোপালের—শ্রীগোপালগী ; মহিমা—মতীক ময়াই ; এই—অসী ; ধন্য—থাগৎনঙাইনী ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; বক্তা—ৱাঙাঙবা মী ; যার—মতুগী ; শ্রোতা—শ্রবণ-তৌবনা ; শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য-মহাপ্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী ফননবা তৌবা শ্রীগোপালগী মহিমা অসী থাগৎনঙাইনী। মহিমাসিগী বক্তানা শ্রীনিত্যানন্দনী অমসুং শ্রোতানা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনী।

মূল ১৬০

শ্রদ্ধাযুক্ত হৈয়া ইহা শুন ভক্তগণ।
অচিরে পাইবে কৃষ্ণচৈতন্য চরণ ॥ ১৬০ ॥

শব্দার্থ

শ্রদ্ধাযুক্ত—থাজবগা লোয়নবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; ইহা—মসিবু ; শুন—নাকোঙনা তাও ; ভক্তগণ—হে ভক্তশিং ; অচিরে—থুনমক পাইবে—ফংগনী ; কৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুগী ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভক্তশিং! ৱারীসি থাজবগা লোয়ননা তাও ; থুনমক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী চরণ ফংগনী।

মূল শ্লোক ১৬১

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে যার আশ ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৬১ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাসগী খুয়াখাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা ; চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী অমৃতগীমশক ওইবা চরিতপু ; কহে—লীজরি ; কৃষ্ণদাস—শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজনা ।

মেতেলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাসকী খুয়াখাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চরিতামৃতসি ইজরি ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্যখণ্ডে সাক্ষিগোপালচরিত্রবর্ণনং নাম পঞ্চম-পরিচ্ছেদঃ ॥

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## তরুকশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

নৌমি তং গৌরচন্দ্রং যঃ কুতর্ককর্কশাশয়ম্।

সার্ব্বভৌমং সর্ব্বভূমা ভক্তিভূমানমাচরৎ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

নৌমি—খুরুমজরি ; তং—মহাকপু ; গৌরচন্দ্রং—গৌরচন্দ্রব ; যঃ—মহাক্না ; কুতর্ক কর্কশাশয়ং—ফত্তবা বায়েংনা থম্মোই-কল্লবা ; সার্ব্বভৌমং—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যবু , সর্ব্বভূমা—মায়কৈশুন চাওবা ; ভক্তিভূমানম্—অচৌবা ভক্ত ; আচরৎ—ওইহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কান্নদবা বায়েংনা থম্মোই কল্লবা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যবু অচৌবা ভক্ত ওইহন্‌বিখিবা মায়কৈশুনা চাওববা শ্রীগৌরচন্দ্র অদুবু খুরুমজরি।

### নৈনচরোল

**কুতর্ককর্কশ-আশয়ং**—মসী সার্ব্বভৌমং শব্দগী বিশেষণ-নী। সর্ব্বভৌম ভট্টাচার্যাসি অদ্বৈতবাদীনী। শঙ্করাচার্যাগী মত লৌদুনা বেদান্ত-সূত্রগী ব্যাখ্যাদা মহাক্না ব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষনী (শক্তি ইদবনা) হায়না মতবাদনি হায়রম্মী অদুগা ভক্তিবাদবু য়ারমদে। ভক্তিবাদবু য়াদবগী তর্কবু (বায়েংপু) মফমসিদা কুতর্ক হায়রিবনী। কুতর্কগী ফল ওইনা মাগী থম্মোইদো য়াম্না কনশল্লম্মী, মরমদুনা মাগী থম্মোইদু মেওনা-থোংপী ভক্তিরাণীগী আসন ওইবদা মতীক চারমুদ্রে।

অহৌবা শ্লোকসিদা লাইরীক-লেংবা কবিরাজ-গোস্বামীনা পরিচ্ছেদসিদা মরু ওইনা নৈনগদবা বিষয়গী ইঙ্গিত পীবি অমসুং মহাক্না কৃপানা ওই-থোক্লবসু ওইথোক্‌হনবা অদুগুম্বা গৌরচন্দ্রগী খুয়া-খাদা খুরুমজরগা মাগী কৃপা নিজখি।

### মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরচন্দ্রগী জয়, শ্রীনিত্যানন্দগী জয়, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী জয়, গৌরভক্ত পূম্বগী জয়।

### মূল ৩

আবেশে চলিলা প্রভু জগন্নাথ-মন্দিরে।
জগন্নাথ দেখি প্রেমে হইলা অস্থিরে ॥ ৩ ॥

**শব্দার্থ**

আবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; চলিলা—চংলম্মী ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; জগন্নাথ-মন্দিরে—শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথবু ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; হইলা—ওইখি ; অস্থিরে—তপ্থদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা জগন্নাথগী মন্দির তাম্না লেঙলম্বদু প্রেমাবেশদা লেঙলম্মী, অদুনা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌরগা প্রেমাবেশদা চঙবনা লৈক্কম খঙলমদে।

### মূল ৪

জগন্নাথ আলিঙ্গিতে চলিলা ধাইয়া।
মন্দিরে পড়িলা প্রেমে আবিষ্ট হইয়া ॥ ৪ ॥

**শব্দার্থ**

জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথদেবনু ; আলিঙ্গিতে—কোন্শন্দোগী ; চলিলা—চংলম্মী ; ধাইয়া—চেন্না চেন্না, মন্দিরে—মন্দিরদা ; পড়িলা—তুরম্মী ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; আবিষ্ট—চঙবা ; হইয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীজগন্নাথবু কোন্‌গে হায়না চেন্‌শিল্লম্মী। অদুদা প্রভুদো প্রেমাবেশদা লৈরম্বনীন। মন্দিরদা লৈমাইথক্তা তুরম্মী।

## মূল ৫

দৈবে সার্ব্বভৌম তাহা করেন দর্শন।
পড়িছা মারিতে তেঁহো কৈল নিবারণ ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

দৈবে—লাইগী নোংদমদগী ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যানা ; তাহা—মদু : করেন—তৌরি : দর্শন—উবা ; পরিছা—জগন্নাথগী মন্দিরগী সেবকনা ; মারিতে—য়েগে তৌবদা ; তেঁহো—মহাক্না ( সার্ব্বভৌমনা ) ; কৈল—তৌখি ; নিবারণ—থিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইগী নোংদমদগী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা (প্রভুনা তুবা) অদু উখি। ( জগন্নাথগী সেবক ) পড়িছানা প্রভুবু য়েগে তৌবদা মহাক্না থাম্লম্মী।

## মূল ৬

প্রভুর সৌন্দর্য্য আর প্রেমের বিকার।
দেখি সার্ব্বভৌমের হৈল বিস্ময় অপার ॥ ৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী , সৌন্দর্য্য—শক-ফজবা ; আর—অদুগা ; প্রেমের বিকার—প্রেমাবেশগী ফিভম মতা ; দেখি—উরগা : সার্ব্বভৌমের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; হৈল—ওইখি ; বিস্ময়—ঙকপা ; অপার—ঙমখৈনাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী শক-ফজবা মতৌ অদুগা প্রেমাবেশগী ফিভম মতা অদু উরগা সার্ব্বভৌমনা ঙমখৈ-নাইদবমখৈ ঙকখি।

মূল ৭-৮

বহুক্ষণে চৈতন্য নহে ভোগের কাল হৈল।
সার্ব্বভৌম মনে তবে উপায় চিন্তিল ॥ ৭ ॥
শিষ্য-পড়িছা দ্বারে প্রভু নিল বহাইয়া।
ঘরে আনি পবিত্র স্থানে রাখিল শোয়াইয়া ॥ ৮ ॥

শব্দার্থ

বহুক্ষণে— মতম য়াম্না বুইনা ; চৈতন্য— জ্ঞান ; নহে— ওইরমদে ; ভোগের— লুক কৎপগী ; কাল— মতম ; হৈল— ওইরক্লে ; সার্ব্বভৌম— সার্ব্বভৌমনা ; মনে— পুক্নীঙদা ; তবে— অতুদগী ; উপায়— পাম্বৈ ; চিন্তিল —খল্লম্মী ; শিষ্য-পড়িছা দ্বারে— পড়িছাশিংগী মনুঙদা সার্ব্বভৌমগী শিষ্য (পড়োয়ান্) য়াওনা, মখোয়দু নেকুনা ; প্রভু— প্রভুবু ; নিল— পুখি ; বহাইয়া— পুহন্দুনা ; ঘরে— য়ুমদা ; আনি— পুরক্লুনা ; পবিত্র— অশেঙবা, মাংদবা ; স্থানে— মফমদা ; রাখিল— থনম্মী ; শোয়াইয়া— হিপ্‌হল্লগা।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

প্রভু কুইনা জ্ঞান তারমদে, অতুগা শ্রীজগন্নাথগী লুক কৎপগী মতমসু ওইশল্লক্লে। অতুদগীদি সার্ব্বভৌমনা মপুক্নীঙদা উপায় খল্লম্মী। সার্ব্বভৌমনা মাগী শিষ্য-পড়িছা নেত্তুনা প্রভুবু পুহল্লগা চৎখি। ময়ুমদা পুরক্লগা পবিত্র ওইবা মফমদা প্রভুবু হিপ্‌হল্লম্মী।

মূল ৯-১০

শ্বাস-প্রশ্বাস নাহি উদর স্পন্দন।
দেখিয়া চিন্তিত হইল ভট্টাচার্য্যের মন ॥ ৯ ॥
সূক্ষ্ম তুলা আনি নাসা-অগ্রেতে ধরিল।
ঈষৎ চলয়ে তুলা দেখি ধৈর্য্য হৈল ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

শ্বাস-প্রশ্বাস— সোর হোন্দোক-হোনজিন ; নাহি— লৈত্রে ; উদর— পুক ; স্পন্দন— লেঙ-খোৎপা ; দেখিয়া— উরগা ; চিন্তিত— ঋাখল-খনবা ; হইল— ওইখি ; ভট্টাচার্য্যের— সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; মন— পুক্নীঙ

সূক্ষ্ম—অকুপ্পা ; তূলা—লশিং ; আনি—পুরক্নুনা ; নাসা—নাতোন ; অগ্রেতে—মাঙদা ; ধরিল—পায়রম্মী ; ঈষৎ—খজিক্তুং ; চলয়ে—চংলী ; তুলা—লশিং ; দেখি—উত্নুনা ; ধৈর্য্য—পাখত্তবা ; হৈল—ওইখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু ন্যাতোন্দা সোর হোল্লমদে, পূক্-স্নু লেঙ-খোংলমদে। মত্নু উবদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যাদো চিন্তা যাম্মা পুরম্নে। অকুপ্পা লশিং পুরক্লগা প্রভুগী নাতোন্দা পায়ররে। লশিংদো খজিক্তুং লেঙভী, মত্নু উবদা পাখংলমদ্রে।

নৈনরোল

প্রভুগী নাতোন্দা সোর হোন্দোক-হোন্‌জিন তৌরমদ্রে অত্নুগা পূক অত্নুস্নু করিমত্তা লেঙখংলমদ্রে, থরাই-যাওদবা দেহনা তাবগা মান্নরে। সার্ব্বভৌমনা অকুপ্পা লশিং প্রভুগী নাতোন-স্নুমাঙদা পায়রম্মী, লশিংদু চাইথেংং লেঙলম্মী, মত্নু উবদা সার্ব্বভৌম পাখংলমদ্রে। প্রভুগী মতৌসি প্রলয় কৌবা সাত্বিকভাবকী লক্ষণী।

মূল ১১

বসি ভট্টাচার্য্য মনে করেন বিচার— ।

এই কৃষ্ণ মহাপ্রেমের সাত্ত্বিক বিকার ॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

বসি—ফম্মগা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; মনে—পুক্লীঙদা ; করেন বিচার—খল্লম্মী ; এই—মসী ; কৃষ্ণমহাপ্রেমের—কৃষ্ণপ্রেম অয়োবগী ; সাত্ত্বিক বিকার—সাত্বিক ভাব-নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ফম্মগা মপুক্লীঙদা খল্লম্মী—তৌরিবা মতৌসি কৃষ্ণবু য়ৌনা নুংশিবদগী থোরকপা সাত্বিক ভাব হায়বত্নুনী।

নৈনরোল

সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণসম্বন্ধি নত্রগা খজিক্তুং লাপ্পবা মরম ওইবা ভাব পুম্নমক্কা চিত্তবু থুম্‌হংলবদি চিত্তত্নুবু সত্ত্ব কৌয়ি। সত্ত্বদগী পোক্লকপা ভাব পুম্নমকপু সাত্বিক ভাব কৌয়ি। সাত্বিক ভাব মখল নীপান্নী—স্তম্ভ, স্বেদ, রোমাঞ্চ, স্বরভেদ, কম্প, বৈবর্ণ্য, অশ্রু অমসুং প্রলয়। মখোয়গী লক্ষণদি ২/২/৬২ ত্রিপদীগী টীকাদা য়েংবিনা য়াগনী।

### মূল ১২

স্দ্দীপ্ত-সাত্ত্বিক এই— নাম যে প্রলয়।
নিত সিদ্ধ ভক্তে সে সূদ্দীপ্তভাব হয় ॥ ১২ ॥

#### শব্দার্থ

সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক - সূদ্দীপ্ত থাক্কী সাত্ত্বিক ভাব ; এই—মসিনী ; নাম যে প্রলয়—মিংনা প্রলয় ; নিত্যসিদ্ধ - ভগবানগী নিত্য পরিকর ; ভক্তে ভক্তদা ; সে সূদ্দীপ্তভাব—সূদ্দীপ্তভাব অদু ; হয়—ওই।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসি সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব কায়বনী ; মমিংনা প্রলয় কৌয়ি। সূদ্দীপ্ত-ভাব অসী ভগবানগী নিত পরিকর ওইবা ভক্তশিংদদা ওই।

### নৈনরোল

**উদ্দীপ্ত**— একদা ব্যক্তি-মাপন্নাঃ পঞ্চষাঃ সর্ব্বএব বা। আরূঢ়া পরমোৎকর্ষমুদ্দীপ্তা ইতি কীর্ত্তিতাঃ। মতম অমতদা সাত্ত্বিক ভাব মঙা তরূক নত্রগা লোইনমক থোরক্লবদি অদুগা থোরক্লগা খময়ৌবী থাক অদু ফাওবা কারবদি মখোয়দুবু উদ্দীপ্ত কৌয়ি। ভ. র. সি ২/৩/৪৬ ॥

**সূদ্দীপ্ত**—উদ্দীপ্তা এব সূদ্দীপ্তা মহাভাবে ভবন্ত্যামী। সর্ব্বএব পরাং কোটিং সাত্ত্বিকা যত্র বিভ্রতি ॥ উদ্দীপ্ত ওইবা সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক্কা মহাভাবতা খম-থেংবা মতাংদু মৌরবদি সূদ্দীপ্তভাব হায়বদু ওই। ভ র সি ২/৩/৪৭ ॥

**প্রলয়**— লুংঙাইবদগী নত্রগা রাবদগী হকচাঙ-লেঙথোক্তবা অমসুং জ্ঞান ( পোংশক খঙবা ) মাঙলবদি মদুবু প্রলয় কৌয়ি। প্রলয় ওইরবদি লৈমায়থক্তা তুবনচিংবা অনুভাব পুম্নমক থোরকয়ি /২/২/৬২ ত্রিপদীগী টীকা য়েংবিবা য়াগনি।

**নিত্যসিদ্ধভক্ত**- ভগবানগা মতম পূম্বদা লোয়নবা পরিকর। তুংগী থংনবা পয়ারদা অধিরূঢ় মহাভাব-ন্দী রা শেংমা পল্লীগ অধিরূঢ় মহাভাব অনীদি ব্রজগোপীদদা ওইবনী, অতৈ ভক্তদদি ওইথোক্তে। মরমসিনা মকমসিদা নিত্যসিদ্ধ ভক্ত হায়বা শব্দসিনা নিত্যসিদ্ধ-কৃষ্ণ-প্রেয়সী-ব্রজসুন্দরীশিংবু হায়রিবনী।

প্রভুগী দেহদা থোরক্লিবা লক্ষণ পূম্নমক অছু উরগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা অসুম্না খনখি মতুদি—"সন্ন্যাসী মহাসিগী দেহদা মহ ভাবকী লক্ষণ উলা ফংঙী ; সাত্ত্বিকভাব অয়াম্বা মহাক্কী দেহদা থোরক্লুনা খুম-য়োৌবী মতাঙ ফংলে ; মসিদি সুদ্দীপ্ত-সাত্ত্বিক হায়বতুগী লক্ষন্নী। অসোমদনা সন্ন্যাসীশিন্না শূক্লেঙ-লেঙদবমখৈ লৈপাক্তা তাহুনা লৈরে, নাতোন্দা মুংশাসোর হোন্দে হায়বকাওবা য়ারে। মসিদি য়েংবদা প্রলয়-কৌবা সাত্ত্বিক হায়বতুগী লক্ষন্নী। অতুস সুদ্দীপ্ত-সাত্ত্বিক হাযবতদি সাধক-ভক্তগী দেহদা কদৌৱৈদস্ত ওইদে, নিত্যসিদ্ধ ওইবী কৃষ্ণপ্রেয়সীশিংগী মরক্তদা লক্ষণ অসিগুম্বা ওই। সন্ন্যাসীগী দেহদা লক্ষণ পূম্বসি উরিবসি করিগীনো?"

মূল ১৩

অধিরূঢ় ভাব যার তার এ বিকার ॥
মনুষ্যের দেহে দেখি বড় চমৎকার ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থ

অধিরূঢ়-ভাব – কৃষ্ণ প্রেম্না অসুম কাখৎলকপনা কাখৎনভাই-লৈত্রবা খমথেংবা মতাঙগী ভাব, যার—মহাক্কী, তার—মহাক্কী, এ—অসী ; বিকার মওং, মনুষ্যের—মীওইবগী ; দেহে—দেহদা ; দেখি—উবদা, বড়—য়াম্না, চমৎকার—ঙকপা ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধিরূঢ়-ভাব ওইরাবা মহাক অতুগী বিকার-নী অসিদি। অতুবু নিকাবসি মীওইবগী দেহদা থোক্লবসি উবগা য়াম্না ঙকখরে।

নৈনরোল

**অধিরূঢ়ভাব** – মহাভাব-কী মতাঙ অমগী মমিং অধিরূঢ় ভাব কৌযি। অনুরাগ-না স্বসম্বেদ্য দশা হায়বা অছু ফংতুনা থোবক্লবদি অমসুং যাবদাশ্রয়-বৃত্তিত্ব হায়বদো ফংলবদি মতুৎ ভাব (হায়বদি মহাভাব) হায়না কৌয়ি। (উ. নীঃ স্থাঃ ১০৯)। মসি ব্রজদেবী-শিংদদা ওই, দ্বারকাগী মহিষীদা মহাভাব অর্সা ওইদে। ভাব অসী মখল অনীশিনী, মতুদি—রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়। মহাভাব অতুদা সাত্ত্বিক-ভাব পূম্নমক উদ্দীপ্ত ওইববদি মতুৎ রূঢ় ভাব কৌযি। অতুগা রূঢ়ভাব-তা হায়বিবা অনুভাব (লক্ষণ) পূম্নমক্তগী সাত্ত্বিক-ভাব পূম্নমক্তা থোইদোকপা দশা (ক্ষীভম) অমা ফংলবদি মতুৎ

অধিরূঢ় ভাব কৌয়ি। উদ্দীপ্তাঃ সাত্ত্বিকা যত্র স রূঢ় ইতি ভণ্যতে ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৭৪ ॥ রূঢ়োক্তেভ্যোঽনুভাবেভ্যঃ কামপ্যাপ্তা বিশিষ্টতাং। যত্রানুভাবা দৃশ্যন্তে সোঽধিরূঢ়ো নিগদ্যতে। উঃ নীঃ স্থা ১২৩ ॥ অধিরূঢ় মহাভাবস্তু অমূক মথল অনীনী, মতুদি—মোদন অমসুং মাদন। মোদন-দদা শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীসীনা উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিকভাব অঙ্কু পুথোক্‌য়ি। মোদনঃ স দ্বয়োর্যত্র সাত্ত্বিকোদ্দীপ্ত সৌষ্ঠবম্ ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১২৫ ॥ হ্লাদিনীনা সার (মচি) ওইবা প্রেমনা রতিদগী হৌরগা মহাভাব ফাওবা ভাব পূম্নমক থোরকপদা য়ৌনা মকা-ফল্লবদি মত্তু মাদন কৌয়ি, মসী হান্ন-হান্নগী ওইরিবা মতাঙদুগী প্রেমদগী থোইরে। মসী শ্রীমতী রাধিকা মত্তনা অতৈ কনামদসু উবা ফংদে।

সর্ব্বভাবোদ্‌গমোল্লাসী মাদনোঽয়ং পরাৎপরঃ। রাজতে হ্লাদিনীসারো রাধায়ামেব যঃ সদা ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৫৫ ॥ মফমসিদা হায়রিবা মোদন-ভাবকী রাসী কায়নবা (বিরহগী) মতাংদা মোহন হায়না কৌনৈ। বিরহনা মরম ওইদুনা দেহবু থুদুম চনবা ঙমদ্রবদা মোহন-গী মতাঙ-দা সাত্ত্বিক-ভাব পূম্নমক সূদ্দীপ্ত ওই। মোদনোঽয়ং প্রবিশ্লেষদশায়াং মোহনো ভবেৎ ॥ যস্মিন্ বিরহবৈবশ্যাৎ সূদ্দীপ্তা এব সাত্ত্বিকাঃ ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৩০ ॥" মোদনাখ্য-অধিরূঢ় মহাভাবতসু সাত্ত্বিক ভাব পূম্নমক সূদ্দীপ্ত ওইদে, মোহন-দদা ওই। মমাঙদা পনখিবা রূঢ়োক্তেভ্যোঽনুভাবেভ্যঃ-নচিংবা শ্লোক্কী টীকাদা চক্রবর্ত্তিপাদনা ইরম্মী—"অনুভাবাঃ সাত্ত্বিকাঃ কামপ্যা-নির্ব্বচনীয়াং বিশিষ্টতাং প্রাপ্তাঃ ন তু সূদ্দীপ্তা ইত্যর্থঃ। তেষাং মোহন এব বক্ষ্যমাণত্বাৎ।" মোহন ভাব অসিদি বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীরাধাতদা অয়াম্বা মতমদা থোরক্‌য়ি, মফম অতৈদা থোক্তে। "প্রায়ঃ বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাং মোহ-নোঽয়মুদঞ্চতি। উঃ নীঃ স্থাঃ ১৩২ ॥" অদুগা সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব-সু মোহনগী থোইদোক্‌পা লক্ষণ অমা ওইবনা সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাবসু শ্রীরাধা নত্তনা অতৈ অমদা উবা ওইথোক্তে। উজ্জলনীলমণি-না হায়—"উদ্দীপ্তানাং ভিদা এব সূদ্দীপ্তা সন্তি কুত্রচিৎ ॥ স্থাঃ ২৯ ॥—উদ্দীপ্তভাব পূম্নমকী ভেদসু করিগুম্বা মতাংদা সূদ্দীপ্ত ওই।" খুদম ওইনা পীবদসু শ্রীরাধাগী ওইবা সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব-কী রা হায়। উঃ নীঃ স্থাঃ ৩০ ॥ মোহন-দা দিব্যোন্মাদ-নচিংবা ওইরক্‌য়ি।

নৈনথুবা ময়ামসিদগী খণ্ডবা উন্মাদ আসিনা, মমাঙথংবা পযারদা হায়রিবা 'সূদ্দীপ্তভাব, অতু মোহনাখ্য ভাবকী লক্ষণ-বুনী অমম্তুং' মোহন 'অসিনা শ্রীরাধাদদা ওইথোকৃয়ি হায়বনীনা "নিত্যসিদ্ধভক্তে সে সূদ্দীপ্ত ভাব হয।" হায়বা পয়ারার্দ্ধসিদস্থ নিত্যসিদ্ধভক্ত হায়বা শব্দসিনা শ্রীরাধাবু হায়রিবনী হায়না লৌরম্ম তারে। মসিগী তাৎপর্য্যদি—স্বযং শ্রীরাধা নত্তনা অতোপ্পা কনাগী মছাদস্থ মোহনভাবকী লক্ষণ সূদ্দীপ্ত সাত্বিক ভাব থোরক্লোই। মসিনী শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যানা তৌবম্বা বিচাব-দি।

মবম্মসিনা সার্ব্বভৌমনা খল্লম্মী মহৃদি--"অধিরূঢ় মহাভাবকী থোইদোকৃপা নাওং (বৈচিত্রীবিশেষ) মোহনভাব থোরকফম থোকৃপা মহাকুদদা অসিগুম্বা সূদ্দীপ্তভাব অসিস্থ থোকফম থোকৃযি, অতৈদদি ওইদোয। অতুবু শাস্ত্রদগী খঙবদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী শ্রীমতী রাধাঠাকুরাণী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমদা—অসিগুম্বা সূদ্দীপ্ত সাত্বিক ভাব থোকৃপদি ওইথোক্তে হায়বসিনী। অতুগাদি সন্ন্যাসীগী দেহেদা হায়রিবা সাত্বিক-বিকার পূম্মমক্তো উবা ফংলি; মসিদি রাম্মা ওকতাই ওইবা ঙমনী।"

শ্রীমহাপ্রভুদি শ্রীরাধাগী ভাব তা চঙহুনা রাম্থবম্মীবনী। মতমহু ফাওবদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদো প্রভুগী ওত্ত খঙলমদ্রি। মরমহুনা প্রভুবু মীচম অমগুম্বনী হায়নতা লৌরগা প্রভুগী দেহদা নিত্যসিদ্ধ পরিকর শ্রীরাধাগী ভাব-চিহ্ন উবদা সার্ব্বভৌমনা ওকৃখিবনী। রাধাগী ভাব কান্তিগা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণতু প্রভুগী স্বরূপনী হায়বসি সার্ব্বভৌমনা খঙলম্মবদি প্রভুগী দেহদা অধিরূঢ় ভাবকী লক্ষণ থোবকৃপসিদা ওক্রম্নোইদবনী।

## মূল ১৪.

এত চিন্তি ভট্টাচার্য্য আছেন বসিযা।
নিত্যানন্দাদি সিংহদ্বারে মিলিল আসিযা॥ ১৪॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক; চিন্তি—খন্দুনা; ভট্টাচার্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা; আছেন—লৈ; বসিয়া—ফমহুনা, নিত্যানন্দাদি—শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা ময়াম্মা, সিংহদ্বারে—সিংহদ্বারদা; মিলিল—তিল্লবে, আসিয়া—লাকুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমম্মা খন্দুনা, সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা (ময়ুমদা) কমহনা লৈরম্মা, অদুগা মিত্রানন্দনচিংবা ময়ামহনা সিংহদ্বারদা থুংলহনা তিন্থি।

মূল ১৫–১৬

তাহাঁ শুনে লোক কহে অন্যোন্যে বাত—
এক সন্ন্যাসী আসি দেখি জগন্নাথ ॥ ১৫ ॥
মূর্চ্ছিত হইলা—চেতন না হয় শরীরে।
সার্ব্বভৌম তৈছে তাঁরে লঞা গেলা ঘরে ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

তাহাঁ মফমদুদা ; শুনে—নাকোঙনা তাথি ; লোক—মীনা ; কহে—ঙাঙনৈ , অন্যোন্যে অমনা অমদা ; বাত—রা ; এক—অমা ; সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসীবা ; আসি—লাকুনা ; দেখি—উরগা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথদেববু , মূর্চ্ছিত—রাম্থবা ; হইলা—ওইথি ; চেতন—বুদ্ধিজ্ঞান, মিহুনথাহুন , না হয়—লৈত্রে , শরীরে—হকচাঙদা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা , তৈছে—ফীভম অদুদা , তাঁরে—মাবু , লঞা—পুহনা ; গেলা—চংখি ; ঘরে—য়ুমদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা (সিংহদ্বারদা) মীশিংদুনা মহৈ মহৈ ঙাঙনরম্বদো শ্রীনিত্যানন্দখোয়না তারম্মী , ঙাঙনরম্বা রাদি অসিনী—সন্ন্যাসী অমা লাকুগা শ্রীজগন্নাথবু উবদা রাম্থখিরম্মী, মছাদা চেতন অমতা লৈরমদ্রে। ফীভম অদুদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ময়ুমদা সন্ন্যাসীদুবু পুবগা চংখি।

মূল ১৭

শুনি সভে জানিলা—এই মহাপ্রভুর কার্য্য।
হেনকালে আইল তথা গোপীনাথাচার্য্য ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

শুনি - নাকোঙনা তারগা , সভে—লোইনমক্কা , জানিলা—খঙলে

এই—মসী ; মহাপ্রভুর কার্য্য—মহাপ্রভুনা তৌবা থবক্কী ; হেন কালে—মতম অসীরাইদা ; আইলা—লাক্কখি ; তথা—মফমহুদা ; গোপীনাথার্য্য—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্য।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহৈ মহৈ ভাওনরম্মহু নাকোঙনা তাম্লগা 'মসী মহাপ্রভুগী লীলা গুাক্কী' হায়না লোইনমক্কা খঙখি। মতম অসীরাইদা শ্রীগোপীনথাচার্য্য মফমহুদা থুংলখি।

## মূল ১৮

নদীয়ানিবাসী বিশারদের জামাতা।
মহাপ্রভুর ভক্ত তেঁহো প্রভু-তত্ত্ব-জ্ঞাতা ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

নদীয়ানিবাসী—( গোপীনাথ ) নদীয়াদা লৈবা মীনী ; বিশারদের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী পিতৃদেবগী উপাধি বিশারদ-নী, মহাক্কী : জামাতা—মচান্নুপী লোবা মস্মাক ; মহাপ্রভুর ভক্ত—মহাপ্রভুগী ভক্ত . প্রভুতত্ত্ব-জ্ঞাতা—প্রভুগী স্বরূপ-তত্ত্ব খঙবা মী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যসী নদীয়াদা লৈবা মীনী, সার্ব্বভৌমগী পিতা বিশারদগী মচান্নুপী লোবা মস্মাক্কী। মহাক মহাপ্রভুগী ভক্তনী, প্রভুগী তত্ত্ব খঙবা মীনী।

**মৈনরোল**

**বিশারদ**—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু পোকপা পম্মোম্মী উপাধিনী। অহুগা গোপীনাথ আচার্য্যসিনা বিশারদ অসিগী মচান্নুপী লোরম্মী। মরম-হুনা মহাকসী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগীদি মচন-লোবা মশেন্নী।

**প্রভু তত্ত্বজ্ঞাতা**—প্রভুসে তত্ত্বগী মতুং ইন্নগদি স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্রনী হায়বা গোপীনাথ-আচার্য্যনা খঙলম্মী।

## মূল ১৯

মুকুন্দ সহিত পূর্ব্বে আছে পরিচয়।
মুকুন্দে দেখিয়া তাঁর হইল বিস্ময় ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

মুকুন্দ-সহিত— মুকুন্দগা লোয়ননা ; পূর্ব্বে—মমাংউগদা ; আছে—লৈ ; পরিচয়—শকখঙবা ; মুকুন্দের—মুকুন্দবু ; দেখিয়া—উবদা . তাঁর — মহাক্কী ; হইল—ওইখি ; বিস্ময়—ঙকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যসী মুকুন্দগা লোয়ননা হান্নদগী খঙনবকপনা । মুকুন্দবু উবদা গোপীনাথ ঙকখি ।

### লৈনরোল

মুকুন্দদত্তসী মহাপ্রভুগা লোয়ননরকপনী অত্থগা সিংহদ্বারদা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগা লোয়ননা সিংহদ্বারদা লৈরম্বনী । মাগা গোপীনাথগা নবদ্বীপ-তা লৈরিঙৈদা খঙনরকপনী । খঙহৌদনা সিংহদ্বারদা মুকুন্দবু উবদা গোপীনাথনা য়াম্না ঙকখি ।

### মূল ২০

মুকুন্দ তাঁহারে দেখি কৈল নমস্কার ।
তেঁহো আলিঙ্গিয়া পুছে প্রভুর সমাচার ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

মুকুন্দ—মুকুন্দদত্ত ; তাঁহারে—মহাকপু ( গোপীনাথাচার্য্যবু ) , দেখি—উবদা ; কৈল—তৌখি , নমস্কার—খুৎজরা , তেঁহো—মহাক্না ( গোপীনাথনা ) ; আলিঙ্গিয়া—কোম্লগা , পুছে—হংখি ; প্রভুর—প্রভুগী , সমাচার—পাও ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুন্দনা গোপীনাথাচার্য্যবু উবদা খুৎজরী । গোপীনাথনা মাবু কোম্লগা মহাপ্রভুগী পাও হংখি ।

### মূল ২১

মুকুন্দ কহে প্রভুর ইহাঁ হৈল আগমনে ।
আমি সব আসিয়াছি মহাপ্রভুর সনে ॥ ২১ ॥

**অন্বয়ার্থ**

মুকুন্দ কহে—মুকুন্দনা হায় ; প্রভুর—প্রভুগী ; ইহাঁ—মফমসিদা , হৈল—ওইরে ; আগমনে—লেঙলকৃপা , আমি সব—ঐখোয় লোইনা , আসিয়াছি—লাক্লিবনী ; মহাপ্রভুর সনে—মহাপ্রভুগা লোয়ননা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুন্দনা খুমম্মী—প্রভুদি মফমসিদা (পুরীদা) লেঙলক্লেদনা । ঐখোয় ময়াম পুম্বসি মহাপ্রভুগা লোয়ননা লাক্পনী ।

**মূল ২২**

নিত্যানন্দ গোসাঞিরে আচার্য্য কৈল নমস্কার ।
সভে মিলি পুছে প্রভুর বার্ত্তা আরবার ॥ ২২ ॥

**অন্বয়ার্থ**

নিত্যানন্দ গোসাঞিরে—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা ; আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যনা ; কৈল—তৌখি ; নমস্কার—খুরম্বা ; সভে মিলি—মখোয় পুম্বনা (আচার্য্যগা) পরিচয় পীনরগা ; পুছে—(আচার্য্যনা) হংঙি ; প্রভুর বার্ত্তা—প্রভুগী রা ; আরবার—অমুক হন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা শ্রীমন্ নিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুম্মী অদুগা লৈরম্লিবা ময়াম পুম্বগা কৌন-খোৎনজনা পরিচয় তৌনরগা অমুক হন্না প্রভুগী রা (গোপীনাথ আচার্য্যনা) হংখি ।

**টীকাবোল**

**সভে মিলি**- পুম্নমক্না লোইননা উনরগা , মুকুন্দনচিংবা পুম্নমক্না গোপীনাথ-আচার্য্যগা (হায়বদি পরিচয় তৌনজনা কোম্নরগা) মিলন ওইরবা মতুংদা। **পুছে**-নচিংবা—অমুক হন্না প্রভুগী রা হংলম্মী । মতৌ অম্নমা রা হংলম্বা য়াই—"আচার্য্যনা হায়রম্মী, প্রভুস্য মফমসিদা নখোয়গা লোয়ননা লেঙলক্লে : নখোয়দি অসিদা লৈ, অদুগা প্রভুনা কদায়দা ?" রাহংসিগী পাউখুমদি তুংদা লাক্লিবা ২৩-২৮ শুবা পয়ারশিংনী ।

মূল ২৩-২৪

মুকুন্দ কহে মহাপ্রভু সন্ন্যাস করিয়া।
নীলাচল আইলা সঙ্গে আমা সভা লৈয়া ॥ ২৩ ॥
আমা সভা ছাড়ি আগে গেলা দরশনে।
আমি সব পাছে আইলাঙ তাঁর অন্বেষণে ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

মুকুন্দ কহে—মুকুন্দনা হায় ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু ; সন্ন্যাস করিয়া—লম্বোইতুনা ; নীলাচল আইলা—নীলাচলদা লেঙলক্পনী ; সঙ্গে—লোয়ননা ; আমা সভা—ঐখোয় পুম্নমক্পু ; লৈয়া—পুতুনা ; আমা সভা—ঐখোয় পুম্নবু ; ছাড়ি—থাদোক্লগা ; আগে—মাঙ-থানা ; গেলা—লেঙখরে ; দরশনে—শ্রীজগন্নাথ দর্শনগীদমক ; আমি সব—ঐখোয় পুম্বনা ; পাছে—তুংদা ; আইলাঙ—লাক্খিবনী ; তাঁর—মাবু ; অন্বেষণে—থিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুন্দনা খুম্নখী—মহাপ্রভুনা লম্বোইরগা লোয়ননা ঐখোয় পুম্নবু পুতুনা নীলাচলদা লেঙলক্পনী। ঐখোয় খ্বাইবু থাদোক্লগা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শনগীদমক লেঙখিবনী। ঐখোয় খ্বাইনা মহাকপু থিবা তুংদা লাক্পনী।

মূল ২৫

অন্যোন্য লোকের মুখে যে কথা শুনিল।
সার্ব্বভৌম ঘরে প্রভু অনুমান কৈল ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

অন্যোন্য—অতোপ-অতোপ্পা ; লোকের—মীগী ; মুখে—চীন্দা ; যে—অদু ; কথা—ৱা ; শুনিল—তাবরু ; সার্ব্বভৌম-ঘরে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী য়ুমদা ; প্রভু—প্রভু লৈ ; অনুমান কৈল—ৱাখল্লা লাম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অতোপ-অতোপ্পগী চীন্দা তারিবা ৱাহৌদগী ৱাখল্লা লাম্বদা প্রভুদো সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী শঙখাইদা লৈ মাল্লে।

মূল ২৬

ঈশ্বর-দর্শনে প্রভু প্রেমে অচেতন।

সার্ব্বভৌম লঞা গেলা আপন ভবন॥ ২৬॥

শব্দার্থ

ঈশ্বর-দর্শনে—শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবদা ; প্রভু—প্রভু ; প্রেমে—কৃষ্ণবু লুংশিবনা ; অচেতন—জ্ঞান-মাঙবা ওইখি; বাস্থখি ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; লঞা—পুহুনা ; গেলা—চৎখি : আপন—মচাগী : ভবন—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ-দর্শন তৌবদা প্রভুদো কৃষ্ণপ্রেম্না বাস্থখি। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ময়ুমদা প্রভুবু পুখি।

মূল ২৭

তোমার মিলনে আমার যবে হৈল মন।

দৈবে সেইক্ষণে পাইল তোমার দর্শন॥ ২৭॥

শব্দার্থ

তোমার মিলনে—নঙগা উননবা ; আমার—ঐগী ; যবে—মতমহুদা ; হৈল মন—নীঙখি ; দৈবে—লাইগী নোংদম্না ; সেইক্ষণে—মতম অহুমক্তদা ; পাইল—ফংঙী ; তোমার—নঙগী ; দর্শন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মুকুন্দনা মখা তানুনম্মী)—নঙগা (গোপীনাথক্তা) উনাগে হায়না ঐনা হেক খনবগা লাইনা কুবিক্তনা খুদক অহুমক্তদা নঙগী দর্শন ফংবনী।

## নৈনরোল

প্রভু সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী শঙ্গাইদা লৈ হায়বা তারে ; অদুবু সার্ব্বভৌমগী শঙ্গাই কদায়দনো হায়বহুদি মখোয় কনামতা খঙদে। মরমদুনা পুক্রংদা খল্লম্বনী—"গোপীনাথ আচার্য্যগা উনরগদি হায়না খুদোং চাগদবনী।" বাসি হেক খনম্বগা গোপীনাথম্না মখোয়গী নাকুসিদা হেক শুংলরিবনী।

**মূল ২৮**

**চল সভে যাই সার্ব্বভৌমের ভবন।**

**প্রভু দেখি পাছে করিব ঈশ্বরদর্শন ॥ ২৮ ॥**

**শব্দার্থ**

চল—চৎলো ; সভে—লোইনমক ; যাই—চৎসি ; সার্ব্বভৌমের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; ভবন—য়ুমদা ; প্রভু—প্রভু ; দেখি—উনরগা ; পাছে—তুংদা ; করিব—তৌগনী ; ঈশ্বর-দর্শন—শ্রীজগন্নাথ থুরুপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মুকুন্দনা মখা তারম্মী )—ঐখোয় ল্যোইনা চৎসি, সার্ব্বভৌমগী য়ুম তান্না। প্রভু উনরগা কোন্না শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌসি।

**মূল ২৯**

এত শুনি গোপীনাথ সভারে লইয়া।

সার্ব্বভৌম-গৃহে গেলা হরষিত হৈয়া ॥ ২৯ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিখক ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; গোপীনাথ—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা ; সভারে—ময়াম পুম্নমক ; লইয়া—পুহনা ; সার্ব্বভৌম-গৃহে—সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা ; গেলা—চৎখি ; হরষিত—হরাওবা ; হৈয়া—ওইরহনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মুকুন্দগী ) রাসি তারগা গোপীনাথনা হরাওরহনা ময়ামমহুবু পুরগা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা চৎখি।

**মৈনরোল**

**রাকমগী শ্রীচৈতন্যভাগবতদা হায়রবগা মাদুদে। মতুংদা হায়রবদি—প্রভুবু থাংহনা মন্দিরদগী থোরকপা মতমদা শ্রীনিত্যানন্দখোয়সু সিংহ-দ্বারদা থুংলম্মী। প্রভুবু পুথোরকপা উবহুদা মখোয়সু প্রভুগী মতুং ইন্দুনা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা চৎখি—অসিনী।**

**মূল ৩০**

**সার্ব্বভৌম-স্থানে যাইয়া প্রভুরে দেখিলা।**

**প্রভু দেখি আচার্য্যের দুঃখ-হর্ষ হৈলা ॥ ৩০ ॥**

**শব্দার্থ**

সার্ব্বভৌম স্থানে— সার্ব্বভৌমগী মফমদা ; যাইয়া— চৎলগা ; প্রভুরে দেখিলা—প্রভুব উখি ; প্রভু দেখি—প্রভুবু উরগা ; আচার্য্যের—গোপীনাথ আচার্য্যগী ; দুঃখ —অৱাবা ; হর্ষ— হর্ষাওবা ; হৈলা— ওইখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মখোয় ময়ামহু ) সার্ব্বভৌমগী মফমদা চৎতুনা প্রভুবু উখি । প্রভুব উরগা গোপীনাথ আচার্য্যহু নুংস্থ নুংঙাইরম্মী অহুগা নুংস্থ নুংঙাইরমদে ।

## নৈনরোল

দুঃখ-হর্ষ—গোপীনাথহু প্রভুব উবা ফংগী হরাই নুংঙাইরবস্থ প্রভুনা রাম্ববহু উরগা অমূক রারম্মী ॥

## মূল ৩১

সার্ব্বভৌমে জানাইয়া সভা নিল অভ্যন্তরে ।
নিত্যানন্দ গোসাঞিরে তেঁহো কৈল নমস্কারে ॥ ৩১ ॥

**শব্দার্থ**

সার্ব্বভৌমে— সার্ব্বভৌমদা ; জানাইয়া—খঙহন্নগা, পরিচয় পীরগা ; সভা—পুম্নমকপু ; নিল—পুশনখি ; অভ্যন্তরে মনুংদা ; নিত্যানন্দ-গোসাঞিরে—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা ; তেঁহো— মহাক্না ( সার্ব্বভৌমনা ) ; কৈল নমস্কারে— খুরুম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমদা ময়ামহুগী পরিচয় পীরগা গোপীনাথনা ময়াম-পুম্বব ইমুংদা পুশনখি । শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুব সার্ব্বভৌমনা খুরুমখি ।

## মূল ৩২

সভা সহিত যথাযোগ্য করিল মিলন ।
প্রভু দেখি সভার হইল দুঃখ-হর্ষমন ॥ ৩২ ॥

**শব্দার্থ**

সভা সহিত -ময়ামপুম্বগা লোয়ননা ; যথাযোগ্য— মতীকচানা তৌকম

থোকপা ; করিল মিলন—শকখঙ মায়খঙনরম্মী ; প্রভু দেখি—প্রভুবু উবদা ; সভার—পুম্নমক্কী ; হইল—ওইখি ; দুঃখহর্ষ—অৱা-নুংঙাইবগী ; মন—পূক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতীকচানা তৌফম-থোকপা মতংদা ময়াম পুম্নমক্কা শকখঙ-মায়খঙনরম্মী। প্রভুগী ফীভম উবদা মখোয় লোয়নমক্কী মপূক্নীঙদা অৱা-নুংঙাই অনী য়ান্নখি।

কৈনরোল

যথাযোগ্য—খুরুম্না য়াব্বু খুরুম্না, অতোপ্পবু কোনবা, অদিনচিংবা তৌফম থোক্পা অদু তৌখি।

## মূল ৩৩

সার্ব্বভৌম পাঠাইল সভা দর্শন করিতে।
চন্দনেশ্বর নিজপুত্র দিল সভার সাথে॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা . পাঠাইল—থাখি ; সভা—লোইনমকপু ; দর্শন—শ্রীজগন্নাথ দর্শন ; করিতে—তৌকনবা ; চন্দনেশ্বর—সার্ব্বভৌমগী মচানুপা চন্দনেশ্বর ; নিজপুত্র—মচানিপা ; দিল—পীখি ; সভার সাথে—ময়ামগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ময়াম পুম্নবু শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌহন্নবা থাখি। মচানুপা চন্দনেশ্বরবু ময়ামগী লমজিংনবা ময়ামগা লোয়ননা চৎহনখি।

## মূল ৩৪

জগন্নাথ দেখি সভার হইল আনন্দ।
ভাবেতে আবিষ্ট হৈলা প্রভু নিত্যানন্দ॥ ৩৪॥

শব্দার্থ

জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথবু ; দেখি—য়েংবদা ( খুরুম্বদা ) ; সভার—লোইনমক্কী ; হইল—ওইখি ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; ভাবেতে—প্রেমদা আবিষ্ট—চঙবা ; হৈলা—ওইখি ; প্রভু নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবদা মখোয় পুম্নমক নুংঙাইজরম্মী। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদি ভাবাবেশদা লৈখি।

মূল ৩৫

সভে মিলি তবে তাঁরে সুস্থির করিল।

ঈশ্বরসেবক মালা-প্রসাদ আনি দিল ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

সভে—মখোয় লোইনমক ; মিলি—তিন্নরগা ; তবে—অদুদগী ; তাঁরে—মহাকপু ; সুস্থির—হন্থহনবা ; করিল—তৌখি ; ঈশ্বরসেবক—জগন্নাথগী পূজারিনা ; মালাপ্রসাদ—প্রসাদীমালাগা মহাপ্রসাদগা ; আনি—পুরক্লুনা ; দিল—পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম চঙডুনা হোৎনরগা প্রভুনিত্যানন্দবু হন্থহল্লম্মী। শ্রীজগন্নাথদেবগী পূজারিনা মহাপ্রসাদগা প্রসাদীমালাগা পুরক্লুনা পীরে।

মূল ৩৬

প্রসাদ পাইয়া সভে আনন্দিতমনে।

পুনরপি আইলা সঙ্গে মহাপ্রভু স্থানে ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

প্রসাদ পাইয়া—প্রসাদী ফংলডুনা ; সভে—মখোয় লোইনমক ; আনন্দিতমনে—নুংঙাইরম্মী ; পুনরপি—অমুক হন্না ; আইলা—লাকখি ; সঙ্গে—পুম্নমক ; মহাপ্রভু স্থানে—মহাপ্রভুগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় লোইনমক জগন্নাথগী প্রসাদ ফংবদা নুংঙাইজখি। মখোয় পুম্না মহাপ্রভুগী মফম তান্না অমুক হল্লকখি।

মূল ৩৭

উচ্চ করি করে সভে নাম সঙ্কীর্তন।

তৃতীয় প্রহরে প্রভুর হইল চেতন ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

উচ্চ—য়াংবা ; করি—ত্তৌহুনা ; ( উচ্চ করি- য়াংনা ) ; করে—ভৌয়ি ; সভে—মখোয় পুম্বনা ; নাম-হরি-মিংলেন ; সঙ্কীর্ত্তন—শক্-শোন্বা ; তৃতীয়—অহুমশুবা ; প্রহরে—প্রহরদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হইলা—ওইখি ; চেতন—চেত্তমী, জ্ঞান লাক্‌পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম পুম্নমক্না খোল য়াংনা হরি-মিংলেন শক্ শোন্‌খি। অহুমশুবা প্রহরদা প্রভুগী জ্ঞান হন্থরক্‌খি।

### টৈনচোল

**প্রহর**—নোংমবু শরূক নীপাল থোক্না খায়রগা ওইবা শরূক অমবু প্রহর নত্রগা যাম কৌয়ি। পুঙ ৩-না প্রহর অমা শাই।

## মূল ৩৮

হুঙ্কার করিয়া উঠে হরি হরি বলি।
আনন্দে সার্ব্বভৌম লৈল-তাঁর পদধূলি ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

হুঙ্কার করিয়া—হুঙ্-হুঙ্ হায়না ঙংহুনা ; উঠে—হৌগংলী ; হরি হরি—হরি হরি ; বলি—শোন্দুনা ; আনন্দে—থরাই নুংঙাইনা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; লৈল—লৌখি ; তাঁর—মাগী (প্রভুগী) ; পদ—খুয়া ; ধূলি—উফুল ; ( পদধূলি—খুয়া-উফুল )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হুঙ্-হুঙ্ হায়রগা হরি হরি শোন্দুনা লেঙথংলক্‌য়ি। নুংঙাইরহুনা সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী খুয়া-উফুল লৌখি।

## মূল ৩৯

সার্ব্বভৌম কহে শীঘ্র করহ মধ্যাহ্ন।
মুই ভিক্ষা দিমু আজি মহাপ্রসাদান্ন ॥ ৩৯ ॥

**শব্দার্থ**

সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায . শীঘ্রে থুনা . কবহ তৌবো ; মধ্যাহ্ন—মধ্যানগী লাইখুরুম্বা , মুই —ঐ , ভিক্ষা দিমু—ভিক্ষা পীগনি , আজি ঙসি , মহাপ্রসাদ-অন্ন—শ্রীজগন্নাথগী মহাপ্রসাদ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়বম্মী থুনা মধ্যাহ্ন কৃত্য ( লাইখুবম্বা ) তৌরো। ঙসি ঐনা মহাপ্রসাদ-অন্ন ভিক্ষা হাপ্‌কনী হায়বদি পুরকুনা পীগনা।

**মূল ৪০**

সমুদ্র স্নান করি মহাপ্রভু শীঘ্রে আইলা ।

চরণ পাখালি প্রভু আসনে বসিলা ॥ ৪০ ॥

**শব্দার্থ**

সমুদ্রস্নান—সমুদ্রদা চাইথবা নল্লগা লুপ্পা করি— তৌবগা , মহাপ্রভু—মহাপ্রভু , শীঘ্র থুনমক ; আইলা— লাক্‌খি . চরণ—খোঙ . পখালি—চাম্লগা , প্রভু—প্রভু . আসনে ফিদম , বসিলা ফম্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা

সমুদ্রদা স্নান তৌবগা মহাপ্রভু থুবেমখৈ হল্লকখি, অদুদগী খোঙ চাম্‌থোক্লগা প্রভু আসন দা লেঙশল্লম্মী ।

**মূল ৪১**

বহুত প্রসাদ সার্ব্বভৌম আনাইলা ।

তবে মহাপ্রভু সুখে ভোজন করিলা ॥ ৪১ ॥

**শব্দার্থ**

বহুতপ্রসাদ— প্রসাদ যাম্না , সার্ব্বভৌম আনাইলা—সার্ব্বভৌমনা পুবক্‌হল্লম্মী . তবে অদুদগী ; মহাপ্রভু মহাপ্রভুনা , সুখে —নুঙ ঙাইনা ; ভোজন—চাবা , করিলা— তৌখি ।

মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা জগন্নাথগী প্রসাদ যাম্না লৌহল্লুই । অদুদগী মহাপ্রভুনা নুঙঙাইনা প্রসাদী থুনখি ।

মূল ৪২

স্নুবর্ণ থালীর অন্ন উত্তম ব্যঞ্জন।
ভক্তগণসঙ্গে প্রভু করেন ভোজন ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

স্নুবর্ণ থালীর—সনাগী পুখমগী ; অন্ন—চাক : উত্তম—অথোইবা ; অহাওবা ; ব্যঞ্জন—এনবাং ; ভক্তগণসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়ননা ; প্রভু—প্রভু ; করেন—তৌয়ি ; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনাগী পুখমদা হাপ্পা চাবা এনবাং অহাওবদু প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা হাখি ॥

মূল ৪৩

সার্ব্বভৌম পরিবেশন করেন আপনে।
প্রভু কহে মোরে দেহ লাফরা ব্যঞ্জনে ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; পরিবেশন—( চাক এনবাং ) য়েন্‌বা : করেন—তৌয়ি ; আপনে—মছামক্তা ; প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; মোরে—ঐঙোন্দা ; দেহ—পীয়ু ; লাফরা ব্যঞ্জনে—মচন্‌ ৬/৭ য়ান্নতুনা পুল্লপ থোংবা এনবাং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম মছামক্তা চাক্ এনবাং য়েন্‌বগী থবক তৌরম্মী। প্রভুনা হায়রম্মী—ঐঙোন্দা লাফরা থোংবদু হাপ্পু।

মূল ৪৪

পিঠা পানা দেহ তুমি ইঁহা সভাকারে।
তবে ভট্টাচার্য্য কহে যুড়ি ছুই করে—॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

পিঠা—চেঙ কূপ্পা তকথায়রগা চিনি অম্ভাওবা য়ুবি অমদি হরাইনচিংবা

য়ান্‌শল্লগা শাবা অচাপোৎ ; পিঠা পানা—পিঠা অমসুং শরবৎ ; দেহ—হাপ্প্‌ ; ইঁহা সভাকারে—মখোয় পূম্বসিদা ; তবে—অতুদগী ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; যুড়ি—লোয়ন্থনা ; ছুই—অনী ; করে—খুৎ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পিঠা-পানা-ছু মখোয় ময়ামসিদা হাপ্পীয়ু হায়না প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা হায়রম্মী । অতুদগী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খুৎ অনী লোয়ন্নরগা হক্তংলম্মী— ।

## মূল ৪৫

জগন্নাথ কৈছে করিয়াছেন ভোজন ।

আজি সব মহাপ্রসাদ কর আস্বাদন ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ দেবনা ; কৈছে—করম্না ; করিয়াছেন ভোজন—হাবগে ; আজি—ঙসি ; সব—লোইনমক ; মহাপ্রসাদ—মহাপ্রসাদ . কর - তৌ ; আস্বাদন—মহাও তংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথনা হারিবসি করম্না হাবনো (হায়বদি থোংলিবা পোৎশিংসে অহাওবরা নত্তরা) হায়বহ্‌ খঙননবা ঙসিদি মহাপ্রসাদ পুম্নমক মহাও তংবিয়ু ।

## মূল ৪৬

এত বলি পিঠা-পানা সব খাওয়াইলা ।

ভিক্ষা করাইয়া আচমন করাইলা ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক ; বলি—হায়রগা ; পিঠা-পানা সব—পিঠা-পানা পুম্বা ; খাওয়াইলা—( প্রভুনা ) হাহল্লম্মী ; ভিক্ষা করাইয়া—প্রসাদী ফংহল্লগা , আচমন—চীন-তেংবা ; করাইলা—তৌহন্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা রাসি হায়রগা পিঠা-পানা পুম্বনু প্রভুনা হাহন্‌খি । প্রসাদ ফংহল্লগা চীন তেংহনা খুৎ হাম্‌হন্‌খি ।

মূল ৪৭

আজ্ঞা মাগি গেলা গোপীনাথাচার্য্য লঞা।

প্রভুর নিকট আইলা ভোজন করিঞা ॥ ৪৭ ॥

শব্দার্থ

আজ্ঞা—য়াথং ; মাগি—নিরগা ; গেলা—চংখি। গোপীনাথাচার্য্য লঞা—গোপীনাথাচার্য্যবু পুত্না ; প্রভুর নিকট—প্রভুগী নাক্তা ; আইলা—লাক্খি ; ভোজন করিঞা—চাক্চরগা।

মৈতৈলোনগী ইল্লোকপা

প্রভুদগী য়াথং নিরগা সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথাচার্য্যবু পুত্না চংখি। মখোয় অনীদু প্রসাদী ফংলগা প্রভুগী নাক্তা লাক্খি।

মূল ৪৮

নমো নারায়ণ বলি নমস্কার কৈল।

কৃষ্ণে মতিরস্তু বলি গোসাঞি কহিল ॥ ৪৮ ॥

শব্দার্থ

নমো নারায়ণ—নারায়ণবু খুরুমজে ; বলি—হায়ত্না ; নমস্কার কৈল—খুরুমখি ; কৃষ্ণে মতিরস্তু—কৃষ্ণদা মতি হায়বদি ভক্তি লৈয়ু, বলি—হায়ত্না ; গোসাঞি—প্রভুনা , কহিল—হায়খি।

মৈতৈলোনগী ইল্লোকপা

'নমো নারায়ণ' হায়ত্না সার্ব্বভৌমনা প্রভুদা খুরুমখি। প্রভুনা কৃষ্ণদা মতি হায়বদি ভক্তি লৈবা ওইরো হায়না হায়খি।

ঈনমরোল

নমো নারায়ণ—নারায়ণবু খুরুমজে। সন্ন্যাসীদা খুরুম্বা মতমদা "নমো নারায়ণ" হায়বগা খুরুমজবনী।

"কৃষ্ণে মতিরস্তু—কৃষ্ণদা মতি লৈসনু, কৃষ্ণদা ভক্তি লৈসনু। মসি প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা পীব আশীর্বাদনী (মঙ্গল ওইসনু হায়বনী)।

## মূল ৪৯

শুনি সার্ব্বভৌম মনে বিচার করিল—।
বৈষ্ণব সন্ন্যাসী ইঁহো বচনে জানিল ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—মাকোকনা তারগা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; মনে—পুক্কীগুদা ; বিচার করিল—বিচার তৌখি, খনখি ; বৈষ্ণব সন্ন্যাসী—কৃষ্ণনীঙবা বৈষ্ণব লম্বোইবা ; ইঁহো—মহাক্কি ; বচনে—ঙাঙথোরকপা রাহৈনা ; জানিল—খঙলে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'কৃষ্ণগী ভক্তি লৈসন্নু' হায়বা প্রভুগী রাহৈদু তারগা সার্ব্বভৌমনা খনখি মহুদি—মহাক্কী—ঙাঙথোরক্লিবা রাহৈশিংনদি বৈষ্ণব ( কৃষ্ণ-নীঙবা ) সন্ন্যাসীনী।

## মূল ৫০

গোপীনাথ আচার্য্যেরে কহে সার্ব্বভৌম।
গোসাঞিঁর জানিতে চাহি কাহাঁ পূর্ব্বাশ্রম ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথ আচার্য্যেরে—গোপীনাথ আচার্য্যদা ; কহে—হায় ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা ; গোসাঞিঁর—প্রভুগী ; জানিতে—খঙবা ; চাহি—পাম্মী ; কাহাঁ—কদায়দা ; পূর্ব্বাশ্রম—মমাঙগী আশ্রম (পোকফম)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথাচার্য্যদা হায়রম্মী—গোসাঞিগী পূর্ব্বাশ্রম ( পোকফম ) কদায়দনো খঙনীঙৈ।

## মূল ৫১—৫২

গোপীনাথ আচার্য্য কহে—নবদ্বীপে ঘর।
জগন্নাথ নাম—পদবী মিশ্রপুরন্দর ॥ ৫১ ॥
বিশ্বম্ভর নাম ইঁহার—তাঁর ইঁহো পুত্র।
নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীর হয়েন দৌহিত্র ॥ ৫২ ॥

**শব্দার্থ**

গোপীনাথ আচার্য্য কহে—গোপীনাথাচার্য্যনা হায়; নবদ্বীপে—নবদ্বীপ-তা; ঘর—য়ুম লৈ; জগন্নাথ নাম—জগন্নাথ কৌবা; পদবী—মিংথোল; মিশ্রপুরন্দর—মিশ্র শাগৈলক্কা পুরন্দর (ইন্দ্র) হায়বদি অথোইবা: বিশ্বম্ভর নাম—বিশ্বম্ভর কৌবা মিং: ইঁহার—মহাক্কিগী (প্রভুগী); তার—মহাক্কী (জগন্নাথগী); ইঁহো—মহাক্কি; পুত্র—মচা-নুপানী; নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীর—নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী; হয়েন—ওইয়ে। দৌহিত্র—মচানুপীনা পোকপা মশূ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

গোপীনাথাচার্যানা হায়রম্মী—নবদ্বীপতনী য়ুমদি। মিংনা জগন্নাথ অদুগা পদবীনা মিশ্রপুরন্দর কৌবা অহনা পোক্‌পনী সন্ন্যাসীসি। সন্ন্যাসীসিগী মিং পূর্ব্বাশ্রমদা বিশ্বম্ভর কৌবনী। মহাক্কি নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগীদি মচানুপীনা পোক্‌পা মশূনি।

## মূল ৫৩

সার্ব্বভৌম কহে নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী।
বিশারদের সমাধ্যায়ী এই তাঁর খ্যাতি ॥ ৫৩ ॥

**শব্দার্থ**

সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌমনা হায়; নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী—শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীহু: বিশারদের সার্ব্বভৌমবু পোকপা মহেশ্বর বিশারদগী: সমাধ্যায়ী—গুরু অমতগী মকমদা শ্রেণী অমতদা লাইরীক তম্মিন্নবা; এই—অসী; তাঁর—মাগী; খ্যাতি—মিংচৎ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীদি ঐবু পোকপা পাপ্তে মহেশ্বর বিশারদগা লাইরীক-তম্মিন্নরকপনী; রাফমসি নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী মতাঙদা খ্বাইনা খঙনরিবনী।

## মূল ৫৪

মিশ্রপুরন্দর তাঁর মান্য হেন জানি।
পিতার সম্বন্ধে দোঁহা পূজ্য হেন মানি ॥ ৫৪ ॥

শব্দার্থ

মিশ্রপুরন্দর—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রপুরন্দর; তাঁর—মহাক্কী (ইশারদগী); মান্য—সম্মান-তৌফম্মী; হেন—অসুম্না; জানি—ঐ খঙভী; পিতার সম্বন্ধে—ইপাগী মরীদগী; দোঁহা—মখোয় অনীমক; পূজ্য—লাৎনফম; হেন—অসুম্না; জানি—খঙভী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রপুরন্দরস্মু বিশারদগী সম্মান-তৌফম্মী হায়র্না ঐ খঙভি। ইপাগী মরীদগী মখোয় অনীমক (নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী অমসুং জগন্নাথ মিশ্রা) সম্মান-তৌফম্মী হায়না খঙভী।

## নৈনরোল

পিতার সম্বন্ধে— ইপাগী মরীদগী। সার্ব্বভৌমনা হায়বম্মী—শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীহু ইপাগা লাইবীক তম্মিনবকপনী অদুনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রস্মু ইপানা সম্মান তৌয়ি। অদুনা অনীমক ঐগীদি লাৎফম ওরী।

## মূল ৫৫

নদীয়া সম্বন্ধে সার্ব্বভৌম তুষ্ট হৈলা।
প্রীত হঞা গোসাঞিরে কহিতে লাগিলা ॥ ৫৫ ॥

শব্দার্থ

নদীয়া সম্বন্ধে—নদীয়া কোবা লমদমগী মরীদগী; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম, তুষ্ট পেনবা: হৈলা—ওইখি; প্রীত—পেলবা; হঞা—ওইবহুনা; গোসাঞিরে—মহাপ্রভুদা; কহিতে—(রা) হায়বা; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নদীয়ালমদমগী মরীকম অদুদা সার্ব্বভৌম পেল্লম্মী। পেল্লহুনা সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রভুদা রা ওঙবা হৌরম্মী।

## মূল ৫৬

সহজেই পূজ্য তুমি আরে ত সন্ন্যাস।
অতএব হাম তুমি আমি নিজদাস ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

সহজেই—অহুম মচানা ; পূজ্য—জাংনফম অমনী ; তুমি—নহাক ; আরেত—অহুম্বী মখক্তা ; সন্ন্যাস—লধোঙ্গিরবা ; অতএব—মরমদুনা ; জানহে—খঙও ; তুমি—নহাক ; আমি—ঐসে ; নিজ—মচামক্কী ; দাস—নাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—অহুম মচানা নহাক্তে লাংনফম্মী, অহুগী মপক্তা সন্ন্যাস-স্তু লৌরম্মী ; মরমদুনা ঐসে ননাইনী হায়না নহাক্কা খঙবিসি।

### মূল ৫৭

শুনি মহাপ্রভু কৈল শ্রীবিষ্ণুস্মরণ।
ভট্টাচার্য্যে কহে কিছু বিনয়-বচন— ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—(সার্ব্বভৌমগী রা) নাকোঙনা তারগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; কৈল—তৌরম্মী ; শ্রীবিষ্ণুস্মরণ—বিষ্ণুবু নীঙশীঙবা ; ভট্টাচার্যে—ভট্টাচার্য্যদা ; কহে—হায়খি ; কিছু—খরা ; বিনয়বচন—নোল্লুক-রাহৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী রা তাবদা মহাপ্রভুনা (তৌহৈদবা রা হায়বগী মতাংগুম) 'বিষ্ণু বিষ্ণু' শোন্দুনা নীংশীঙখি। অহুদগী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদা নোল্লুক-রাহৈনা প্রভুনা হায়রম্মী—।

### মূল ৫৮

তুমি জগৎগুরু সর্ব্ব লোক-হিতকর্ত্তা।
বেদান্ত পঢ়াও সন্ন্যাসীর উপকর্ত্তা ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নহাক্ ; জগৎগুরু—জগৎ-তা-লৈবা মী পুম্নমক্কী ওজা-গুরুনী ; সর্ব্বলোক—মী পুম্নমক্কী ; হিতকর্ত্তা—কান্নবা তৌবনী ; বেদান্ত পঢ়াও—বেদান্ত তম্বী ; সন্ন্যাসীর—লমোইবশ মীশী ; উপকর্ত্তা—কান্নবা তৌবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক মী পুম্নমক্কী কাম্ননবা-তৌদনী : (সন্ন্যাসীশিংদা) বেদান্ত তম্বীদো, মরমত্তুনা সন্ন্যাসীশিংগী কাম্ননবা তৌবনী। মরমসিনা নহাক্না জগৎকী হায়বদি মপম্তা-লৈবা মীশিংগী গুরুনী।

মূল ৫৯

আমি বালক সন্ন্যাসী ভালমন্দ নাহি জানি।

তোমার আশ্রয় নিল গুরু করি মানি ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

আমি—ঐ ; বালক সন্ন্যাসী—অঙাঙ লম্হোইবনী ; ভাল—অফবা ; মন্দ—ফত্তবা ; নাহি জানি—খঙদে ; তোমার—নহাক্কী ; আশ্রয়—চঙজবা ; নিল—লৌজরি ; গুরু করি—গুরু ওইনা ; মানি—লৌজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐদি সন্ন্যাসী নহানী, অফ ফত্ত খঙবা নত্তে। নাঙোন্দা চঙজরি, নহাকপু গুরু ওইনা খনজে।

মূল ৬০

তোমার সঙ্গ লাগি মোর এথা আগমন।

সর্ব্ব প্রকারে আমার করিবে পালন ॥ ৬০ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; সঙ্গ লাগি—সঙ্গীদমক ; মোর—ঐগী : এথা—মফমসিদা ; আগমন—লাকপা ; সর্ব্ব প্রকারে—মখল পুম্নদা ; আমার—ঐগী ; করিবে—তৌবিগনী ; পালন—ঙাকশেন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগা সঙ্গ তৌনীঙহ্নুনা ঐহাক মফমসিদা লাক্‌পনী। হীরম খুদিংমক্তা ঐবু ঙাক্‌শেন্‌বিয়ু।

মূল ৬১

আজি যে হইল আমার বড়ই বিপত্তি।

তাহা হৈতে কৈলে তুমি আমার অব্যাহতি ॥ ৬১ ॥

শব্দার্থ

আজি—ঙসী ; এবে—মহু ; হইল—ওইখি ; আমার—ঐগী ; বড়ই—অচৌবা ; বিপত্তি—খুদোংথীবা ; তাহা হৈতে—মহুদগী ; কৈলে—তৌবিখি ; তুমি—নঙনা ; আমার—ঐগী ; অব্যাহতি—নাহোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙসি ঐগী (শ্রীমন্দিরদা রাঙ্খুনা) খুদোং থীবা অচৌবা অমা থোকৃখিবদো, অহুদগী নহাক্না ঐবু কন্‌বিখি ।

মূল ৬২

ভট্টাচার্য্য কহে একলে না যাইও দর্শনে ।

আমা সঙ্গে যাইহ কিবা আমার লোকসনে ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; একলে—নথন্নতা ; না যাইহ—চৎকনু ; দর্শনে—শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবদা ; আমা সঙ্গে—ঐগা লোয়নন৷ ; যাইহ—চৎলূ ; কিবা—নত্রগা ; আমার—ঐগী ; লোক সনে—মীগা লোয়নন৷ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী—শ্রীমন্দিরদা লাইখুরুম্বা নথন্তু চৎকনু ; ঐগা লোয়নন৷ নত্রগা ঐগী মীগা লোয়নন৷ চৎলূ ।

মূল ৬৩

প্রভু কহে মন্দির ভিতরে না যাইব ।

গরুড়ের পাছে রহি দর্শন করিব ॥ ৬৩ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; মন্দির ভিতরে—মন্দির মনুঙদা ; না যাইব—চৎলোই ; গরুড়ের—গরুড়গী ; পাছে—নাকন্দা ; রহি—লৈরগা ; দর্শন করিব—লাই দর্শন তৌগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়—মন্দির মনুঙদা চঙলোই । গরুড়গী মনাক্তা লৈরগা লাই দর্শন তৌগনী ।

## মূল ৬৪

গোপীনাথ আচার্য্যেরে কহে সার্ব্বভৌম।
তুমি গোসাঞিরে লঞা করাইহ দর্শন ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথ আচার্য্যেরে—শ্রীগোপীনাথ আচার্যদা, কহে—হায়; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা, তুমি—নহাক; গোসাঞিরে প্রভুবু, লঞা—পুদুনা; করাইহ—তৌহল্লো; দর্শন—খুরুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথ আচার্য্যদা হায়রম্মী—নহাক প্রভুবু পুবগা দর্শন তৌহল্লু।

## মূল ৬৫

আমার মাতৃস্বসা-গৃহ নির্জ্জনস্থান।
তাহাঁ বাসা দেহ কর সর্ব্ব সমাধান ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

আমা—ঐগী (সার্ব্বভৌমগী), মাতৃস্বসা—ইমাগী মচে নল্লগা মনাও-নুপী, গৃহ—যুম, নির্জ্জন—অচীকপা; স্থান—মফম, তাহাঁ—মফমদুদা, বাসা—লৈফম; দেহ—পীয়ু; কর—তৌ: সর্ব্ব সমাধান—চঙফমথোকপা পূম্নমক শীল্লাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা মথা তানা হায়বম্মী—ঐগী ইমাগা পোকমিন্নবীগী যুমদো অচীকপা মফম্নী। মফমদুদা প্রভুবু লৈহল্লু অদুগা চঙগদবা পোৎলম পূম্নমক শেম্বাং তৌরুদো।

## মূল ৬৬

গোপীনাথ প্রভু লঞা তাহাঁ বাসা দিল।
জল জলপাত্র দিক্ সমাধান কৈল ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথ—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা; প্রভু—প্রভুবু; লঞা—পুরগা.

তাহাঁ—মফমছুদা (সার্ব্বভৌমগী মন্দোরুগী য়ুমদা) ; বাসা—লৈফম ; দিল—পীরে। জল—ঈশীঙ ; জলপাত্র-আদিক—ঈশীঙগী পাত্রনচিংবা ; সমাধান কৈল—থৌরাং তৌরম্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা প্রভুবু পুরুগা মফমছুদা লৈফম পীখি। ঈশীঙ অমদি ঈশীঙগী পাত্রনচিংবস্থু থৌরাং তৌখি।

## মূল ৬৭

আরদিন গোপীনাথ প্রভুস্থানে গিয়া।
শয্যোত্থানে দরশন করাইলা লঞা॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমীৎ অমদা ; গোপীনাথ—গোপীনাথনা ; প্রভুস্থানে—প্রভুগী মফমদা ; গিয়া—চৎলগা . শয্যোত্থান—শ্রীজগন্নাথ দেবনা শয্যাদগী লেঙথৎপা ; দরশন—দর্শন ; করাইলা—তৌহন্খি ; লঞা—পুহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা নুমীৎ অমদা গোপীনাথ আচার্য্যনা প্রভুগী মফমদা চৎলগা প্রভুবু পুরগা শ্রীজগন্নাথদেবগী শয্যোত্থান ( শয্যাদগী লেঙথৎপা ) দর্শন তৌহন্খি।

## মূল ৬৮

মুকুন্দ দত্ত লঞা আইল সার্ব্বভৌম-স্থানে।
সার্ব্বভৌম কিছু তাঁরে বলিল বচনে॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

মুকুন্দ দত্ত—মুকুন্দ দত্তবু ; লঞা—পুহুনা ; আইল—লাক্খি ; সার্ব্বভৌম স্থানে—সার্ব্বভৌমগী মফমদা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা ; কিছু—খরা ; তাঁরে—মহাক্তোন্দা (মুকুন্দদা) ; বলিল—হায়রখি ; বচনে—রা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথ আচার্য্যনা মুকুন্দ দত্তবু পুরগা সার্ব্বভৌমগী মফমদা লাক্খি। অদুদগী সার্ব্বভৌমনা মঙোন্দা রা খরা হায়রখি—।

মূল ৬৯

প্রকৃতি-বিনীত সন্ন্যাসী দেখিতে সুন্দর।

আমার বহু প্রীতি বাড়ে ইঁহার উপরে ॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

প্রকৃতি—স্বভাব, মতৌ ; বিনীত—নোঙ্খুকপা ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবনী ; দেখিতে—য়েংবদা ; সুন্দর—শক-ফজবা ; আমার—ঐগী ; বহু—য়াম্না ; প্রীতি—নুংশিবা ; বাড়ে—হেন্‌গৎলী ; ইঁহার উপরে—মঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোঙ্খুকপা মতৌনা মাগী ওইবা অচুম্বা সন্ন্যাসীনী, য়েংবদসু শক ফজে। মাবু ঐনা নুংশিবসি অসুম অসুম হেন্‌গৎলক্লি।

মূল ৭০

কোন সম্প্রদায়ে সন্ন্যাস করিয়াছেন গ্রহণ।

কিবা নাম ইঁহার শুনিতে হয় মন ॥ ৭০ ॥

শব্দার্থ

কোন সম্প্রদায়ে—করম্বা সম্প্রদায়দা ; সন্ন্যাস—সন্ন্যাস ; করিয়াছেন—লৌরে ; গ্রহণ—লৌবা ; কিবা নাম—মিং করিনো , ইঁহার—মহাক্কী ; শুনিতে—তাননবা ; হয়—ওই ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী করম্বা সম্প্রদায়দা সন্ন্যাস লৌরিবা ? মাগী মিংনা করিনো ? ঐগী পুক্নীঙসিনা তানীঙ্ঙে।

মৈন্নরোল

কোন সম্প্রদায়—সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা সম্প্রদায় (কাংলুপ) তরাথক লৈ ; মখুদি—তীর্থ, আশ্রম, বন, অরণ্য, গিরি, পর্ব্বত, সাগর, পুরী, ভারতী অমসুং সরস্বতী। করম্বা সম্প্রদায়দা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌবিবনো হায়বহু সার্ব্বভৌমনা খঙনীঙলম্মী। প্রভুদি ভারতী সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসীনী। মাহাক্‌সি সার্ব্বভৌমনা মুকুন্দদা হংবনী অদুগা খুম্‌মনা গোপীনাথনা পুমখি।

### মূল ৭১

গোপীনাথ কহে—নাম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ।
গুরু ইঁহার কেশব ভারতী মহাধন্য ॥ ৭১ ॥

গোপীনাথ—গোপীনাথনা ; কহে—হায় ; নাম—মিংদি ; শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী ; গুরু ইঁহার—মহাক্কী গুরুদি ; কেশবভারতী—কেশবভারতীনী ; মহাধন্য—মহৈ য়াম্লবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথনা খুম্লম্মী—মিংদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌয়ি । মহাক্কী গুরুদি মহাধন্য ওইবা কেশব ভারতীনী ।

### মূল ৭২

সার্ব্বভৌম কহে এই নাম সর্ব্বোত্তম ।
ভারতী সম্প্রদায় ইঁহো হয়েন মধ্যম ॥ ৭২ ॥

#### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; কহে—হায় ; এই নাম—মিং অসি ; সর্ব্বোত্তম—খ্বাইদগী পুঙ্ফ-ফবনী ; ভারতী সম্প্রদায়—ভারতী সম্প্রদায় ; ইঁহো—মসিদি ; হয়েন—ওই ; মধ্যম—ময়ায়-ওইবা ( হায়বদি মকোক-নত্তবা ) ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমমা হায়রম্মী—মিং অসিদি খ্বাইদগী থোইবনী । অদুগা ভারতী সম্প্রদায় হায়বসিদি ময়ায়-ওইবা কাঙলুপনী ।

### নৈনরোল

**ভারতী সম্প্রদায়**—কেশব ভারতীগী শিষ্যনী হায়দুনা প্রভু ভারতী সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসী ওইরে ।

**ইঁহো হয়েন মধ্যম**—ভারতী সম্প্রদায়সি মধ্যম সম্প্রদায়নী । হায়নবা অমা লৈ, শঙ্করাচার্য্যগী শিষ্য কয়ামুক অপরাধ তৌবশীদমক

মহাক্না মখোয় খরগী দণ্ড পুংমুন মুনখি অদুগা খরমগীনা দণ্ড তংখাইমা মুনখি। মখোয়গী দণ্ড পুঙমুন মুনখিবা মখোয়দুনা অতোনবা (হীন) সম্প্রদায়নী, মদুদি গিরি-নচিংবা সম্প্রদায়। অদুগা মখোয়গী দণ্ড তংখাই-মতা মুনখিবা মখোয়দুনাময়ায়-ওইবা (মধ্যম) সম্প্রদায়নী ; ভারতী সম্প্রদায়সে মধ্যম সম্প্রদায়সিগী মনুঙ চল্লী। তীর্থ, আশ্রম-নচিংবা সম্প্রদায়শিংগী অপরাধ লৈতবনীনা মখোয়গী দণ্ড অদুম লৈরম্মী, মখোয়-সিনা উত্তম (অথোইবা) সম্প্রদায়নী।

## মূল ৭৩

গোপীনাথ কহে ইঁহার নাহি বাহ্যাপেক্ষা।
অতএব বড় সম্প্রদায় করিল উপেক্ষা॥ ৭৩॥

## শব্দার্থ

গোপীনাথ কহে—গোপীনাথ আচার্য্যনা হায় ; ইঁহার—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী) ; নাহি—লৈতে ; বাহ্যাপেক্ষা—মপান্থোংগী রা ভায়বা ; অতএব—মরমদুনা ; বড় সম্প্রদায়—অচৌবা সম্প্রদায়বু ; করিল—তৌখি ; উপেক্ষা—থৌশাদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথ আচার্য্যনা খুম্লম্মী—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগীদি মপান্থোংগী রা ভায়বা লৈতে। মরমদুনা অচৌবা সম্প্রদায়বু থৌশাদবনী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা মপান্থোংগী রা থৌশাদবগী মরমদি অসীনী, সাধনগী মরমদা উত্তম সম্প্রদায়গা মধ্যম সম্প্রদায়গীগা করিমতা খেন্নদে, অদুদা মীওইবশিংগী মফমদা মধ্যম সম্প্রদায়দগী হেন্না উত্তম সম্প্রদায়বু সম্মান তৌফম্মী হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা সম্মান নত্রগা গৌরব-তি সমাজগী রানী, মরমদুনা রাফমসি মপান্থোংগী পুঙওই ওইবা রানী। মান-সম্মান হায়বনচিংবা মপান্থোংগী ওইবা বিষয়গীদমক প্রভুনা কুপ্না থিজল্লুদে, মরমদুনা উত্তম-সম্প্রদায় হায়বদুদা চঙঙ্ বগী কান্নবা লৈতে হায়না প্রভুনা খন্খিরনী।

## মূল ৭৪

ভট্টাচার্য্য কহে ইঁহার প্রৌঢ় যৌবন।
কেমতে সন্ন্যাস-ধর্ম্ম হইবে রক্ষণ ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; ইঁহার—মহাক্কিগী ; পৌঢ় যৌবন—মপুঙকাবা যৌবন ( মথোক-কাবা মতাঙ ) ; কেমতে—করম্না ; সন্ন্যাস ধর্ম্ম—সন্ন্যাসগী ধর্ম্ম ; হইবে—ওইগনী ; রক্ষণ—ভাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হংল্লম্মী—মহাক্কী পূর্ণ যৌবনগী মীতানী। মতৌকরম্না সন্ন্যাসধর্ম্ম ভাকনী ?

## মুল ৭৫

নিরন্তর ইঁহাবে আমি বেদান্ত শুনাইব।
বৈরাগ্য অদ্বৈতমার্গে প্রবেশ করাইব ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

নিরন্তর—তংতনা ; ইঁহারে—মহাকপু ( প্রভুবু ) ; আমি—এনা ; বেদান্ত—বেদান্ত ; শুনাইব তাহনগনী ; বৈরাগ্য—থাদোকপা (ত্যাগ) : দেহ অমসু, দেহগী ওইবা পোত্তা থরাই চঙদবা ; অদ্বৈতমার্গে শঙ্করাচার্য্যগী সাধন পন্থা ( লাইনীঙ লম্বী ) দা : প্রবেশ—চঙবা ; করাইব—তৌহনগনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক মহাকপু ( প্রভুবু ) তংতনা বেদান্ত তাহনগে। অদুম তৌরগা বৈরাগ্য অদ্বৈতমার্গদা চঙহনগে।

### মৈনরোল

**নিরন্তর**-নচিংবা বেদান্ত তংতনা তারবদি প্রভুগী মন অদু মতম পুম্বদা অওইবা ( অচুম্বা ) লম্বীদা ( সৎপথদা ) হায়বদি সচিন্তাদা ( অচুম্বা রাথন্দা ) লৈগনী হায়বগী শ্রীসার্ব্বভৌমনা হায়রিবা রাহৈগী ৱবনিনী।

**অদ্বৈতমার্গ**—শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা তাক্লম্বা সাধন-পদ্ধতী ( লাই-নীঙলম্বীনী )। অদ্বৈতবাদগী সাধন-দা জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে, অমত্তনী ( অভেদ-নী ) হায়না খল্লী। অদ্বৈতবাদীশিংনা হায়—ব্রহ্ম নত্তনা কবিগুম্বা মকমদা, করিমত্তা লৈতে, থৌরীবু লিন্দ অমনী হায়না শেরাম্বনা, খনবগুম্বা জগৎ-প্রপঞ্চসিদা ঐখোয়না মথল-মথাগী পোৎ উৎরিবনী হায়না খল্লী; তশেংবমক পোৎ ময়ামসিগী পরমার্থ-মন্থিদি লৈতে, ব্রহ্মনা পোৎ-পোৎতু ওইনা ওাল্লিবনী। জীবগা ব্রহ্মগসু খেন্নদে। মখোয়গী মত ওইনা ব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষবনী—ব্রহ্মগী মওং ( আকার ) লৈতে, শক্তি লৈতে, গুণ লৈতে; ব্রহ্মদি বৈচিত্র্যহীন ( মশক-মওং-নাইদবা ) আনন্দ-সত্তা (নুংঙাইবা) হায়বা অত্তুতনী। ব্রহ্মসিদা তিন্থিবা ( অমতা ওইখিবা ) হায়বা সাযুজ্য-লয় অত্তু ফংবনা অদ্বৈতবাদীশিংগী সাধনগী লক্ষ্যনী ( পান্দম্বী )।

**বৈরাগ্য অদ্বৈতমার্গ**—বৈরাগ্যনা মক ওইবা অদ্বৈতমার্গ: অদ্বৈত-মার্গদা ভোগ ( চাবা-থক্পনচিংবা ) ত্রেবগী নুংঙাইবা ( সুখ ) থাদোকপনা মরু ওইগদবনী, অদ্বৈতমার্গ-চৎপা মীশিংনা সম্প্রদায়গী শাসন কিবদগী অমসুং ভোগসুখ থাদোক্কবা সন্ন্যাসীসাধকশিংগী সঙ্গনা মখোয়সু বৈরাগ্যগী লম্বীদা চৎবগী খুদোংচাবা ফংগী, মরমসিনা সার্ব্বভৌমনা হায়রি—ঐনা মহাপ্রভু ( প্রভুবু ) বৈরাগ্যনা মক ওইবা অদ্বৈতমার্গদা চঙহন্গনী।

**নত্রগা**—বৈরাগ্যদা অমসুং অদ্বৈতমার্গদা। সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—ঐনা পাখণ্ড-লম্বোইরবলিবু বৈরাগ্যদা চঙহন্গনী—বৈরাগ্য হায়বদি ভোগ-সুখ ( চাবা-থকপগী নুংঙাইবকচু ) থাদোক্কবা শিক্ষা পীগনী অমসুং অদ্বৈত-মার্গদা চঙহন্গনী—অত্তু ওইরবদি জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বসি ( অভেদ) খন্দুনা লৈবদা হৈনবী ওইনবা ঐহাক তৌগে।

## মূল ৭৬

কহেন যদি পুনরপি যোগপট্ট দিয়া।
সংস্কার করিয়ে উত্তম সম্প্রদায় আনিয়া ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

কহেন—(প্রভুনা); যদি—যদি; পুনরপি—অমুক হন্না; যোগপট্ট—সন্ন্যাসীশিংগী মখোয় মখোয়গী সম্প্রদায়গী চিহ্ন (খুদম) খঙহন্নবা ফি মথল,

কনাগুম্বগী মত মতুং ইন্না যোগপট্টসি সম্প্রদায়গী উপাধিনী ( মিংথোন্নী ) ; দিয়া—পীদুনা ; সন্ন্যাস ছাড়িয়া—শেংদোকে ; উত্তম সম্প্রদায়—অন্নাংবা সম্প্রদায় ; আনিয়া—পুরক্তুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রবদি (প্রভুনা য়ায়রবদি) যোগপট্ট পীদুনা অন্নাংবা সম্প্রদায় পুরক্তুনা শেংদোক্হনগে

নেমরোল

প্রভুনা য়ারবদি উত্তম সম্প্রদায়দা সন্ন্যাস লৌহল্লগা মধ্যম সম্প্রদায় থাদোকহনগে হায়না সার্বভৌমনা হায়রম্মী ।

মূল ৭৭

শুনি গোপীনাথ মুকুন্দ দোঁহে দুঃখী হৈলা ।

গোপীনাথ আচার্য্য কিছু কহিতে লাগিলা ॥ ৭৭ ॥

শব্দার্থ

শুনি নাকোংগনা তারগা ; গোপীনাথ—গোপীনাথ আচার্য্য ; মুকুন্দ—মুকুন্দ দত্ত ; দোঁহে—অনীনা ; দুঃখী—দুখ্খাইবা ; হৈলা—ওইখি ; গোপীনাথ আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যনা ; কিছু—খরা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্বভৌমগী ৱাড় তাবদা গোপীনাথাচার্য্যগা মুকুন্দ-দত্তগা অনীনা দুখ্খাইরম্মদে । গোপীনাথ আচার্য্যনা ৱা খরা হায়বা হৌখি ।

মূল ৭৮

ভট্টাচার্য্য তুমি ইঁহার না জান মহিমা ।

ভগবত্তা লক্ষণের ইঁহাতেই সীমা ॥ ৭৮ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—ওহে ভট্টাচার্য্য ; তুমি—নহাক ; ইঁহার—মহাকী ; না জান খঙদে ; মহিমা—মতীক মহিমা ; ভগবত্তা—ভগবান ওইবগী ; লক্ষণের—লক্ষণগী ; ইঁহাতেই—মহাদা লৈরি ; সীমা—অমথৈ ( ওই ) ।

মৈতৈলোন্‌ । হন্দোকপা

ওহে ভট্টাচার্য্য ! নহাক মহাক্কী মহিমা খঙদে । মহাক্কীদা ভগবানগী অবোইবী লক্ষণ অদু য়াওরিবনী ।

## নৈনরোল

**ভগবত্তা-লক্ষণ**—ভগবত্তাগী ( ভগবান্না হায়রগী ) লক্ষণ ( চিহ্ন ) ; ভগবানগী লক্ষণ পুন্নমক । স্বয়ং ভগবানগী থোইদোক্লপ লক্ষণ-দি অহুম্না-মত্তদি—(১) স্বয়ং ভগবানগী বিগ্রহদা ( হকচাঙদা ) অতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপ পুন্নমক লৈবা, (২) প্রেম পীবা ওইবা ( প্রেমদাতৃত্ব ), অমসুং মাধুর্য্যগী মপুঙ পুঙফা-হাবা মওং ( পূর্ণতম বিকাশ ) । শ্রীমন্ মহাপ্রভুদা লক্ষণ অহুমসি লৈ । নবদ্বীপ-লীলাদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মহাক্কী বিগ্রহদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ, শ্রীশ্রীরামসীতা লক্ষ্মণ, শ্রীবলদেব, শ্রীমহেশ, শ্রীবরাহ, শ্রীলক্ষ্মী, শ্রীরুক্মিনী, শ্রীভগবতী-নচিংব ভগবৎ-স্বরূপশিং লৈবদু মহাক্কী নাদানগী পরিকরশিংগী মমিত্তা উহনখি । সন্ন্যাস লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদসু মহাক্না প্রেম-দান তৌখিবা মীগী মশীঙ য়াম্মী । অদুগা সন্ন্যাসগী মতুঙদসু মী মশীঙ-নাইদবমখৈদা-প্রেম পীখি, ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা শা উচেক অমদি ঊরীনচিংবা উ-রা পুম্বদ-ফাওবা প্রেমদান তৌখি । অদুগা মাগী মাধুর্য্য উবদা গোদাবরী-তীরদা রামানন্দ রায়না মুংঙাইমনখিদুনা রাম্থখি অদুগা রথযাত্রাগী মতমদা শ্রীজগন্নাথদেব ফাওবা উকখি ।

## মূল ৭৯

তাহাতে বিখ্যাত ইঁহো পরম-ঈশ্বর ।
অজ্ঞ-স্থানে কিছু নহে বিজ্ঞের গোচর ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

তাহাতে—মবমদুনা ; বিখ্যাত—ফাওবিবনী ; ইঁহো—মহাক্কী , পরম-ঈশ্বর—ঈশ্বর মকোক্কী , পরমেশ্বরনী ; অজ্ঞ—খঙদবা মীগী , স্থানে মফমদা ; কিছু—করিসু ; নহে—নত্তে ; বিজ্ঞের—খঙবা মীতমা ; গোচর—উবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা (ভগবত্তা লক্ষণ মঙোন্দা লোইমা লৈবনা) মহাক পরমেশ্বরনী হায়না মিংচৎপনী । খঙদবা মীদদি মহাক্না করিসু লৈতবনী ঃ অদুগা ( মহাক্কী ভগবত্তাসি ) অখঙবতনা খঙবনী ।

**অমুবাদ**

**তত্ত্বজ্ঞানে কিছু নহে**—ভগবত্তত্বগী মরমদা খঙদবা মূর্খশিংঙী মকম; দদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য করিছু নহে. পাখণ্ড-সন্ন্যাসী অমা ওই হায়বতুঙায়। অতুবু মহাকমে বিজ্ঞশিংনদি খঙঙী। বিজ্ঞ হায়বদি ভগবত্তত্বগী মরমদা হকথেমনা খঙলবা অতুগা সাধন তৌতুনা ভগবানবু অনুভূতি তৌরবা মখোয়শিংনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মহিমা হায়বদি তত্ত্ব খঙঙী। গোপীনাথ আচার্য্যনা খারিবা খোন্দাসিগী খবরনিদি অসিনী—"ওহে সার্ব্বভৌম! শাস্ত্র মখাম হৈরেদি হায়বদু ভগবত্তত্ত্ব খঙবগী মতাঙদদি নহাক খঙদবনী মূর্খনী। তত্ত্ব-খঙবা মীদগী সন্ন্যাসী অসীগী ব্রা খঙননবা তৌ।"

**মূল ৮০**

শিষ্যগণ কহে—ঈশ্বর কহ কোন প্রমাণে।
আচার্য্য কহে—বিজ্ঞমত ঈশ্বর-লক্ষণে ॥ ৮০ ॥

**শব্দার্থ**

শিষ্যগণ—সার্ব্বভৌমগী পড়োয়ানশিংনা; কহে—হায়; ঈশ্বর—ঈশ্বরনী; কহ—হায়রিবা; কোন প্রমাণে—করুম্বা প্রমাণনা; আচার্য্য গোপীনাথ আচার্য্যনা; কহে—হায়; বিজ্ঞমত—তত্ত্ব-খঙবশিংগী মত ইমা; ঈশ্বর-লক্ষণে—ঈশ্বরগী লক্ষণ লৈ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সার্ব্বভৌমগী শিষ্যশিংনা হংলম্মী—করুম্বা প্রমাণনা কনাবু ঈশ্বরনী হায়গনী? অতুগা গোপীনাথ আচার্য্যনা খুমম্মী—প্রভুসিদা ঈশ্বরগী লক্ষণ লৈ হায়বসি তত্ত্ব-খঙবা মীশিংনা হায়রগা মতুনা প্রমাণ ওইগদবনী।

**নৈনজোল**

**বিজ্ঞমত ঈশ্বর লক্ষণে**—ঈশ্বরগী লক্ষণগী মরমদা তত্ত্বজ্ঞ বিজ্ঞ ওইবা মীতাগী অনুভব অতুতনা অমতা ঙায়বা প্রমাণনী। তত্ত্ব-খঙবা মীশিংনা সাধনা তৌতুনা মহাক্কা অনুভব তৌরগা (খঙলগা) হায়বা অতুনা ঈশ্বরগী লক্ষণগী মতাঙদা প্রমাণনী। মরমদি মখোয়গী অনুভব অতুদা ভ্রম (শোরায়না লৌবা), প্রমাদ (মুত্না-তাঙখনগী লানবা), বিপ্রলিপ্সা (নমথাক তৌনীঙবা), করণাপাটব (থবক তৌবগী হৈশিংদবা) হায়বা দোষ মরিসী লেতে।

মূল ৮১

শিষ্য কহে ঈশ্বরতত্ত্ব সাধ অনুমানে।

আচার্য্য কহে অনুমানে নহে ঈশ্বর-জ্ঞানে॥ ৮১॥

শব্দার্থ

শিষ্য—সার্ব্বভৌমগী শিষ্যনা ; কহে—হায় ; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরগী তৎ খংবা রাখি ; সাধি—পুখোকপা য়াই ; অনুমানে—মকম ( হেতু ) উবগা লেপ্পা হায়েপ্পা ; আচার্য্য—গোপীনাথাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; অনুমানে—অনুমান-না ; নহে—য়াদে ; ঈশ্বর জ্ঞানে—ঈশ্বরবু খঙবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী শিষ্যনা হায়রম্মী—ঈশ্বরগী তত্ত্বদি অনুমান-না খঙবা য়াই। অদুদা গোপীনাথাচার্য্যনা খুমখি—অনুমানদি য়াবেং ঈশ্বরবু খঙবদি।

নৈনরোল

সাধি অনুমানে—সার্ব্বভৌমগী শিষ্যশিংনা হায়রম্মী—চফু ( ঘট ) উবগা মাবু শাবা (চফু-শাবা) লৈ হায়না অনুমান তৌগা য়াবগুম্না জগৎসিবু উবগম্বু মসী শেম্বা মপু ( কর্ত্তা ) অমা লৈ হায়বসি অনুমান তৌবা য়াই ; কর্ত্তা অদু ঈশ্বরনী ; অসুম্না অনুমানগী পাম্বৈনা ঈশ্বর-তত্ত্ব লেপ্পা য়াই ( সাধন তৌবা য়াই )।

আচার্য্য কহে-নচিংবা—সার্ব্বভৌমগী শিষ্যশিংগী-দা তারগা গোপীনাথ আচার্যনা খুমম্মী—অনুমানগী পাম্বৈন ঈশ্বর-তত্ত্ব লেপ্পা য়াদে। জগৎকী কর্ত্তা ( শেম্বা-মপু ) ওইনা ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসি অনুমানগী পাম্বৈনা অবধারণ ( শোয়দবনী হায়না লেপ্পা ) তৌবদি য়াই, অদুগা অনুমানগী পাম্বৈনা ঈশ্বরবু খঙবদি য়াদে।

অশেংবমক বিচার তৌদুনা য়েংলগদি অনুমানগী পাম্বৈনা ঈশ্বরগী অস্তিত্ব ( লৈ হায়বসি ) ফাওবা অবধারণ তৌবা (শোয়দ্রবনী হায়না লেপ্পা) য়াদে। মদুগী মরমদি অসিনী। ঐখোয়না মৈখু উবগা মৈ লৈ হায়না অনুমান তৌয়ি ; মরমদি মৈদি ঐখোয়না ইন্দ্রিয়না খঙবা য়াবনী, মৈখুসু ইন্দ্রিয়না খঙবা য়াবনী অদুগা মখোয়নীগী সম্বন্ধসু ইন্দ্রিয়না খঙবা য়াবনী। মৈ, মৈখু অমসুং মখোয়গী সম্বন্ধসু ঐখোয়না খঙজী হায়দুনা মৈখু উবগা

মৈ লৈ হায়বসি ঐখোয়না অনুমান তৌবা য়ারিবনী। মৈগা মৈখুগা অনীগী সম্বন্ধতু ঐখোয়মা খঙত্রবদি মৈখু উরগা মৈ লৈ হায়না অনুমান তৌবা ঙম্মগ্লোই। জগৎসী ঐখোয়না ইমীৎনা উই অতুনা ইন্দ্রিয়না খঙবা য়াবনী হায়বা রাসি ঐখোয় য়াবা য়াই; অতুবু ঈশ্বরদি ঐখোয়গী ইমীৎনা উবা পোৎ নত্তে, অতুগা ঈশ্বরগা জগৎকা অনীগী সম্বন্ধসু ঐখোয় উবা ফংদে। মীৎনা উবা য়াদবা পোৎকো অতোপ্পা পোৎ অমগা লৈনরিবা মরীতু (সম্বন্ধতু) উবা ফংদে। মরমসিনা জগৎকা ঈশ্বরগা সম্বন্ধ লৈ লৈত্তে হায়বতু জগৎনা মীৎনা উবা য়াদবনীনা মীৎনা-উরগা-খঙগদবা (প্রত্যক্ষ-জ্ঞানমূলক ওইবা) অনুমানা পাম্বৈ ওইতুনা ঈশ্বর লৈবগী নত্রগা মাগী তত্ত্ব খঙবগী রাদি ওইথোক্তে। জগৎপু ঐখোয়না উই, জগৎকী মপু (কর্ত্তা) অমা লৈ হায়বসী অনুমান তৌবা য়য়ারসী, অদুবু কর্ত্তাতু ঈশ্বরনী অতৈ কনামা নত্তে হায়না অনুমান তৌবদি রিচার-য়াওবা থবক নত্তে। ব্রহ্মসূত্রগী দ্বিতীয়সূত্রগী ভাষ্যদা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যসু রাফমসিমক হায়রম্মী মদুদি— জগৎকী মশক ওইবা কার্য্যগী (থবকী) কারণ (থোরকফম, মরম) ব্রহ্ম-নী হায়বসে শ্রুতিপ্রমাণতনা খঙবা য়াই, অনুমানগী পাম্বৈনদি খঙবা য়াদে। অনুমানগী মতেঙনা খঙবা য়াদ্রিবা করিগীনো হায়বদুগী হেতু (মরম) ওইনা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্মী— "ইন্দ্রিয়বিষয়ত্বেন সম্বন্ধাগ্রহণাৎ। স্বভাবতো বহির্বিষয়-বিষয়ানি ইন্দ্রিয়াণি, ন ব্রহ্মবিষয়াণি। সতি হি ইন্দ্রিয়বিষয়ত্বে ব্রহ্মণ ইদং ব্রহ্মণা সম্বদ্ধং কার্যমিতি গৃহ্যেত। কার্য্যমাত্রং হি গ্রহ্যমাণং, কিং ব্রহ্মণা সম্বদ্ধং কিমন্যেন কেনচিৎ বা সম্বদ্ধং ইতি ন শক্য নিশ্চেতুম্। তস্মাজ্জন্মাদিসূত্রং ন অনুমানোপন্যাসার্থং কিং তর্হি? বেদান্ত-বাক্য প্রদর্শনার্থম্।"

## মূল ৮২

অনুমান-প্রমাণে নহে ঈশ্বরতত্ত্ব-জ্ঞানে।

কৃপাবিনে ঈশ্বরতত্ত্ব কেহো নাহি জানে ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

অনুমান-প্রমাণে—অনুমান-না প্রমাণ ওইদুনা; নহে—ওইদে; ঈশ্বরতত্ত্ব-জ্ঞানে—ঈশ্বরতত্ত্ব খঙবা: কৃপাবিনে—ঈশ্বরগী কৃপা নত্তনা; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরগী রাবু; কেহো—কনামত্তনা; নাহি জানে—খঙদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনুমান-না প্রমাণ ওইদুনা ঈশ্বরতত্ব খঙবা য়াদে। ঈশ্বরগী কৃপা নত্তনা ঈশ্বরতত্ত্ব কনানা খঙদে।

## মূল ৮৩

ঈশ্বরের কৃপা-লেশ হয় ত যাহারে।
সেইত ঈশ্বরতত্ত্ব জানিবারে পারে ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; কৃপা-লেশ—থোজান মরীক ; হয় ত—ওহবা ; যাহারে—মদোম্দা ; সেইত—মহাক্তুদনা ; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরগী অওইবা রা ; জানিবারে—খঙবা ; পারে—ঙম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরনা কৃপা-মরীক অমতং তৌবিরবা মহাক্তুদনা ঈশ্বরতত্ত্ব খঙবা ঙম্মী।

## মূল ৮৪

তথাহি ( ভাঃ ১০/১৪/২৯ )

তথাপি তে দেব পদাম্বুজদ্বয়-
প্রসাদলেশানুগৃহীত এব হি।
জানাতি তত্ত্বং ভগবন্মহিম্নো
ন চান্য একোঽপি চিরং বিচিন্বন্ ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

তথাপি—অদুম ওইনমক ( নঙগী মাহাত্ম্য মপূংফানা খঙনরবসু ); তে—নহাক্কী ; দেব—হে দেব ; পদাম্বুজদ্বয়—খোঙ-থম্বাল অনীগী ; প্রসাদলেশ-অনুগৃহীত—থোজান-মরীক চানবিরবা ; এব হি—লেপ্পমক ; জানাতি—খঙঙী ; তত্ত্বম্—তত্ত্ব, স্বরূপ ; ভগবন্মহিম্নো—ভগবান্গী মহিমাগী ; ন—খঙদে ; চ—অমসুং ; অন্যঃ—অতোপ্পা ; একঃ অপি—অমনসু ; চিরং—মতম কুইনা ; বিচিন্বন্—থিদুনা।

### [illegible] হন্দোকপা

৩৯ ( নঙগী মহিমাশু মকান্না শাংতুনা লৈরবস্থু ) অদুম ওইনমক, হে দেব ! হে ভগবান্ ! নখোঙ-থম্বাল অমীশ্মী থৌজান্-মরীকা চান্বিরবা মীতনা নঙগী মহিমাগী তত্ত্ব হায়বদি স্বরূপ খজিক্কুং খঙবা ঙম্মী হায়বসী শোয়দবনী । নত্রগদি ( থৌজান্-মরীক-ফংদবা ) অতোপ্পা কনা অমনদি মথন্ত লৈহুনস্থু ( সাধন তৌবকটিংবা নত্রপা শাস্ত্রাভ্যাস তৌহুনস্থু ) মতম যাম্না শাংনা অনুকম্পার ( দিবা ) নত্রপা বিচার ( [illegible] ) তৌহুনস্থু তত্ত্ব খঙবা ঙমদে ।

### নৈনবলোন

[illegible] মত্তুংদা ইকাইখুম্না মরাল ঙাকপীত্তি হায়বগীদমক শ্রীবৃন্দাবন-দা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু স্তব তৌখিবদা নৈনরিবা শ্লোক অসী স্তবতুগী মনুঙদা য়াওবনী । শ্লোকসিগী মমাঙগী শ্লোকশিংদা হায়রি—শ্রীকৃষ্ণ সর্ব্বব্যাপী (মফম পুম্বদা লীনথুংবনী), হায়বদি মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা লৈবনী, পুম্নমক্কী খুং-গাম অনীমক্তা মতমপুম্বদা লৈবনী ; মরমদুনা মহাক্কী মহিমাদি ( মতীক-ময়াইদি ) মকা কন্না শাংতুনা লৈবনী ; অদুবু মহাক মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা লৈববস্থু মী খুদিংমক্না মহাকপু খঙবা ঙমদে— মহাক্না চান্বা মীতা অমর্থক্তনা মহাকপু খঙবা ( অনুভব তৌবা ) ঙম্মী হায়বসী শ্লোকসিদা হায়রিবনী ।

তথাপি—মহাক্না মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা লৈরবস্থু অমস্থুং মদুনা মরম ওইদুনা নঙগী মহিমা [illegible] মী পুম্নমক্না মচবু খঙবা ঙমদে , কনা কনাদি খঙবা ঙম্মী হায়বদা মসিদা হায়রি । হে দেব— দিব্ ধাতুদগী দেব—শব্দ ওইবকপনী ; দিব্-ধাতুদি প্রকাশ ( ফোঙবা ) নত্রগা ক্রীড়া ( শান্নবা ) অর্থদা লীজরে । প্রকাশ-অর্থ ওইরগনা দেব-শব্দগী অর্থ মতমপুম্বদা [illegible] পুম্নমকপু ( ফোঙদোকপা [illegible] ) হায়বনী । অদুগা ক্রীড়া অর্থ ওইরগনা দেব-শব্দগী অর্থ—শান্নগনবা (ক্রীড়া-পরায়ণ), মতম পুম্বদা বৃন্দাবন-দা শান্নরিবা [illegible] ; শ্রীবৃন্দাবন-বিহারী । মরমদুনা হে দেবগী অর্থদি হে সর্ব্বপ্রকাশ ( পুম্নমকপু ফোঙদোকপা ) ! হে সর্ব্বত্র প্রকাশমান ( মফম পুম্বদা ফোঙদোকপা ), হে বৃন্দাবনবিহারিন্ ( বৃন্দাবনদা শান্নবা ) হায়বনী ।

হে ভগবন্—মহাক্কী কারুণ্য-মচিংবা ( তোম্ববু কুংশিবীবা ) গুণ কোঙদোকপিয়া ; মহাক্কী কারুণ্য-মচিংবা গুণ-শিংছু মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা কোতমাক্লিবা মহাক।

মহিম্নঃ তত্ত্বং—ভগবান্গী—শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাগী তত্ত্ব হায়বদি স্বরূপ অদু জানাতি—খঙবা ঙম্মী, অনুভব তৌবা ঙম্মী : মীংনা ভগবান্বু উবা, নাকোঙনা ভগবান্গী কণ্ঠস্বর-নচিংবা তাবা, নাতোন্না ভগবান্গী অঙ্গ-গন্ধনচিংবগী মণম নম্বা, লৈয়েঙনা ভগবান্গী অধরামৃত তংবা, উনসা চরণচিংবা শোকপা, হৃদিদা মহাক্কী রূপ-গুণ-লীলানচিংবগী মাধুর্য্য উপলব্ধি তৌবা, অসিনচিংবসি ভগবান্গী স্বরূপ অনুভব তৌবগী অঙনী ( শরুক্কী )। শ্রীভগবান্গী কৃপা অত্তনদি হায়রিবশিংসি অমতসু ঙইথোক্তে।

ঈশ্বরগী কৃপা নত্তনা অতৈ উপায় অমনা ভগবত্তত্ত্ব খঙবা ঙমদে, মহাক্কী রূপ-গুণচিংবা উপলব্ধি তৌবা য়াদে হায়বগী শ্রুতিনসু হায় "নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন। যমেবৈষ বৃণুতে তেনৈব লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বৃণুতে তনুং স্বাম্—বেদশাস্ত্র অধ্যয়ন তৌহনসু, মেধা ( স্মরণ-শক্তি ) লৈহনসু, নত্রগা শ্রুতি-শাস্ত্র য়াম্না শ্রবণ তৌবনসু পরমাত্মারূপী ভগবান্সিবু ফংবা য়াদে। ভগবান্না কৃপা তৌরবা মহাক অদুত্তনা ভগবান্বু ফংবা ঙম্মী, মঙোন্দদি ভগবান্না মছামক্কী আত্মা ( হকচাঙ ) দান তৌথোক্লি। মুণ্ডক /৩/২/৩॥"

মূল ৮৫

যদ্যপি জগদ্গুরু তুমি শাস্ত্রজ্ঞানবান।

পৃথিবীতে নাহি পণ্ডিত তোমার সমান ॥ ৮৫ ॥

শব্দার্থ

মু ; জগদ্গুরু—শাস্ত্র-হেবনী হায়হুনা জগৎকী শিক্ষাগুরু ; তুমি—নহাক ; শাস্ত্রজ্ঞানবান্—শাস্ত্র-খঙবা ; পৃথিবীতে পৃথিবীদা ; নাহি—লৈতে ; পণ্ডিত—লাইরীক ক্রৈরা ; তোমার সমান—নঙগা মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাকসে শাস্ত্রহৈবা জগদ্গুরু ওইরবসু অদুগা মঙগা মান্নবা পণ্ডিত পৃথিবীদা লৈত্রবসু ( নঙোন্দা ঈশ্বর কৃপা মচেৎ অমা য়াওদে )।

## মৈনরোল

সার্বভৌমগী শিষ্যশিংনা অনুমান-প্রমাণগী মা-হায়রকপহৃদা সার্বভৌমনা করিমতা, হায়রমনবহৃদা সার্বভৌমনা শিঙশিংনা হায়রিবহৃ যাই হায়না গোপীনাথ আচার্য্যনা খল্লম্মী : মরমসিনা আচার্য্যনা যৌক্তিক সার্ব্বভৌমদা পান্নবা যদ্যপি-নচিংবসি হায়খিবনী।

### মূল ৮৬-৮৭

ঈশ্বরের কৃপালেশ নাহিক তোমাতে।
অতএব ঈশ্বরতত্ত্ব না পার জানিতে ॥ ৮৬ ॥
তোমার নাহিক দোষ—শাস্ত্রে এই কহে—।
পাণ্ডিত্যাদ্যে ঈশ্বরতত্ত্ব কভু জ্ঞাত নহে ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, কৃপালেশ থৌজান মরীক ; নাহিক—য়াওদে ; তোমাতে—নঙোন্দা ; অতএব—মরমহ্না ; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরগী স্বরূপ ; না পার—ঙমদে ; জানিতে—খঙবা ; তোমার—নঙগী ; নাহিক—নত্তে ; দোষ—নরাল ; শাস্ত্রে—শাস্ত্রনা ; এই—অসি ; কহে—হায় ; পাণ্ডিত্যাদ্যে—পণ্ডিত ওইবনদি ; ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বরগী স্বরূপ ; কভু—কদৌঙৈদসু ; জ্ঞাত—অখঙবা ; নহে—নত্তে।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

নঙোন্দা ঈশ্বরগী থৌজান মরীক অমত্তা য়াওবা য়াওদে, মরমহ্না নঙনা ঈশ্বরগী স্বরূপ খঙবা ঙমদবনী। নঙগী দোষ নত্তে ; শাস্ত্রনা হায়বা অসি মৈ, মহ্নদি পণ্ডিত ওইবনদি ঈশ্বরতত্ত্ব কদৌঙৈদসু খঙদে।

## মৈনরোল

পণ্ডিত ওইবগা ঈশ্বরতত্ত্ব খঙদে হায়বসিগী প্রমাণদি মখাগী য়াওরিবা "অথাপি তে দেব"—শ্লোক অদুমক্তা ওইরি।

### মূল ৮৮

সার্ব্বভৌম কহে—আচার্য্য কহ সারধানে।
তোমাতে তাঁহার কৃপা—ইথে কি প্রমাণে ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

সার্বভৌম কহে—সার্বভৌমনা হায় ; আচার্য্য—হে গোপীনাথ আচার্য্য ; কহ—হায়য়ু ; সাবধানে—চেকশিন্না ; তোমাতে—নঙোন্দা ; তাঁহার—মহাক্কী ( ঈশ্বরগী ) ; কৃপা—থৌজ্জান ( লৈ ) ; ইথে—অসিদা ; কি প্রমাণে—করি প্রমান্নো ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—হে আচার্য্য, চেকশিন্না রা ভাওও । নঙোন্দা ঈশ্বরগী কৃপা লৈবগী প্রমাণদি করিনো ?

### নৈনরোল

গোপীনাথাচার্য্যগী রা তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী-"আচার্য্য । নহাক চেকশিনদনা থর রাংহলে । তর্কগী রীতি ( চংনবী ) রাং লায়ে নহাক । শাস্ত্রগী বিচার তৌনবগী—ঈশ্বরতত্ত্বগী রা হায়নবনী ; শাস্ত্রগা রা তোকুনা নওদি মী-চৈবা (ব্যক্তিগত আক্রমণ) হৌরেনা (৮৬-৮৭ পয়ারদা হায়রিবসি ব্যক্তিগত আক্রমণ-নী । মসী আচার্য্যগী চেকশিন্দবগী খুদম্নী) । থোকুখিবনী থোকুগ্রে । থরদি চেকশন্না ঐনা হংগদৌরিবা রাগী পাউখুম পীদু হায়বদি ঐনা হংবা রা হুন্দোকুনা রাফে হায়গনু ( অদু তৌরবদি চেকশন্দবা ওইগনী ) । মরে গোপীনাথ, নওনা হায়রিবু ঈশ্বরগী কৃপাত্তনা ঈশ্বরতত্ত্ব খঙবা ঙম্মী, অতে পাদৈম্না য়াদে অসি নত্রা ? ঐখোয়বুদি ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিরে ; মরমসিনা ঐখোয় ঈশ্বরতত্ত্ব খঙবা ঙমগ্রিবনী । অদুবু নঙোন্দদি ঈশ্বরগী কৃপা লৈবনা নওনা ঈশ্বরতত্ত্ব খঙলিবনী হায়না নওনা হায়রি ; অদুমু নঙোন্দা মহাক্কী কৃপা লৈ হায়বসে করম হায়না ঐখোয় খঙগনী ? মদুগী প্রমাণ করিনো ?

### মূল ৮৯

আচার্য্য কহে বস্তুবিষয়ে হয় বস্তুজ্ঞান ।
বস্তুতত্ত্ব-জ্ঞান হয় কৃপাতে প্রমাণ ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য কহে— গোপীনাথাচার্য্যনা হায় ; বস্তুবিষয়ে—মরিগুমা পোং

অমগী মরমদা ; হয়—ওই ; বস্তুজ্ঞান—পোৎশক খঙবা ; বস্তুতত্ত্ব জ্ঞান —পোৎকী তত্ত্ব হায়বদি স্বরূপ চপচান্না খঙবত্নুনা ; হয়—ওই ; কৃপাতে —ঈশ্বরগী কৃপাননী হায়বগী ; প্রমাণ—চপ চাবা খঙনবা উপায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যনা হায়রম্মী—করিগুম্বা পোৎ অমগী মরমদা পোৎশক খঙবা হায়বা অত্নু ওইরো। অত্নুনদি চপচানা পোৎশক খঙবত্নুনা ঈশ্বরগী কৃপাননী হায়বগী প্রমাণনী।

## নৈনরোল

বস্তুজ্ঞান—পোৎশক খঙবা ; করিগুম্বা পোৎপু উরগা মত্নুবু পোৎতুনী হায়না খঙবা ; খুদম ওইনা হায়রগা—থোরী উরগা থোরীনী হায়না খঙবা।

"বস্তুবিষয়ে বস্তুজ্ঞান" হায়বা বাক্যাংশসিগী অর্থদি অসিনী মত্নুদি—করিগুম্বা পোৎ অমগী স্বরূপ খঙবনা অমত্তা ওায়বা বস্তুতন্ত্রনী হায়বদি তশেংবা পোৎশক অত্নুমক্তা পোত্তু খঙননবগী অমতা ওায়বা পাম্বৈনী। মস্মুম্না খঙবদি পোৎকী চপ্পচারা স্বরূপকী মখা পোল্লী ; কনামগী বুদ্ধি-নচিংবগী রা চঙদে। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনসু হায়রম্মী—"ন তু বস্তু 'এবং নৈবং"—'অস্তি নাস্তীতি' বিকল্প্যতে। বিকল্পনাস্তু পুরুষবুদ্ধ্যপেক্ষাঃ। ন তু বস্তু যাথাত্ম্যজ্ঞানং পুরুষবুদ্ধ্যপেক্ষম্। কিং তর্হি? বস্তুতন্ত্রমেব তৎ নহি স্থাণৌ একস্মিন্ স্থাণুর্বা পুরুষোঽন্যো বা ইতি তত্ত্বজ্ঞানং ভবতি। তত্র পুরুষো বা অন্যো বা ইতি মিথ্যাজ্ঞানং স্থাণুরেবেতি তত্ত্বজ্ঞানং বস্তুতন্ত্রত্বাৎ। এবং ভূতবস্তুবিষয়াণাম্ প্রামাণ্যং বস্তুতন্ত্রম্। তত্রৈবং সতি ব্রহ্মজ্ঞানমপি বস্তু-তন্ত্রমেব ভূতবস্তুবিষয়ত্বাৎ॥ ব্রহ্মসূত্র ১/১/২ সূত্রগী ভাষ্য॥" বস্তু (পোৎ) হায়বসিদি "অসিগুম্বনী—অসিগুম্বা নত্তে" "লৈ-লৈতে" অস্মুম্না বিকল্পগী বিষয় ওইবা য়াদে। বিকল্প তৌবা তারবদি বুদ্ধিনা পাম্বৈ ওইবা তাই। অত্নুবু করিগুম্বা পোৎকী স্বরূপ (মশক) খঙবদি কনামতগী কল্পনা (শাগৎপা) ওাইগদবা নত্তে ; পোৎতু অস্তেঙবা মশাতুন্দনা পাম্বৈ ওইগদবনী। স্থাণু হায়বদি লেঙদবা পোৎ (উকং মতুপ) অমা উরগা "মসী স্থাণুসু ওইবা য়াই, মী অমা ওইবসু য়াই, ইতোপ-তোপ্পা পোৎ অমা ওইবসু য়াই"—হায়না অস্মুম্না কনাগুম্বনা খঙলবদি মত্নুম্না খঙবনা স্থাণুগী মশক চপ চানা খঙবা হায়বত্নু ওইবা য়াক্তে। স্থাণুত্নুবু মী অমনী হায়না খঙলবা নত্তগা

('স্থাণু-নত্তবা') অতোপ্পা পোৎ অমনী হায়না লৌরবদি মতুম্বা খঙববু মিথ্যাজ্ঞান ('ওইদবা মখঙ') কৌবা তাই। অতুম্বা খঙবনদি স্থাণুবু চপচানা খঙবা হৌরবগুম মত্তে। মতুবু স্থাণুনী হায়না খঙলবদি মতুম্বা খঙবতুম্বা স্থাণুগী মরমদা ওইবা তত্ত্বজ্ঞান হায়বদি চপচাবা জ্ঞান (খঙবা) হায়বতুনী। মরমদি অসিগুম্বা জ্ঞানদি (খঙবদি) বস্তুতন্ত্রনী হায়বদি বস্তুগী চপচাবা স্বরূপ ('অশেঙবা পোৎশক') অদুতনা খঙলিবতুগী উপায়নী, মসুম্না খঙবদি অশেঙবা মশক অদুতনা সূক্ষ্ম ওইরগা খঙবনী, বুদ্ধিনচিংবনা খঙবতুগী সূক্ষ্ম নত্তে। মতৌ অসুম্না ভূতবস্তুবু (হান্না লৈরম্বা পোৎপু হায়বদি সিদ্ধ বস্তুবু) অধিষ্ঠান (সূক্ষ্ম) ওইহল্লগা থোরকপা জ্ঞান (খঙবা) পূম্নমক্কী প্রামাণ্যদি সিদ্ধবস্তু ওইরিবা পোৎ-পোৎতুগী মশক খঙবগী বাদা লৈরে। মরমসিনা ব্রহ্ম হায়বা বস্তু (ঈশ্বরবস্তুগী মরমদা খঙবসু) বস্তুতন্ত্রনী, মবমদি জ্ঞান-সিগী বিষয় ওইরিবা ব্রহ্ম হায়বদি ঈশ্বর অদু নিত্যসিদ্ধ বস্তুনী (মতম পূম্নমক্তা লৈরক্লবা পোৎনী)। মসি করিগুম্বা কর্ম্ম অমনা থোরকপা নত্তে। কর্ম্ম লৈরবদি কর্ম্ম-কর্ত্তাগী বুদ্ধি চঙজী, মদু বুদ্ধিতন্ত্রনী: মদি বেদনা হায়বা কর্ম্ম। কর্ম্ম অসিগুম্বদি কনামনা তৌনীঙলগা তৌবা য়াই তৌনীঙদ্রগা তোকপা য়াই নত্রগা বেদনা হায়বা মওংদুগা অন্ন-তৌবনা তৌবসু য়াই। অসুম্না কর্ম্ম তৌবগী নত্রগা তৌদরগী নত্রগা অন্ন-তৌনবা মওংদা তৌবগী ফল-দি কর্ম্মকর্ত্তা (থবক- তৌরিবা মী) অদুনা থোকহনবনী, মদু নিত্যসিদ্ধ (মতম পূম্বদা ওইবা) নত্তে। মসিদদি কর্ত্তাগী বুদ্ধি চঙজী হায়দুনা ফল তুসু বুদ্ধিদুনা পাম্বগী তুং ইল্লী, তৌরগনা ফল ফংবা য়াই, তৌদ্রগনা ফল ফংদবা য়াই, অন্ন-তৌনবা মওংদা তৌরগসু মতুগী মতীক থোকপা ফল ওইবা য়াই। অদুগা নিত্যসিদ্ধ (হায়বদি ঈশ্বরতত্ত্ব) ওইবা অদুদি মতুদা কনামতগী বুদ্ধি চঙদে। ঈশ্বরগী যথার্থ (অশেংবা) তত্ত্ববু কনাগুম্বনা মরম্নাই বুদ্ধিনা হায়নীঙবা অমা ওইনী খল্লবসু মদুদা যথার্থতত্ত্বদু ওন্নবা মওংগী ওইরোই (বেদনা হায়বা কর্ম্ম তৌদ্রগা ফল ওন্নবা ওইবগুম্বা ওইরোই): মাগী ওইরিবা স্বরূপ অদু অদুম লেঙদনা লৈগনী। কনাগুম্বনা হৈনৌ পাম্বীবু থৈবোঙ-পাম্বীনী হায়না খল্লগা হৈনৌতনা থাংজেংলিংনা থৈবোঙ ওইবা য়ারোই অদুম হৈনৌ ওইদুনা লৈগনী। মসিনী স্বরূপজ্ঞানগী বস্তুতন্ত্র ওইবা হায়বদো।

কৃপাতে প্রমাণ- বস্তুতত্ত্বজ্ঞান হায়বদুনা ঈশ্বরগী কৃপা লেরে হায়বগী প্রমাণী।

শ্রীগোপীনাথ-আচার্যনা মাবু ভগবান্না কৃপা তৌখ্রি হায়রগী প্রমাণ মতৌ অদুম্না উংলি। ঈশ্বরগী কৃপা নত্তনা কনাময়তনা ভগবত্তত্ত্ব খঙবা ঙমদে—মসি শাস্ত্রপ্রসিদ্ধ ওইবা বানী। অতোপ্পা উপায় অমত্তনা ঈশ্বরতত্ত্ব খঙবা ঙমদে। মরমসিনা কনাগুম্বগী ঈশ্বরতত্ত্ব-জ্ঞান ওইরবা, ঈশ্বরবু মমাঙদা উরগা ঈশ্বরনী হায়না শক্-খঙনবদি মহাক ঈশ্বরগী কৃপা ফংলবা মীনী হায়না খঙগনী। গোপীনাথ আচার্যনা হায়রি—“শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা স্বরূপকী মতুং ইন্না ওইরিবা পোংত্রো এহাক খঙলে—মহাক পোংফুনী হায়না ঐনা খঙলে। মাবু হেক উবমক্তদা মহাক ঈশ্বরনী, স্বয়ং ভগবান্ ব্রজেন্দ্র-নন্দন ( ব্রজনিংথৌ মপারি ) অতুনী হায়বা ঐ খঙলে। মরমসিনা ঐবু ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিরে হায়বগী প্রমান্নী অসি।” কনাগুম্বনা য়েংলকপা য়াই—“হে গোপীনাথ, নঙনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঈশ্বরনী হায়দুনা খঙলে হায়বগী প্রমাণ করিনো? ঈশ্বরগী লক্ষণ করি করি মঙোন্দা উরগে?” মসীগী পাউখুমদি মতুংগী পয়ারদা পীরি।

মূল ৯০-৯১

ইহাঁর শরীরে সব ঈশ্বর-লক্ষণ।
মহাপ্রেমাবেশ তুমি পাঞাছ দর্শন ॥ ৯০ ॥
তবু ত ঈশ্বরজ্ঞান না হয় তোমার
ঈশ্বর-মায়ায় করে এই ব্যবহার ॥ ৯১ ॥

শব্দার্থ

ইহাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ) শরীরে—হকচাঙদা; সব—লোইনমক; ঈশ্বর-লক্ষণ ঈশ্বর ওইবগী খুদম; মহাপ্রেমাবেশ—কৃষ্ণ-প্রেমদা ওইবা মহা আবেশ; তুমি—নঙ; পাঞাছ—ফংলে; দর্শন—উবা; তবু ত—অদুমনক্তদা; ঈশ্বরজ্ঞান—ঈশ্বরনী হায়না খঙবা; না হয়—ওইদে; তোমার—নহাক্কী; ঈশ্বর-মায়ায়—ঈশ্বরগী মায়ানা; করে—তৌরিবনী; এই ব্যবহার—শাজং মতাসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কিগী (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী) হকচাঙদা ঈশ্বর-লক্ষণ লোইনমক য়াওরি। মহাক্কী মহাপ্রেমাবেশ-সু নহাক উবা ফংলে। অদুমনক্তদা মহাকপু ঈশ্বরনী হায়বা নহাক খঙদে। নঙনা চংলিবা মতৌসি ঈশ্বরগী মায়ানা তৌহল্লিবনী।

নৈনরোল.

**ঈশ্বর-লক্ষণ**—ঈশ্বরনী হায়বগী লক্ষণ, খুদম । মহাক মছাগী খুদৃপ্তা খুদৃপ মরি রাংবা, মীংচিনা নাকোঙ য়েৌবা মীৎ, পুমমক্কী পুক্কীঙ হুবা শক্তা অসিনচিংবসি ঈশ্বর ওইবগী হকচাঙগী খুদম্নী। ভগবান্ ওইবগী লক্ষণ ময়ামগী রাদি মমাঙগী ২/৬/৭৮ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিউ। গোপীনাথ আচার্য্যনা অহানবা পয়ার তংথাইসিদা হায়রিবা রাংগী মর্ম্মদি অসিনী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী দেহদা লৈরিবা ঈশ্বরগী লক্ষণ সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা উবা ফংলিবনী । অনীশুবা পয়ার-তংথাইদা পল্লিবা লক্ষণ-গী রাতুগী ব্যঞ্জনাদি ( খোন্থাংদি ) অসিনী মতুদি—"সার্ব্বভৌম প্রভুগী দেহদা মহাপ্রেমাবেশগী বিকারতু নছামক্কা উরে অদুগা অসিগুম্বা বিকারদি মীওইবগী দেহেদা ওইথোক্তবনী হায়বহু মহাক খঙডী।"

**মহাপ্রেমাবেশ**—প্রেমগী মহা আবেশ; অসিগুম্বা আবেশদি ঈশ্বরদদা ওইথোকয়ি, মীওইবদদি ওইথোক্তে। নত্রগা **মহাপ্রেমাবেশ**—মহাপ্রেমগী ( অধিরূঢ় মহাভাবকী ) আবেশ । সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য মছামক্কা মহাপ্রভুগী দেহেদা অধিরূঢ়-মহাভাবকী ওইবা সুদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাবকী বিকার উরে। প্রেমবিকার অসি ব্রজগোপী নত্তবা অতৈ কনামতগী ওইথোক্তে, মরমদি ব্রজগোপী-নত্তবা অতৈ কনামতদা অধিরূঢ়-মহাভাব লৈতে। মহাপ্রভুগী অসিগুম্বা বিকার উরকপা মতমদা খঙগদবদি মহাপ্রভুনা অধিরূঢ় মহাভাব হায়বহি গোপীভাব লৌয়ি হায়গসিনী। ব্রজগোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তিনী ; শক্তিমান্ শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা স্বরূপ-শক্তিগী মূর্ত্তি-ওইবী গোপীশিংগী ভাব কনামতনা লৌশনবদি ওইথোক্তে। মরমসিনা শ্রীমনমহাপ্রভুসে স্বয়ংভগবান্ ব্রজ-নিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণচুমকী হায়বসিদা করিস্থ চিংনননাই লৈতে। মহাক্তি রাধাভাব-দ্যুতিনা তিল্লবা কৃষ্ণস্বরূপ-নী হায়বসি শ্রীগোপীনাথাচার্য্যনা ভাঙলিবা রাগী মর্ম্মনী ॥

**মূল ৯২**

দেখিলে না দেখে তারে বহির্ম্মুখজন।
শুনি হাসি সার্ব্বভৌম কহিল বচন ॥ ৯২ ॥

**শব্দার্থ**

দেখিলে—উরগসু ; না দেখে—উদে ; তারে—মহাকপু ( ঈশ্বরবু )

বহির্মুখ—ঈশ্বর-নত্তবা বিষয়-সম্পত্তিদা মায়ওন্নসনবা ; জন—মী ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; হাসি—নোক্তুনা ; সার্বভৌম—সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহিল—হায়রম্মী ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরদা মায় ওন্নশনবা মীদি ঈশ্বরবু উরবস্থু উদে । ৱাসি তারগা নোক্না নোক্না সার্বভৌমনা ৱা হায়খি ।

মৈথক্লোল

গোপীনাথ আচার্য্য মাম্না শাউরে হায়বসি তরং তরংনা খঙলে ; শাউরতুনা মহাক্না সার্বভৌমবু ঈশ্বরগী কৃপা-লৌদবা, মায়ানা শুম্বা, ঈশ্বর-নত্তবা মায়কৈদদা ওন্নশনবা মীতান্নী হায়মবদা পনবা লৈরমদে । তর্ক তৌনরকপদা ব্যক্তিগত আক্রমণ (মীবু চৈবা) তৌরুতুনা অমুকস্থু চেকশিন্দ্রে হায়বা তাক্লে । কনাগুম্বগী মুংশিজবা মীগী মরমদা অকায়বা ৱা হায়রবদি শাউবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানী ; অতুগা বিচার-তর্ক তৌনবদা নাতৈ-চাদবা মীচৈবা হায়বত্থু থোক্লকপা হায়বসিস্থু হৌনশানী । মরমসিনা ওইবা ত্তাই কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রম্লিবসি—"যদি হয় রাগদ্বেষ তাহাঁ হয় আবেশ, সহজবস্তু না যায় লিখন ॥ ২/২/৮৬ ॥" গোপীনাথাচার্যনা সার্ব্ব-ভৌমগী মশেল-মবাই ওইরমদ্রবদি ৱা ঙাঙবদা থরদি চেকশল্লমগদবনী

মূল ৯৩

ইষ্টগোষ্ঠী বিচার করি, না করিহ রোষ ।
শাস্ত্র দৃষ্ট্যে কহি কিছু না লইহ দোষ ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

ইষ্টগোষ্ঠী—মরূপ মপাঙ ওইবগী ৱারী ৱাতাই ; বিচার করি—খল্লসি ; না করিহ—তৌগনু ; রোষ—শাউবা ; শাস্ত্রদৃষ্ট্যে—শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ; কহি—হায়গে ; কিছু—খরা ; না লইহ—লৌগনু ; দোষ—অয়োন্-অরাল্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—মরূপ-মপাঙ ওইনা তত্ত্ব থিবগীদমক্তা বিচার-তর্ক তৌবনী নঙ শাওগনু । শাস্ত্রগী ৱা ওইনা খর ঙাঙগে, নঙ য়ানিংদ্রবস্থু দোষ লৌগনু ।

## মূল ৯৪-৯৫

মহাভাগবত হয় চৈতন্য গোসাঞি ।
এই কলিকালে বিষ্ণু-অবতার নাঞি ॥ ৯৪ ॥
অতএব ত্রিযুগ করি কহি বিষ্ণুনাম ।
কলিযুগে অবতার নাহি শাস্ত্রজ্ঞান ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

মহাভাগবত মহাভক্ত; হয়—ওই ; চৈতন্যগোসাঞি—চৈতন্যপ্রভু ; এই কলিকালে—কলি-কালসিদা ; বিষ্ণু-অবতার—বিষ্ণুগী অবতার ; নাঞি—লৈতে ; অতএব—মরমসিনা ; ত্রিযুগ—যুগ-অহুম : করি—হায়না ; কহি—কৌরি ; বিষ্ণুনাম—বিষ্ণুগী মিং ; কলিযুগে—কলিযুগদা ; অবতার—অবতার ; নাহি—লৈতে ; শাস্ত্রজ্ঞান—শাস্ত্রগী খঙবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভু ভগবানগী পরম ভক্তনী হায়বসিদা কবিমতা চিংনমভাই লৈতে । কলি-কালসিদদি বিষ্ণুগী অবতার লৈতে । মরমসিনা বিষ্ণুবু ত্রিযুগ কৌয়ি । কলিযুগদা অবতার লৈতে হায়বসি শাস্ত্রদগী খঙবনী ।

### নৈনরোল

**মহাভাগবত**—পরম ভাগবত, ভগবানগী পরমভক্ত ।

**ত্রিযুগ**—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর হায়বা যুগ অহুমসিদা অবতার থোকবা মাবু ত্রিযুগ কৌই ।

**কলিযুগে অবতার নাহি শাস্ত্রজ্ঞান**—কলিযুগদা বিষ্ণুগী অবতার লৈতে হায়বসি শাস্ত্রজ্ঞান-নী হায়বদি শাস্ত্রদগী খঙডী । মত্রগা, কলিযুগদা বিষ্ণুগী অবতার লৈবগী শাস্ত্রজ্ঞানতু এগী লৈতে ; করিগুম্বা শাস্ত্রদা অসিগুম্বা রা য়াওয়ি হায়বদি এহাক খঙদে ।

অস্তুম্না সার্বভৌমনা হায়বম্বী, সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর হায়বা যুগ অহুমসিদা বিষ্ণুনা অবতার থোকয়ি ; মরমসিনা বিষ্ণুগী মিং অমনা ত্রিযুগ কৌয়ি । মরমসিনা শ্রীচৈতন্যসে অবতার ওইবা য়াদে ; অদুম্নদি ওইরম্বা মহাক্নে মহাভাগবত অমনী হায়বসিদি চিংনঙাই ওইদে ।

বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরদা ভগবানবু ত্রিযুগ কৌয়ি অদুগা ত্রিযুগ কৌবগী মরমসু হায়রি।

"প্রত্যক্ষরূপধৃগ্ দেবো দৃশ্যতে ন কলৌ হরিঃ। কৃতাদিষেব তেনৈব ত্রিযুগ ইতি কথ্যতে॥ সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর-যুগ অহুমসিদা ভগবান্ হরি শাংশাংবা শক (প্রত্যক্ষরূপ) ফৌয়ি: কলিদদি অশংবা শক উবা ফংদে। মরমসিনা মাবু ত্রিযুগ কৌয়ি। শ্রীমদ্ভাগবতঅদসু মহাকপু ত্রিযুগ কৌয়ি। অদুগা কলিদা মহাক অরোৎপা অবতারনী হায়দুনা মশক উবা ফংদে হায়বসিমু য়াওরি। "ইত্থং নৃতির্য্যগৃষিদেবঝষাবতারৈর্লোকান্ বিভাবয়সি হংসি জগৎ প্রতীপান্। ধর্ম্মং মহাপুরুষ পাসি যুগানুবৃত্তং ছন্নঃ কলৌ যদভবস্ত্রিযুগোঽথ স ত্বম্॥ ৭/৯/৩৮॥ শ্রীপ্রহ্লাদনা শ্রীভগবান্দা হংখি—হে মহাপুরুষ! মতৌ অসুমা যুগ যুগ খুদিংদা নর (নরনারায়ণ), তির্য্যক্ (বরাহ), ঋষি (ব্যাসদেব নত্রগা নারদ), দেব (শ্রীকৃষ্ণ নত্রগা শ্রীরামচন্দ্র), ঝষ (ঙা)-নচিংবা অবতার মখল-মখা ফোঙদোকুনা মী য়ামকপু য়োকয়ি অমসুং জগৎকী মফমদা য়েংথীবা লীচং চৎপশিংবু হাৎলী। অদুবু কলিদদি নঙসে লোৎতুনা (হায়বদি প্রচ্ছন্ন—কুপ্শনবা ওইনা) লৈয়ে; অদুনা নঙবু ত্রিযুগ কৌয়ি।"

## মূল ৯৬-৯৭

শুনিঞা আচার্য্য কহে দুঃখী হৈয়া মনে—
শাস্ত্রজ্ঞ করিয়া তুমি কর অভিমানে॥ ৯৬॥
ভাগবত ভারত দুই—শাস্ত্রের প্রধান।
সেই দুই গ্রন্থবাক্য নাহি অবধান॥ ৯৭॥

**শব্দার্থ**

শুনিঞা—নাক্লোঙনা তাদুনা; আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যনা; কহে—হায়: দুঃখী—নুংঙাইতবা: হৈয়া—ওইদুনা; মনে—পুক্নীংদা; শাস্ত্রজ্ঞ—শাস্ত্র-খঙবা; করিয়া—শাদুনা; তুমি—নঙনা; কর—তৌয়ি; অভিমান—নাপল; ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবত; ভারত—মহাভারত; দুই—অনী; শাস্ত্রের—শাস্ত্র মরক্তা; প্রধান—অথোয়বনী; সেই দুই গ্রন্থবাক্য—লাইরীক অনীগী বাহৈদা; নাহি—ওইদে; অবধান—মুন্না খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী রা তারগা মপুঙ্গীভ ফুংভাইতহনা গোপীনাথ আচার্য্যনা হায়রম্মী—হে সার্ব্বভৌম ! নঙনা শাস্ত্র-খঙবা শাহুম্মা নাপাল তৌরি। শাস্ত্রগী মরক্তা শ্রীমদ্ভাগবতম্নে অহুগা মহাভারতনে অনীমি মকোক্নী। লাইরীক অনীসিগী বাক্যদো মুন্না নহাক খঙদে।

## মূল ৯৮

সেই দুই কহে কলিতে সাক্ষাৎ অবতার।

তুমি কহ কলিতে নাহি বিষ্ণুর প্রচার॥ ৯৮ ॥

### শব্দার্থ

সেই দুই—অনীহুনা (শ্রীমদ্ভাগবতম্ অমসুং মহাভারত-ন) ; কহে—হায় ; কলিতে—কলিযুগদা ; সাক্ষাৎ—শংশংবা ; অবতার—অবতার (লৈ) ; তুমি—নঙনা ; কহ—হায়রি ; কলিতে—কলিদা ; নাহি—লৈতে ; বিষ্ণুর—বিষ্ণুগী ; প্রচার—অবতার।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক অনীহুনা হায়রী কলিদা সাক্ষাৎ (শংশুংবা) অবতার লৈ। অহুগা নঙনা হায়রি—কলিদা বিষ্ণুগী অবতার লৈতে।

### নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং মহাভারতনা হায়রি—**কলিতে সাক্ষাৎ অবতার**—কলিযুগদা ভগবান্ মত্থামক্না (স্বরূপ ওইনা) অবতার তৌয়ি। (মসিগী প্রমাণদি মথাদা পীরিবা ১০১/১০২/১০৩ শ্লোক অসিনী)।

## মূল ৯৯

কলিযুগে লীলাবতার না করে ভগবান্।

অতএব ত্রিযুগ করি কহি তাঁর নাম॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

কলিযুগে—কলিযুগদা ; লীলাবতার—লীলাবতার ; না করে—তৌদে ; ভগবান্—ভগবান্না ; অতএব—মরমতুনা ; ত্রিযুগ করি—ত্রিযুগ হায়না ; কহি—হায়রিবনী ; তাঁর—মহাক্কী ; নাম—মিং।

**মৈতৈলোনা হন্দোকপা**

**কলিযুগদা ভগবান্না লীলাবতার তৌদে। মরমসিনা মাগী মিং ত্রিযুগ হায়রা কৌরিবনী।**

## মৈতৈলোন

কলিযুগদা অবতার লৈতে হায়বদি লীলাবতার লৈতে হায়বনী, অতৈ অবতারগী রা নত্তে। মরমদি কলিদা যুগাবতার তৌয়ি হায়বসিগী শংশংবা প্রমাণ শাস্ত্রদা লৈ (মখাদা শ্লোক কয়ামরম্মা প্রমাণ পীরি) ; কলিদা অবতার অমতসু তৌদে হায়রবদি যুগাবতারসিদি করম্না ওইরিবনো ? মরমসিনা লীলাবতারদনী তৌদে হায়বা, অতৈ অবতার তৌবা য়াদে হায়বা নত্তে।

**লীলাবতার**— শ্রীচতুঃসন নচিংবা অবতার ২৫-বু লীলাবতার কৌয়ি ; (১) চতুঃসন, (২) নারদ, (৩) বরাহ, (৪) মৎস্য, (৫) যজ্ঞ, (৬) নর-নারায়ণ, (৭) কপিল, (৮) দত্তাত্রেয়, (৯) হয়শীর্ষ, (১০) হংস, (১১) পৃশ্নিগর্ভ, (১২) ঋষভ, (১৩) পৃথু, (১৪) নৃসিংহ, (১৫) কূর্ম্ম, (১৬) ধন্বন্তরি, (১৭) মোহিনী, (১৮) বামন, (১৯) পরশুরাম, (২০) রাঘবেন্দ্র, (২১) ব্যাস, (২২) বলরাম, (২৩) শ্রীকৃষ্ণ, (২৪) বুদ্ধ, (২৫) কল্কি। মমাঙগী ৯৪-৯৫ পয়ারগী টীকাদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী "ইত্থং নৃতির্য্যগিত্যাদি" শ্লোক অমা লৌখংলিবদুদা য়াওরিবা অবতারগী মিং খরদু লীলাবতার ওাক্তনী, মখোয়বু তাকপগীদমক্তনী শ্লোক-অসিনা তাক্লিবসি। অসিগুম্না শংশংবা-শক লৌবা লীলাবতারবদি কলিদা ওইদে হায়দুনা শ্লোক অদুদা ভগবানবু ত্রিযুগ কৌরিবনী। অরমসিনা কলিদা ভগবান্না লীলাবতার তৌদে হায়বদি মথক্তা পন্‌থ্রিবা লীলাবতার ২৫গী অবতার অমতসু কলিদা তৌদে হায়বসি শ্লোক অদুদগী খঙবা ঙম্মী। কল্কিসু লীলাবতার অমনী, মহাক্‌কি কলিদা তৌরকপা অবতার নত্রা হায়না কনাগুম্বনা হায়রবদি মদুগী পাউখুমদি অসিনী মদুদি— কলিযুগগী মমৈদা কল্কি অবতার তৌবনী। "কলেরন্তে চ সংপ্রাপ্তে কল্কিং ব্রহ্মবাদিনম্। অনুপ্রবিশ্য কুরুতে বাসুদেবো জগৎস্থিতিম্॥ সর্ব্বসম্বাদিনী-ধৃত চতুর্যুগাবস্থানাম ১০৪ অধ্যায় বচন।" শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সু রাসি হায়। "যদাবতীর্ণো ভগবান্ কল্কি ধর্ম্মপতিহরিঃ। কৃতং ভবিষ্যতি তদা প্রজা-সূতিশ্চ সাত্ত্বিকী॥ ১২/১/২৩॥ —ধর্ম্মরক্ষক ভগবান্ কল্কিনা অবতার তৌরবা মতমদা সত্যযুগ চঙলগনী, মতমদুদা সাত্ত্বিকভাব চৎপা প্রজা পুম্নমক পোক্লগনী।"

মূল ১০০

প্রতিযুগে করে কৃষ্ণ যুগ-অবতার ।
তর্কনিষ্ঠ হৃদয় তোমার নাহিক বিচার ॥ ১০০ ॥

শব্দার্থ

প্রতিযুগে যুগ খুদিঙদা ; করে—তৌয়ি ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; যুগ-অবতার – যুগাবতার ; তর্কনিষ্ঠ – তর্কদা লুপ্লবা ; হৃদয় —থম্মোয় ; তোমার — নহাক্কী ; নাহিক বিচার—বিচার লৈতে ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

যুগ খুদিঙদা শ্রীকৃষ্ণনা যুগাবতার তৌয়ি, তর্ক-হৈনবা থম্মোয়না নঙগী ওইবনা বিচার লৈত্রিবনী ।

লৈনরোল

প্রতিযুগে—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি হায়রবা যুগ মরিসিগী যুগ খুদিঙদা ।

যুগ-অবতার – করিগুম্বা যুগ অমদা যুগ অদুমক্কী ধর্ম-লিংকনচিংবা থবক পাঙথোক্নবগীদমক জগত্তা অবতার তৌবা ভগবৎ স্বরূপ অদুবু যুগাবতার কৌয়ি ।

গোপীনাথাচার্য্যনা হায়রম্মী—"সার্ব্বভৌম ! কলিদা অবতার লৈতে হায়না নঙনা হায়রি । অদুবু যুগ খুদিঙদা—মরমদুনা কলিযুগদসু ভগবান্না যুগাবতার ওইনা নোংগুম্লকুয়ি হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা গীতামক্তদা অর্জ্জুনগী মফমদা হায়রে । যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত । অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ॥ পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্ । ধর্ম্ম-সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ অদুগা অমুক কলিগী যুগাবতারগী বর্ণগী ( কুচুগী ) রাসু শাস্ত্রনা হায়রি । কথ্যতে বর্ণনামাভ্যাং শুক্লঃ সত্যযুগে হরিঃ রক্তঃ শ্যামঃ ক্রমাৎ কৃষ্ণস্ত্রেতায়াং দ্বাপরে কলৌ ॥ লঘুভাগবতামৃত-ধৃতবচন ॥ কৃষ্ণঃ কলিযুগে বিভুঃ ॥ লঃ ভাঃ টীকাধৃতবচন ॥ দ্বাপরে শুকপত্রাভঃ কলৌ শ্যামঃ প্রকীর্ত্তিতঃ । শ্রীভা. ১১/৫/২৫ শ্লোকী ক্রমসন্দর্ভধৃত বিষ্ণু-ধর্ম্মোত্তর বচন । কলিদা অবতার অমত্তা লৈত্রবদি শাস্ত্রবাক্য ময়ামসি

খৰিদিনগী চোইরোল ডাক্তরা ? শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি যুগাবতার নত্তে। মহাক্তি স্বয়ং ভগবান্নী। মথাদা লাক্লিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী "আসন্ বর্ণাস্ত্রয়োহস্য" শ্লোকসিদা মমাইংঙেগী কলিযুগ অমদস্ত শ্রীকৃষ্ণনা পীতবর্ণদা ( নাপুমচুদা ) অবতার তৌরম্মী হায়রী অমসুং "কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণমিত্যাদি"— শ্লোকসিদা হায়রি -হৌজিক্কী কলিদস্তু স্বয়ং ভগবান্‌মক্না পীতবর্ণ লৌহুনা অবতার তৌগনী। মথাদা পল্লিবা মহাভারতকী প্রমাণ্না তাক্লি ভগবান্‌গী মিং পল্লিবা পুম্নমক্কো মহাক্কী মিং ডাক্কনী। উপপুরাণ-দসু স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্না ব্যাসদেবদা হায়খি - "অহমেব ক্বচিদ্ ব্রহ্মন্ সন্ন্যাসাশ্রমাশ্রিতঃ। হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরান্ ॥ ১।৩/১৫ শ্লোকে ॥ নঙগী থম্মোয়দি তর্কনিষ্ঠনীনা তশেংনা বিচার তৌবা ঙমদরে।"

## মূল ১০১

তথাহি ( ভাঃ—১০ ৮/১৩ )—

আসন্ বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্ণতোঽনুযুগং তনূঃ।
শুক্লো রক্তস্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি আদিলীলাগী অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিয়ো।

## মূল ১০২

তত্রৈব ( ২১/৫ ৩২ )—

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ॥ ১০২ ॥

শব্দার্থনচিংবদি আদিলীলাগী অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিয়ু।

## মূল ১০৩

মহাভারতে চ দানধর্মে বিষ্ণুসহস্রনামস্তোত্রে ( ৮০/৬৩)—

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী।
সন্ন্যাসকৃৎ সমঃ শান্তো নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণঃ ॥ ১০৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি আদিলীলাগী অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিয়ো

মূল ১০৪

তোমার আগে এত কথার নাহি প্রয়োজন।
উষর ভূমিতে যেন বীজের রোপণ ॥ ১০৪ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; আগে—মাঙদা ; এত—অসুক ; কথার—ৱাগী ; নাহি—লৈতে ; প্রয়োজন—কান্নবা ; উষর—লৈহাও-চেন্দবা ; ভূমিতে—লৌবুক্তা ; যেন—গুম্মী ; বীজের—মরুগী ; রোপণ—হুনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী মাঙদা ৱা অসুক য়াম্না ঙাঙবগী কান্নবা লৈতে। ( যুক্তিপ্রমাণ-শিংসি ) লৈহাও-চেন্দবা লৌফমদা মরু হুনবগুম্বনী।

মূল ১০৫

তোমার উপরে তাঁর কৃপা যবে হবে।
এ সব সিদ্ধান্ত তবে তুমিহ কহিবে ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

তোমার উপরে—নঙোন্দা ; তাঁর—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী) ; কৃপা—থৌজাল ; যবে—মতমদা ; হবে—ওইগনী ; এ সব সিদ্ধান্ত—ৱারেপ পুম্বসি ; তবে—মতমদা ; তুমিহ—নঙসু ; কহিবে—হায়গনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুগী কৃপাদো নথক্তা হৈৎরকপা মতমদা হায়রিবা ৱারেপ ( সিদ্ধান্ত ) পুম্বসে নঙসু হায়রক্কনী।

মূল ১০৬

তোমার যে শিষ্য কহে কুতর্ক নানাবাদ।
ইহার কি দোষ এই মায়ার প্রসাদ ॥ ১০৬ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; যে শিষ্য—পড়োৱানদো ; কহে—হায়রি ; কুতর্ক—

প্রমাণ-য়াওদবা য়ায়েৎ-মরৈ ; নানাবাদ—পঙঙাঙ-ঙাঙবা ; ইহার—মহাক্কী ( শিয়্যগী ) ; কিঁ—করি ; দোষ—মরাল ( লৈ ) . এই—মসিদি ; মায়ার প্রসাদ—মায়াগী শান্নবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী শিষ্যসিনা প্রমাণ-য়াওদবা য়ানা মরৈ য়েংলী ; মহ মাক্কী দোষ নত্তে, মায়াগী লীলানী ।

মূল ১০৭

তথাহি ( ভাঃ ৬/৪/৩১ )

যচ্ছক্তয়ো বদতাং বাদিনাং বৈ

বিবাদসংবাদভুবো ভবন্তি ।

কুর্ব্বন্তি চৈষাং মুহুরাত্মমোহং

তস্মৈ নমোঽনন্তগুণায় ভূম্নে ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

যৎ-শক্তয়ঃ—মাগী শক্তি পূম্বা ; বদতাম্—সমাধানগীদমক তর্ক তৌবা মী ; বাদিনাং—বাদী-প্রতিবাদী ( য়াপাশিংগী ) ; বৈ—লেপ্পমক ; বিবাদ-সংবাদ-ভুবঃ—বিবাদ ( য়েংপা ) অমসুং সংবাদ ( য়ান্নবা য়েংপা ) অনীমক্কী থোরককম ; ভবন্তি—ওই ; কুর্ব্বন্তি—তৌরি ; চ—অমসুং ; এষাং—মখোয়গী ( বাদী-প্রতিবাদীশিংগী ) ; মুহুঃ—হন্না হন্না . আত্মমোহং—মছা মছাগী চমম্নবা ; তস্মৈ—মহাকপু ( ভগবানবু ) ; নমঃ—খুরুমজে : অনন্তগুণায়—অমথৈ-নাইদবা গুণ-চেনবা ; ভূম্নে—ভূমা ওইবা ভগবান্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মায়ানচিংবা শক্তিশিংনা তর্ক পাম্বা বাদী-প্রতিবাদীশিংগী তর্ক-বিতর্কগী ( মরৈ-য়েংনবগী ) মরম ওইরিবা, অদুগুম্বা শীংথাবা-ঙমদবা গুণখিবিক্কী মপু, ঙমথৈ-লৈতবা মহিমাগী মপু ভগবানবু খুরুমজরি ।

## নৈনরোল

দক্ষপ্রজাপতিনা শ্রীভগবানবু স্তব তৌদুনা থীখিবা শ্লোক ময়ামদুগী মনুঙদা য়াওবা অমনী নৈনরিবা শ্লোকসি । ভগবত্তত্ত্বগী মতাঙদা মত মথল

মথা চঙনরিবা উই ... নিগুণী (গুণ-চেনবনী); অমুক কনামনা হায় মহাজ্ঞী শাক্যমনী (শঙ্কাই-বনী), সগুণী (গুণ চেনরনী); কনামনা হায় জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে; অমুক কনামনা হায় জীবগা ব্রহ্মগা থেরৈ (অনীগী মরক্তা তেংদ লৈ)। অসিগুম্না মত-খেন্নরসি পুনরগা পাক্ক অনীগী বাদী-বিবাদীগী মরক্তা অয়াম্বা মতম্দা তর্ক-বিতর্ক (মরৈ-য়েংনবা) তৌরি। অসিগুম্বা তর্কবিতর্ক থোকহল্লিরিবসি ভগবানগী মায়া-শক্তিননী। মায়াগী কুপাছন-হৈবা শক্তিনা জীবগী দিব্যজ্ঞানবু (প্রাকৃত-নত্তবা জ্ঞানবু) কুপ্পুনা থম্মী; মরমস্থনা ভগবত্তত্ত্ববু মপুঙফানা খঙবা ঙমহন্দে, মরমস্থনা মত খেল্লবা মখল মখেল থোকহল্লী, মহৃগী ফল ওইনা তর্কবিতর্ক-বাদ-বিসম্বাদ (মরৈ য়েংনবা) তৌনৈ। অহুম্না কনাগুম্বা তত্ত্ব-খঙবা মী অমনা মপুঙ-ফানা তাক্লবসু কনা কনাগুম্বনা ভগবানগী তত্ত্ব খঙজব ঙমদে, নত্রগা কবিগুম্বা খঙলবস্থ মতম খরগী তুংদা মহু কাউথোকয়ি,—মসিগী মরমস্থ ভগবানগী মায়া শক্তিনী।

শ্লোকসি অমাগী পয়ারগী প্রমানী। শ্লোকসিন উৎলিবদি মায়ানা মরম ওইদুনা মী ময়াম্না ভগবানগী তত্ত্বনচিংবা খঙবা ঙমদে হায়বসিনী।

## মূল ১০৮

( তত্রৈব ১১।২২।৪ ) —

যুক্তঞ্চ সন্তি সর্বত্র ভাষন্তে ব্রাহ্মণা যথা।
মায়াং মদীয়ামুদ্গৃহ্য বদতাং কিং নু দুর্ঘটম্ ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

যুক্তম্—মরম চাক্ক (ওই); চ—অমস্থং; সন্তি—লৈ; সর্ববত্র—মফম পুম্নমক্তা; ভাষন্তে—ঙাঙলিবা; ব্রাহ্মণাঃ ব্রাহ্মণশিংনা; যথা—থোকপা থোকপা মওংদা; মায়াম্—মায়াদা; মদীয়াম্—ঐগী; উদ্গৃহ্য—চঙজদুনা, তোংদুনা; বাদতাং—মরৈ-য়েংনবিবশিংগী; কিং নু—করিবু ওইগবা; দুর্ঘটম্—ওইথোক্তবা।

মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়কম্মী—উদ্ধব! নঙনা হায়বি—ঋষিশিংগী মরক্তা কনামনা হায় তত্ত্ব ২৮ নী, কনামনা হায় ২৬-নী, কনামনা

হায় ২৫-নী, কনাম্রনা হায় ১৬-নী, অসিনচিংবা। মসুম্না মত তোঙ্গাম্নরিব-শিংগী অয়ম করিনো ? মতুংগী পাউখুম হায়গে, ব্রাহ্মণশিংনা ( ঋষিশিংনা হয়ররি-হায়রিবদো অচুম্বা ওারী ; ( মরমদি ) মকমপুম্বগী মনুংদা তত্ত্ব পুম্না য়াওরিবনী ; মসুমচুনা মা মানা ফংবা তত্ত্ব কয়া কয়াতুগী য়াম্না হায়বনী ; মখোয় মখোয়গী অনুভবকী মায়কৈরোমদগী য়েংলগদি মখোয় কনামতগী য়াম্নো ওইদবা ( মিথ্যা ) নত্তে : ওইদবা নত্তে হায়চুনা মখোয় লৌইনমক্কী য়ারো অচুম্বনী, অদুবু মখোয় লোইনমক্কী য়াম্নু চুমদুনসু মত থৌরো হায়চুনা মখোয় মসেল বাদ-বিসম্বাদ ( মরৈ ) শৌনৈ, মরৈ য়েংনবগী মরমদি ঐগী মায়াদা চংজরগা মরৈ থেংনৈ, মখোয়গীদমক ওইখোজবা করিমুক লৈগনী, হায়বদি করিসু লৈত্তে। (মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মতুদি—ভগবন্মায়ানা চম্বুহল্লবা মখোয়দো বাদ-বিসম্বাদদা ( মরৈ য়েংনবদা ) পুক্কীংচওই ; মরমদি, ভগবন্মায়ানা চম্বুখিবনা— মচা মতাগী অনুভব ( খঙবা ) মতুং ইন্না হায়রিবা য়াম্নু মিথ্যা নত্তে, লোইনমক্কী য়াম্নু চুম্বনী ( যুক্তনী ) হায়বসি মখোয় খঙদে : মখোয় খুদিঙমক্তা খল্লী মতুদি—মাগী য়াম্নুনা সত্যনী, অতৈগী য়ানা মিথ্যানী। মায়ানা চম্বুহন্নদগী থোক্লিবা খঙদবা হায়বসিনা খংনবগী ( বিবাদগী ) হেতুনী অদুগা অসুম্না খঙগ্রবনীনা মখোয়না তৌবা ওমদবা করি লৈরুনী) ?

## নৈনরোল

শ্লোক অসিমসু মমাঙগী পয়ারগী প্রমাণনী। শ্লোকসিনা উৎলিবদি অসিনী মতুদি—মায়ানা কুপখিবা মরম্না মীশিংনা মচা মচানা হেন্না হায়গদবগী হোৎনৈ, অতৈগী লান্দবা মত অদুবু থৌশাদে।

## মূল ১০৯-১১০

তবে ভট্টাচার্য্য কহে যাহ গোসাঞিঁর স্থানে।
আমার নামে গণ-সহিত কর নিমন্ত্রণে ॥ ১০৯ ॥
প্রসাদ আনিঞা তাঁরে করাহ আগে ভিক্ষা।
পশ্চাৎ আমারে আসি করাইহ শিক্ষা ॥ ১১০ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ;

যাহ—চৎলো ; গোসাঞির—মহাপ্রভুগী ; স্থানে—মফমদা ; আমার নামে—ঐগী মিংদা ; গণ-সহিত—লোয়নরকপা মী পুম্নমক পুম্নপা ; কর—তৌরু ; নিমন্ত্রণে—যার্ত্তোন ; প্রসাদ—শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ ; আনিঞা—পুররুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; করাই—তৌহল্লো ; আগে—হান্নমা : ভিক্ষা—হাবা, চাবা ; পশ্চাৎ—তুংদা ; আমারে—ঐবু ; আসি—লাকুনা ; করাইহ শিক্ষা—তম্বিয়ো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মাক্তা ঐগী মিংদা মহাক্কে অহুগা মাগী গণ-গী মরাম্মে লোইনমক তৌরুচো । জগন্নাথগী প্রসাদ পুররুগা হান্না মহাকপু থুল্হল্লো, অহুগী তুংদা লাক্লগা ঐঙোন্দা শিক্ষা পীররো ।

নৈনরোল

করাইহ শিক্ষা—ঐবু তম্বিররো । গোপীনাথ আচার্য্যবু লঙনহনা (উপহাস তৌহনা) সার্ব্বভৌমনা হায়রিবনী । মসি হায়বগী মরমদি অসিনী—"ঐবু নঙনা শিক্ষা পীবা হৌনদে ।"

মূল ১১১

আচার্য্য ভগিনীপতি, শ্যালক ভট্টাচার্য্য ।
নিন্দাস্তুতিহাস্তে শিক্ষা করান আচার্য্য ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্য ; ভগিনীপতি—ভট্টাচার্য্যগী মচল-লোবা নিপা ; শ্যালক—মবাই ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; নিন্দা—থাদবা ; স্তুতি—থাগৎপা ; হাস্তে—করেম্মনা লঙনহনা ; শিক্ষা করান—শিক্ষা তৌহল্লী ; আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"গোপীনাথ আচার্য্যনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মচনুপী লোবা মশেন্নী, অদুগা সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথগী মবাইনী । সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথাচার্য্যনা তাকপী-তীকপীবসি, অমুক থাদে অমুক থাগৎলী অমুক লঙটেন অম্নম তৌনা

১১২

আচার্য্যের সিদ্ধান্তে মুকুন্দের হৈল সন্তোষ।
ভট্টাচার্য্যের বাক্যে মনে হৈল দুঃখ-রোষ ॥ ১১২ ॥

শব্দার্থ

আচার্য্যের—গোপীনাথ-আচার্য্যগী . সিদ্ধান্তে—সিদ্ধান্তদা ; মুকুন্দের —মুকুন্দদত্তগী ; হৈল—ওইখি ; সন্তোষ—পেনখা ; ভট্টাচার্য্যের বাক্যে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; বাক্যে—ৱাহৈনা ; মনে—মপুক্কীডদা ; হৈল—ওইখি ; দুঃখ—সুংঙাইজবা ; রোষ—শাউবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথ আচার্য্যনা পুথোবকপা সিদ্ধান্ততুদা মুকুন্দ দত্ত পেন্‌জখি অদুগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ৱাহৈনা মুকুন্দগী মপুক্কীডদা সুংঙাইখিদে অমসুং শাউখিবি ।

মূল ১১৩

গোসাঞিব স্থানে আচার্য্য কৈল আগমন।
ভট্টাচার্য্যের নামে তাঁরে কৈল নিমন্ত্রণ ॥ ১১৩ ॥

শব্দার্থ

গোসাঞির—মহাপ্রভুগী , স্থানে—মফমদা , আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্য ; কৈল—তৌখি ; আগমন—লাকপা , ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; নামে—মিংদা , তাঁরে—মহাকপু ( মহাপ্রভুবু ) , কৈল—তৌখি ; নিমন্ত্রণ—বার্স্তোন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী নাক্তা গোপীনাথ আচার্য্য লাকখি অদুগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মিংদা মহাপ্রভুবু বার্স্তোন তৌখি ।

মূল ১১৪

মুকুন্দ সহিত কহে ভট্টাচার্য্যের কথা।
ভট্টাচার্য্যের নিন্দা করে মনে পাঞা ব্যথা ॥ ১১৪ ॥

তাহনবা তাই, তাহল্লগা বৈরাগ্য-অদ্বৈতমার্গদা চঙহন্নবা তৌবা তাই, মহাক্কী স্বরূপদি ভারতী সম্প্রদায় থাদোকহল্লগা অসুক হন্না উত্তম সম্প্রদায়দা সন্ন্যাস লৌহনবা তাই। ঋ মথায়মী পল্লহুনা মুকুন্দগা গোপীনাথকগা অনীমা সার্ব্বভৌমব নিন্দা তৌবন্মী। অতোমহুদা প্রভুনা মখোয়নীদা হায়বন্মীবনী—"কৈনো, নিন্দা তৌগনু; সার্ব্বভৌমনা অকায়বা কৈহু হায়দেনা। মানা ঐব যাম্না নুংশি অমসুং চাক্নী মতম পুম্বদা ঐগী মঙ্গল ওইনবদা থমী; অরমহুনা ঐগী সন্ন্যাসধর্ম যাওদনবা হায়হুনা অদুগী উপায় তৌনীঙবনী। মানা হায়রিবা: পুম্নমক্তা ঐহু মতাঙমা নুংশিবগী হায়বা ঙাক্নী; মানা হায়বহুদা অকায়বা—ঐবু নিন্দা তৌবগী ঋ কবিছু য়াওদে। কবিগীদমক নখোয়না মাবু নিন্দা তৌবিবনো?"

'মত কহু' গী মহুত্তা 'মং কহু' অমসুং 'মতি কহ' হায়বা পাঠান্তরসু লৈ। অর্থদি অমতনী।

### মূল ১১৭

আর দিন মহাপ্রভু ভট্টাচার্য্য সনে।
আনন্দে করিলা জগন্নাথ দরশনে॥ ১১৭॥

### শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমিৎ অমদা; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; ভট্টাচার্য্য সনে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা; আনন্দে—নুংঙাইনা; করিলা—তৌখি, জগন্নাথ দরশনে—শ্রীজগন্নাথ দর্শন।

### মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

অতোপ্পা নুমিৎ অমদা মহাপ্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা লোয়নননা নুংঙাইনা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌখি।

### মূল ১১৮

ভট্টাচার্য্য সঙ্গে তাঁর মন্দিরে আইলা।
প্রভুরে আসন দিয়া আপনে বসিলা॥ ১১৮

অন্বয়—(সার্ব্বভৌম) ভট্টাচার্য্য তাঁর (মহাপ্রভুর) সঙ্গে মন্দিরে আইলা। প্রভুরে আসন দিয়া ইত্যাদি।

**লোনায়**

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; তার সঙ্গে—মহাকা (মহাপ্রভুগা) লোয়নন্না ; মন্দিরে—মুমদা ; আইলা—লাকৃখি ; প্রভুরে—প্রভুদা ; আসন—ফিদা : দিয়া—পীরগা ; আপনে—মহাক্না ; বসিলা—ফম্লম্মী ।

**মৈতৈলোননা হন্দোকপা**

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুগা লোয়নন্না মযুমদা লাক্‌খি । প্রভুদা ফিদা পীতুনা ফমহল্লগা ভট্টাচার্য্য মহাক্না ফমখি ।

**মুল ১১৯**

বেদান্ত পঢ়াইতে তবে আরম্ভ করিলা ।

স্নেহ ভক্তি করি কিছু প্রভুরে কহিলা ॥ ১১৯ ॥

**শব্দার্থ**

বেদান্ত পঢ়াইতে—বেদান্ত তম্বীবা ; তবে—অতুদগী , আরম্ভ—হৌবা ; করিলা—তৌখি ; স্নেহ—নুংশিবা ; ভক্তি—ভক্তি ; করি—তৌতুনা , কিছু—রা খবা ; প্রভুরে—প্রভুদা ; কহিলা—হায়খি

**মৈতৈলোননা হন্দোকপা**

অতুদগী (প্রভুদা) বেদান্ত তম্বীবা হৌখি । নুংশিবগা ভক্তিগা লোযনন্না প্রভুদা রা খরা হায়খি ।

**টৈনবোল**

স্নেহ-ভক্তি-নাচংবা—প্রভুনা নুহা ওইবদু উরগা নুংশিহনা ( স্নেহ তৌতুনা ) অহুগা মাগী সন্ন্যাস-আশ্রমতু উবগা ভক্তি শৌতুনা সার্ব্বভৌমনা হাযখি—নহাক মতম পুম্বদা বেদান্ত তাও, মসী সন্ন্যাসীগী ধর্ম্মনী ।

**মুল ১২০**

বেদান্ত শ্রবণ এই সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম ।

নিরন্তর কর তুমি বেদান্ত শ্রবণ ॥ ১২০ ॥

**শব্দার্থ**

বেদান্ত শ্রবণ—বেদান্ত তাবদি , এই—মসি ; সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম—লম্বোইযগী মথৌনী , নিরন্তর—তত্তনা ; কর—তৌও ; তুমি—নঙ , বেদান্ত শ্রবণ—বেদান্ত তাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

[illegible] ভাগবতকী মহায়ালীগী [illegible] নহাক [illegible] ত্রাও।

মূল ১২১

প্রভু কহে মোরে

সেইত কর্ত্তব্য আমার—তুমি যেই কহ ॥ ১২১

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; মোরে—ঐবু ; তুমি—নঙনা ; কর-তৌরি ; অনুগ্রহ—চানবা ; সেইত—অদুমক ; কর্ত্তব্য—তৌকম থোক্পনী , আমার—ঐগী ; তুমি—নঙনা ; যেই—অদু ; কহ—হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খুমলী—নঙনা ঐবু চানবীরক। নঙনা হায়বহুমক ঐনা তৌকম থোকনি।

মূল ১২২

সাতদিন পর্য্যন্ত ঐছে করেন শ্রবণে।

ভাল-মন্দ নাহি কহে বসি মাত্র শুনে ॥ ১২২ ॥

শব্দার্থ

সাতদিন—সুমীৎ তরেৎনী ; পর্য্যন্ত—ফাওবা ; ঐছে—অসুম্না ; করেন—তৌরি ; শ্রবণে—নাকোঙনা তাবা ; ভালমন্দ—[illegible] ; নাহি কহে—হায়দে ; বসি—ফমদুনা ; মাত্র শুনে—তাবদমক তায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুমীৎ তরেৎনী চুপ্পা অসুম্নহুম প্রভুনা বেদান্ত-পাঠহু তারম্মী। কৈ-ফত্তে হায়না করিমতা হায়দে ; [illegible] তাবদমক তারম্মী।

মূল ১২৩-২৪

অষ্টমদিবসে তাঁরে কহে সার্বভৌম।

সাতদিন কর তুমি বেদান্ত শ্রবণ ॥ ১২৩ ॥

ভাল-মন্দ নাহি কহ রহ মৌন ধরি।

বুঝ কি না-বুঝ ইহা বুঝিতে না পারি ॥ ১২৪ ॥

## মূল ১৩১

সূত্রের মুখ্যার্থ তুমি না কর ব্যাখ্যান।
কল্পনা-অর্থেতে তাহা কর আচ্ছাদন ॥ ১৩১ ॥

### শব্দার্থ

সূত্রের—বেদান্ত সূত্রগী ; মুখ্যার্থ—উচ্চারণ হেক তৌরকপদা লৌরা মাবা শব্দগী অর্থ ; তুমি—নহাক্না ; না কর—তৌদে ; ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা , কল্পনা-অর্থেতে—লন্নাই শাগৎপা অর্থনা ; তাহা – মহুবু ( মুখ্যার্থবু ) ; কর —তৌয়ি ; আচ্ছাদন—কূপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মখা তানা হায়বম্মী)—নহাকনা সূত্রগী মুখ্যার্থত্তু হায়দ্রে। নরম্নাই শাগৎপা অর্থনা মুখ্যার্থত্ত কূপ শল্লে।

### তৈনরোল

**কল্পনা-অর্থ**—শাগৎপা অর্থ হায়বসি শঙ্করাচার্য্যনা শাগৎপনী। সার্ব্বভৌমনা হায়রিবা অর্থত্তু শঙ্করাচার্যগী লন্নাই-শাগৎপা অর্থসিনী।

## মুল ১৩২

উপনিষদ্ শব্দের যেই মুখ্য অর্থ হয়।
সেই মুখ্য অর্থ ব্যাস সূত্রে সব কয় ॥ ১৩২ ॥

### শব্দার্থ

উপনিষদ্—শ্রুতি, পরতত্ত্ব তাক্লিবা বেদগী শরূক অমুবু উপনিষৎ কৌয়ি ; শব্দ—ৱাহৈ ; উপনিষদ্ শব্দের—উপনিষৎ-তা য়াওবা শব্দগী , যেই—মহু ; মুখ্য অর্থ মরু ওইবা মহুাগী অর্থ ; হয়—ওই ; সেই মুখ্য অর্থ—মুখ্য অর্থদু ; ব্যাস—ব্যাসদেবনা ; সূত্র—সূত্রদা , সব—পুম্নমক ; কয়—হায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মখা তানা হায়বম্মী—উপনিষৎ-তা য়াওবা ৱাহৈগী ওইরিবা মুখ্যার্থত্তু ব্যাসদেবনা বেদান্ত সূত্রদা লৌইনমক ফোঙদোক্তুনা হায়রম্লে।

### মৈতৈলোন

উপনিষৎশিংগী বাক্য পূম্বগী মুখ্যার্থতুমক ব্যাসদেবনা বেদান্তসূত্রদা প্রকাশ তৌরয়ে। ব্রহ্মসূত্রগী মুখ্য অর্থতু উপনিষৎতা য়াওবা বাক্যশিংগী ওইবা অর্থনি; মরমঅসিনা মুখ্যাবৃত্তিদা ব্রহ্মসূত্র অর্থ তৌরবদি উপনিষৎকা ব্রহ্মসূত্রগা য়ানররোই, মরমঅসিনা অর্থতু অশেংবা অর্থসু ওইররোই।

### মূল ১৩৩

মুখ্যার্থ ছাড়িয়া কর গৌণার্থ-কল্পনা।
অভিধাবৃত্তি ছাড়ি শব্দের করহ লক্ষণা॥ ১৩৩॥

### শব্দার্থ

মুখ্যার্থ ছাড়িয়া—মুখ্যার্থ থাদোক্লুনা; কর—তৌয়ি: গৌণার্থ কল্পনা—গৌণার্থ শাগৎপা; অভিধাবৃত্তি—মুখ্যাবৃত্তি. ছাড়ি থাদোক্লুনা: শব্দের—ৱাহৈগী; করহে নঙনা তৌয়ি: লক্ষণা—অভিধাবৃত্তিনা অর্থ লৌবা য়াদ্রবদা শব্দগী শক্তিনা নত্রগা রূঢ়ি নত্রগা কান্নবগীদমক মুখ্যার্থগা সম্বন্ধী ওইবা অতোপ্পা অর্থ লৌরবদি মদু লক্ষণা-নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা মুখ্যার্থ থাদোক্লুনা গৌনার্থ শাগৎলী অদুগা অভিধাবৃত্তি থাদোক্লুনা শব্দগী লক্ষণাবৃত্তিদা অর্থ তৌয়ি।

### মৈতৈলোন

অভিধাবৃত্তি—মুখ্যাবৃত্তি। মুখ্যাবৃত্তি—কবিগুপ্ত। শব্দগী মচাগী মৈজবা শক্তিনা ওইহন্‌বা অর্থতু, শব্দতু উচ্চারণ তৌবগা হেক্তা পূক্নীংদা থোরক্লবদি, থোরক্লিবা অর্থতু শব্দতুগী মুখ্যার্থনী অদুগা শব্দতুগী বৃত্তি হায়বদি শক্তি মৈজবতুনা মুখ্যার্থ পোকহল্লবদি মদুবু মুখ্যাবৃত্তি কৌয়ি। মদুদি গো (শল) শব্দসি উচ্চারণ তৌরগা সাম্না (মথা) মমৈ-মচি-পানবা মখোঙ-মরি পানবা শা অদুবু নীংশীংউ। থোইদোকপা শা মথলসিনা গো (শল) শব্দগী মুখ্যার্থনী; অদুগা অর্থসি পোকহল্লিবা গো শব্দগী বৃত্তিদু গোশব্দতুগী মুখ্যাবৃত্তিনী।

### মূল ১৩৪

প্রমাণের মধ্যে শ্রুতি প্রমাণ প্রধান।
শ্রুতি যে মুখ্যার্থ কহে—সেই সে প্রমাণ॥ ১৩৪॥

## মুখার্থ

১ প্রমাণের মধ্যে—প্রমাণশিংগী মরক্তা ; শ্রুতি প্রমাণ—শ্রুতিবাক্যনা ওইবা প্রমাণ্ন ; প্রধান—মকোক্কী ; শ্রুতি = উপনিষদনা ; যে মুখার্থ—মুখ্যার্থহু ; কহে—হায় ; সেই—অদুনা ; সে প্রমাণ—প্রমাণ হায়কহুনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রমাণশিংগী মবক্তা শ্রুতিগী বাক্যনা ওইবা প্রমাণ্না মকোক্কী । শ্রুতিনা হায়বা মুখ্যার্থহুমক্কা প্রমাণনী ।

## নৈনরোল

প্রমাণের মধ্যে নচিংবা—পোংকী অংওইবা স্বরূপ ( শক্তম ) অদু খঙননবা পাম্বের প্রমাণ কৌনি । প্রমাণ মথৌ অহুম্নী মদুদি—প্রত্যক্ষ ( মীংমক্না উবা ), অনুমান ( অখঙক পোংনা পাম্বে ওইরগা শাথরকপা ), অমসুং শ্রুতিবাক্য ( শ্রুতিনা হায়বা খ ) । মখোয়সিংগী মনুঙদা প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমানদি শেবান্নবা তৌবা য়ারি । মীজং তৌবা মীনা মীগী মঙক কক্পনচিংবা অকিবা থোদো উংপা যাওয়ি ; ঐখোয়সু মহু প্রত্যক্ষ ওইনা উই, অদুবু ওক খাঙ্গেশেংনা কক্পদি তৌদে, মীংত্না উংচাইবা রাতনী , মরমশিনা মফমসিদা প্রত্যক্ষ প্রমাণ চংনবা য়াদরে । অমূক কৃথুনা লৈবা মফমদা মখংপদা ডায়বিবা মৈগী খোর্বকপা মৈথু উরগা মফমদুদা মৈ লৈ খঙনা অনুমান তৌগি । অশেংবদি মফমদুদা মৈদি লৈত্রে, অদুনা মফমসিদা অনুমানগী প্যাংচাব (শেরান্না) ওইরে । অদুগা শ্রুতিবাক্যদদি ভ্রম-প্রমাদনচিংবা দোষ লৈতে, মরমদি মদু ভগবদ্‌বাক্যনী (ভগবানগী ৱাখী) , বাক্যশিংদু ঋষিশিংনা খোঙ ওইরগা ফোংদোকখিবনী । মরমদুনা শ্রুতি-বাক্যনা ওইবা প্রমাণদি প্রমাণ মকোক্কী । শ্রুতিগী হায়বদি বেদগী মুখ্যার্থনা হায়বদুদা প্রমাণনী, মদু ঐখোয়না লৌগদবনী ।

## মূল ১৩৫

জীবের অস্থি বিষ্ঠা দুই—শঙ্খ গোময় ।
শ্রুতিবাক্যে সেই দুই মহাপবিত্র হয় ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

জীবের—জীবগী , অস্থি—শরু ; বিষ্ঠা—খী (অমাংবা) ; দুই—অনী ; শঙ্খ—মোইবুংগুম গোবর—শঙ্গী ; শ্রুতিবাক্যে—শ্রুতিগী বানা , সেই দুই—অনীদো , মহাপবিত্র -য়াম্না শেংবা , হয়—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মোইবুংগা শঙ্গীগসি জীবগী (থরাই-পনুবা পোৎকী) শরুগা খী অমাংবগা অনীনী । অদুবু শ্রুতিবাক্যনা অনীসি য়াম্না শেংবনী হায় ।

### মৈথেংবা

শ্রুতিনা ( বেদনা ) হ যবদি য়েৎতবমখৈ অকুপনী হায়না ঙীওইবনা লৈনৈ হায়নদু পযাবসিদা নৈনব্রি । শঙ্খ ( মোইবুং ) হাযবসি জীব মথল অমগী শরুনী , অদুগা শঙ্গীসু শনুগী মথুনী ; জীবগী শরুগা খীগদি খ্বাইনা অমাংবা শোকপা-য়াদবা ওইরবস্তু শঙ্খগা শঙ্গীগবুদি য়াম্না শেংবনী হায়না লৌখি , মরমদি বেদ না পোৎ অনীসিবু শেংঙী হায় । শঙ্খগী মোইবুংগা শঙ্গীগ শোরুগদি মাংলম্বা পোৎসু শেংলকয়ি । মরমসিনা বেদবাক্যগী প্রমাণা প্রমাণ মকোক্নী ।

### মূল ১৩৬

স্বতঃপ্রমাণ বেদ—সত্য যেই কহে ।
লক্ষণা করিলে স্বতঃপ্রামাণ্য-হানি হয়ে ॥ ১৩৬ ॥

### শব্দার্থ

স্বতঃপ্রমাণ—মশানা মশাগী প্রমাণ ওইবা ; বেদ—বেদনী ; সত্য—অচুম্বা ; যেই—অদুমক্তী ; কহে—হায ; লক্ষণা করিলে—মুখ্যার্থ লৌবা য়াদ্রবদা লৌবা অর্থ লক্ষণাবৃত্তিগী অর্থ কৌযি, অদুনা লক্ষণাবৃত্তিদা অর্থ লৌবগদি , স্বতঃপ্রামাণ্য-হানি—মশানা মশাগী প্রমাণ ওইবদু য়াদবা , হয়ে—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদদি স্বতঃপ্রমাণনী অদুনা অচুম্বা হায়বনী । মুখ্যার্থ তোৎলগা লক্ষণা লৌরগদি স্বতঃপ্রমাণ ওইবা য়াদ্রে ।

মূল ১৩৭

ব্যাসের সূত্রের অর্থ সূর্য্যের কিরণ।

স্বকল্পিত-ভাষ্যমেঘে করে আচ্ছাদন ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থ

ব্যাসের—ব্যাসদেবগী; সূত্রের—বেদান্তসূত্রগী; অর্থ—লোন্দি; সূর্য্যের—নুমীৎকী; কিরণ—মঙাল্লী; স্বকল্পিত-ভাষ্যমেঘে—লল্লাই শাগৎপা ভাষ্যনা নোং ওইহনা; করে—তৌয়ি; আচ্ছাদন—কুপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবগী সূত্রগী অর্থদি নুমীৎকী মঙাল্লী। লল্লাইশাগৎপা ভাষ্যনা নোং ওইহনা অর্থহুবু কূপ্‌শল্লে।

তাৎপর্য্য

ব্যাসগী সূত্রগী অর্থবু নুমীৎকী মঙাল্লী অহুগা শঙ্করাচার্য্যনা তৌবা ভাষ্যবু নোঙমঙগী হায়বগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মহুদি—নোংমঙবদো হাইদোক-প্রবদি নুমীৎকী মঙাল উবগুম্বা শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্যহু লাপ্পা লংথোক্‌খরবদি বেদান্ত সূত্রগী মুখ্যার্থ খঙবা ঙমগনী। নোং হাইদোক্লিমখৈদি নুমীৎ মঙাল উদবগুম্বা শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্যনা সাক্ষাৎ ওইনা লৈরিবমখৈদি হায়বদি ভাষ্যহুদবু লৌগনী হায়রিবমখৈদি বেদান্তসূত্রগী তশেংবা অর্থ খঙলোই।

১৩০-১৩৭ পয়ারগী ফলিতার্থদি অসিনী মহুদি—সূত্রগী অর্থ ফোঙ-দোকপনা ভাষ্যগী লক্ষণনী; লক্ষণ অসি লৈত্রবা ভাষ্যবু ভাষ্য কৌবা য়াদে। ১৩০-১৩৭ পয়ারগী মর্ম্মদগী খঙবা ঙম্মী মহুদি—শঙ্করাচার্য্যনা তৌবা ভাষ্যদি ব্রহ্ম সূত্রগী অর্থ ফোঙদোক্তনা অহোইনহুম কূপ্‌শনখ্রে; মরমহুনা শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্যদা ভাষ্যগী তশেংবা লক্ষণ য়াওদে; মরমহুনা মাগী ভাষ্যসিবু ভাষ্য কৌরদ্রি নাত্তে চাদ্রে—মসিনী পয়ার শরুসিগী তাৎপর্য্যদি (মখাবোঙদি)।

মূল ১৩৮

বেদ পুরাণে কহে ব্রহ্মনিরূপণ।

সেই ব্রহ্ম বৃহদ্বস্তু ঈশ্বরলক্ষণ ॥ ১৩৮ ॥

অন্বয়—বেদ পুরাণে যে ব্রহ্মনিরূপণ কহে,—সেই ব্রহ্ম বৃহদ্বস্তু এবং ঈশ্বর-লক্ষণ হয়েন।

## শব্দার্থ

বেদপুরাণে—বেদপুরাণ দা ; কহে—হায় ; ব্রহ্ম নিরূপণ ব্রহ্ম করিনো হায়বতু লেপ্পা ; সেই ব্রহ্ম—ব্রহ্মতু ; বৃহদ্বস্তু— অচৌবা পোৎ ; ঈশ্বর-লক্ষণ - ঈশ্বরগী লক্ষণ ( গুণচিংবা ) মঙোন্দা লৈবা অতুগুম্বা মাবু ঈশ্বর-লক্ষণ কৌয়ি ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বেদ পুরাণশিংনা ব্রহ্মতত্ত্ব করিনো হায়বতু লেপ্পী । ব্রহ্মতুদি অচৌবা পোৎনী অমসুং ঈশ্বর-লক্ষণ-চেন্‌বনী ।

## নৈনরোল

ব্রহ্ম হায়বতুনা অচৌবা পোৎপস্তু (বৃহৎবস্তুবস্তু) খঙহল্লী অদুগা ঈশ্বরবস্তু খঙহল্লী ।

**ঈশ্বর-লক্ষণ**—মঙোন্দা ঈশ্বরগী লক্ষণ (গুণচিংবা) লৈরবদি মহাকপু ঈশ্বর-লক্ষণ কৌয়ি । ব্রহ্মশব্দগী মুখ্যার্থদি বৃহদবস্তুনী ( অচৌবা পোৎনী ) হায়রে ; অদুবু আকাশ-নচিংবস্তু বৃহদ্‌বস্তুনী, অতুবু আকাশনচিংবতু অচৌবা পোৎ ওইরবস্তু ব্রহ্ম নত্তে ; মরমদি, আকাশনচিংবদি জড় (থরাই-পান্দবা) ওইবা পোৎনী ; ব্রহ্মদি জড়বস্তু নাত্তে, ব্রহ্মদি চিন্ময়নী ; ব্রহ্মগী লক্ষণ-দি অসিনী মতুদি – ব্রহ্ম ঈশ্বরনী, মহাক্তি নিয়ন্তানী ( লোইনমকপু হোইবনী ), মহাক চেতন-নী ( অখণ্ডবনী ), আকাশনচিংবগুম্বা জড় চেতন-নত্তবা নত্তে : অমসুং মহাক ঐশ্বর্য্যতরাক্ক মপূর্ণ ফারবা স্বয়ং ভগবান্নী ; মরমতুনা মহাক সবিশেষনী, সাকারনী ( শক্লাইবনী ) ; মহাক নির্ব্বিশেষ নিরাকার ( শক্লাইদবা ) নত্তে । ব্রহ্মসূত্রগী "অথাতঃ ব্রহ্মজিজ্ঞাসা" হায়বা অহানবা সূত্রসিগী শ্রীভাষ্যদা অসুম্না লৈ ব্রহ্মশব্দেন চ স্বভাবতো নিরস্ত-নিখিলদোষোঽনবধিকাতিশয়-সংখ্যেয় কল্যাণগুণঃ পুরুষোত্তমোঽভিধীয়তে। সর্ব্বত্র বৃহত্ত্বগুণযোগেন হি ব্রহ্মশব্দঃ বৃহত্ত্বঞ্চ স্বরূপেন গুণৈশ্চ যত্রানবধিকা-তিশয়ং সোঽস্যমুখ্যার্থঃ । স চ সর্ব্বেশ্বর এব অতোব্রহ্মশব্দস্তত্রৈব মুখ্যবৃত্তঃ । হায়বদি—ব্রহ্মশব্দগী মুখ্যার্থদা দোষ করিমতা-লৈতবা মহাক অদুগা শীঙনাইদবা কল্যাণগুণগী ভূজকম ওইবা, পুরুষোত্তম অদুবু খঙনৈ । ব্রহ্ম-শব্দনা হীরম্ পুম্নমক্তা – স্বরূপকী য়েংলবস্তু অমাদ গুণগী য়েংলবস্তু বৃহৎ-বস্তুবু খঙনৈ ; মহাক্তি সর্ব্বেশ্বরনী (পুম্নমক্কী মপূনী) ; মরমতুনা সর্ব্বেশ্বরদি

ব্রহ্মশব্দগী মুখ্যাবৃত্তিনী। মফমতুদা য়াওরি—"এবং চিন্মাত্রবপুষি পরে ব্রহ্মনি—।" মসিনা খঙবা য়াবদি পরব্রহ্মগী দেহদি চিন্ময় দেহনী হায়বসিনী। অমূকসু হায়রি "সবিশেষং ব্রহ্ম—," ব্রহ্মদি সবিশেষনী হায়বদি সাকার-নী। ব্রহ্মগী সবিশেষরূপ লৈ হায়বসি উপনিষৎ-তগীসু খঙনৈ। ব্রহ্মগী স্বরূপ অনীনী মতুদি মূর্ত্ত অমসুং অমূর্ত্ত। অওইবা হায়রগদি শঙ্করাচার্য্যনা প্রমাণ তৌরিবা নির্ব্বিশেষ স্বরূপ অদুসু ব্রহ্মগী স্বরূপ অমনী, মতুদি ব্রহ্মগী অমূর্ত্ত স্বরূপনী: স্বরূপ অসী অপ্রাকৃত-শক্তিক (ফোঙদোক্তবা শক্তিগীনা); অদুবু স্বরূপশক্তিদি পদতত্ত্বদি (খ্বাইদগী পুঙহেন্‌-হেন্‌বা তত্ত্বদুদি) নত্তে হায়বসি ভক্তি-শাস্ত্রগা অভিমতনী।

## মূল ১৩৯

সর্ব্বৈশ্বর্য্য-পরিপূর্ণ স্বয়ং ভগবান্।

তাঁরে নিরাকার করি করহ ব্যাখ্যান ॥ ১৩৯ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বৈশ্বর্য্য-পরিপূর্ণ ঐশ্বর্য্য মখল পূন্নমক্কা মপুঙ-ফানা তিল্লবা ; স্বয়ং ভগবান্—স্বয়ং ভগবান্নী ; তাঁরে—মহাকপু ; নিরাকার করি—মক্কাইদবনী হায়না ; করহ—নঙনা তৌরি ; ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ং ভগবান্দি ঐশ্বর্য্য মখল পূন্নমক্কা মপুঙফানা তিল্লবনী। অদুগুম্বা মহাক্তুবু নিরাকার নী হায়না নঙনা ব্যাখ্যা তৌরি।

## মৈনরোল

**স্বয়ং-ভগবান**—ঈশ্বর ওইরিবা মহাক অদুগা ঐশ্বর্য্য-লৈরিবা মহাক অদুদি লেপ্পমক সবিশেষনী সাকারনী। অদুগদি শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মদুবু নিরাকারনী হায়না ব্যাখ্যা তৌরি। তশেংবমক্তি ব্রহ্মদি নিরাকার নত্তে।

## মূল ১৪০

নির্ব্বিশেষ তাঁরে কহে যেই শ্রুতিগণ।

প্রাকৃত নিষেধি অপ্রাকৃত করয়ে স্থাপন ॥ ১৪০ ॥

## শব্দার্থ

নির্ব্বিশেষ—শক্তাইদবা ; তাঁরে—মহাকপু ( ব্রহ্মবু ) : কহে—হায় ; যেই শ্রুতিগণ—শ্রুতিশিং অদুনা : প্রাকৃত দেহ—প্রাকৃত ওইবা হকচাঙ ; নিষেধি—লৈতে হায়রগ. ; অপ্রাকৃত—প্রাকৃত-নত্তবা . করয়ে—তৌরি ; স্থাপন—লেপ্পা ।

মৈতৈলোনদা ওন্বোকপা

ব্রহ্মবু নির্ব্বিশেষনী (শক্তাইদবনী) হায়রিবা শ্রুতিশিংদুনা মাগী প্রাকৃত দেহ-নচিংবা লৈতে হায়রগা প্রাকৃত-নত্তবা দেহ-গুণ লৈ হায়না লেপ্পী ।

## লৈনরোল

কবি কবিগুম্বা শ্রুতিনা ব্রহ্মবু নির্ব্বিশেষ-নিরাকার, নিগুণ-নী হায়রি । হায়রিবা শ্রুতিশিংগী মতুং ইন্দুনা শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মবু নির্বিশেষনী হায়বা ওইরম্লবদি মত্তদা কনৈ দোষ লৈকম থোকপগে হায়না রাহং অমা হংবা য়াই । রাহংদুগী পাউখুমদা হায়রি "প্রাকৃত নিষেধি"-নচিংবসি—ব্রহ্মগী হকচাঙ লৈতে, গুণ লৈতেনচিংবা, শ্রুতিনা হায়রি হায়রিবা মফমশিংদুদা ঐখোয়না খঙগদবদি অসিনী মতুদি—ব্রহ্মগী প্রাকৃত দেহ লৈতে, প্রাকৃত গুণ লৈতে-অসিনচিংবসি শ্রুতিশিংগী উক্তিগী তাৎপর্য্যনী । ব্রহ্মগী প্রাকৃত দেহ লৈতে হায়বা দুম্নী, অদুবু প্রাকৃত-নত্তবা দেহদি লৈ ।

**নির্ব্বিশেষ**—মীং-মাকোক্তনচিংবা দেহ-নচিংবা, গুণচিংবা লৈতবা মহাকপু নির্ব্বিশেষ কৌরি । কহে যেই শ্রুতিগণ—ব্রহ্মবু নির্ব্বিশেষনী হায়বা শ্রুতিশিং । অশরীরম্‌ শরীরেষ্বনবস্থেষ্ববস্থিতম্ । মহান্তং বিভুমাত্মানং মত্বা ধীরো ন শোচতি ॥ কঠোপনিষৎ ॥ ২/২২ ॥"—শ্রুতি অসিনা ব্রহ্মবু অশরীরনী ( হকচাঙ-লৈতবনী ) হায়রি । "অপানিপাদো জবনো গ্রহীতা পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ । শ্বেতাশ্বেতর ॥ ৩/১৯ ॥ শ্রুতিসিনা হায়রি—ব্রহ্মগী মখুৎ লৈতে, মখোঙ লৈতে, মমীৎ লৈতে, অদুবু মহাক লৌয়ি, চৎলি, উই, তায় ।

মমাঙদা পল্লিবা **অশরীরং**—নচিংবা কঠোপনিষদগী বাকাদা ব্রহ্মবু অশরীরীনী (দেহ-লৈতবা) হায়রি । অদুবু শ্লোকসিগী হেক থংনবা মতুংগী শ্লোক অদুদা হায়রি—"নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন । যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বৃণুতে তনুং স্বাম্ ॥

কঠ/২/২৩//"—আত্মাসি বেদ হৈবনস্থু ফংবা য়াদে, মেধানস্থু ( নীঙশীঙবগী পাঙ্গমস্থু ) ফংবা য়াদে, বেদ য়াম্না শ্রবণ তৌবনস্থু ফংবা য়াদে ; আত্মাসিনা বরণ ( কৃপা ) তৌবা মহাক্তুদনা আত্মাসিবু ফংবা ঙম্মী, মহাক্তুগী মফমদা আত্মাসিনা মছামক্কী তনুবু ( শরীর হায়বদি স্বরূপপু ) ফোঙদোকয়ি।" শ্রুতিবাক্যসিদগী খঙবদি ব্রহ্মগী—আত্মাগী—মরম্নাই তনু হায়বদি দেহ ( হকচাঙ ) লৈ হায়বসিনী ; মহাক সতনু নী হায়বদি দেহপা লোয়নবনী ; অদুগা অমুক মমাঙথংবা শ্লোকসিদা মহাকপু অশরীর-নী ( হকচাঙ-লৈতবা ) হায়রি। মসিগী অমত্তা ঙায়বা সমাধান-দি অসিনী মদুদি— ব্রহ্মগী প্রাকৃত শরীর লৈতে ; অদুম্নদি ওইরগা মহাক্কী "অপ্রাকৃত (প্রাকৃত-নত্তবা) শরীর ( হকচাঙ ) লৈ ( ২/২৩ শ্লোকসিগী মতুং ইন্না )। কঠোপ-নিষদকী হায়রিবা ২ ২৩ শ্লোকসিদগী অসিমস্থু খঙবা য়াই মদুদি— "বরণ— কৃপা" তৌননবা শক্তি ব্রহ্মগী লৈ, মছামক্কী দেহবু ( স্বীয় তনুবু ) সাধক অমগী মমাঙদা ফোঙদোক্পবা শক্তিস্থু লৈ ; মরমসিনা মহাক নিঃশক্তিক-নির্বিশেষ নত্তে ; অদুবু মঙোন্দা প্রাকৃত শক্তি—মায়াগুণগী শক্তি লৈতে হায়বসিদি সত্যনী ; তৌইগুম্বস্থুং ঙমখৈনাইদবা অপ্রাকৃত শক্তিদি লৈ ; মরমদুনা শ্রুতিনস্থু হায়রি—"পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে—ব্রহ্মসিগী মখল মখাগী পরা (অপ্রাকৃত) শক্তি লৈ। শ্বেত /৬/৮ " অমুক অপাণিপাদো জবনোগ্রহীতা, পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ—ব্রহ্মগী খোঙ লৈতে অদুবু চৎলী, খুৎ লৈতে অদুবু লৌয়ি, মীৎ লৈতে অদুবু উই, নাকোঙ লৈতে অদুবু তাই। প্রমাণ অসিনা হায়রিবদি—ব্রহ্মগী ইন্দ্রিয়-নচিংবা লৈতে ; মরমদুনা ব্রহ্মনিরাকারনী। হায়রিবা অপাণিপাদো বচনসিনা ব্রহ্মগী ইন্দ্রিয়গী থবক লৈ হায়বা তশেংনা খঙবা ঙম্মী ; অদুবু ইন্দ্রিয় লৈতনা ইন্দ্রিয়গী থবক করম্না লৌবা য়াই। মীৎ লৈত্রগা করম্না উসিকা ? খোঙ লৈতনা করম্না চংজিবা ? ইন্দ্রিয়গী থবক লৌবনীনা ব্রহ্মগী ইন্দ্রিয়স্থু লৈ। মসিদা হংনঙাই অমা লৈবা য়াই, মদুদি—ইন্দ্রিয়নচিংবা লৈরবোইদি অশরীরং শরীরেষু—অসিনচিংবা কঠোপনিষদগী বচন-সিনা ব্রহ্মবু অশরীরী ( হকপান্দবা ) হায়না হায়রিবা করিগীনো ? অপাণিপাদো— নচিংবা বচন-সিদা খোঙ-খুৎ-নচিংবা লৈতে হায়রিবা করিগীনো ? পাউখুম— প্রাকৃত আকার, প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী বা য়েংলুরগা ব্রহ্মবু নিরাকারনী হায়বনী—হায়বদি ব্রহ্মগী প্রাকৃত আকার লৈতে, প্রাকৃত রূপ লৈতে,

প্রাকৃত ইন্দ্রিয় লৈতে হায়বনী। প্রাকৃত জীবগী হকচাঙ শরূ শদোঙনচিংবনা শাবগুম্না শাবা নত্তে ব্রহ্মগী হকচাংডদি; ব্রহ্মগী দেহ অমসুং ইন্দ্রিয়দি শুদ্ধ সত্ত্বগীনী—প্রাকৃত-নত্তবনী, চিন্ময়নী। মহাক্কী প্রাকৃত নত্তবা দেহ লৈ। যথা শ্রীলঘুভাগবতামৃতে, কৃষ্ণামৃতে:—যোঽসৌ নির্গুণ ইত্যুক্ত শাস্ত্রেষু জগদীশ্বরঃ। প্রাকৃতৈর্হেয়সংযুক্তৈর্গুণৈ হীনত্বমুচ্যতে॥ ২১৩॥ অতঃ কৃষ্ণোঽ প্রাকৃতানাং গুণানাং নিযুতাযুতৈঃ। বিশিষ্টোঽয়মহাশক্তিঃ পূর্ণানন্দঘনাকৃতিঃ ॥ ২১৫ ॥ হায়বদি শাস্ত্রনা জগদীশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু নির্গুণ হায়বগী মরমদি তুঙ্কাচনডাই-গুইবা প্রাকৃত গুণ অদু য়াওদবা হায়বনী। মবমচুম্না শ্রীকৃষ্ণদি প্রাকৃত-নত্তবা শীঙনাইদবা গুণশিংগী মপুনী অমসুং মপুঙ-ফাবা আনন্দগী নঙ নঙ-লাউবা মূর্ত্তিনী।

প্রকৃতি হাযবদি মায়াদগী থোবকপা অদুবু প্রাকৃত কৌয়ি; প্রকৃতিদগী থোবকপা-নত্তবা, প্রাকৃত সৃষ্টিগী মমাঙদগী ভাম্থোইরক্লিবা অদুনা প্রাকৃত ওইবা য়াদে, মদুদি অপ্রাকৃতনী, চিন্ময়নী। ব্রহ্মদি অনাদি কালদগী লৈরক্লবনী, মবমদুনা মহাক্কি "নিত্যো নিত্যানাং—কঠ/২/২/১৩॥" সৃষ্টিগী মমাঙদসু মহাক লৈরম্বনী—"সদেব সৌম্য ইদমগ্র আসীৎ। ছান্দোগ্য /৬/২৯॥" সৃষ্টি হৌবমদাইদা মহাক্না মায়াদা মীৎয়েং তাই—"তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয। ছান্দোগ্য /৬/২/৩॥" মবমসিনা প্রাকৃত সৃষ্টিগী মমাঙদসু ভাম্থোইবসু ব্রহ্মদুগী দেহ অমদি ইন্দ্রিয়নচিংবশিংদো প্রাকৃত ওইবা য়াদে।

## মূল ১৪১

তথাহি শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ( ৬/৬৭ )—

যা যা শ্রুতির্জল্পতি নির্বিশেষং
সা সাভিধত্তে সবিশেষমেব।
বিচারযোগে সতি হন্ত তাসাং
প্রায়ো বলীয়ঃ সবিশেষমেব॥ ১৭১॥

## শব্দার্থ

যা যা—মদু মদু; শ্রুতি—শ্রুতি, বেদ; জল্পতি—হায়রি; নির্বিশেষং—নিরাকার ( শকাইদবা ); সা সা—মদু মদু: অভিধত্তে—লেপ্পী;

সবিশেষম্—সাকারনী ; এব—মক্নী ; বিচারযোগে সতি—বিচার তৌরগদি ; হন্ত—ওকঙাইনী ; তাসাং—মখোয়গী ; প্রায়ঃ—অয়াম্বা শক্কা ; বলীয়ঃ—মপাঙ্গল কন্‌বা হেল্লী ; সবিশেষম্ এব—সবিশেষনী হায়বগী মায়কৈনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মবু নির্বিশেষনী হায়রিবা শ্রুতিশিংছুনা অমুক মহাকপু সবিশেষনী হায়না খারেল্লী। অদুবু ওক্লিবদি, মখল অনীগী শ্রুতিশিংদু বিচার তৌরগদি সবিশেষ-গী মায়কৈনা য়াম্না হেন্না মপাঙ্গল কল্লী।

**নৈনরোল**

শ্লোক অসী মূল ১৪০-পয়ারগী প্রমাণী।

**মূল ১৪২**

ব্রহ্ম হৈতে জন্মে বিশ্ব—ব্রহ্মেতে জীবয়।
সেই ব্রহ্মে পুনরপি হ'য়ে যায় লয়॥ ১৪২ ॥

**শব্দার্থ**

ব্রহ্ম হৈতে—ব্রহ্মদগী ; জন্মে—পোকয়ি, থোরকয়ি ; বিশ্ব—ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা ; ব্রহ্মেতে—ব্রহ্মদা, জীবয়—হিংলিবনী ; সেই ব্রহ্মে—ব্রহ্মাদুদা ; পুনরপি—অমূক হন্না ; হ'য়ে যায়—ওই ; লয়—লোয়শনবা, তিনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মদগী বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্বসী পোকপনী, ব্রহ্মদুংদা লৈদুনা হিংবনী ; ব্রহ্মদুমক্তদা অমুক হন্না তিল্লী ( লোইশনবা ওই )।

## নৈনরোল

পয়ারসিনা "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎ প্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি"—নচিংবা ( তৈত্তরীয় ৩/১ ) শ্রুতিগী অর্থ হায়রি।

**ব্রহ্ম হৈতে জন্মে বিশ্ব**—মসী 'যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে'—হায়রবসিগী মর্থনী।

ব্রহ্মোতে জীবয়—ব্রহ্মনা খিবগী হায়বদি ভূত পুম্নমকসী হিংলিবনী। মসিনা "যেন জাতানি জীবন্তি" হায়বা শরাক্তী অর্থনী। "অন্নেন জাতানি জীবন্তি"—ভূত পুম্নমক চীনজাক্লা হিংলিবনী (তৈত্তি /৩/২); "প্রাণেন জাতানি জীবন্তি"—ভূত পুম্নমক প্রাণ্না হিংলিবনী। (তৈত্তি /৩/৩)। "মনসা জাতানি জীবন্তি"—ভূত পুম্নমক মন্না হিংলিবনী। (তৈত্তি /৩/৪)। "বিজ্ঞানেন জাতানি জীবন্তি"—ভূত পুম্নমক বিজ্ঞান্না হিংলিবনী। (তৈত্তি /৩/৫)। "আনন্দেন জাতানি জীবন্তি"—আনন্দনা (নুংঙাইবনা) ভূত পুম্নমক হিংলিবনী। (তৈত্তি /৩/৬)। মতৌ অসুম্না অন্ন, প্রাণ, মন, বিজ্ঞান অমসুং আনন্দ—ময়াম পুম্নমকসিনা ভূত পুম্নমক হিংলিবনী হায়দুনা অমসুং "অন্নং ব্রহ্ম," "প্রাণো ব্রহ্ম" "মনোব্রহ্ম," "বিজ্ঞানম্ ব্রহ্ম," অমসুং "আনন্দং ব্রহ্ম"—অসিনচিংবা তৈত্তিরীয়োপনিষদ্‌কী ৱা মতুং ইন্না অন্ন-প্রাণ-মনঃ অসিনচিংবা মখোয় খুদিংমক্তা ব্রহ্মনী হায়দুনা ৱাহৈ অমতদা হায়বা তারগনা ব্রহ্মনা পাম্বৈ ওইদুনা ভূত পুম্নমক হিংলিবনী।

সেই ব্রহ্মে-নচিংবা—ভূত পুম্নমক্তা মঙোন্দগী পোক্লক্লিবা অদুগা মাগী মপান্না ভূতশিংনা হিংলিবা ব্রহ্মাদুদা সৃষ্টিনা তুম্বা মতমদা ভূত পুম্নমক লয় ফংঙী হায়বদি সূক্ষ্ম ওইনা লোইশল্লী। মসী "যৎ প্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি" অংশগী মর্থনী।

## মুল ১৪৩

অপাদান-করণাধিকরণ—কারক তিন।

ভগবানের 'সবিশেষ' এই তিন চিহ্ন ॥ ১৪৩ ॥

### শব্দার্থ

অপাদান—থোরকফম কারক; করণ—থবক পাঙথোকপগী খুৎলাই; অধিকরণ—মফম ওইবা কারক; কারক তিন—কারক অহুম্নী; ভগবানের—ভগবানগী; সবিশেষ—শক্লাইবগী ওইবা; এই—অসী; তিন চিহ্ন—চিহ্ন অহুমনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাদান, করণ, অধিকরণ হায়বা কারক অহুম্নী। ভগবান্না সবিশেষ (শক্লাইবা) ওই হায়বগী চিহ্ন অহুমদি কারক অহুমসিনী।

### মৈতৈলোন্দা

অমসিগী থংনবা পয়ারগী অর্থদগী ( যতো বা ইমানি ভূতানি ইত্যাদি শ্রুতি বাক্যগী অর্থদগী ) খঙবা শুবদি সৃষ্টিগী মরমদা ব্রহ্মনা অপাদান, করণ অমসুং অধিকরণ কারক-নী।

**অপাদান**—যস্মাদ্বস্তুনো বস্ত্বন্তরস্য চলনং ভবতি তদপাদানম্। পোৎ অমদগী পোৎ অমা চৎলরবদি থোরকফম অদুবু অপাদান কৌয়ি। মথুদি, মপাদগী মচা পোকয়ি ; মফমসিদা মপাসী অপাদান কারক নী। মতৌ অদুগুম্না, ব্রহ্মদগী বিশ্বটাইরঙনী পোকয়ি— মফমসিদা ব্রহ্মসী অপাদান কারক নী।

**করণ**—ক্রিয়ায়াং সাধ্যায়াং বহূনাং কারণানাং মধ্যে কারণান্তর ব্যবধানাভাবে বস্তুক্রিয়ানিষ্পত্তিকারণং বিবক্ষিতং তস্মিন্ করণত্বং প্রকীর্ত্তিতম্। করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোক্লবগীদমক কারণ ( মরম )ময়াম লৈরবসু অতৈ কারণশিংনা লাপ্পদৌনা লাপ্তবা কারণহুনা থবক পাঙথোকপগী কারণ ওইরিবা অদুবু করণ কৌয়ি। মথুদি, কলমনা চে ইরে—হায়বসিদা খুৎনচিংবসু ইরগী কারণ ওইদি হায়রবু কলমনা লাপ্পদবা হেক-থংনবা কারণ ওইবনা কলম অসিনা করণ ওইরে। মতৌ অদুগুম্না, অন্ন ( অচাপোৎ )-নচিংবগী মশক ওইবা ব্রহ্মনা বিশ্বদা লৈরিবা জীবশিংগী হিংননবগী হেক থংনবা ( অব্যবহিত ) কারণ ওইবনা ব্রহ্মনা করণ কারকনী।

**অধিকরণ**- আধার-রূপ কারকম্। আধারবু ( ভুঙকসু ) অধিকরণ কৌয়ি। মথুদি, 'পুন্দা ঈশীঙ লৈ' হায়বসিদা পুন্ অসি ঈশীঙগী আধার নী ; মরমসিনা পুন্ অধিকরণ কারকনী। মতৌ অদুগুম্না, ব্রহ্মদা বিশ্ব পূম্নমক্কী লয় ( তিন্‌বা ) ওই হায়বদি ব্রহ্মদা বিশ্ব পুম্বা লৈ হায়হুনা ব্রহ্মসী বিশ্বগী আধারনী ; মরমসিনা ব্রহ্মনা অধিকরণ কারক নী।

**কারক তিন**—অপাদান, করণ, অধিকরণ—অহুমসী কারকনী। বিশ্বগী মরমদা ব্রহ্মসী অপাদান, করণ অমসুং অধিকরণ কারক-নী। ব্রহ্মদগী বিশ্ব পোকয়ি, ব্রহ্মগী মপান্না বিশ্ব হিংঙিরবনী, অদুগা ব্রহ্মদা বিশ্ব লৈ ; মসিদগী ঐথোম্বনা খঙবা ঙম্মী মথুদি—ব্রহ্মগী মনুঙদা বিশ্ব-সৃষ্টিগী

শক্তি নৈ," বিশ্বদু য়োক্নবা (শ্যাগন তৌনবা) শক্তি নৈ অমসুং বিশ্বদা আশ্রয় ( চণ্ডজঙ্গম, নৈকম ) পীরবা শক্তিনু নৈ। শক্তি ময়ামসিনা শক্তিমান্ ( শক্তি-চেন্বা ) ওই হায়রুনা ব্রহ্ম সবিশেষনী।

**ভগবানের সবিশেষ ইত্যাদি**--কারক অহুমসিনা ভগবান্না সবিশেষ ওই হায়বগী চিহ্নশী হায়বদি প্রমাণী। ঐশ্বর্য্য লৈবা মহাক্ভু ভগবান্নী; ব্রহ্মগী শক্তি নৈ—শক্তিগী মখল মথেল্ (বৈচিত্রী) নৈ; শক্তিগী বৈচিত্রীদি ঐশ্বর্যনী; মরমহুনা ব্রহ্মগী ঐশ্বর্যশু লৈ: মরমহুনা ব্রহ্মমক ভগবান্নী। ব্রহ্মনা ভগবান্ ওইবগী অমসুং সবিশেষ ওই গী প্রমাণ দি—ব্রহ্মনী বিশ্বগী মরুমদা অপাদান কারক, করণ কারক অমসুং অধিকরণ কারক ওই হায়বশিনী।

## মূল ১৪৪-১৪৫

ভগবান্ বহু হৈতে যবে কৈল মন।
প্রাকৃতশক্তিতে তবে কৈল বিলোকন ॥ ১৪৪ ॥
সে কালে নাহিক জন্মে প্রাকৃত মন-নয়ন।
অতএব অপ্রাকৃত ব্রহ্মের নেত্রমন ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

ভগবান্—ভগবান্না; বহু ময়াম; হৈতে—ওইনবা; যবে—মতম-হুদা; কৈল মন—মীওঙকয়ি; প্রাকৃতশক্তিতে—মায়াগী মথক্তা; তবে—মতমহুদা; কৈল—তৌখি; বিলোকন—য়েংবা; সে কালে—মতম-হুদা; নাহিক জন্মে—পোক্তে; প্রাকৃত মন-নয়ন—প্রাকৃত-ওইবা মন অমসুং মীৎ; অতএব—মরমহুনা; অপ্রাকৃত—প্রাকৃত নত্তবনী; ব্রহ্মের—ব্রহ্মগী; নেত্র—মীৎ; মন—পুক্নিঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্না বহু ( ময়াম ) ওইনীঙলক্কবা মতমদা প্রকৃতিদা মীৎয়েং তাখি। মতমহুদা প্রাকৃত ওইবা মন অমসুং মীৎ পোক্তি, মরমহুনা এগী মীৎকা মন গদি প্রাকৃত-নত্তবনী;

### নৈনরোল

ব্রহ্মগী মন অমসুং মীৎ লৈ অদুগা মন অমসুং মীৎ অদো প্রাকৃত

নত্তে—অপ্রাকৃতনী—হায়বহু যুক্তিনা প্রমাণ তৌরিগ "তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়"—( ছান্দোগ্য ৬/২/৩ ) শ্রুতি বাক্যসিগী অনুবাদনী ১৪৪ পয়ারসে।

বহু হৈতে—অণুঙ ময়াম ওইনা কোক্কায়কে হায়বগীদমক, সৃষ্ট বস্তুগী ( শব্দোল্লেখ্রবা লেপ্পংবী ) অন্তর্যামী ওইবা ময়াম ওইগে হায়বগীদমক। সৃষ্টিগী মমাঙদা ভগবান্ অমত্তমক লৈরম্মী, "এক এব পুরা আসীৎ।" "অহমেবাসমেবাগ্রে—"। সৃষ্টিগী মতুঙদা অন্তর্যামী ওইনা সৃষ্টবস্তুদা মহাক চঙঙী, অস্তুম্না মহাক বহু ( ময়াম ) ওইরে।

যবে কৈল মন—নীঙলকপা মতমদা। "সোহকাময়ত বহুস্যাং প্রজায়েয়। তৈত্তিরীয় ২/৬" নীঙবা হায়বসী মন-গী থবক অমনী; মন লৈত্রবদি নীঙবা য়াদে; সৃষ্টিগী মমাঙদা ভগবান্না (ময়াম ওইনা ফোঙনবা) নীঙলকপা মতমতুদা লেপ্পমক থঙবা ওম্মী মহাক্কী মন লৈ হায়বা।

প্রাকৃত শক্তিকে কৈল বিলোকন—মায়াদা (প্রকৃতিদা) য়েংখি। য়েংলগা ভগবান্না মায়াদা সৃষ্টি তৌনবা শক্তি হাপ্পী, মতমতুদা মায়াদগী হায়বদি প্রকৃতিদগী সৃষ্টি ওইবকয়ি! "তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়"—হায়বদি ব্রহ্মতুনা মঙোন্দা লীন ওইরিবা জীবগী মমাঙগী সৃষ্টিদা তৌখিবা প্রারব্ধতুদা ( লাইবক, ভাগ্যদা ) মীৎয়েং তাই অতুগা নীঙঙী—অমতা ওইবা ( এক ) ঐ প্রজাগীদমক ( জীবগীদমক ) মখোয়গী অন্তর্যামী ওইনা ময়াম ( বহু ) ওইরগে।" "কৈল বিলোকন" হায়বসিদগী ভগবান্গী মীৎ লৈ হায়বতু থঙবা ওম্মী।

সে কালে-নচিংবা—ব্রহ্মনা বহু ওইনীঙবা অমসুং প্রকৃতিদা মীৎয়েং তাবা মতমতুদা প্রাকৃত-সৃষ্টি লৈত্রি; মরমতুনা মতমতুদা প্রাকৃত ওইবা মন অমসুং মীৎ পোক্ত্রি। ( মরমদি, মীৎয়েং তারবা মতুঙদা প্রাকৃত-সৃষ্টি ওইখিবনী ), অদুবু মতমতুদা ব্রহ্মগী মন অমসুং মীৎ লৈরম্মী; (লৈজবাইদি ব্রহ্মনা নীঙবা অমসুং য়েংবা হায়বতু তৌবা ওম্মোই) ; মসীদগী ঐখোয়না থঙবা ওম্মী মতুদি ব্রহ্মগী মীৎ অমসুং মন অতু প্রাকৃত নত্তে, অপ্রাকৃতনী। হায়বগী রাদি ব্রহ্মগী প্রাকৃত-নত্তবা মীৎ-নাকোঙনচিংবা লৈ হায়বসিনী; মরমসিনা মহাক সাকার-নী ( শক্লাইবনী ), [ প্রকৃতি নত্রগা মায়াদগী

পোল্লকপা পোৎমখৈবু প্রাকৃত ; নত্রগা মায়িক বস্তু ( পোৎ ) কৌয়ি। প্রকৃতিদগী পোকপা নত্তবা, প্রকৃতি নত্রগা মায়াগী রাংমদা লৈবা পোৎমখৈবু অপ্রাকৃত ( প্রাকৃত-নত্তবা ) বস্তু কৌয়ি। ]

## মূল ১৪৬

ব্রহ্মশব্দে কহে পূর্ণ স্বয়ং ভগবান্।
**স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণ—শাস্ত্রের প্রমাণ ॥ ১৪৬ ॥**

## শব্দার্থ

ব্রহ্মশব্দে—ব্রহ্ম হায়বা শব্দসিনা ; কহে—হায় ; পূর্ণ—মপুঙফাবা ; স্বয়ং—শাংশংবা মত্তামক ওইবা ; ভগবান্ ভগবান্ ; স্বয়ং ভগবান্—স্বয়ং ভগবান্দি ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনী ; শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী ; প্রমাণ—প্রমাণনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্ম শব্দনা থঙনবদি পূর্ণ স্বয়ং ভগবাননী। স্বয়ং ভগবান্দি কৃষ্ণনী, মসী শাস্ত্রগী প্রমাণনী।

## নৈনরোল

ব্রহ্মাদি সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয়গী কারণনী ; ব্রহ্মগী ঙমখৈ নাইদবা শক্তি লৈ, ব্রহ্মগী প্রাকৃত আকার লৈতে হায়রবসু প্রাকৃত-নত্তবা আকার লৈ হায়বিবা পূন্নমক অসী প্রমাণ তৌহ্নুনা লোইরে ; অদুবু ব্রহ্মসিবু—কনানো হায়রবত্তু মসীদা হায়রি। ব্রহ্ম হায়রগা স্বয়ং ভগবানবু থঙনৈ। স্বয়ং ভগবান্দি কনানো ? শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবাননী ; বেদনচিংবা শাস্ত্রদা প্রমাণসী ফংঙী।

**শাস্ত্রের প্রমাণ**—বেদনচিংবা শাস্ত্রগী খরা মতুং ইন্না।—"কৃষ্ণো বৈ পরমদৈবতম্। গোপাল-তাপনী শ্রুতি /১/৩" "ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্ব-কারণ কারণম্॥ ব্রহ্ম-সংহিতা /৫ ১॥ কৃষির্ভূ বাচক শব্দোণশ্চ নির্বৃত্তিবাচকঃ। তয়োরৈক্যং কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে ॥"

## মূল ১৪৭

বেদের নিগূঢ় অর্থ বুঝন না যায়।
**পুরাণবাক্যে সেই অর্থ করয়ে নিশ্চয় ॥ ১৪৭ ॥**

### শব্দার্থ

বেদের—বেদগী ; নিগূঢ় অর্থ—অথুপ্পা অর্থ ; বুঝন—খঙবা ; না যায় —য়াদে ; পুরাণবাক্যে—পুরাণগী ৱানা ; সেই অর্থ—অর্থড়ু ; করয়ে—ওইহল্লী ; নিশ্চয়—অরেপ্পা ।

মৈতৈলোন্দা ত্রন্সোকপা

বেদগী অথুপ্পা অর্থদি খঙবা ঙমদে। পুরাণগী ৱানা বেদগী অর্থড়ু অরেপ্পা ওইহল্লী ।

### নৈনরোল

মমাঙগী পয়ারদা হায়রি—শাস্ত্রগী প্রমাণ্না শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণসী স্বয়ং ভগবান্নী হায়বসী বেদদা তশেংনা পন্বা থেংনদবা করিগীনো ? মদুগী পাউখুম পীরি। শ্রীকৃষ্ণসী স্বয়ং ভগবান্নী হায়বড়ু বেদনসু হায় ; অদুবু বেদগী মর্ম্ম ঐখোয়না খঙবা ঙমদে ; মরমদি বেদগী অর্থদি য়াম্না অথুপ্পনী (গূঢ়নী), লায়না খঙবা ঙমদে ; মরমনীনা ব্যাসদেবনা জীববু কৃপা তৌবিদুনা বেদগী মর্ম্মগী মরমদা পুরাণচিংবা লেংলম্মী ; বেদগী ৱাড়ুমক পুরাণদা অরায়বা লোন্দা ইরি। মরমদুনা পুরাণগী উক্তিনে বেদগী উক্তিনে অনীগী মর্ম্ম অমতনী। পুরাণ ময়ামনীগী মনূঙদা শ্রীমদভাগবত-না পুঙথোক্ত-থোইবনী ; অদুগা অমুক শ্রীমদ্ভাগবতসীনা বেদান্তসূত্রগী ব্যাসদেব মহাকুমক্লা ইবা অশেঙবা ভাষ্যনী ; মরমদুনা শ্রীমদ্ভাগবত-না হায়বিবা ৱাদো বেদ অমসুং বেদান্তগী উক্তি অদুনী। শ্রীকৃষ্ণসে স্বয়ং ভগবান্নী হায়বড়ু শ্রীমদ্ভাগবতসীনা তরং তরংনা হায়রি ; "এতে চাংশকলাঃ পুংস, কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং।" ১/৩/২৮॥ অমুক মখাদা পল্লিবা শ্রীমদভাগবতমগী শ্লোকসীনা শ্রীকৃষ্ণ পূর্ণব্রহ্মনী—স্বয়ং ভগবান্নী হায়বগী প্রমাণ পীরি।

### মূল ১৪৮

অহো ভাগ্যমহো ভাগ্যং নন্দগোপব্রজৌকসাম্।
যন্মিত্রং পরমানন্দং পূর্ণং ব্রহ্ম সনাতনম্॥ ১৪৮॥

### শব্দার্থ

অহো ভাগ্যম্—কয়াদা ওকুঙাই ওইবা লাইবক্নো ; অহো ভাগ্যম্ —কয়াদা ওকুঙাই ওইবা লাইবক্নো ; নন্দগোপব্রজৌকসাম্—নন্দগোপ

অমস্তুং ব্রজবাসীশিংগী ; যৎ—মখোয়গী ; মিত্রম্—মরূপ ; পরমানন্দ—পরমানন্দ (খ্বাইদগী হেন্‌বা নুংঙাইবনা মাগী ওইবা অতুগুম্বা মহাক) পূর্ণম্—মপূঙফাবা ; সনাতনম্—লিরেল-লিবা, মতম পূম্নমক্কী ওইবা, নিত্য ব্রহ্ম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নন্দগোপ অমস্তুং ব্রজবাসীশিংগী লাইবক অঙকপনী॥ পরমানন্দগী মশক ওইবা সনাতন ( নিত্য, লিরেল-লিবা ) পূর্ণ ব্রহ্মনা মখোয়গী মিত্র ( মরূপ ) ওইরি।

**নৈনরোল**

শন্নাওমচা ময়াম হূরাল্লুরবগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি তৌবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু লক্ষ্য ওইহল্লগা ব্রহ্মানা নন্দমহারাজ অমস্তুং অতৈ ব্রজবাসীশিংগী লাইবক যাম্নগীদমক থাগৎতুনা শ্লোকসি হায়খিবনী।

**নন্দগোপ ব্রজৌকসাম্**—নন্দগোপ অমস্তুং ব্রজবাসীশিংগী ; **নন্দগোপ**—ব্রজনিংথৌ নন্দ ; পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মচানুপা ওইবসী মহাক্কী লাইবক ফবনী। **ব্রজৌকসাম্**—ব্রজনা মখোয়গী যুম (লৈফম) ওইরিবা অতুগুম্বা মখোয় ব্রজবাসীশিংগী লাইবক ফবনা যদি মখোয় পূম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু মিত্র ( মরূপ ) ওইনা ফংখি। শ্রীকৃষ্ণ কনা? কনাগী সখানী, কনামগীনা মচানুপানী, কনামগীনা প্রাণবল্লভ-নী ( হৃরাইগী মু শিজবনী ), কনামগীনা মচাগুম নুংশিনবগী মরম্নী ; মাংনা অস্রুম্না, ব্রজবাসী পূম্নমক্না লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগা মরূপ ওইবগী সম্বন্ধ লৈরম্মী। শ্রীকৃষ্ণ অতুমক্তি করম্বনো? মহাক্তি **পরমানন্দং**—পরমানন্দস্বরূপনী, সচ্চিদানন্দরূপ-নী, আনন্দঘনমূর্তিনী ( আনন্দনা—নুংঙাইবনা—মচু-মঙ-লাংলবা মূর্তিনী ) ; **পূর্ণং**—পূর্ণতম (মপূঙ থমথোক্লবা অমত্তনী) ; **সনাতনম্**—নিত্য, লিরেল-লিবা ; অনাদি কালদগী লৈরক্লবা অমস্তুং লোই থম্বা লৈতবা মতম ফাওবা লৈগদৌরিবা, অতুগুম্বা **ব্রহ্ম**—শ্রুতিদ মহাকপু ব্রহ্ম কৌরিবা মহাক্নো। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্ম-শব্দগী পরম-পরিণতিনী ( থমথেংবা ওইফম থোকপতুনী )।

শ্লোকসিদা নন্দগোপ অমস্তুং ব্রজবাসীশিংগী নিত্যবন্ধুবু পরব্রহ্ম-নী হায়রি, অদুবু মখোয়গী নিত্যবন্ধুদি শ্রীকৃষ্ণনী ; মরমসীনা শ্রীকৃষ্ণসী পূর্ণ-ব্রহ্ম-নী হায়বদো নৈনরিবা শ্লোকসীনা প্রমাণ তৌরে। ব্রহ্মগী প্রাকৃত-নত্তবা আকার ( শকল ) লৈ হায়বদু শ্লোকসিনা প্রমাণ ওইরি। মরমদি ব্রজবাসীশিংগী নিত্যবন্ধু ওইবা মহাক্তি লেপ্পমক নিরাকার নত্তে।

## মূল ১৪৯

'অপানিপাদ'-শ্রুতি বর্জ্জে—প্রাকৃত পানি-চরণ।
পুনঃ কহে—শীঘ্র চলে করে সর্ব্বগ্রহণ ॥ ১৪৯ ॥

### শব্দার্থ

অপানিপাদ শ্রুতি— ব্রহ্মর অপানিপাদ-নী (খুৎ খোঙ-লৈতবনী) হায়বা শ্রুতিনা; বর্জ্জে—লৈতে হায, প্রাকৃত পানি-চরণ—প্রাকৃত ওইবা খুৎ-খোঙ. পুনঃ—অমুক, কহে হায. শীঘ্র—য়াঙনা, খুদা য়াঙমা, চলে—চৎলী, করে—তৌয়ি, সর্ব্বগ্রহণ— পুম্নমকপু লৌবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মর অপানিপাদ নী (খুৎ-খোঙ-শান্দবনী) হায়রিবা শ্রুতিশিংত্না ব্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা খুৎ খোঙ লৈতে হায়রি। অদুদগী অমুক্তা শ্রুতিশিংত্না ব্রহ্মদি খুনা-য়াঙনা চৎলী অমসুং (খুৎনা) পোৎ পুম্নমক লৌয়ি হায়না হায়রি।

### তৈৎসরোল

হৌজিক ব্রহ্মনা সবিশেষ ওই অমসুং নির্ব্বিশেষ ওই হায়রবগী য়াফমদু চুম্হন্নবা শ্রুতিশিংগী সমন্বয় তৌরি। ব্রহ্মগী খুৎ-খোঙ লৈতে হায়বদি প্রাকৃত ওইবা খুৎ-খোঙ লৈতে হায়বনী, অদুমদি ওইরগা ব্রহ্মগী প্রাকৃত-নত্তবা খোঙ-খুত্তি লৈ হায়না শ্রুতিশিংনা হায়রি। মরমদুনা মহাক চৎলী অমসুং পোৎ পুম্বা লৌযি।

## মূল ১৫০

অতএব শ্রুতি কহে ব্রহ্ম সবিশেষ।
মুখ্য ছাড়ি লক্ষণাতে মানে নির্ব্বিশেষ ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মবম্মদুনা; শ্রুতি কহে—শ্রুতিনা হায়; ব্রহ্ম সবিশেষ—ব্রহ্মদি সবিশেষ-নী (সাকার-নী), মুখ্য—মুখ্য অর্থ, ছাড়ি—থাদোক্লুনা; লক্ষণাতে—লক্ষণাদ্বারা; মানে—য়ারিবনী, নির্ব্বিশেষ—ব্রহ্ম নির্ব্বিশেষনী (নিরাকারনী) হায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবমদুনা শ্রুতিনা ব্রহ্ম সবিশেষনী ( সাকারনী ) হায়রিবনি । মুখ্য অর্থ থাদোক্লগা লক্ষণাবৃত্তিদা ব্রহ্মবু নির্বিশেষনী হায়রিবনী ।

## তাৎপর্য

অতএব-নচিংবা—খোঙ-পান্দবা মগাক্না করম্না চৎকনী ? মথৎ-পন্দবা মহাক্না করম্না পোৎ লৌবা ঙমগনী ? অদুগনি শ্রুতিনা হায়রি—ব্রহ্ম দি চৎলী, ব্রহ্মদি লৌযি রাফমসীস্থু চুমদে হায়বা য়াদে, মবমসীনা ব্রহ্মগী লেপ্লমক খৎ-খোঙ লৈ, খৎ-খোঙ লৈরবোইদি শ্রুতিনা মাবু অমুক অপাণিপাদ ( খৎ-খোঙ পন্দবা ) হায়রিবা করিগীনো ? রাফমসীস্থু মিথ্যা ওইবা য়াদে। রাফমসীনা শ্রুতিনা হায়বিবদি অদুনী মতুদি—ব্রহ্মগী প্রাকৃত ওইবা খৎ-খোঙ লেতে, অদুবু মহাক্কী প্রাকৃত-নত্তবা খৎ খোঙ লৈ, প্রাকৃত-নত্তবা খৎ খোঙসীনা মহাক চৎলী অমসুং লৌযি । মসিমসীনা অওইবা শ হায়বা ভাববদি শ্রুতিনা ব্রহ্মবু সবিশেষ-নী ( সাকার-নী ) হায়রিবনী ।

## মূল ১৫১

ষড়ৈশ্বর্য্য—পূর্ণানন্দ বিগ্রহ যাঁহার ।
হেন ভগবানে তুমি কহ নিরাকার ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

ষড়ৈশ্বর্য্য—ভগ তরুক্কা মাগী ওইবা, পূর্ণানন্দ —মপুঙ-ফারবা নুংঙাইরবগী ওইবা, বিগ্রহ—দেহ, হকচাঙ, যাঁহার—মহাক্কী, হেন—অসিগুম্বা ভগবানে—ভগবানবু, তুমি নঙনা ( স্যার্ব্বভৌমনা ), কহ—হায়রি নিরাকার—নির্ব্বিশেষ নী হায়না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী দেহনা ঐশ্বর্য্যতরুক্কী ওইবা অমসুং মপুঙ-ফাবা আনন্দগী ওইবা অদুগুম্বা ভগবানবু নঙনা নিরাকারনী ( শক্লাইদবনি ) হায়রি ।

## তাৎপর্য

ষড়ৈশ্বর্য্য—ঐশ্বর্য্যস্য সমগ্রস্য বীর্য্যস্য যশসঃ শ্রিয়ঃ । জ্ঞান-বৈরাগ্য

য়োশ্চৈব ষণ্ণাম্ ভগ ইতি স্মৃতম্ ॥ (১) ঐশ্বর্য্য—সর্ব্ববশীকারিত্ব ( পুম্নমকপু মখা পোলহন্ববা মপু ওইবা ) ; (২) বীর্য্য—মণি মন্ত্র নচিংবগুম্বা প্রভাব ( থৌনা ) ; (৩) যশঃ—বাকা, মন অমসুং তকচাঙ-নচিংবগী সংগুণগীদমক ওইবা মিংচৎ ; (৪) শ্রী—মখল পুম্নমক্কী ভুল্ : (৫) জ্ঞান—পুম্নমক খঙবা ; অমসুং (৬) বৈরাগ্য—প্রপঞ্চ ( ভুতমচাগী ওইবা ) পোৎতা অনাসক্তি ( পাঙদবা ), তরুকসিগী মপুঙ ফাববু ( সম্পূর্ণতাবু ) ষড়ৈশ্বর্য্য কৌয়ি।

## মূল ১৫২

স্বাভাবিক তিনশক্তি যেই ব্রহ্মে হয়।
নিঃশক্তি করিয়া তাঁরে করহ নিশ্চয় ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

স্বাভাবিক—মচ্ছাগী ওইবা ; তিন শক্তি—শক্তি অহুম ; যেই ব্রহ্মে—ব্রহ্মদুদা ; হয়—ওই ; নিঃশক্তি—শক্তি লৈতবা ; করিয়া—ওইহন্দুনা ; তাঁরে—মহাকপু ( ব্রহ্মবু ) ; করহ—ওইহল্লী ; নিশ্চয়—অরেপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচ্ছাগী ওইবা শক্তি অহুম লৈবা ব্রহ্ম মহাকস্তু শক্তি লৈতবনী হায়না অরেপ্পা ওইনা নঙনা মহায়বা।

## নৈনরোল

**তিন-শক্তি**—শক্তি অহুম। তুংদা লাক্লিবা **বিষ্ণুশক্তিঃ**—নচিংবা শ্লোকশিদা য়াওবা পরা, অপরা অমসুং মায়াশক্তি অহুমশিনী।

**নিঃশক্তি**—শক্তি-য়াওদবা। ব্রহ্মদা মচ্ছাগী ওইবা শক্তি অহুম য়াওরি ; অদুগদি নঙনা (সার্ব্বভৌমনা)—শঙ্করাচার্য্যগী মত লৌদুনা ব্রহ্মতুবু শক্তি-য়াওদবা হায়না সিদ্ধান্ত পীরি।

## মূল ১৫৩

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে ( ৬/৭/৬১ )—

বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা
অবিদ্যাকর্ম্ম সংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥ ১৫৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৭/১১৯ শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ো।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা 'পরাশক্তি' হায়বসীনা অন্তরঙ্গা স্বরূপ শক্তিবু, 'অপরা শক্তি' হায়বসীনা তটস্থা কৌবা জীবশক্তিবু অমসুং 'অবিদ্যাকর্ম্ম সংজ্ঞা' হায়বসিনা মায়াশক্তিবু খঙহল্লী। ব্রহ্মগী শক্তি অহুম লৈ হায়বগী প্রমাণদি নৈনরিবা শ্লোকসিনী। "পরাস্য শক্তিবিবিধৈব শ্রূয়তে"—নচিংবা শ্রুতি প্রমাণসিনা ব্রহ্মগী হায়বদি ভগবানগী অনন্ত শক্তি লৈবা তায়; অদুগা অমুক শ্লোক অসিদনা শক্তি অহুমদমক লৈ হায়বগী তাৎপর্যাদি অসিনী মদুদি—ব্রহ্মগী অনন্তশক্তিগী শ্রেণী-বিভাগ (কাংলূপ খায়বা) তৌরগদি শ্রেণী অহুমগী (জাত্রা অহুমগী) শক্তিদমক ফংঙী; শক্তি অহুমসিবু প্রধান শক্তিনী হায়না লৌরগদি শক্তি অহুমসিগী শীংনাইদনা মখল মথেলদুনা অনন্ত শক্তি ওইনা ঊনগনী। "কৃষ্ণের অনন্ত শক্তি, তাতে তিন প্রধান। চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি জীবশক্তি নাম ॥ ২/৮/১৫১॥"।

## মূল ১৫৪

তথা হি বিষ্ণু পুরাণে (১/১২/৬৯) —

হ্লাদিনী সন্ধিনী সংবিত্ত্বয্যেকা সর্ব্বসংশ্রয়ে।

হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥ ১৫৪ ॥

শব্দার্থনাচ বদি ১।৪ ৬৪ শ্লোক অদুদা য়েংবিরো।

## নৈনরোল

মমাংগী "বিষ্ণু শক্তি" নচিংবা শ্লোক অদুদা হায়রিবা পরা নম্রগা অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি অসি মখল অহুম থোক্না শক্তি উংলী; শক্তিম অহুমসিগী মমিংদি হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ কৌই। "স্বরূপশক্তি হয় তিনরূপ। আনন্দাংশে হ্লাদিনী, সদংশে সন্ধিনী, চিদংশে সংবিৎ—যারে জ্ঞান করি মানি ॥ ২/৮/১২৩ ১২৫ ॥" শ্লোক অসিনম্মু প্রমাণ তৌরি মদুদি—বিষ্ণুশক্তি নচিংবা শ্লোকসিদা হায়রিবা পরা (অন্তরঙ্গা স্বরূপ শক্তি), অপরা (তটস্থা জীবশক্তি) অমসুং অবিদ্যা (বহিরঙ্গা মায়া শক্তি) হায়বা শক্তি অহুমসী ব্রহ্মগী লৈরবসু পরা নম্রগা অন্তরঙ্গা স্বরূপ-শক্তি অসীমতা ব্রহ্মগী হায়বদি ভগবানগী স্বরূপ-তা নত্তগা বিগ্রহদা লৈ; অপরা হায়বদি তটস্থা কৌবা জীবশক্তিনে অদুগা অবিদ্যা হায়বদি মায়াশক্তিনে অনিসীদী ভগবানগী স্বরূপ-তা লৈতে। মসীনা নৈনরিবা শ্লোকসিগী অহানবা তংখাইগী

মর্ম্মনী। অনীশুবা তংখাইগী মর্ম্মনা অনীনী অদুদি—সাত্বিকী ( হ্লাদকরী-নুংঙাইহন্নবা ), রাজসিকী ( মিশ্রা—অনী য়ান্নবা ), অমসুং তামসিকী (তাপকরী—অৱাইমৈচাক পীবা) হায়বা প্রাকৃত শক্তি অহুমসীদি ভগবান্দা লৈতে মৱমদি মহাক্তি প্রাকৃত গুণবু থাদোক্লবা পোংনী। ব্রহ্মদা হায়বদি ভগবান্দা প্রাকৃত-নত্তবা গুণ পীঙনাইদবমথৈ লৈরবসু মঙোন্দা প্রাকৃত গুণ লৈতে অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা শক্তি পীঙনাইদনা লৈরবসু মহাক্কী স্বরূপ-তা প্রাকৃত শক্তি ( মায়াশক্তি ) লৈতে হায়বদু নৈনরিবা শ্লোকসীনা তাকয়ি। অসীমসু উংলী মদুদি—ব্রহ্মবু নিঃশক্তিক ( শক্তি লৈতবা ) অমসুং নির্গুণ ( গুণ-লৈতবা ) পোংনী হায়রিবা শ্রুতি পুম্নমক্কী তাৎপর্য্যদি—ব্রহ্মদা প্রাকৃত শক্তি লৈতে প্রাকৃত গুণ-সু লৈতে—হায়বসিনী। অদুবু প্রাকৃত-নত্তবা শক্তি অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা গুণ-দি লৈ। অসুম্না অর্থ তৌরবদি শ্রুতিবাক্য পুম্নমক্কী সমন্বয় হায়বদি অর্থ অমতদা পুরকপা য়ারোই।

## মূল ১৫৫-১৫৬

সৎ-চিৎ-আনন্দময় ঈশ্বর স্বরূপ।
তিন-অংশে চিচ্ছক্তি হয় তিন রূপ ॥ ১৫৫ ॥
আনন্দাংশে হ্লাদিনী, সদংশে সন্ধিনী।
চিদংশে সংবিৎ—জ্ঞান করি মানি ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

সৎ-চিৎ-আনন্দময়—সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা; ঈশ্বর স্বরূপ—ঈশ্বরগী স্বরূপ; তিন-অংশে—শরূক অহুম থোক্লা; চিচ্ছক্তি—চিৎ-শক্তিনা; হয়—ওই; তিন-রূপ—শক অহুম; আনন্দাংশে হ্লাদিনী—আনন্দ ( নুংঙাইবা হায়বদি পরমপ্রেমগী তুঙফম ) হায়বা শরূক্তা হ্লাদিনী; সদংশে সন্ধিনী—সৎ ( সত্বা, অস্তিত্ব—লৈবা ) হায়বা শরূক্তা সন্ধিনী; চিদংশে সংবিৎ—চিৎ (জ্ঞান, মথন্তনা ভানজরগা অতৈবুসু ভালহনবা) হায়বা শরূক্তা সংবিৎ; জ্ঞান—খঙবা; করি—হায়না; মানি—লৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী স্বরূপ-তি সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ হায়না অহুম থোক্লা থায়রি।

চিৎ ( জ্ঞান ) হায়বা শক্তিদুনা শরুক অহুম থোক্লগা মশক অহুম ওই। মহুক্কি আনন্দ হায়বা অংশনা হ্লাদিনী, সৎ হায়বা অংশনা সন্ধিনী অহুগা চিৎ হায়বা অংশনা সংবিৎ কৌয়ি ; সংবিৎতি জ্ঞান ( খঙবা ) হায়বনী।

## নৈনরোল

তিন অংশে —সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ হায়বা অংশ অহুমসী থোক্লা।

চিচ্ছক্তি—শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপশক্তি ; বিষ্ণুশক্তি পরা প্রোক্তাঃ-নচিংবা শ্লোক অদুদা হায়রিবা পরাশক্তিদু স্বরূপশক্তি হায়বদি চিচ্ছক্তিনী ; শক্তিসী চৈতন্যরূপিণী-নী। শ্রীকৃষ্ণস্বরূপকী হায়রিবা চিচ্ছক্তি সী সৎ, চিৎ, আনন্দ হায়বা মিংদা অহুমসিনা খঙনৈ হায়বদি মওং অহুম থোক্লা শকুউংলী।

চিচ্ছক্তিনা আনন্দ-লৌবা মওংদুবু হ্লাদিনী শক্তি, সৎ-অংশনা লৌবা মওংবু সন্ধিনী শক্তি অমসুং চিৎ-অংশনা লৌবা মওংদুবু সম্বিৎ-শক্তি কৌয়ি।

## মূল ১৫৭

অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তি তটস্থা জীবশক্তি।
বহিরঙ্গা মায়া তিনে করে প্রেমভক্তি ॥ ১৫৭ ॥

## শব্দার্থ

অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তি—ভগবান্‌গী পরা শক্তি নত্রগা স্বরূপশক্তি ; তটস্থা জীবশক্তি—অপরা ক্ষেত্রজ্ঞা শক্তি : বহিরঙ্গা মায়া—অবিদ্যা শক্তি ; তিনে —অহুমসিনা ; করে প্রেমভক্তি - প্রেমগা লোয়ননা ( শ্রীকৃষ্ণগী ) সেবা তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্তরঙ্গা চিৎ-শক্তি, তটস্থা জীবশক্তি অমসুং বহিরঙ্গা মায়াশক্তি— অহুম্না প্রেমগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি।

## নৈনরোল

তিনে করে প্রেম ভক্তি— শক্তি অহুমসীগী শক্তি খুদিংমক্না শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমগা লোয়ননা ভক্তি উংলী হায়বদি প্রেম-গা ( মুংশিবগা ) লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি। ভগবান্‌গী শক্তি পুম্নমক মওং অমী থোক্লা লৈ— মূর্তি লৌদুনা ( মূর্ত্ত ওইনা ) শক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী ওইনা হায়রিবা শক্তি

তাঙ্গমসিনা মখোয়গী অধিষ্ঠাত্রীগী মূর্ত্তি ওইনা—চোংথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ সেবা তৌয়ি হায়না থজগদবা ওই। মূর্ত্তি লৌদ্রবসু শক্তিত্মক ওইনা লৈয়না শ্রীকৃষ্ণগী অপাঙ্গা থবক পাঙথোকপা হায়বা সেবা হায়বদি অপাঙ্গা থবক অদু পাঙথোক্লবগীদমক তেঙবাঙবগী মশক ওইবা সেবাসু শক্তিশিংহুনা তৌয়ি।

অন্তরঙ্গা-চিচ্ছক্তিনা মূর্ত্ত ওইনা ভগবান্গী পরিকর, ভগবান্গী ধাম অমসুং লীলাগী চঙগদবা পোৎচৈন্‌চিংবগী শক লৌরগা ভগবান্গী সেবা তৌয়ি। অমুকসু অমূর্ত্ত শক্তি ওইনা ভগবৎ স্বরূপ্তা লৈনা লৈনা অমসুং পরিকরশিংগা লোয়ননা অমতা ওইদুনা (তাদাত্ম্যপ্রাপ্ত) ওইদুনা মখোয়গী মতেঙনা মখোয়না পামজবা লীলানচিংবা তৌহল্লী ; রাস নচিংবা লীলা তৌবগী ইচ্ছা, রাসনচিংবা লীলাদা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহন্নবগীদমক ব্রজ-শকহেন্‌বীশিংগী ইচ্ছা নত্রগা যোগ্যতা ( মতীক-চাবা ওইবা ) অমসুং ব্রজ-শকহেন্‌বীশিংবু পেলহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা নত্রগা যোগ্যতা— মসী পূম্বসী অমূর্ত্তচিচ্ছক্তিগী থবক্নী।

তটস্থা জীবশক্তিসু জীব ওইনা থোরক্‌য়ি : জীব মখল অনীনী—নিত্যসিদ্ধ অমসুং সংসারাসক্ত : নিত্য-সিদ্ধ জীবশিংনা অনাদিকালদগী গরুড়নচিংবা ভগবৎ-পরিকর ওইনা ভগবান্গী সেবা তৌয়ি, সংসারাসক্ত জীবসু সাধকভক্ত নত্রগা মায়া-কোল্লনা মতূংদা সিদ্ধভক্ত ওইনা ভগবান্গী সেবা তৌয়ি ; অদুগা বহির্ম্মুখ ( ভগবানবু নীঙদবা ) ওইবা মখোয়সু মখোয়গী স্বরূপ মতুং ইন্না নিত্যকৃষ্ণদাস-নী হায়দুনা মখোয়গী স্বরূপকী মতুং-ইন্না কৃষ্ণভক্তনী।

বহিরঙ্গা মায়াশক্তিনা ভগবান্গী য়াথংদগী সৃষ্টিনচিংবা থবক তৌদুনা সৃষ্টিগী প্রপঞ্চদা ( সংসারদা ) জীবগী অদৃষ্ট ( লাইবক ) ভোগ তৌহন্দুনা য়াথং ঙাকপগী মশক ওইবা সেবা তৌরি। য়াথং-ঙাকপগী মশক ওইবা সেবা নত্তনা মায়াদেবীনা প্রকৃতিগী নীপানত্তবা আবরণদা সাক্ষাৎ ওইনা শ্রীভগবান্গী সেবা তৌয়ি হায়বসীসু শ্রীবৃহদ্ভাগবতামৃতদগী খঙবা ঙম্মী। "শ্রীমোহিনীমুর্ত্তিধরস্য তত্র বিভ্রাজমানস্য নিজেশ্বরস্য। পূজাং সমাপ্য প্রকৃতিঃ প্রকৃষ্টমূর্ত্তিঃ সপত্নেব সমভ্যয়াম্মাম্॥ ২ ৩/২৫ ॥—শ্রীগোপকুমারনা হায়—"উরক্লে প্রকৃতিদেবী অহুনা মঙ্গাই আবরণ-দা ঙাক্টোইরিবা নিজ ঈশ্বর

(লম্বাইগী মবুংডো) অত্থব্ পূজা তৌরি। ঈশ্বরহুগী মূর্তিদি অঙকপগী মশক্নী। মূর্তিহুগী ফজবহুদা মায়াগী মোহিনী (শুম্লঙাই) মূর্তিনকাওবা ইকায়জে। তুংদা দেবীনা পূজা তৌবা লোইরগা পুক্নীঙহুবা বেশ থোন্দুনা থুনমক ঐগী নাক্তা য়োরক্খি।" মতৌ অসুম্না মখল অহুমগী শক্তিনা মতম পুম্বদা ভগবান্গী সেবা তৌরি।

## মূল ১৫৮

ষড়বিধ ঐশ্বর্য্য প্রভুর চিচ্ছক্তিবিলাস।

হেন শক্তি নাহি মান—পরম সাহস ॥ ১৫৮ ॥

## শব্দার্থ

ষড়বিধ—মখল তরুক্নী ; ঐশ্বর্য্য—ভগ (লন) ; প্রভুর—ভগবান্গী ; চিচ্ছক্তিবিলাস—চিচ্ছক্তিগী নাওং ; হেন শক্তি—অসিগুম্বা শক্তি ; নাহি মান—নঙনা য়াদে ; পরম সাহস—থৌনা য়োরেনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐশ্বর্য্য মখল তরুকসী ভগবান্গী চিৎ-শক্তিগী নাওংনী। অসিগুম্বা শক্তিবু য়াদবদি থৌনা ফগ্রবা জাৎনীনা।

## নৈনরোল

**চিচ্ছক্তিবিলাস**—চিচ্ছক্তিগী হায়বদি স্বরূপশক্তিগী বিলাস নত্রগা বিকার হায়বদি পরিণতি (মপুঙফাবা নাওং)। ভগবান্গী চিচ্ছক্তিনা মহাক্নী মখল তরুক্নী ঐশ্বর্য্য ওইনা মপুঙ-ফাবা নাওং ওইরকপনী ; মহাক্নী ঐশ্বর্য্যাদি মহাক্নী চিৎ-শক্তিগী পরিণতিনী ; মফম পুম্বদা মহাক্নী ঐশ্বর্য্যনা ঙাম্লোইরি ; অদুগদি ঐশ্বর্য্যহুগী মরু থোরক্ফম শক্তিহুবুদি নঙনা লৈ হায়দ্রিবা অসী নঙগী লম্কেৎ-লম্হাইবা হায়বহুনী।

## মূল ১৫৯

মায়াধীশ মায়াবশ ঈশ্বরে জীবে ভেদ।

হেন জীব ঈশ্বর-সনে করহ অভেদ ॥ ১৫৯ ॥

## শব্দার্থ

মায়াধীশ—মায়াগী মপু, ঈশ্বর ; মায়াবশ—মায়াগী মখা-পোন্বা,

জীব ; ঈশ্বরে—ঈশ্বরগা ; জীবে—জীবগদা ; ভেদ —খেন্নবা ; হেন - অসী-গুম্বা জীববু ; ঈশ্বর-সনে ঈশ্বরগা লোয়ননা ; কহ ওইহল্লী ; অভেদ —খেন্নদ্রবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরদি মায়াগী মবুংঙোনী অদুগা জীবনা মায়াগী মথা পোন্‌বনী ; মতৌ অস্থুম্না ঈশ্বরগা জীবগা খেন্নে । অসিগুম্বা জীববু ঈশ্বরগা লোয়ননা খেন্নহন্দ্রিবা ?

**নৈনফম্**

ব্রহ্ম নির্বিবশেষনী অমসুং নিঃশক্তি-নী হায়বদু কক্লবা মতুংদা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বদু হৌজিক কল্লী । মায়াধীশ—মায়াগী মবুংঙো অধীশ্বরদি ঈশ্বরনী ; মায়াদি ঈশ্বরগী শক্তিনী হায়বনা ঈশ্বরনা শক্তিমান্নী ( শক্তিগী মপুনী ), অদুগা মায়ানা মহাকী শক্তিনী ; শক্তিমান ওইবনা ঈশ্বরনা মায়াগী নিয়ন্তা ( হারাকপা ) হায়বদি অধীশ্বর ( মপুরোইবা ) নী ।

**মায়াবশ**—মায়াগী মথাপোন্‌বা, জীব । মায়াগী মথাপোন্‌বা য়াদুনা জীবনা মায়িক সংসারদা লাক্লিবনী অমসুং লাক্লগা মায়ানা হায়বা ইন্দুনা মায়িক ওইবা অরা-মুংঙাই ফংলিবনী । মায়াগী মপু জীবনা ওইবা ঙমদে, জীবনা মাগী শক্তি শীজন্নদুনা ঈশ্বর-শক্তি ওইবা মায়ানা হায়বা ইল্লোই হায়বা শুকুঙম-ঙমজদে — মাগী শক্তিনা মায়াদগী লাপ্পা লৈবা ঙমজদে : মায়াসী ঈশ্বরগী শক্তি ওইবনা জীবদগী হেন্না কল্লী ; মরমদুনা "দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া" গীতা /৭/১৪- বাক্যদা মায়াসীবু জীবগীদি "দুরত্যয়া—লান্থোকপদা য়ারবা" হায়রিবনী ।

**ঈশ্বরে জীবে ভেদ**—ঈশ্বরগা জীবগা খেন্নবা । ঈশ্বরগা জীবগা খেন্নবদি অসীনী মদুদি- ঈশ্বরনা মায়াগী অধীশ্বরনী নিয়ন্তানী, অদুগা জীবনা মায়াগী মথাপোন্‌বনী, হায়বদি মায়ানা জীবগী নিয়ন্তানী । অদুবু শঙ্করাচার্য্যনা মরম্নাই ভাষ্যদা মায়াগী মথা পোন্‌বা জীববু মায়াগী মবুংঙো ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়না হায়রি, মানা জীবগা ঈশ্বরগা ( হায়বদি ব্রহ্মগা ) অনীগী মরক্তা খেন্নবা ( ভেদ ) লৈতে হায়রি । মহাপ্রভুনা হায়রি - মপুগা (অধীশ্বরগা) মথা পোন্‌বগা ( অধীনগা ) খেন্নবগুম্না, নিয়ন্তাগা নিয়ন্ত্রিতগা খেন্নবগুম্না ঈশ্বরগা জীবগসু খেন্নে । ঈশ্বরনা বিভুচৈতন্য-নী অদুগা জীবনা

অণুচৈতন্যনী, মরমসুনা ঈশ্বরগা জীবগা কদৌঙৈদনু অমত্তনী হায়বা য়াদে। ব্রহ্মসূত্রগী অহানবা অধ্যায়দা অহানবা পাদ-দা "কামাচ্চনানুমানাপেক্ষা— হায়বা ১/১/১৪ সূত্রগী শ্রীভাষ্যদা য়াওরি :—"জীবস্যাবিদ্যাপরবশস্য— জীবদি মায়াগী মখা পোল্লী।" মায়াগী অর্থ মায়না শেম্বা কর্ম্মসু (থবকসু) ওইবা য়াই। ঈশ্বরদি কর্ম্মগী মখা পোন্দে অদুগা জীবদি কর্ম্মগী মখা পোল্লী ; মরমসীনা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নৈ। ব্রহ্মসূত্রগী অহানবা অধ্যায়দা অহানবা পাদ-দা "অন্তস্তদ্ধর্ম্মোপদেশাৎ /১/১/২০ হায়বা সূত্রসীগী শ্রীভাষ্যদা য়াওরি :— "পরমাত্মনঃ কর্ম্মবশ্যতাগন্ধরহিতত্বমিত্যর্থঃ কর্ম্মাধীনসুখদুঃখভাগিত্বেন কর্ম্মবশ্যাঃ জীবাঃ।"

## মূল ১৬০

গীতা শাস্ত্রে জীবরূপ শক্তি করি মানে।

হেন জীবে অভেদ কর ঈশ্বরের সনে॥ ১৬০॥

## শব্দার্থ

গীতা শাস্ত্রে—শ্রীমদ্‌ভগবদ্‌গীতাদা ; জীবরূপ—জীবব ; শক্তি করি —শক্তিনী হায়না ; মানে—লৌয়ি ; হেন জীবে—অসিগুম্বা জীবগা ; অভেদ—খেন্নদবা ; কর—ওইহনবা ; ঈশ্বরের সনে—ঈশ্বরগা লোয়নননা।

মৈতৈলোনগী হন্দোকপা

গীতাশাস্ত্রদা জীবদি ঈশ্বরগী শক্তিনী হায়। অসিগুম্বা জীববু নঙনা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়রি।

## তৈনবোল

মমাঙগী পয়ারদা হায়রি—জীবদি মায়াগী মখা পোল্লী হায়দুনা মায়াগী মখুংডো ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা য়াদে। অদু ওইরবদি হংবা য়াই— ঈশ্বরগী কৃপাদগী জীবনা মায়াগী মখুত্তগী লাম্হোল্লবদি মহাক মায়াগী মখা পোন্দরে। মতমদুদা মায়ামুক্ত জীবগা ঈশ্বরগা করিমত্তা খেন্নফম থোক্লে। রাহং অসীগী পাউখুমদি অসীনী—মায়ামুক্ত ওইরবা মতমদুদসু জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নগনী ; জীবনা মায়ামুক্ত ওইরবদি মহাক মায়াগী মখা পোন্দ্রে হায়রবা তাই, অদুবু মতমদুদসু ঈশ্বরনা মায়াগী মপু ( মায়াধীশ ) ওইবগুম্বা জীবদি মায়াধীশ ওইদে ; করিগুম্বা কীভমদা জীবনা ঈশ্বরগুম্বা মায়াধীশ

ওইবা ভমদে ; মরমতুনা মায়ামুক্ত ওইরবসু জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নতুনা অহুম লৈ। মতৌ অসুম্না মায়াগা মরী লৈবগী না য়েংলগা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা রাফমদো কক্থংলে ; অতুগা মায়াগা মরী লৈনব্রকসু স্বরূপ মতুং ইন্নসু জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নৈ হায়বদো ১৬০ পয়ারসীদা উৎলি।

## মূল ১৬১

তথাহি শ্রীভগবদ্গীতায়াম্ ( ৭/৫ )—

অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।

জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ॥ ১৬১ ॥

শব্দার্থনচিংবা ১/৭/১১৮ শ্লোক অতুগীদা য়েংবিরো। জীবদি ঈশ্বরগী শক্তিনী হায়বদো শ্লোকসিদা উৎলি।

## মূল ১৬২

ঈশ্বরের শ্রীবিগ্রহ সচ্চিদানন্দাকার।

শ্রীবিগ্রহে কহ—সত্ত্বগুণের বিকার॥ ১৬২ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরের - ঈশ্বরগী ; শ্রীবিগ্রহ—শ্রীমূর্ত্তি, দেহ, হকচাঙ ; সচ্চিদানন্দাকার—সৎ-চিৎ-আনন্দগী আকারনী ; শ্রীবিগ্রহে—শ্রীমূর্ত্তিদা ; কহ—হায়রি ; সত্ত্বগুণের—প্রাকৃতগুণ-সত্ত্ব হায়বতুগী : বিকার—ওইরকপা মওং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মগী সাকার বিগ্রহ লৈরিবশিংসে শঙ্করাচার্য্যনা প্রাকৃত সত্ত্বগুণগী-বিকার ভাক্তনী হায়রি ; হৌজিক শঙ্করাচার্য্যগী মত অসী কক্থংলগা ঈশ্বরগী বিগ্রহদি সচ্চিদানন্দময়নী হায়রি।

## লৈনরোল

শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্ম মখল অনী লৈ হায়রি মতুদি—সগুণ অমসুং নির্গুণ, মহাক্না লেপ্পা নির্বিশেষ ব্রহ্মতুনা নির্গুণ ব্রহ্মনী ; অতুগা বিষ্ণু-নচিংবা সগুণ স্বরূপশিংনা সগুণ ব্রহ্মনী। অদ্বৈতবাদীশিংনা সগুণ ব্রহ্মগী পারমার্থিক সত্ত্বা লৈ হায়দে, মখোয়গী মত মতুং ইন্না ঈশ্বর হায়বদি সগুণ

ব্রহ্মাদি মায়াগী বিজৃম্ভণ ( প্রকাশ-কনকৃউৎ ) হায়বচুনী- সগুণ ব্রহ্মাদি জীবগুম্না উপাধিগী শাজনৃয়া বিলাস্নী ( শকউৎনী ) । মায়াখ্যায়াঃ কামধেনোর্বৎসৌ জীবেশ্বরাবুভৌ। মায়াগী মশক ওইবা কামধেনুগী মচানী জীব অমসুং ঈশ্বরদি। পঞ্চদশী ৬/২৩৬।” উপাধি লৈতবা ( নিরুপাধিক ) ব্রহ্মদা মায়াশক্তিনী উপাধি তিল্লবা মতমদা মহাক ঈশ্বরনী, অদুগা কোষ-উপাধি তিল্লবা মতমদা মহাক জীব হায়না কৌয়ে। “শক্তিরস্ত্যৈশ্বরী কাচিৎ সর্ব্ববস্তুনিয়ামিকা ॥ পঞ্চদশী। ৩/৪০॥ কোষোপাধিবিবক্ষায়াং যাতি ব্রহ্মৈব জীবতাম্ ॥ পঞ্চদশী ৩/৪১॥” অদ্বৈতবাদীশিংগী মতে না উপাধি মাঙ্খ্রবদি ঈশ্বর অমসুং জীব অনীমক সচ্চিদানন্দ ব্রহ্ম ওইরকয়ি। “মায়াবিম্বো বিহায়ৈবং উপাধী পরজীবযোঃ। অখণ্ডং সচ্চিদানন্দং পরং ব্রহ্মৈব লক্ষ্যতে ॥ পঞ্চদশী /১/৪৭॥” মায়াবাদীশিংগী মত অসীদা মরু ওইবা আপত্তি ( য়েৎ-নভাই ) অমা থোরকপা য়াই ; মতুদি অসীনী। হায়বিবা বাদি—ব্রহ্মবু মাযানা খুতুম চনবা য়াবে ; মচামক শক্তি-লৈতবনী ( নিঃশক্তিক-নী ) হায়তুনা মায়াবু থিংবা ঙমদে অমসুং মায়ানা থাদোকপীঙদুনা থাদোক্লগদি মায়াগী অশুদ্ধগী বাদোকপা য়ারোই ; অদু ওইরবদি জীবগী মায়কৈদা মুক্তি কংনবা সাধন ভজন তৌবগীসু কান্নবা লৈত্রে। অদুগা মুক্ত অমুক্তং ওইরগা জীবনা ব্রহ্ম-সাযুজ্য ( ব্রহ্মদা তিন্রা ) কংলগসু মায়ানা মাবু খুতুম চন্বা য়াগদৌরি, অদু ওইরবদি মুক্তিগী নিত্যত ( মতম পুম্নমক্কী ওইবা হায়বদু ) লৈরবোই। মায়াবাদীনা হায়রিববো ঈশ্বরদি মায়িক বিগ্রহ নী হায়বসিনী, মসীগী প্রতিবাদ মহাপ্রভুনা তৌরি।

**শ্রীবিগ্রহ**— শ্রীবিগ্রহ হায়রগা মফমসীদা প্রতিমা থম্নকদবা নত্তে ; সাকার ঈশ্বরগী লেপ্পমক প্রাকৃত নত্তবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়নবা প্রাকৃত-নত্তবা দেহ লৈ ; প্রাকৃত নত্তবা দেহ অসিবু পয়ারসীদা শ্রীবিগ্রহ হায়বিবনী। শ্রীবিগ্রহ হায়রবদি ঈশ্বরগী দেহ অমী জীবগী দেহগুম্না মায়িক ক্ষিতি-অপ-তেজনচিংবা পঞ্চভূতনা শাবা নত্তে; তৌইগুমসু মাগী দেহদি সৎ চিৎ-আনন্দ-না শাবনী। মসী চিদানন্দবিগ্রহনী; মরমদুনা প্রাকৃত-নত্তবনী।

## মূল ১৬৩

শ্রীবিগ্রহ যে না মানে সেই ত পাষণ্ডী।
অদৃশ্য অস্পৃশ্য সেই হয় যমদণ্ডী ॥ ১৬৩ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবিগ্রহ—ঈশ্বরগী সচ্চিদানন্দময় বিগ্রহবু (দেহবু); যে—মহাক; না মানে—মানিদে; সেই ত—মহাক্তুমক; পাষণ্ডী—বেদ য়াদবা, নাস্তিক; অদৃশ্য—উহৈদবা; অস্পৃশ্য—শোক্ল-পল্ল-য়াদবা; সেই—মহাক; হয়—ওই; যমদণ্ডী—যমগী শাস্তি (চৈরাক) ফংবদা মতীকচাবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী সচ্চিদানন্দময় দেহ লৈ হায়ববু য়াদবা মী মহাক্তুদি বেদ-য়াদবা নাস্তিক নী। মহাক্তু উহৈদবা অমদি শোক্ল-পল্ল য়াদবনী; মহাক যমগী দণ্ডি ফংকম খোকপনী।

মূল ১৬৪

বেদ না মানিঞা বৌদ্ধ হয় ত নাস্তিক।

বেদাশ্রয়-নাস্তিকবাদ বৌদ্ধেতে অধিক ॥ ১৬৪ ॥

শব্দার্থ

বেদ না মানিঞা—বেদবু মানিদতনা; বৌদ্ধ—বৌদ্ধনা; হয় ত—ওই; নাস্তিক—ঈশ্বর লৈ হায়ববু য়াদবা মী, বেদ-মানিদবা মী; বেদাশ্রয়-নাস্তিকবাদ—বেদগী আশ্রয় লৌনা লৌনা (বেদগী প্রামাণ্য য়াক্লগনু) নাস্তিকবাদ প্রচার তৌবা মখোয়; বৌদ্ধেতে অধিক—বৌদ্ধদগী হেন্না তোন্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদ মানিদবনা বৌদ্ধশিংদি নাস্তিক কৌরী। অদুগা বেদগী আশ্রয় তৌরিবা মীনা ঈশ্বর লৈতে হায়না নাস্তিকবাদ তৌবা মীদি বৌদ্ধদগীসু হেন্না তোন্নী।

মৈতৈলোন্দা

শঙ্করাচার্য্যগী মত-ইনুবশিংদি বেদগী প্রামাণ্যবু য়াই; মরমদুনা মখোয়বু বেদাশ্রয়ী কৌয়ি; অদুবু ঈশ্বরগী সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ লৈ হায়বসি বেদদা য়াওরবসু মখোয়না য়াদে, মরমদুনা মখোয়বু নাস্তিক (বেদাশ্রয়ী নাস্তিক) হায়না কৌনৈ। হিন্দু নত্তবা মীগী মচান্দা হিন্দুধর্ম্মবু নিন্দা তৌববুদি হিন্দুগী মচান্দা হিন্দুধর্ম্মবু নিন্দা তৌবনা হেন্না খাঙনগাই ওইদবগুম্না বেদাশ্রয়ীশিংগী মচান্দা বেদমা-য়াবা ভগবদ্বিগ্রহবু নিন্দা তৌবদি বেদ-য়াদবা বৌদ্ধশিংনা বেদ-নিন্দা তৌবগী হেন্না খাঙনগাই ওইদে।

## মূল ১৬৫

**জীবের নিস্তার লাগি সূত্র কৈল ব্যাস।**

**মায়াবাদিভাষ্য শুনিলে হয় সর্ববনাশ ॥ ১৬৫ ॥**

### শব্দার্থ

**জীবের**—জীবগী ; **নিস্তার লাগি**—অজ্ঞান-খুজুম ( মুক্তি ) ফংনবগী-দমক ; **সূত্র**—ব্রহ্মসূত্র নত্রগা বেদান্তসূত্র ; **কৈল**—লেংলম্মনী ; **ব্যাস**—বেদব্যাসনা ; **মায়াবাদিভাষ্য**—মায়াবাদী শঙ্করগী-টীকা ; **শুনিলে**—নাকোঙনা তারগদি ; **হয়**—ওই ; **সর্ববনাশ**—পুম্নাঙ্ মাঙবা ।

### মৈতৈলোনা হন্দোকপা

জীবগী মুক্তি ফংনববগী পাক্কে ওইনা ব্যাসদেবনা বেদান্তসূত্র লেংলম্মনী। বেদান্তসূত্র ভাষ্য মায়াবাদী শঙ্করাচার্যনা তৌরম্বসী নাকোঙনা তারগদি পুম্নাঙ-মাঙবা ওইগনী।

### তৈনবোল

**মায়াবাদিভাষ্য**—শঙ্করাচার্য্যগী মত অদুবু মায়াবাদ কৌয়ি। শঙ্করাচার্য্যনা হায়—ব্রহ্ম মথন্তনী সত্যবস্তুদি (অ-ওইবা পোক্তি) ; জগৎ মিথ্যানী, মায়ানা বিজ্‌স্তুণ তৌবনা ব্রহ্মনা জগৎ ওইনা ভাল্লিবনী, ব্রহ্মবু জগৎ ওইনা শেরাম্বনা লৌরিবনী। জীবসু ব্রহ্মমক্তী ; মায়াগী মোহ-শক্তিনা জীববু শুমহুনা থম্লিবনী, মরমদুনা জীবনা ব্রহ্মভাব মাঙখিদুনা অম্বা-অনও মংদুনা লৈরিবনী। শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্যদা জগৎ-প্রপঞ্চদা মায়ানা থক-থোংবা ( প্রাধান্য ) উংলী হায়দুনা মহাক্কী ভাষ্য মতুং ইন্না জগৎ-প্রপঞ্চ (সংসার) অসী মায়াগী বিজ্‌স্তুণতনী হায়দুনা—শঙ্করগী মত-পু মায়াবাদ কৌয়ি অদুগা মাগী ভাষ্যবু মায়াবাদীভাষ্য কৌয়ি।

**হয় সর্ববনাশ**—মায়াবাদীভাষ্য নাকোঙনা তারবদি জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বা ভাব অমা পোকয়ি : মতুদা ঈশ্বরনা সেব্য-নী ( সেবা-তৌকম্মী ) অদুগা জীবনা মাগী সেবক-নী ( সেবা তৌবনী ) হায়বা রাখলগু মাঙডী, ভক্তিগী মথরাই থক-খক কংশিল্লী ; ঐ ব্রহ্ম-নী হায়বা অসিগুম্বা জ্ঞান পোক্লকয়ি হায়দুনা সাধন ভজনদসু চঙনীঙদ্রে ; মরমদুনা ভগবানগী জীবনা মায়-ওন্থা কপদু ( বহির্মুখতাদু ) হেনজক্লকয়ি ; মসীনী জীবগী পুম্নাঙ-মাঙজবা ( সর্ববনাশ ) হায়বদো।

## মূল ১৬৬

'পরিণামবাদ' ব্যাসসূত্রের সম্মত।
অচিন্ত্য শক্ত্যে ঈশ্বর জগদ্রূপে পরিণত ॥ ১৬৬ ॥

### শব্দার্থ

পরিণামবাদ—ঈশ্বরকা জগৎসী ওইবকপনী হায়বা মত ; ব্যাসসূত্রের—ব্যাসনা লেংবা বেদান্তসূত্রগা ; সম্মত—য়ানরবা ; অচিন্ত্যশক্ত্যে—খাখন্না লাস্ব-ফংদবা শক্তিনা ; ঈশ্বর—ঈশ্বরনা ; জগদ্রূপে—জগৎকী মশক ওইনা ; পরিণত—ওন্থরকপনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরিণামবাদ (ঈশ্বরমক্তা জগৎসী ওইবকপনী হায়বা মত) অসী ব্যাসদেবগী বেদান্ত-সূত্রনা যাবা রানী। মসিগী খাখন্না লাস্ব-ফংদবা ঈশ্বরগী শক্তিনা ঈশ্বরনা জগৎ ওইবকপনী।

### টৈকাটোকা

অচিন্ত্যশক্ত্যে—বেদান্ত সূত্রগী মত মতুং ইন্না জগৎসী ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী) পরিণাম ওইরবোইদি ব্রহ্মদি বিকারী (শক-ওন্বা) ওইবা তারে হায়না হংবা য়াই। মতুগী পাউখুমদি জগৎসী ব্রহ্মনা ওইরবসু ব্রহ্মগী অচিন্ত্য শক্তিনা ব্রহ্মদি অতুম বিকার কায়দবা ওই।

## মূল ১৬৭

মণি যৈছে অবিকৃত প্রসবে হেমভার।
জগদ্রূপ হয় ঈশ্বর—তবু অবিকার ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

মণি—স্যমন্তক মণিনা ; যৈছে—অদুগুম্বা ; অবিকৃত—হোংদবা ; প্রসবে—পোক্লকয়ি ; হেমভার—সনা ভার অমা ; জগদ্রূপ হয়—জগৎ ওই ; ঈশ্বর—ঈশ্বরনা ; তবু—অদুম ওইনমক ; অবিকার—হোংদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্যমন্তক মণিনা সনা ভার অমা পোক্লকবসু মণিদুগী মীভম কায়দবগুম ঈশ্বরনা জগৎ ওইরবসু ঈশ্বরগী মীভম কায়দে।

## মৈনরোল

ভার ধান মরিনা গুঞ্জা অমা : গুঞ্জা মঙানা পণ অমা ; পণ নীপান্না ধারণ অমা ; ধারণ নীপান্না কর্ষ অমা ; কর্ষ মরিনা পল অমা ; পল চামনা তুলা অমা ; তুলা কুন্না ভার অমা ( শ্রীধরস্বামী ) ।

স্যমন্তক মণিনা স্নমীৎ খুদিংগী সনা ভার নীপাল নীপাল পোকয়ি, অদুবু মনিসীগী ফীভম কায়দে । মতৌ অদুগুম্না ঈশ্বরদগী জগৎসী থোকপ্র-বস্তু ঈশ্বরগী ফীভম কায়দে ।

মূল ১৬৮

ব্যাস ভ্রান্ত বলি সেই সূত্রে দোষ দিয়া ।

বিবর্ত্তবাদ স্থাপিয়াছে কল্পনা করিয়া ॥ ১৬৮ ॥

## শব্দার্থ

ব্যাস—ব্যাসদেবনা . ভ্রান্ত—লাল্লবনী ; বলি— হায়রদুনা ; সেই সূত্রে — সূত্রদুদা ; দোষ দিয়া —দোষ পীশল্লগা ; বিবর্ত্তবাদ- ভ্রমবাদ (শেরান্নবা লৌবা) ; স্থাপিয়াছে (মত) পুথোরকখিবনী ; কল্পনা—শাজন্বা ; করিয়া --তৌদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবনা লাল্লে হায়রদুনা মহাকী সূত্রদুদা দোষ পীশল্লগা বিবর্ত্তবাদ শাজন্দুনা পুথোরকখিবনী ( শঙ্করাচার্য্যনা ) ।

## মৈনরোল

**সেই বেদান্ত সূত্রে**—"আত্মকৃতেঃ পরিণামাৎ"সিগী পরিণামবাদ গুইবা অর্থদা । **বিবর্ত্তবাদ**—ভ্রম (শেরান্নবা) বাদ (মত) । খোরীবু রিন্নী হায়না লৌবা, কোংগ্রেংব লুপানী হায়না লৌবা ; অদুগুম্না ব্রহ্মবু জগৎনী হায়না শেরান্নবা লৌকখদু তোক্লে । মতৌ অদুগুম্না ব্রহ্মবু ব্রহ্মনী হায়না খঙবা ওল্লবদি জগৎনী হায়না শেরান্নবা লৌবস্মক তোকপা তাই, মতমদুদা ব্রহ্ম নত্তনা করিমত্তা লৈত্রে । অসিগুম্না মতপু বিবর্ত্তবাদ কৌয়ি ।

মূল ১৬৯

**জীবের দেহে আত্মবুদ্ধি- সেই মিথ্যা হয় ।**

**জগৎ মিথ্যা নহে— নশ্বর মাত্র হয় ॥ ১৬৯ ॥**

## শব্দার্থ

জীবের দেহে—জীবগী হকচাঙদা ; আত্মবুদ্ধি— আত্মানী হায়না লৌবা ; সেই—মহুদি ; মিথ্যা হয় – ওইদবনী ; জগৎ মিথ্যা নহে— জগৎতি মিথ্যা ( ওইদবা ) নত্তে ; নশ্বর—তুংকোইদবা ; মাত্র—দমক ; হয়—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবগী হকচাঙবু আত্মানী হায়বা, অহুদি মিথ্যানী ( ওইদবনী )। জগৎতি মিথ্যা নত্তে, তুং-কোইদবনী ।

## নৈনরোল

**সেই মিথ্যা হয়**—অাত্মা-নত্তবা দেহবু আত্মানী হায়না লৌবদি মিথ্যানী হায়বদি ভ্রম-নী ( শেরান্নবা লৌবনী )।

**জগৎ মিথ্যা নহে**—অদ্বৈতবাদীশিংনা হায়—ব্রহ্ম মথন্তনী সত্য ( অওইবা ) বস্তুদি ( পোস্তি ) ; জগৎ মিথ্যানী ( ওইদবনী ) ; ওইথোক্তবু ওইথোকহন্‌বা ঙম্বা (অঘটন-ঘটন পটীয়সী) মায়াগী বিক্ষেপাত্মিকা (শেরান্নবা পোৎ অমবু অতোপ্পা অমা ওইনা লৌহন্নবা ) শক্তিহুনা থৌরীবু লিন্নী হায়না ভ্রম তৌবগুম্না ব্রহ্মবু জগৎনী হায়না ভ্রম তৌবনী। অমম্বদা থৌরী মতেক অমা লৈপাক্তা তাহুনা লৈরম্লবদি মহাকপু লিল্ ওইরবোই নীঙঙী ; মহু লান্না লৌরিবনী ( ভ্রম-নী ) ; মরমদি লিন্নী হায়বা য়াবা করিমতা মফমহুদা লৈতে। মতৌ অম্মুম্না মায়াগী অঙকপা শক্তিনা ব্রহ্মবু জগৎনী হায়হুনা ভ্রম পোক্‌হল্লিবনী। মতৌ অহুগুম্না জগৎ-প্রপঞ্চ হায়বা করিমতা লৈতে—লোইনমক ভ্রম ওাক্তনী ; মায়কৈমরিমক্তা এথোয়ম্না উরিবা পুম্নমক ভ্রম-ঙাক্তনী—মিথ্যানী। মসীগী পাউখুম ওইনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রি—জগৎ মিথ্যা নত্তে ; মায়কৈ মরিদা এথোয়না উরিবা পোৎ পুম্নমকসী লৈত্তে হায়বা য়াদে ; মথোয় লোইনা লৈরিবনী ( মথোয়গী অস্তিত্ব লৈ ) ; মকমসীদা থোংনাং বট পাম্বী অমা হৌরিবসী সত্যনী—মসী ভ্রম নত্তে, অহুম্নদি ওইরগা বট পাম্বীসে নিত্য ( মতম পুম্নমক্তী ওইবা তুংকোইবা ) নত্তে হায়বদি নশ্বর-নী ( অনিত্যনী, তুংকোইদবনী ) ; মসী হান্নসু লৈরমদে মতুঙদসু লৈররোই হায়বসী অওইবনী ( সত্যনী ) : অহুবু হৌজিক্তি মসী লৈরি। জগৎ প্রপঞ্চসীসু মিথ্যা ( ওইদবা ) নত্তে ; মাগী অস্তিত্ব সুক্লৈ লৈত্তে হায়বদি নত্তে ; মাগী অস্তিত্ব লৈ, অহুম্নদি ওইরগা

মাগী অস্তিত্বসী তুংকোইবা ( অবিনশ্বর ) নত্তে, মাঙবা-নাইবনী ( বিনাশ-শীল-নী )। মহাপ্রভুগী বাক্যসী য়োক্থংলগা যুক্তি-প্রমাণরদি অসীনী :— লৈত্তবা পোৎকীদি পোক্কলম্ নৈত্তে, মাঙবস্ নৈতে। জগৎকী অস্তিত্ব লৈত্রগদি মাগী সৃষ্টিস্ প্রলয়স্ লৈবা য়াদে। অদুবু জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী রাসীদি শাস্ত্র পুম্বনা য়াবা য়ানী। "যতো ইমানি ভূতানি জায়ন্তে-" নচিংবা শ্রুতিবাক্যসীনা মদুগী প্রমাণনী।

শাস্ত্রনা ব্রহ্মবু জগৎকী নিমিত্তকারণ ( পুথোক্পা মহাক ) অমস্তুং উপাদান কারণ ( পোৎচঙ ) নী হায়রি। অদুবু জগৎকী অস্তিত্ব লৈত্রগদি মহাক্কী উপাদান হায়বনা করিনো ? অদুগা নিমিত্তকারণ হায়বদি কর্ত্তা হায়বদুনা করিনো ?

বেদান্ত সূত্র-লেংবা ব্যাসদেবনসু জগৎপু মিথ্যানী হায়না খন্থিদে ; খল্লম্বা থোক্লবদি ব্রহ্মসূত্রগী অনীশুবা অধ্যায়গী প্রথম পাদদা ব্রহ্মনা জগৎ সৃষ্টি তৌবা ওইথোক্তবগী মরমদা মথক মথাগী পূর্ব্বপক্ষ ( য়েৎপগী ৱাহং ) পুথোক্তুনা মদুগী খণ্ডন ( কক্পা ) তৌরম্লোইদৌবনী মহাক্না।

বেদান্ত সূত্রনা হায়—"ভাবে চোপলব্ধেঃ /২/১/১৫॥ ন ভাবোঽনুপলব্ধেঃ। ২/২/৩০॥ লৈবা পোৎপু উপলব্ধি তৌবা য়াই, লৈতববু উপলব্ধি তৌবা য়াদে।" ঐখোয়গী চিন্তনা জগৎপু উপলব্ধি তৌরি ; জগৎ লৈ হায়বসে উপলব্ধি তৌবসিনা মদুগী প্রমাণনী। শঙ্করাচার্যনা হায়—"থৌরিবু লিনী হায়না ভ্রম তৌবগুম্না ব্রহ্মবু জগৎনী হায়না ভ্রম তৌরি।" বাক্যসিদসু লিল্বু উপলব্ধি তৌবগী ৱা হায়রি : লিল্বু উপলব্ধি তৌদ্রবদি লিল্বু খঙদ্রবদি, লিল্গী রূপ ( শক্ ) করম তৌয়ি হায়বা খঙদ্রবদি লিল্গী ভ্রম ( সর্পভ্রম ) পোকপা য়ারোই। মতৌ অদুগুম্না, জগৎপু উপলব্ধি তৌদ্রগদি, জগৎপু খঙদ্রগদি, জগৎনী হায়দুনা ভ্রম পোকপা য়াদে। মরমদুনা শঙ্করাচার্য্যগী বাক্যসিদগী খঙবা ঙম্বদি জগৎ কৌবা পোৎ অমা লৈ হায়বসীনী।

মূল ১৭০-১৭১

প্রণব যে মহাবাক্য ঈশ্বরের মূর্ত্তি।
প্রণব হৈতে সর্ব্ববেদ জগৎ উৎপত্তি ॥ ১৭০ ॥
তত্ত্বমসি জীবহেতু প্রাদেশিক বাক্য।
প্রণব না মানি তারে কহে মহাবাক্য ॥ ১৭১ ॥

## শব্দার্থ

প্রণব—ওঁকার ; যে মহাবাক্য—হায়নবা মিবয়মখৈ য়াওবা বাক্যবু মহাবাক্য কৌয়ি ; ঈশ্বরের মূর্ত্তি—ঈশ্বরগী মূর্ত্তিনী ; প্রণব হৈতে—প্রণব-তগী ; সর্ব্ববেদ—বেদ পুম্নমক ; জগৎ—জগৎ ; উৎপত্তি—পোকপনী ; তত্ত্বমসি—মহাক্যো মঙনী ; জীবহেতু—জীবগী বিষয়-ওইবা ; প্রাদেশিক —বেদগী প্রদেশ (শরুক) অমদদা য়াওবা (বেদগী মচুং চনবা) ; বাক্য ওনী ; প্রণব—প্রণব-দু, না মানি- য়াদহুনা ; তারে—মাবু ; কহে—হায় ; মহাবাক্য—মহাবাক্য ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রণব-তি মহাবাক্যনী অদুগা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিনী । প্রণব-তগী বেদ পুম্নমক অমসুং জগৎ পোক্পনী । 'তত্ত্বমসি' হায়বসী জীবগী মরমদা হায়বা প্রাদেশিক বাক্যনী । বেদগী শরুক অমদা য়াওবনী । প্রণব অদুবু য়াদহুনা তত্ত্বমসিবু মহাবাক্যনী হায়রি ।

## নৈনরোল

**তত্ত্বমসি জীবহেতু**-নচিংবা জীবদি ব্যাপ্যনী (কুপ্পা য়াবা) অদুগা ব্রহ্মনা ব্যাপক-নী (ব্রহ্মনা জীবসু কুপ্পী) ; তত্ত্বমসি হায়ব বাক্যসী ব্যাপ্য জীবগী মরমদা হায়বনী ; মবমহুনা বাক্যসী ব্যাপক বাক্য নত্তে হায়হুনা মহাবাক্য ওইবা য়াদে । অমুক মসী বেদগী অংশ অমদা হায়বনী, মসী বেদগী মচুং চনবা বাক্য অমনী, মবমহুনা মসী বেদগী বাচক (বেদ পুম্নবু খঙহনবা) ওইবা ঙমদে, মরমহুনা মহাবাক্য ওইবা য়াদে ।

## মুল ১৭২

এইমত কল্পনা-ভাষ্যে শত দোষ দিল ॥
ভট্টাচার্য্য পূর্ব্বপক্ষ অপার করিল ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; কল্পনা-ভাষ্যে—শঙ্করাচার্য্যনা লন্নাইশাগৎপা বেদান্তসূত্রগী টিকাদা ; শত দোষ—দোষ চামা ; দিল—(প্রভুনা) পীরম্মী ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা : পূর্ব্বপক্ষ—ৱাহং, য়েংপা (প্রশ্ন, আপত্তি) ; অপার—শীঙনাইদনা ; করিল—তৌরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শঙ্করাচার্য্যগী কল্পনা-অমুক্তদা দোষ চামং প্রভুনা পীরম্মী। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যনা শীঙনাইদনা রা হংলম্মী।

মূল ১৭৩

বিতণ্ডা-ছল-নিগ্রহাদি অনেক উঠাইল।

সব খণ্ডি প্রভু নিজ মত সে স্থাপিল ॥ ১৭৩ ॥

শব্দার্থ

বিতণ্ডা—অতোপ্পগী মত অমদা দোষ হাপ্পা ; ছল—তাৎ, রক্তানা হাপ্পবা বাক্তুগী মর্ম্ম ( অর্থ ) নত্তবা শ্যাগংপা দোষ হাপ্পা ; নিগ্রহাদি—দোষ লৌখৎতুনা মায়থীহনবা অমিনচিংবা ; অনেক—ময়াম ; উঠাইল—হায়রম্মী ; সব—পুম্নমক ; খণ্ডি—কক্থৎতুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; নিজ মত—মরম্নাই মত ; সে—মহু ; স্থাপিল—পুথোকখি।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা বিতণ্ডা-ছল-নিগ্রহ-নচিংবা রায়েং য়াম্না পুথোক্তুনা য়েংলম্মী। মহাক্না য়েংলম্বা রাশিংদু কক্থৎলগা প্রভুনা মরম্নাই মত পুথোক্তুনা থিনখি।

মূল ১৭৪

ভগবান্ সম্বন্ধ ভক্তি অভিধেয় হয়।

প্রেমা প্রয়োজন বেদে তিন বস্তু কয় ॥ ১৭৪ ॥

শব্দার্থ

ভগবান্—ভগবাম্না ; সম্বন্ধ—থিনজাই বিষয় ; ভক্তি—সাধন ভক্তিনা ; অভিধেয়—( জীবগী ) তৌগদবা মথৌ ; হয়—ওই ; প্রেমা—কৃষ্ণপ্রেম্না ( কৃষ্ণবু নুংশিবনা ) ; প্রয়োজন—সাধন তৌবগী মরম ; বেদে—বেদদা ; তিন বস্তু—পোৎলম অহুমনী ; কয়—হায়রি।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

বেদনা পোৎলম অহুম হায়—সম্বন্ধ হায়বদি থিনজাই বিষয়দি ভগবাম্নী ; অভিধেয় হায়বদি জীবগী মথৌদি সাধনভক্তিনী, অমুগা প্রয়োজন-না হায়বদি সাধন তৌবগী মবম্না কৃষ্ণপ্রেম্নী ( কৃষ্ণবু নুংশিবনী )।

## টৈনবোল

সম্বন্ধ-তত্ত্ব অভিধেয় তত্ত্ব অমসুং প্রয়োজনতত্ত্ব অহুমনী বেদনা বর্ণনা তৌনবা বিষয়নী।

**সম্বন্ধ**—শাস্ত্র পুম্নমক্কী প্রতিপাদ্য ( থিনঙাই ) ওইবা বিষয়বু সম্বন্ধ তত্ত্ব কৌয়ি। মঙোন্দগী জগৎ পুম্বগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় ওইরিবা, মঙোন্দা জগৎ অপুম্বা লৈরিবা, মহাক অদু শাস্ত্র পুম্নমক্কী প্রতিপাদ্য বিষয়নী। বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্কী প্রতিপাদ্য ওইনসু ব্রহ্ম হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ সম্বন্ধতত্ত্বনী ; প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় তৌনবা কর্ত্তা ওইনসু অদুগা অনন্ত ভগবৎ-স্বরূপ ওইনসু, অনন্ত পরিকর ওইনসু অমসুং অনন্ত ভগবদ্ধাম ওইনসু শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধতত্ত্বনী, অদুগা জীব অমসুং জগৎকা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য ওইবা, তৎন-থান-য়াদবা, অন্তরঙ্গ ওইবা নক্নেন-নকৃপা সম্বন্ধ লৈ—হায়বগীসু শ্রীকৃষ্ণ সম্বন্ধ-তত্ত্বনী।

**অভিধেয়**- শাস্ত্রনা হায়বা মথৌ। অপাম্বা পোৎ ফংননবা হায়দুনা লৌবা উপায় অদুসু অভিধেয়নী। সংসারসিদা ঐখোয়গী অপাম্বা য়াম্না লৈদুনসু অপাম্বা ময়ামদুগী থোরককম মূল (মরু) হায়বদুদি সুখনী (নুংঙাই-বনী)। সুখসি ঐখোয়না সংসারসিদা ফংদে ; মরমদুনা ঐখোয়না মতম পুম্নমক্কী ওইবা নুংঙাইববু ফংনীঙবদু সংসারদা থমথেংবা মফং ফংবা ঙমদে। মদুগী মরমদি অসীনী—ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা পামজরিবা সুখ অদুগী স্বরূপ ঐখোয় খঙদে, মরমদুনা মদু ফংননবা উপায়সু ঐখোয়না লৌবা ঙমদে ; মরমদুনা সুখদু ফংদে। অদুগুম্বা সুখদি করিনো হায়বদা—মদুদি সুখস্বরূপ রসস্বরূপ পরতত্ত্ব বস্তুনী হায়বদি পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনী। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নন্না জীবগী নিত্য সম্বন্ধ অমা লৈ, মহাকমক সম্বন্ধতত্ত্বনী হায়বদু মায়াবদ্ধ জীবনা মৈহৌরোন্দগী কাউদুনা লাক্লি। সম্বন্ধদু নীঙশীঙলবদি জীবগী নুংঙাইনীঙবদো য়েনা ফংননবা লম্বী থোরকপা য়াই। মতমপুম্বদা জীবনা সম্বন্ধসিগী রা কাউদুনা মায়াগী থুবাক্তা মছাবু পীথোক্তুনা শিবা-পোকপা-অহন-ওইশল্লকপগা লোয়নননা অনা-অয়েক-নচিংবা মৈচাক মথল অদুসু কিদুনা মতম পুম্নমক্তা লৈ। পোকপা-শিবনচিংবা মৈচাক অদুমসিদগী ল্যাম্মোক্কে হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগা লৈনরিবা নিত্য সম্বন্ধসী নীঙশীঙনবগী উপায়দুনী জীবগী মথৌ মকোক্তি, মসীনি অভিধেয়দি। শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা

তৌরগা সম্বন্ধতু নীঙশীঙগনী। মরমঅদুনা শাস্ত্রনা ব্রহ্মবু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা-ভক্তি তৌবনা জীবগী অভিধেয়নী হায়।

**প্রয়োজন**—সাধন (হোৎনবা) হায়বদি উপাসনা তৌরগা পাঙথোক্কে নীঙলিবা পান্দম ( উদ্দেশ্য ) অদু প্রয়োজন হায়বনি। উপাসনা তৌবগী মপান্না ভগবান্না কৃপা তৌরবদা সম্বন্ধবু নীঙশীঙলক্কবা মতমদা—পরব্রহ্ম ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না লন্নাই-মী কনামতা জীবগী লৈত্রে হায়বা জীবনা খঙলকয়ি ; ভগবান্গা জীবগা লৈনরিবা সম্বন্ধসিসু মধুর য়োনা লৈ হায়বসীসু জীবনা খঙলকয়ি। মরমদি, আনন্দস্বরূপ, রস-স্বরূপ ওইবা ভগবান্দি পরম-মধুরনী, মহাক্কী মাধুর্য্যগা মান্নবা নত্রগা মদুদগী হেন্না মাধুর্য্যদি কনামতগী লৈতে হায়বসু জীবনা মতমদুদা খঙলকয়ি। মাধুর্য্য-দুগী মহাও ভগবান্না জীববু তৎহন্নীঙউী, মরমদি ভগবান্দি সত্যং শিবং সুন্দরম্ ওইরিবনী। মসী সাধক অমনা খঙলকপা মতমদা সাধক অদুনা সংসার-মৈচাক অদুমগী নাক্লোকপা পাম্বক্নুগা লৈরক্নে : মাগীদা ওইবা লন্নাই মী অমা ওইনা থরাই মঙা য়াওনা প্রীতিগা ( নুংশিবগা ) লোয়ননা ভগবানগী সেবা তৌননবা অকন্বা লালসা ( অপাম্বা ) অমা জীবগী পোক্লকয়ি। প্রেমভক্তি অসীনা জীবগী প্রয়োজন ওইরিবদি।

মুল ১৭৫

আর যে যে কহে কিছু সকলি কল্পনা।

স্বতঃপ্রমাণ বেদবাক্যে কল্পেন লক্ষণা॥ ১৭৫ ॥

শব্দার্থ

আর—অতৈ : যে যে—অমা অমা : কহে—হায় ; কিছু—খরা : সকলি—লোইনমক ; কল্পনা—শাগৎপা ঙাক্লী ; স্বতঃপ্রমাণ—মহানা প্রমাণ ওইবা ; বেদবাক্যে—বেদবাক্যবু ; কল্পেন—কল্পনা তৌয়ি ; লক্ষণা—শব্দগী গৌণবৃত্তি।

মৈতৈলোন্দা চণ্ডোকপা

(শঙ্করাচার্য্যনা) অতৈ করিনো অমা অমা ঙাঙবদি মদু পুম্নমক শাগৎপা ঙাক্লী। স্বতঃপ্রমাণ ওইবা বেদবাক্যবু লক্ষণাবৃত্তিদা অর্থ-হন্ননী।

**মৈনমচেলাল**

**আর যে যে কহে—মথক্তা হায়খিবা গোঙলম অয়মসি নওলো**
শঙ্করাচার্য্যনা না অমা অমা মাগী ভায্যদা হায়রিবা পুন্নমক শাগৎপা ফারী।

**মূল ১৭৬**

আচার্য্যের দোষ নাহি ঈশ্বর-আজ্ঞা হৈল
অতএব কল্পনা করি নাস্তিক-শাস্ত্রে কৈল ॥ ১৭৬ ॥

**শব্দার্থ**

আচার্য্যের—শঙ্করাচার্য্যগী ; দোষ নাহি—দোষ নত্তে, লান্বা নত্তে ; ঈশ্বর-আজ্ঞা—ঈশ্বরগী য়াথং ; হৈল—ওইখি : অতএব—মরমত্না ; কল্পনা করি—শাগৎতুনা ; নাস্তিক-শাস্ত্র কৈল—নাস্তিক-শাস্ত্র লেংখিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্করাচার্য্যগী দোষ নত্তে, মরমদি ঈশ্বরগী য়াথং লৈখননী। মরমত্না মহাক্কা শাগৎতুনা নাস্তিকশিংগী ওইবা শাস্ত্র লেংখিবনী।

**মৈনমচেলাল**

**আচার্য্যের**—শঙ্করাচার্য্যগী ; শঙ্করাচার্য্যনী মহাদেবগী অবতার নী শঙ্করঃ শঙ্করঃ সাক্ষাৎ ( শঙ্করাচার্য্যদি সাক্ষাৎ মহাদেবনী )। শঙ্করাচার্য্যনা মহাদেব ওইরগা বেদগী অথ কল্পনা তৌদুনা হায়রিবা করিগানো হায়না হংবা য়াই। পাউখুমদি—ঈশ্বরগী য়াথংননী। বেদগী শাজন্নবা অর্থ তৌননবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেবদা য়াথং তাউথবা মরম্না মহাদেবনা শঙ্করাচার্য্য ওইনা অবতার তৌরগা তৌখিবা থবক্কী হায়বগী প্রমাণ-দি মথাদা লাক্লিবা শ্লোকসীদা য়াওরে ;

**মূল ১৭৭**

তথাহি পদ্মপুরাণে উত্তরখণ্ডে ( ৬২/৩১ )—

আগমৈঃ কল্পিতৈস্ত্বঞ্চ জনান্ মদ্বিমুখান্ কুরু।
মাঞ্চ গোপয় যেন স্যাৎ সৃষ্টিরেষোত্তরোত্তরা ॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

স্বাগমৈঃ—নরম্নাই আগমশাস্ত্রনা ; কল্পিতৈঃ—শাগৎপা ; ত্বং—নঙ (হে শিব) ; চ—অমসুং ; জনান্—মীশিংব ; মৎ-বিমুখান্—ঐঙোন্দগী মমায় ওন্থোকপা ; কুরু—ওইহল্লো ; মাং চ—ঐবুসু ; গোপয়—লোৎলু ; যেন—মতুনা ; স্যাৎ—ওইবা ঙমসন্ত ; সৃষ্টিঃ—সৃষ্টি ; এষা—অসী ; উত্তরোত্তরা—মথঙ মথঙ হেন্সংলকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"হে শিব ! নঙ নরম্নাই শাগৎপা আগম-শাস্ত্রনা মী-পুম্নমক্সে ঐঙোন্দগী মমায় ওন্থোকহল্লো অমসুং ঐবুসু লোৎলু, মতুনা মরম ওইরগা সৃষ্টিসি মথঙ মথঙ চাউখৎ-হেন্সংপা ওইসন্নু।

## বৈষ্ণবতোল

কল্পিতৈঃ—বেদার্থ-নত্তবা অমসুং নম্নাই শাগৎপা, স্বাগমৈঃ—নম্নাই-লেংবা আগম (হায়বদি তন্ত্র) শাস্ত্রনা।

শ্লোকসিগী মর্মদগী খঙবা চম্মী মতুদি—আগম শাস্ত্র পারবদি মীওইবনা ভগবদ্বহির্মুখ (ভগবানবু য়াদবা) ওইরকয়ি, ভগবানগী তত্ত্বগী মরমদসু কন্নিমত্তা খঙবা ঙমদে। ভগবত্তত্ত্বব খঙবা ৎমত্রবদি অমসুং ভগবানবু য়াদবতুনা কন্শক্লবদি সংসার-বিষয়গী নুংঙাইবদা নয়াই কাহনা মীশিংনা প্রজাগী মশীঙ হেন্সংনবা তোংনরক্কনী।

## মূল ১৭৮

তথাহি তত্রৈব (২৫/৭)—

মায়াবাদমসচ্ছাস্ত্রং প্রচ্ছন্নং বৌদ্ধমুচ্যতে।<br>
ময়ৈব বিহিতং দেবি কলৌ ব্রাহ্মণমূর্ত্তিনা ॥ ১৭৮ ॥

### শব্দার্থ

মায়াবাদম্—মায়াবাদগী ওইবা ; অসৎ-শাস্ত্রম্—ওইদবা শাস্ত্র ; প্রচ্ছন্নম্—কুপ্‌শল্লবা ; বৌদ্ধম্—বৌদ্ধশাস্ত্রনী হায়না ; উচ্যতে—হায়নৈ ; ময়া এব—ঐমক্না ; বিহিতম্—শন্দোকখিবনী ; দেবি—হে দেবি, দুর্গে ; কলৌ—কলিদা ; ব্রাহ্মণমূর্ত্তিনা—ব্রাহ্মণ ওইনা (শঙ্করাচার্য্য ওইনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাদেবনা ভগবতী দুর্গাদা হায়রম্মী )—"হে দেবি ! মী খ্বাইনা—কূপ্ শল্লবা বৌদ্ধশাস্ত্রনী হায়নরিবা মায়াবাদগী ওইবা অসৎশাস্ত্রদো ( মীগী মাঙননবা শাস্ত্রদো ) কলিদা ঐনা ব্রাহ্মণ-মূর্ত্তি লৌরগা শন্দোক্‌খিবনী।"

## নৈনরোল

শ্লোকসিদা মায়াবাদ-শাস্ত্র হায়রিবসে শঙ্করাচার্য্যনা লেংলম্বা বেদান্ত-ভাষ্যবু লক্ষ্য তৌরগা হায়রিবনী। ভাষ্যসিদা ব্রহ্মগী সচ্চিদানন্দবিগ্রহবু য়াদতুনা ভগবান্‌গী বিগ্রহবু প্রাকৃত-সত্ত্বগুণ্না ওইবনী হায়রে হায়তুনা অমসুং জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নদে হায়বদু প্রমাণ তৌতুনা জীবগা ভগবান্‌গা অনীগী সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব অদু মাঙহল্লে হায়তুনা অদুগা মদুম তৌতুনা মাগী ভাষ্যতুনা জীবগী অমঙ্গল ওইবা য়াই হায়তুনা—ভাষ্য অসীবু অসৎ-শাস্ত্রনী হায়রিবনে। স্বয়ং মহাদেবনা ব্রাহ্মণ-মূর্ত্তিদা—শঙ্করাচার্য্য ওইনা ( শঙ্করাচার্য্য ব্রাহ্মণ অমনী ) শাস্ত্রনী লেংলম্বনী। ব্রহ্ম সবিশেষ-নী—সাকারনী, করুণাময়নী, ভক্তবু চান্‌বিবনী হায়বনচিংবসী কক্‌থৎলগা শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষনী—নিরাকারনী হায়রম্মী; অদুবু নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগী করিগুণ্বা গুণ্নচিংবা লৈতবনা মহাকপু উপাসনা ( লাৎপনচিংবা ) তৌবা য়াদে। থোইদোক হেন্দোক্না জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়বদু ( অভেদ-তু ) প্রচার তৌতুনা— মদুনা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব মাঙহন্দুনা ভক্তিমার্গগী মরু ফুক্তুনা মাঙহন্‌খি। অদুগা অমূক বৌদ্ধশাস্ত্রদি শূন্য-বাদী-নী; বৌদ্ধশাস্ত্রনা হায়—বিশ্বগী মূলা-দা শূন্যনী—করিমত্তা লৈতে, ঈশ্বরসু লৈতে; ঈশ্বর কৌবা পোৎ অমত্তা বৌদ্ধশাস্ত্রনা য়াদে; বৌদ্ধ-শাস্ত্রদি নিরীশ্বরনী ( ঈশ্বর লৈতে ) হায়তুনা বৌদ্ধমতদা ভক্তিগী রাসু লৈতে। মতৌ অসুম্না শঙ্করাচার্য্যগী মায়াবাদ-ভাষ্য অমসুং বৌদ্ধশাস্ত্র অনীমক্না ভক্তিগী বাধক (অথিংবা) ওইবনা অনীমকসে অমতনী হায়রিবনা, অদুনা মায়াবাদশাস্ত্রবু বৌদ্ধশাস্ত্রনী হায়রিবনী। অদুম্নদি ওইরগা মপা-ম্থোংদদি অনীসীগী খেন্নবা লৈ: মায়াবাদনা বেদগী প্রামাণ্যবু য়াই অদুবু য়ারবসু সাধনগী মতাঙদদি মায়াবাদগী মত অদুগা বৌদ্ধগী মত-কা অমতনী হায়বদি ভক্তিবিরোধী-নী। ভক্তিগী রা হায়বা বেদগী আশ্রয় লৌরগা—ভক্তি-প্রতিবাদক বেদনা প্রচ্ছন্ন হায়বদি কুপ্পবা ওইতুনা বৌদ্ধশাস্ত্রগুম্না

ভক্তি-বিরোধী ওইবা তত্ত্ব প্রচার তৌগি হায়দুনা মায়াবাদ শাস্ত্রবু প্রচ্ছন্ন-বৌদ্ধশাস্ত্রনী হায়রিবনী। ভক্তিগী প্রতিপাদক ওইবা বেদগী অনুগত (তুংইনবা) ওই হায়দুনা হেক উবদা মায়াবাদবু ভক্তিপ্রতিপাদক-নী হায়না খনবা য়াই ; অদুবু মনুঙ হনজন্না চঙশল্লগদি মায়াবাদনী ভক্তি-বিরোধীনী।

ঈশ্বরগী য়াথংনা শঙ্করাচার্য্যনা মায়াবাদভাষ্য লেংলম্বনী হায়বদুগী প্রমাণী শ্লোক অনীসী।

তশেংবদি যোগাচারভূমি-কৌবা বৌদ্ধগ্রন্থনা যুমফম ওইরগা শঙ্করাচার্যগী মায়াবাদ ভাষ্য ইখিবনী। অসঙ্গ কৌবা বৌদ্ধদার্শনিকনা যোগাচারভূমি লেংলম্বনী। রাহুল-সংকৃত্যায়ন কৌবা মমিং-চৎপা বৌদ্ধ-পণ্ডিতনা তিব্বত দেশদগী যোগাচার-ভূমিগী প্রতিলিপি (শিন্দোক্পা) দেশসিদা পুবক্খিবনী। তশেংবদি শ্রীপাদ শঙ্করগী "ভজ গোবিন্দং ভজ গোবিন্দং মূঢ়মতে" ---নৃসিংহতাপনীগী ভাষ্যদা মহাক্কী অসিগুম্বা উক্তি অমসুং মহাক্কী ষট্পদী স্তোত্রনচিবা উরগা খনগদবদি মহাক মছামক্কী সাধন-ভজনদি মহাক্কী ভাষ্যগী মতুঙ ইন্নদে হায়বনীনী। ষট্পদীস্তোত্রদা মহাক্না হায়রম্মী-- "সত্যপি ভেদাপগমে নাথ তবাহং ন মামকীনস্ত্বম্। সামুদ্রো হি তরঙ্গঃ ক্বচন সমুদ্রো ন তারঙ্গঃ॥" মসীগী মর্ম্মার্থদি শ্রীচৈতন্যভাগবতদা অসুম্না ফোঙডৈ -- "যদ্যপিও জগতে ঈশ্বরে ভেদ নাই। সর্ব্বময় পরিপূর্ণ আছে সর্ব্ব ঠাঁই॥ তবু তোমা হৈতে যে হইয়াছি আমি। আমা হৈতে নাহি কভু হইয়াছ তুমি॥ যেন সমুদ্রের সে তরঙ্গ—লোকে বলে। তরঙ্গের সমুদ্র না হয় কোন কালে। অতএব জগৎ তোমার—তুমি পিতা। ইহলোকে পরলোকে তুমি সে রক্ষিতা॥ যাঁহা হৈতে হয় জন্ম, যে করে পালন। তাঁরে যে না ভজে, বর্জ্য হয় সেই জন॥ (অন্ত্য ৩য় অধ্যায়)।" ষট্পদীস্তোত্রগী মর্ম্মার্থসি শঙ্করাচার্যগী ভাষ্যগী তুং ইন্দে হায়বদু তশেংনা উবা ফংই ; মসী সেবা সেবক ভাবকা চানৈ। ভক্তমাল কৌবা লাইরীক্তসু শ্রীপাদশঙ্করবু ভক্তনী হায়। শ্রীমদ্ভাগবতমগী "বৈষ্ণবানাং যথা শম্ভুঃ" হায়বা প্রমাণসিগী (শিব-দি) বৈষ্ণব মকোক্নী ; মহাক্না শঙ্করাচার্য ওইনা অবতার তৌবনী। মরমদুনা শ্রীপাদ শঙ্করনা ভক্তি-বিরোধী ওইফম থোক্তে। বৌদ্ধ-শূন্যবাদদা লুপ্লবা ভারতবর্ষদা উপনিষদ্শিংগী ধর্ম্মব অমূক হন্না লিংলগে হায়বগীদমক

মহাক্কী-মায়াবাদ ভাষ্য লেংখিল্লনী; অতুবু মায়াবাদ-না কুপ্পগা ভক্তিবাদতুম মহাক্কা লিংলম্মে হায়বসী থিবা-কনবা মীতানা খণ্ডবা ওন্মী। হৌজিক্কালগী কনা কনাগুম্বনা হায়নীঙ্ঙী মতুদি—শঙ্করাচার্য্যগী নামাদা চৎনরিবা স্তোত্রা শিংসে ভাষ্যকার শঙ্করনা ইবা নত্তে। অস্থুম্না হায়রিবা মীতাশিংনা মীচং-মীথায়-নাইদবা মীৎয়েংদা ভাষ্যগী অমস্থং স্তোত্রগী ভাষা (লোল) অতু বিচার তৌরগদি অনীমক্তো মী অমত্তনা লেংবনী হায়বা উগনী। ভাষ্য ইরম্বা মীদি শূন্যবাদীশিংবু ঔপনিষদিক-ধর্ম্মদা চিংশন্নীঙবা শঙ্করনী হায়বা অতুগা স্তোত্র ইরম্বনা সাধক শঙ্করনী হায়বসীদি অংইবা রানী। মাগী মায়াবাদ-ভাষ্যনা কুপ্পগা থম্‌গে খল্লবা মহাক্কুবু মরম্নাই ব্যক্তিগত সাধন-দা প্রকাশ তৌরম্মে হায়বসী তশেংনা মাগী স্তোত্রনচিংবদগী খণ্ডবা ওন্মী।

## মূল ১৭৯

শুনি ভট্টাচার্য্য হৈল পরম বিস্মিত।

মুখে না নিঃসরে বাণী হইলা স্তম্ভিত॥ ১৭৯॥

## শব্দার্থ

শুনি - নাকোঙনা তাবুনা; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা; হৈল—ওইখি; পরম বিস্মিত—পূঙঙক্ ঙকপা; মুখে—চীন্দা; না নিঃসরে—থোরক্তে: বাণী—রা: হইলা স্তম্ভিত—উখোঙগুম ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মহাপ্রভুগী রা) তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদো পূঙক্ ঙকখি। মহাক রা ঙাঙবা থোক্লমদে, উখোঙগুম্না লৈরম্মী।

## নৈনরোল

শুনি—নির্ব্বিশেষবাদবু খণ্ডন তৌবা, সবিশেষবাদবু স্থাপন তৌবা অমসুং ভগবান্না সম্বন্ধনী, ভক্তিতনা অভিধেয়-নী, অতুগা প্রেম-তনা প্রয়োজন হায়বতুনী—অসিনচিংবা রা ময়ামতু প্রভুগী মফমদগী তাবুনা।

পরম বিস্মিত—পূঙঙক-ঙক্লম্মী। পণ্ডিত-নত্তবনী, মবুদ্ধিসু মপূঙ-মরৈ ফাত্রিবনী, বালক-সন্ন্যাসীনী হায়নতা খল্লম্বা মহাপ্রভুনা শঙ্করাচার্য্য-গুম্বা মহাপণ্ডিতকী ব্যাখ্যাদা দোষ চামা চামা উৎলম্বতুদা সার্ব্বভৌমনা

ঙকুখিবনী। অদুগা সার্ব্বভৌমগী শাস্ত্র-পুন্নমক-খণ্ডলবা পণ্ডিতকী আপত্তি পুন্নমক খণ্ডন তৌরগা মহাপ্রভুনা মাগী সিদ্ধান্ত যাম্না ফজনা পুথোক্লম্মদুদা অমুক্কা হেন্না ঙকুয়ি।

মুরারিগুপ্তনস্তু ভগবানগী কড়চাদা ইরম্মী—ব্রাহ্মণশিংগী মনাক্তা প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী ময়াঙদা ভগবানগী খুয়া-থম্বাদা আশ্রয় লৌকদুনা থোকয়ি হায়বা বেদান্তগী খুপ্লেন-খুক্লা সিদ্ধান্তব প্রভুগী ব্যাখ্যাদা প্রকাশ তৌখিবদুদা সার্ব্বভৌম ঙকুখি; প্রভুগী ব্যাখ্যাদা বেদান্তগী অওইবা সিদ্ধান্ত ফেঙদোক্লে হায়বদু প্রভুগী বাখ্য মনাকোড়না তারগা সার্ব্বভৌম খঙবা ঙমখি; মতমদুদা মানা হান্না খঙজবা ( মায়াবাদগী ওইবা ) সিদ্ধান্তদু ( বিচার-য়াওবা নত্তে হায়দুনা ) কাঁন্নদ্রবনী হায়না লৌয়ি। মসী খঙবা ঙম্মদুনা সার্ব্বভৌমনা ঙক্লদুনা পৃক্লাও মক্না লায়না প্রভুগী খুয়াদা তুরম্মী। "অথাপরাহ্নে দ্বিজবৃন্দসন্নিধৌ স সার্ব্বভৌমস্য পুরো মহাপ্রভুঃ। উবাচ বেদান্তনিগূঢ়মর্থং বচো মুরারেশ্চরণাম্বুজাশ্রয়ম্॥ বেদান্ত-সিদ্ধান্তমিদং বিদিত্বা গতং পুরা বক্তৃদলং স মত্বা। চৈতন্যপাদাব্জযুগে মহাত্মা স বিস্ময়োৎফুল্লমনাঃ পপাতঃ॥ কড়চা /৩/১২/১২-১৩॥"

মূল ১৮০

প্রভু কহে—ভট্টাচার্য্য না কর বিস্ময়।
ভগবানে ভক্তি পরম পুরুষার্থ হয়॥ ১৮০॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; কহে—হায় ; ভট্টাচার্য্য—হে ভট্টাচার্য্য ; না কর—তৌগনু ; বিস্ময়—ঙকপা ; ভগবানে ভক্তি—ভগবানদা ভক্তি ( লৈবদি ) ; পরম—অয়োবী ; পুরুষার্থ—অপাম্বা পোৎ ( কাম্যবস্তু ) ; হয়—ওই।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ওহে ভট্টাচার্য্য ! ঙকনু। ভগবানদা প্রেমভক্তি লৈবদি ( জীবগী ) অয়োবী পাম্নবাই ওইবা পোৎনী।

তৈনবোল

সার্ব্বভৌমনা ঙকপদু উরগা প্রভুনা হায়রম্মী—"হে সার্ব্বভৌম! এনা

হায়রিবসীদা ওরুডাই করিস্থ লৈতে। নওগী শঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্বী—ব্রহ্মসাযুজ্যনা জীবগী পরমপুরুষার্থনী ; তৌইগুম্বস্থং মত্থদি নত্তে ; ভগবানে ভক্তি ( প্রেমভক্তি ) হায়বদি প্রেমগা লোয়ননা ভগবান্গী সেবা তৌবনা জীবগী পরম পুরুষার্থনী। ভগবান্দা—সবিশেষ ব্রহ্মগী মফমদা তৌবা ভক্তিনা পরমপুরুষার্থ ওইরবদি ব্রহ্মদি সবিশেষনী হায়বা য়া অসিনা চরমতত্ত্বনী, নির্বিশেষ ব্রহ্মনা পরমতত্ত্ব ওইবা য়াদে হায়বসি ইরায়-লায়না খণ্ডী ; মসিদা করি ওরুডাই লৈবগে ?

**পরমপুরুষার্থ**—ধর্ম্ম, অর্থ ( শেল ), কাম অমস্থং মোক্ষবু পুরুষার্থ মরি কৌয়ি। ভক্তিশাস্ত্রদা কৃষ্ণপ্রেমবু মঙাশুবা পুরুষার্থ কৌয়ি। **পুরুষার্থ**—পুরুষগী অর্থ হায়বদি কান্নবা হায়বনী। **পরমপুরুষার্থ** হায়বদি অয়োবী পান্নডাই ( কাম্য ) পোৎ হায়বনী ; মসিদগী হেন্না পান্নডাই অমা লৈত্রবা হায়বনী ; পোত্তাসী ফংলগদি জীবগী অপাম্বা পুন্নমক কোকয়ি, মসীদগী হেণ্বা মিহৌনডাই ( লোভনীয় ) পোৎ অতৈ অমা লৈত্রে অমস্থং লৈবস্থ য়াদ্রে। কৃষ্ণপ্রেমগা চাংদম্নবদা ধর্ম্মার্থকামমোক্ষসী কৈছু-লৈতবা পোৎ ওইয়ে, মত্থদি মণিরত্নশিংগা চাংদম্নবদা নাপীনা তূকচনাই ওইবগুম্না। "মনাগেব প্ররূঢ়ায়াং হৃদয়ে ভগবদ্রতৌ ; পুরুষার্থাস্তু চত্বারস্তৃণায়ন্তে সমন্ততঃ॥ ভঃ রঃ সিঃ পূঃ ১/২২//" ধর্ম্মার্থনচিংবা চতুর্ব্বর্গবু মখোয়গী স্বরূপ য়েংলগা নাপীগুম্না কৈছু লৈতবনী হায়বসীনা মফমসীগী উদ্দেশ্য নত্তে—কৃষ্ণপ্রেমগা চাংদম্নবা মতাঙদদা মখোয়সী কৈছু লৈতে হায়বতনী।

## মূল ১৮১

আত্মারাম পর্য্যন্ত করে ঈশ্বর-ভজন।
ঐছে অচিন্ত্য ভগবানের গুণগণ॥ ১৮১॥

## শব্দার্থ

আত্মারাম—আত্মাদা হুংঙাইরবা মীওা, মায়ামুক্ত (অরানখুভম ফংলবা মী) ; পর্য্যন্ত—ফাওবনা ; করে—তৌয়ি ; ঈশ্বর-ভজন—ঈশ্বরবু নীঙবা ( ভক্তি ) ; ঐছে—মতৌ অত্থগুম্না ; অচিন্ত্য—রাখন্না লাম্বা ফংদবা ; ভগবানের—ভগবান্গী ; গুণগণ—গুণশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়ামুক্ত ওইরবা আত্মারাম ফাওবা ঈশ্বরবু ভক্তি তৌয়ি। ভগবান্‌গী গুণশিংদি মতৌ অসুম্না অচিন্ত্যনী (রাখনা লাম্বদা ফংনঙাই ওইদে)।

## নৈনরোল

শঙ্করাচার্য্যগী মত মতুংইন্না হায়রগদি, জীবসে মায়ালাংদা থুবা মরম্না মাগী স্বরূপ হায়বদি মহাক ব্রহ্ম-নী হায়বসে কাউরিবনী। মায়ালাংদগী লাম্থোক্লবদি—মুক্তি ফংলবদি—জীবনা অমুক হন্না মাগী স্বরূপ অদুদা লৈবা উমগনী ; মরমসীনা মুক্তিদনী জীবনা পামগদবা (কাম্য) অমতা-ঙায়বা হায়বদো : মরমদি মায়ালাংদগী মুক্ত ওইরগদি জীবনা দেহ থাদোক্লবা মতুঙদা ব্রহ্মদা তিন্‌থ্রগনী (লয়-প্রাপ্তি ওইরনী)। মায়ালাংদগী মুক্ত ওইরে হায়দুনা আত্মারাম মুনিশিংগীদি সংসারবন্ধন হায়বা করিমত্তা লৈত্রে ; মখোয় মুক্তনী ; মরমদুনা সংসার-বন্ধন-দগী মুক্তি ফংননবগীদমক মখোয়গীদি ভগবদ্‌-ভজন তৌরুবগী কান্নবা লৈত্রে। অদুবু পুক্নীঙ-হুনঙাই অচিন্ত্য ওইবা গুণ কয়ামুক ঈশ্বরগী লৈবগে হায়ববু গুণশিংদুনা চিংশন্দুনা আত্মারাম মুনিশিংসু ঈশ্বরবু ভজন তৌয়ি। মসীগী প্রমাণদি মথাগী শ্লোকসীনী।

## মূল ১৮২

তথাহি (ভাঃ—১/৭/১০)

আত্মারাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥ ১৮২॥

## শব্দার্থ

আত্মারামাঃ—আত্মাদা নুংঙাইরবা ; মুনয়ঃ—মুনিশিং ; নির্গ্রন্থা—অবিদ্যানা পুন্দ্রবা ; অপি—সু ; উরুক্রমে—উরুক্রম শ্রীহরিদা ; কুর্ব্বন্তি—তৌয়ি ; অহৈতুকীম্—মহুৎ-থিদবা ; ভক্তিম্—ভক্তি ; ইত্থম্—অসী-গুম্বা ; ভূতগুণঃ—গুণ-চেন্‌বা ; হরিঃ—শ্রীহরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিগী পুক্নীঙ হূবা গুণ থরা লৈ, মহুনা মরম ওইদুনা অবিদ্যানা চঙবা উমদ্রবা আত্মারাম মুনিশিং ফাওবা উরুক্রম শ্রীহরিদা মহুৎ-মনাই-থিদবা ভক্তি তৌয়ি।

## মূল ১৮৩

শুনি ভট্টাচার্য্য কহে শুন মহাশয়।

এই শ্লোকের অর্থ শুনিতে বাঞ্ছা হয় ॥ ১৮৩ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; শুন—তাবিয়ু ; মহাশয়—হে পূকচেল চাউবা ; এই শ্লোকের —শ্লোকসিগী অর্থ ; শুনিতে—তাননবা ; বাঞ্ছা হয়—পাম্মী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বা তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী তাবিয়ু হে মহাশয় ! শ্লোকসিগী অর্থ তানীঙঙীদা এহাক্তী ।

## মূল ১৮৪

প্রভু কহে তুমি কি অর্থ কর তাহা আগে শুনি ।

পাছে আমি করিব অর্থ যেবা কিছু জানি ॥ ১৮৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; তুমি—নঙনা ; কি অর্থ—করি অর্থ ; কর—তৌরি ; তাহা—মদু ; আগে—হান্না ; শুনি তাগে ; পাছে—তুংদা ; আমি—ঐ ; করিব অর্থ—অর্থ তৌগে ; যেবা—মদু ; কিছু—খরা ; জানি—ঐনা খঙবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—সার্ব্বভৌম ! নঙনা (শ্লোক অসী) করি অর্থ তৌরি হায়রবদু হান্নানা ঐ তাগে । তুংদা ঐনা খঙবা খরদু হায়গে ।

## মূল ১৮৫

শুনি ভট্টাচার্য্য শ্লোক করিল ব্যাখ্যান ।

তর্কশাস্ত্র-মত উঠায় বিবিধ বিধান ॥ ১৮৫ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ;

শ্লোক—শ্লোক ; করিল ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যান তৌরম্মী, অর্থ হল্লম্মী ; তর্ক-শাস্ত্রমত—তর্কশাস্ত্রগী মত ; উঠায়—পুথোক্লম্মী ; বিবিধ-বিধান—মখল-মখা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী বা তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা শ্লোক অদুগী অর্থ হন্দোকখি । তর্কশাস্ত্রগী মত মখল-মখা পুথোক্লম্মী ।

## মূল ১৮৬

নববিধ অর্থ তর্কশাস্ত্র-মত লৈয়া ।
শুনি মহাপ্রভু কহে ঈষৎ হাসিয়া ॥ ১৮৬ ॥

### শব্দার্থ

নববিধ—মখল মাপনগী ; অর্থ—ব্যাখ্যা ; তর্কশাস্ত্রমত লৈয়া—তর্ক-শাস্ত্রগী মত লৌদুনা ; শুনি—তাবগা ; মহাপ্রভু কহে—মহাপ্রভুনা হায়-রকয়ি ; ঈষৎ—খজিক্কং ; হাসিয়া—নোক্লগা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তর্কশাস্ত্রগী মত লৌদুনা হন্দোকপা অর্থ মখল মাপন অদু নাকোংনা তারগা মহাপ্রভুনা খজিক্কং নোক্লগা হায়রম্মী—।

## মূল ১৮৭-১৮৮

ভট্টাচার্য্য জানি তুমি সাক্ষাৎ বৃহস্পতি ।
শাস্ত্রব্যাখ্যা করিতে ঐছে কারো নাহি শক্তি ॥ ১৮৭ ॥
কিন্তু তুমি অর্থ কৈলে পাণ্ডিত্য-প্রতিভায় ।
ইহা বই শ্লোকের আছে আরো অভিপ্রায় ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—হে সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; জানি—ঐ খঙজৈ ; তুমি—নঙ ; সাক্ষাৎ বৃহস্পতি—শংশংবা বৃহস্পতিনী ; শাস্ত্রব্যাখ্যা করিতে—শাস্ত্রব্যাখ্যা তৌবদা ; ঐছে—অদুগুম্না ; কারো—কনাগীসু ; নাহি শক্তি—শক্তি লৈতে ; কিন্তু—অদুবু ; তুমি—নঙনা ; অর্থ কৈলে—অর্থ তৌরে ;

পাণ্ডিত্য-প্রতিভায়—পাণ্ডিত্য অমসুং প্রতিভানা ; ইহা—অসী ; বই—নন্তুনা ; শ্লোকের—শ্লোকসিগী ; আছে—লৈ ; আরো—অতৈম্থু ; অভিপ্রায়—অর্থ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে ভট্টাচার্য্য ! নঙসে সাক্ষাৎ বৃহস্পতিমক্কী হায়বা ঐ খঙডী। নঙনা শাস্ত্রব্যাখ্যা তৌরিবা অদুগুম্না তৌবা কনাস্থু ঙম্মোই। অদুবু নঙনা অর্থ হল্লিবসিদি নঙগী পাণ্ডিত্যগা প্রতিভাগনা হন্‌বনী। শ্লোকসিগী অর্থ অতৈম্থু লৈরি।

## মূল ১৮৯

ভট্টাচার্য্যের প্রার্থনায় প্রভু ব্যাখ্যা কৈল।
তাঁর নব-অর্থমধ্যে এক না ছুঁইল ॥ ১৮৯ ॥

## শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; প্রার্থনায়—হায়জবদুনা ; প্রভু ব্যাখ্যা কৈল—প্রভুনা ব্যাখ্যা তৌখি ; তাঁর—মহাক্কী (সার্ব্বভৌমগী) ; নব-অর্থ—অর্থ মাপলগী ; মধ্যে—মনুঙদা ; এক—অমতা ; না ছুঁইল—ছোক্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়জবদুদা প্রভুনা শ্লোক ব্যাখ্যা তৌখি। ভট্টাচার্য্যগী অর্থ মাপল অদুগী অমতসু য়াওরমদে (অর্থ মাপলদু নত্তবা ঙাক্তা ওইরম্মী)।

## মূল ১৯০

আত্মারামাদি শ্লোকে একাদশ পদ হয়।
পৃথক্ পৃথক্ কৈল পদের অর্থ-নিশ্চয় ॥ ১৯০ ॥

## শব্দার্থ

আত্মারাম-আদি—আত্মারামনচিংবা ; শ্লোকে—শ্লোকসিদা ; একাদশ—তরামাথোই ; পদ—রাহৈ ; হয়—য়াওয়ি ; পৃথক্ পৃথক্—তোঙান্-তোঙান্না ; কৈল—তৌরম্মী ; পদের অর্থ—পদগী অর্থ ; নিশ্চয়—লেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আত্মারাম-না হৌবা শ্লোকসিদা পদ তরামাথোই য়াওরি। পদগী অর্থ লেপ্লহ তোঙান্-তোঙান্না তৌরম্মী।

মূল ১৯১

তত্তৎপদপ্রাধান্যে আত্মারাম মিলাইয়া।

অষ্টাদশ অর্থ কৈল অভিপ্রায় লইয়া॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

তত্তৎপদপ্রাধান্যে—পদ অহু অহুনা মরু ওইবদা ; আত্মারাম মিলাইয়া—আত্মারাম হাপ্‌চল্লগা ; অষ্টাদশ—তরা-নিপাল ; অর্থ কৈল—অর্থ তৌখি ; অভিপ্রায়—অর্থ ; লইয়া—লৌহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা পদ খুদিঙ মরু ওইহন্-ওইহন্না লৌরগা আত্মারামগা তিন্নহল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না 'আত্মারাম' পদবু অর্থ তরানীপাল থোক্না ব্যাখ্যা তৌখি।

মূল ১৯২

ভগবান্, তাঁর শক্তি, তাঁর গুণগণ।

অচিন্ত্যপ্রভাব তিনের না হয় কথন॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

ভগবান্—ভগবান্ ; তাঁর শক্তি—মহাক্কী শক্তি ; তাঁর গুণগণ—মাগী গুণশিং ; অচিন্ত্য—রাখন্না লাম্বা ফংদবা ; প্রভাব—মতীক ময়াই ; তিনের—অহুমগী ; না হয়-কথন—হায়বদা লোইদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্নে, মাগী শক্তিনে অহুগা মাগী গুণশিংনে—অহুমসিগী রাখন্না লাম্ব-ওমদবা প্রভাবকী রা হায়দোক্পদি লোইবা নাইদে।

তৈনমোল

ভগবান্নে, মাগী শক্তিনে, মহাক্কী গুণশিংনে—অহুমসিগী শক্তি অহুনা আত্মারামশিংগী পুক্নীঙ হূহনা ভগবান্‌বু ভজন তৌহল্লী। মসী 'আত্মারাম' শ্লোক্কী তাৎপর্য্যনী।

## মূল ১৯৩

অন্য যত সাধ্য-সাধন করি আচ্ছাদন।
এই তিনে হরে সিদ্ধ-সাধকের মন ॥ ১৯৩ ॥

### শব্দার্থ

অন্য—অতোপ্পা ; যত—ময়ামদো ; সাধ্য—ফংগে নীঙলিবা পোৎ ; সাধন—ফংননবগী হোৎনবা মরম ; করি—তৌদুনা ; আচ্ছাদন—কূপ্পা ; এই তিনে—অহুমসীনা ; হরে—হূয় ; সিদ্ধ-সাধকের—সিদ্ধ অমস্তুং সাধকশিংগী ; মন—পুক্নিঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্, মাগী শক্তি অমস্তুং গুণ—অহুমসীনা সিদ্ধ অমস্তুং সাধকশিংগী মন হূয়—অতৈ সাধ্য অমস্তুং সাধন লোইননমক্পু কূপথল্লে হায়রগা।

### তাৎপর্য্য

**অন্য যত সাধ্য সাধন**—স্বর্গনচিংবা নত্রগা মোক্ষনচিংবা সাধ্য অমসুং কর্ম্মনচিংবা সাধনশিং।

## মূল ১৯৪

সনকাদি শুকদেব তাহাতে প্রমাণ।
এই মত নানা অর্থ করেন ব্যাখ্যান ॥ ১৯৪ ॥

### শব্দার্থ

সনক-আদি—সনকমুনিনচিংবা ; শুকদেব—ব্যাসনন্দন শ্রীশুকদেব গোস্বামী ; তাহাতে—মতুংগীদা ; প্রমাণ—প্রমাণী ; এইমত—মতৌ অসুম্মা ; নানা অর্থ—মখল মখাগী অর্থ ; করেন ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা তৌরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনক-নচিংবা ( হায়রবদি সনক, সনাতন, সনৎকুমার অমসুং সনন্দ ) অমসুং শুকদেব গোস্বামীগোয়না মতুংগী প্রমাণনী। মতৌ অসুম্মা মহাপ্রভুনা আত্মারাম শ্লোককী অর্থ তোঙান্-তোঙানবগী ব্যাখ্যা মখল মখা তৌখি।

## নৈনরোল

শুক সনক-নচিংরসে পোক্পদগী ব্রহ্মময় ওইরক্লবনী, মখোয়সী জ্ঞানমার্গগী সিদ্ধ মহাপুরুষ ওইরক্লবনী : অদুবু কৃষ্ণগী গুণ মনাকোঙনা তারগা মখোয়গী পুক্নীং কয়াম্ক শুমহৎলম্বগে . হায়ববু জ্ঞানমার্গগী সাধন অমসুং জ্ঞানমার্গগী লক্ষ্য ব্রহ্মসাযুজ্য ( ব্রহ্মদা শিনবা ) হায়বদু থাদোক্লুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণভজন তৌবা হৌখি । অদুনা হায়রিবনী, ভগবানগী, মাগী শক্তিনে অমসুং গুণশিংনে—অতোপ্পা সাধ্য সাধনবু কৃপ্‌ছল্লগা সিদ্ধ সাধকশিংগী পুক্নীংবু হূয় হায়বগী প্রমাণ-দি শুক-সনক-নচিংবসিনী হায়না ।

### মূল ১৯৫

শুনি ভট্টাচার্য্য-মনে হৈল চমৎকার ।
প্রভুকে কৃষ্ণ জানি করে আপনা ধিক্কার ॥ ১৯৫ ॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাবগা ; ভট্টাচার্য্য মনে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী পুক্নীংদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা ; প্রভুকে—মহাপ্রভুবু ; কৃষ্ণ জানি—কৃষ্ণনী হায়না খঙদুনা ; করে—তৌই ; আপনা—মহাবু ; ধিক্কার—চেবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা তৌরম্বা আত্মারাম শ্লোককী অর্থ ময়ামদু) তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য পুক্নীংদা ঙকখি । প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমক্নী হায়না খঙলদুনা মহাবু চেজরম্মী ।

## নৈনরোল

প্রভুনা আত্মারাম শ্লোককী অর্থ ময়াম তৌরম্বদুদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ঙকচখি অদুগা প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমক্নী হায়না খঙলম্মী হায়রিবসে প্রভুগী কৃপানা খঙজখিবনী ; খঙলবা তুংদা মহাক্না প্রভুদা অহাল্লবদা তৌখিবা ব্যবহার মতাদুগীদমক হুংঙাইজখিদে অদুনা মহাবু ধিক্কার তৌখিবনী ।

### মূল ১৯৬

ইঁহো ত সাক্ষাৎ কৃষ্ণ—ইহা না জানিয়া ।
মহা অপরাধ কৈল গর্ব্বিত হইয়া ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

ইঁহো ত - মহাক্সিদি ; সাক্ষাৎ—শংশংবা ; কৃষ্ণ - কৃষ্ণনী ; ইহা—ব্রা অসী ; না জানিয়া—খঙদহুনা ; মহা অপরাধ—অচৌবা অরাল-অহুই ; কৈল—তৌখ্রে ; গর্ব্বিত—নাপল-চাউবা ; হইয়া--ওইহুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকসীদি সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণনী, অসীবু খঙদহুনা ঐনা নাপল তৌহুনা অরাল্-অহুই অচৌবা অমা তৌখরে ।

### মূল ১৯৭

আত্মনিন্দা করি লৈল প্রভুর শরণ ।

কৃপা করিবারে তবে প্রভুর হৈল মন ॥ ১৯৭ ॥

### শব্দার্থ

আত্মনিন্দা—মছাবু চৈজবা ; করি--তৌহুনা ; লৈল—লৌরম্মী ; প্রভুর শরণ—প্রভুদা চঙজবা ; কৃপা করিবারে চান্‌বিনবা হায়হুনা , তবে—অহুদগী ; প্রভুর--প্রভুগী ; হৈল--ওইখি ; মন পুক্নীঙ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা মছাবু চৈজরগা প্রভুদা চঙজরম্মী। অহুদগী প্রভুস্থ কৃপা তৌবিগে হায়না নীঙবিখি ।

### মূল ১৯৮

দেখাইল আগে তারে চতুর্ভুজরূপ ।

পাছে শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ ॥ ১৯৮ ॥

### শব্দার্থ

দেখাইল—উংখি ; আগে—অহান্‌বদা ; তারে—মঙোন্দা ; চতুর্ভুজ—পাম্বোম-মরি-লোঙবা ; রূপ—শক ; পাছে—তুংদা ; শ্যাম-বংশী-মুখ—বংশী-চীন্‌বান্-থোংবা শ্যামসুন্দর ; স্বকীয়—মছামক্কী ; স্বরূপ—শক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা অহান্‌বদা চতুর্ভুজ নারায়ণগী শক্তমতু উংখি । মতুঙদা বংশী-চীন্‌বান্-থোংবা শ্যামসুন্দর ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণ মছামক স্বরূপ অহু উংখি ।

নৈনরোল

**শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ**—নন্দনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মফমসীদা বংশীমুখ হায়বনা দ্বিভুজ (পাম্বোম-অনী-লোঙবা) অতুবুস্নী হায়না খঙগদবনী। দ্বিভুজমুরলীধরসীনা মহাপ্রভু কনানো হায়বদো তাক্যি। মহাপ্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদা অহান্বদা চতুর্ভুজ নারায়ণরূপ অতু উৎলিবা করিগীনো? সার্ব্বভৌমনা হেক উবগা মহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্নী হায়না খঙবা ঙমখিদে; মহাপ্রভুগী থ্বাইগা মান্নদবা প্রতিভা অমসুং শক্তি (হায়বদি ঐশ্বর্য্য খরদং) উবমক্তদা প্রভুবু ভগবান্নী হায়না মপূর্ক্বাঙদা লৌরম্মী। মরমসীনা মহাপ্রভুনা অহান্বদা মছাগী ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবা চতুর্ভুজ-রূপ অতু উৎপনী হায়না খন্বা য়াই। অতুদগী অমূক স্বয়ং ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণতুমক্না গৌর ওইরকপনী হায়বতু উৎননবা হায়তুনা মছামক্কী দ্বিভুজমুরলীধর রূপ অতু উৎখিবনী।

মূল ১৯৯

দেখি সার্ব্বভৌম পড়ে দণ্ডবৎ করি।
পুন উঠি স্তুতি করে দুই কর যুড়ি॥ ১৯৯॥

শব্দার্থ

দেখি—উবগা; সার্ব্বভৌম পড়ে—সার্ব্বভৌমনা তুই; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌতুনা; পুন—অমূক হন্না; উঠি—হৌগৎলগা; স্তুতি করে—স্তুতি তৌখি; দুই—অনী; কর—খুৎ; যুড়ি—লোন্নতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্যামবংশীমুখ শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অতু) উরগা সার্ব্বভৌমনা দণ্ডবৎ তৌতুনা তুরম্মী। অতুদগী অমূক হৌগৎলগা খুৎ অনী লোন্নতুনা স্তুতি তৌখি।

মূল ২০০

প্রভুর কৃপায় তারে স্ফুরিল সব তত্ত্ব।
নাম-প্রেমদান-আদি বর্ণেন মহত্ত্ব॥ ২০০॥

শব্দার্থ

প্রভুর কৃপায়—প্রভুগী কৃপানা; তারে—মঙোন্দা, হায়বদি মপূর্ক্বীঙদা;

স্ফুরিল—ফাওরম্মী ; সব তত্ত্ব—তত্ত্ব পুম্নমক ; নাম—মিং : প্রেমদান-আদি—প্রেমদান নচিংবা ; বর্ণেন - বর্ণনা তৌখি ; মহত্ত্ব—মহিমা (মতীক-ময়াই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা চান্‌বিবদগী সার্ব্বভৌমগী মপুক্কীঙদা তত্ত্ব পুম্নমক ফাওরম্মী। মতমদুদা মহাক্কা প্রভুনা নাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম-দান-তৌবনচিংবা গুণ মহিমাদু বর্ণন তৌখি।

**নৈনরোল**

ভগবান্‌গী তত্ত্বদি স্বপ্রকাশ (মথন্তনা ফোঙলাউনা থোবকপা) পোৎনী ; চিত্তনা মোৎলিবমখৈ তত্ত্বসী ফাওরক্তে ; ভগবান্‌গী কৃপান চিত্তগী অমোৎপদু কোক্লবা মতমদা মসী ফাওরকয়ি। নাপল কৌবা অমোৎপত্তনা মাগী চিত্তদু মোৎলিডৈদদি প্রভুগী মাঙমক্তদা নৈন নৈননক প্রভুগী তত্ত্ব খঙবা ঙম্মদে। তৌজিক্তি প্রভুগী কৃপানা মাগী নাপন্নচিংবা পুম্নমক নৈত্রবড়দা মহাক্কী চিত্তদা ভগবত্তত্ত্ব ফাওরকখিবনী।

মূল ২০১

শত শ্লোক কৈল এক দণ্ড না যাইতে।
বৃহস্পতি তৈছে শ্লোক না পারে করিতে॥ ২০১॥

**শব্দার্থ**

শত শ্লোক—শ্লোক চামা ; কৈল—লেংখি ; একদণ্ড—দণ্ড অমা ; না যাইতে—চংত্রিডৈদা ; বৃহস্পতি—বৃহস্পতিনা ; তৈছে—অদুম্না ; না পারে—ঙমদে ; করিতে—তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম দণ্ড অমা চংত্রিডৈগী মনুঙদা সার্ব্বভৌমনা শ্লোক চামা লেংখি। বৃহস্পতিনা অদুম্না শ্লোক লেংবা ঙমদে।

মূল ২০২

শুনি সুখে প্রভু তাঁরে কৈল আলিঙ্গন।
ভট্টাচার্য্য প্রেমাবেশে হৈলা অচেতন॥ ২০২॥

## শব্দার্থ

শুনি—(সার্ব্বভৌমনা থীবা স্তুতিদু) তারগা : প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু (সার্ব্বভৌমবু) ; কৈল—তৌখি ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যনা ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙতুনা ; হৈল—ওইখি ; অচেতন - রাম্থবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী স্তব তৌবগী শ্লোক অদু তারগা মাবু কোল্লম্মী। সার্ব্বভৌমদো প্রেমাবেশদা রাম্থরম্মী ।

## নৈনরোল

শুনি---সার্ব্বভৌমনা থীরম্বা স্তবকী শ্লোক তাবদা কোনবনী হায়রগা প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম সঞ্চার তৌরম্মী ( হান্‌জল্লম্মী ) ।

## মূল ২০৩

অশ্রু স্তম্ভ পুলক কম্প স্বেদ থরহরি।

নাচে গায় কান্দে পড়ে প্রভুপদ ধরি ॥ ২০৩ ॥

## শব্দার্থ

অশ্রু পিরাং : স্তম্ভ—য়ুম্বীগুম্না লেঙদবা ; পুলক তু চুংবা ; কম্প—নীক্‌পা ; স্বেদ—হুমাং ; থরহরি—থক্-থক্ নীক্‌পা : নাচে—জগোই শাই ; গায়- ঈশৈ শকয়ি ; কান্দে—কপ্পী ; পড়ে -তুই ; প্রভু-পদ—প্রভুগী খোঙ ; ধরি - পায়দুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী দেহেদা সাত্বিক-বিকার নীপাল হায়বদি— পিরাং, য়ুম্বীগুম্না লেঙদবা, তু-চুংবা, থক্-থক্ নীকপা তৌয়ি, হুমাং থোক্কুনা জগোই শাই, ঈশৈ শকয়ি, অদুগা কপ্পী ; প্রভুগী খোঙ পায়দুনা তুরম্মী ।

## মূল ২০৪

দেখি গোপীনাথাচার্য্য হরষিত মন।

ভট্টাচার্য্যের নৃত্য দেখি হাসে প্রভুর গণ ॥ ২০৪ ॥

**শব্দার্থ**

দেখি—উরগা ; গোপীনাথাচার্য্য—গোপীনাথাচার্য্যনা ; হরষিত - হরাওবা ; মন—পুক্নীঙ (ওইখি) ; ভট্টাচার্য্যের নৃত্য—ভট্টাচার্য্যগী জগোই ; দেখি—উরগা ; হাসে—নোকুয়ি ; প্রভুর গণ—প্রভুগী পার্ষদশিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী মতৌ উরগা গোপীনাথাচার্য্যগী পুক্নীঙ হরাওরম্মী । সার্ব্বভৌমগী জগোই উবদা প্রভুগী পার্ষদশিংনা নোক্লম্মী ।

**মূল ২০৫**

গোপীনাথাচার্য্য কহে মহাপ্রভু প্রতি ।
সেই ভট্টাচার্য্যের প্রভু কৈল এই গতি ॥ ২০৫ ॥

**শব্দার্থ**

গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা ; কহে—হায় ; মহাপ্রভু প্রতি—মহাপ্রভুগী মফমদা ; সেই ভট্টাচার্য্যের—ভট্টাচার্য্যাদো অদুগী ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌবিরে ; এই গতি—উপায় অসী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যনা প্রভুগী মফমদা হঙ্গৎলম্মী—অদুগুম্বা ভট্টাচার্য্যগী গতি অসী প্রভুনা তৌবিরবনীকো ?

**নৈনবোল**

**সেই ভট্টাচার্য্যের**—চগংনবা জ্ঞানী অমসুং তার্কিক (ময়ৈ-য়েৎকনবা) ওইরম্বা ভট্টাচার্য্য, অদুগা কলিদা ভগবানগী অবতার লৈ হায়বা য়াদবা মহাক অদুগুম্বগী ( গতি প্রভুনা তৌবিরে ) ।

**মূল ২০৬**

প্রভু কহে—তুমি ভক্ত, তোমার সঙ্গ হৈতে ।
জগন্নাথ ইঁহারে কৃপা কৈল ভাল মতে ॥ ২০৬ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; তুমি—নঙদি ; ভক্ত—ভক্তনী ; তোমার—নঙগা ; সঙ্গ হৈতে—তিন্নবদগী ; জগন্নাথ—জগন্নাথ দেবনা ; ইঁহারে—মহাক্নিবু ; কৃপা কৈল—চানবিরে ; ভালমতে—ফজনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যগী রান্থু তারগা প্রভুনা হায়রম্মী—হে আচার্য্য, নহাক্তি ভক্তনী, নঙগা সঙ্গ তৌবনা জগন্নাথনা মহাক্সির ফজনা চান্‌বিরে।

মূল ২০৭

তবে ভট্টাচার্য্যে প্রভু সুস্থির করিল।

স্থির হৈয়া ভট্টাচার্য্য বহু স্তুতি কৈল ॥ ২০৭ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; ভট্টাচার্য্যে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু ; প্রভু—প্রভুনা ; সুস্থির করিল হান্নগী ফীভমদা হন্থহল্লম্রে ; স্থির হৈয়া—হন্থরহুনা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; বহু—য়াম্না ; স্তুতি কৈল—স্তুতি তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী প্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু হান্নগী ফীভমদা হন্থহল্লম্রে। হন্থরহুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা স্তুতি য়াম্না শৌখি—।

মূল ২০৮

জগৎ নিস্তারিলে তুমি　সেহ অল্প কার্য্য।

আমা উদ্ধারিলে তুমি　এ শক্তি আশ্চর্য্য ॥ ২০৮ ॥

শব্দার্থ

জগৎ নিস্তারিলে—জগৎপু লান্‌বিরে ; তুমি—নঙনা ; সেহ—মদো ; অল্প—কৈছু-লৈতবা ; কার্য্য—থবক্নী ; আমা—ঐবু ; উদ্ধারিলে—লান্‌বিরে ; তুমি—নঙনা ; এ শক্তি—( নঙগী ) শক্তি অসী ; আশ্চর্য্য—অঙকপনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা জগৎপু লান্‌বিবদি কৈছু-লৈতবা থবক্নী, অদুগা ঐবু নঙনা লান্‌বিরিবসিগী শক্তিসিদি অঙকপনী।

মূল ২০৯

তর্কশাস্ত্রে জড় আমি—যৈছে লৌহপিণ্ড।

আমা দ্রবাইলে তুমি প্রতাপ-প্রচণ্ড ॥ ২০৯ ॥

## শব্দার্থ

তর্কশাস্ত্রে জড়—তর্কশাস্ত্রনা চংগন্নরবা ; আমি—ঐগী ; যৈছে লৌহপিণ্ড —য়োং মতূম্না ওইবগুম্না ; আমা—ঐবু ; দ্রবাইলে—শৌদোক্ হল্লে ; তুমি —নঙনা ; প্রতাপ-প্রচণ্ড অকন্নবা মৈচাক্লী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তর্কশাস্ত্রনা ঐহাক য়োং মতূম্না তৌবগুম্না তবঙনরবনী । য়োংকূম কল্লবা ঐগী থম্মোইবু পেংহন্বদি নহাক কল্লবা মৈচাক্লী ।

### মূল ২১০

স্তুতি শুনি মহাপ্রভু নিজবাসা আইলা ।

ভট্টাচার্য্য আচার্য্যদ্বারে ভিক্ষা করাইলা ॥ ২১০ ॥

## শব্দার্থ

স্তুতি শুনি—সার্ব্বভৌমনা তৌবা স্তুতিদু তারগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু ; নিজবাসা—লন্নাই শঙ্গায়দা ; আইলা—লেঙলক্খি ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; আচার্যদ্বারে—গোপীনাথ আচার্য্য শীজিন্নদুনা ; ভিক্ষা করাইলা—প্রসাদ ফংহন্খি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা তৌবা স্তুতি তারগা মহাপ্রভু লন্নাই শঙ্গায়দা হল্লকখি । সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা গোপীনাথ আচার্য্য থাদুনা মহাপ্রসাদ লৌহল্লুরগা প্রভুবু হাইন্খি ।

### মূল ২১১

আরদিন প্রভু গেলা জগন্নাথ-দর্শনে ।

দর্শন করিলা জগন্নাথ শয্যোত্থানে ॥ ২১১ ॥

## শব্দার্থ

আর দিন—অতোপ্পা নুমিৎ অমদা ; প্রভু গেলা—প্রভুনা লেঙলম্মী ; জগন্নাথ-দর্শনে—জগন্নাথ খুরুম্বা ; দর্শন করিলা—খুরুমখি ; জগন্নাথ—শয্যোত্থানে—জগন্নাথবু শয্যাদগী লেঙথৎপা মতমদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা নুমীৎ অমদা প্রভুনা জগন্নাথবু দর্শন তৌবা লেঙলম্মী। জগন্নাথনা শয্যাদগী লেঙখৎপা মতম্দা দর্শন তৌখি।

মূল ২১২

পূজারী আনিঞা মালা প্রসাদান্ন দিলা।
প্রসাদান্ন মালা পাইয়া প্রভু হর্ষ হৈলা ॥ ২১২ ॥

**শব্দার্থ**

পূজারী – পূজা-তৌবা ব্রাহ্মণ ; আনিঞা—পুরক্লুনা ; মালা প্রসাদান্ন—জগন্নাথগী প্রসাদী মালা অমসুং প্রসাদী অন্ন (চাক) ; দিল—পীরম্মী ; প্রসাদান্ন-মালা – প্রসাদী অন্ন অমসুং মালা ; পাইয়া– ফংদুনা ; প্রভু হর্ষ হৈলা—প্রভু হরাওখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বামোন পূজারীনা লাইদা কংপা মালাগা অন্নগা পুরক্লগা পীরম্মী। প্রসাদী মালাগা অন্নগা ফংলগা প্রভু হরাওখি।

মূল ২১৩

সেই প্রসাদান্ন মালা অঞ্চলে বান্ধিয়া।
ভট্টাচার্য্যের ঘরে আইলা ত্বরাযুক্ত হৈয়া ॥ ২১৩ ॥

**শব্দার্থ**

সেই —মদু ; প্রসাদান্ন-মালা—প্রসাদী অন্ন অমসুং মালা (লৈপরেং) ; অঞ্চলে—ফীজীদা ; বান্ধিয়া – পুল্লগা ; ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; ঘরে- য়ুমদা ; আইলা - লেঙলক্খি ; ত্বরাযুক্ত হৈয়া—য়াম্না থুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রসাদী মালাগা অন্নগদু ফীজীদা পুল্লগা প্রভুনা য়াম্না থুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী য়ুমদা লেঙলক্খি।

মূল ২১৪

অরুণোদয়কালে হৈল প্রভুর আগমন।
সেইকালে ভট্টাচার্য্যের হইল জাগরণ ॥ ২১৪ ॥

### শব্দার্থ

অরুণোদয়কালে—নুমীৎ থোরকদবগী মমাঙ দণ্ড মরিবু অরুনোদয় কৌয়ি, মতমতুদা ( নুমীৎ থোক্লিঙৈগী মমাঙদা ) ; হৈল—ওইখি ; প্রভুর আগমন—প্রভুনা লেঙঙ্‌কপা ; সেইকালে - মতমতুদা ; ভট্টাচার্য্যের হইল — ভট্টাচার্য্যগী ওইখি ; জাগরণ—মীৎকপ্‌ থোক্‌পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ থোক্লমদাইদা হায়বদি নুমীৎ থোক্লিঙৈদা প্রভু লেঙলক্‌খি । মতমতুদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগীদি মীৎকপ্‌ থোক্‌পদা ওয়রম্মী ।

মূল ২১৫

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' স্ফুটে কহি ভট্টাচার্য্য জাগিলা ।

কৃষ্ণ নাম শুনি প্রভুর আনন্দ বাঢ়িলা ॥ ২১৫ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ ; স্ফুটে—ময়েক শেংনা ; কহি শোন্দুনা ; ভট্টাচার্য—সার্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; জাগিলা হৌগৎলম্মী ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; শুনি—তারগা ; প্রভুর আনন্দ—প্রভুগী নুংঙাইবা ; বাঢ়িলা —হেঙ্গৎলম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মযেক শেংনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' শোল্লগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য হৌগৎলম্মী । কৃষ্ণনাম তারগা প্রভুগী নুংঙাইবা হেল্লম্মী ।

মূল ২১৬

বাহিরে প্রভুর তেঁহো পাইল দরশন ।

আস্তেব্যস্তে আসি কৈল চরণ-বন্দন ॥ ২১৬ ॥

### শব্দার্থ

বাহিরে - মাপান্দা ; প্রভুর—প্রভুগী ; তেঁহো—মহাক্না (সার্ব্বভৌমনা) ; পাইল দর্শন—দর্শন ফংখি, উনখি ; আস্তেব্যস্তে—য়াম্না থুনা ; আসি—লাক্লুনা ; কৈল—তৌখি ; চরণ-বন্দন—খোঙদা খুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা মাপান্দা প্রভুগী দর্শন ফংখি। মহাক্না হাথু হাথু লাক্লুনা প্রভুগী চরণ-খাদা খুরুমজখি।

মূল ২১৭-২১৯

বসিতে আসন দিয়া দোঁহে ত বসিলা।
প্রসাদান্ন খুলি প্রভু তাঁর হাথে দিলা ॥ ২১৭ ॥
প্রসাদ পাঞা ভট্টাচার্য্যের আনন্দ হইল।
স্নান সন্ধ্যা দন্তধাবন যগুপি না কৈল ॥ ২১৮ ॥
চৈতন্য প্রসাদে মনের সব জাড্য গেল।
এই শ্লোক পড়ি অন্ন ভক্ষণ করিল ॥ ২১৯ ॥

শব্দার্থ

বসিতে—ফমনবা ; আসন—ফিদা ; দিয়া—পীরগা, থারগা ; দোঁহে—মখোয়নী ; ত—লেপ্পমক ; বসিলা—ফম্লম্মী ; প্রসাদান্ন খুলি—প্রসাদী অন্ন অদু ( ফীজীদগী ) লৌথোক্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁর—মহাক্কী ; হাথে—খত্তা ; দিলা—পীখি, হাপ্খি ; প্রসাদ পাইয়া—প্রসাদ ফংবদা ; ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌমগী ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; হইল—ওইখি ; স্নান—প্রাতঃ স্নান ( অয়ুক্কী ) ইরুজবা ; সন্ধ্যা—প্রাতঃ সন্ধ্যা ( অয়ুক্কী আহ্নিক পূজা ) ; দন্ত-ধাবন—য়া থিনবা ; যগুপি—সু ; না কৈল—তৌরমদে (যগুপি না কৈল—তৌরমদ্রবসু ) ; চৈতন্য-প্রসাদে—শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা ; মনের—পুক্নীংগী ; সব—পুম্নমক ; জাড্য—অতন্না ; গেল—চংখ্রে ; এই শ্লোক—শ্লোক অসী ; পড়ি—থীরুনা ; অন্ন—প্রসাদী অন্ন ; ভক্ষণ করিল—চাখি।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

ফমনবা ফিদা থারগা মখোয় অনীমক ফম্লম্মী। প্রসাদী অন্ন ফীজীদগী লৌথোক্লগা প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী খুত্তা হাপ্লম্মী। জগন্নাথগী প্রসাদ ফংবদা ভট্টাচার্য্য নুংঙাইরম্মী—প্রাতঃগী স্নান সন্ধ্যা অমদি চীন-য়া শেংবনচিংবা তৌরমদ্রবসু। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা পুক্নীংগী অতন্বা অমসুং ভক্তিবু থাজদবা কোক্থিরম্মী। শ্লোক অসী থীরগা সার্ব্বভৌমনা প্রসাদী অন্নদু চাখি।

**মৈতৈলোন্দা**

সার্ব্বভৌমনা থোরক্কুনা মাঙদা হেক লাক্পগা প্রভুনা মহাপ্রসাদ-অন্নহু ফীজীদগী লৌথোক্লগা মাগী খুত্তা হাপ্লম্মী। মতমহুদা সার্ব্বভৌম ফমুঙদগী হৌগৎলকপদা ভায়রম্মী; মতমহুদা দন্তধাবন (য়া থীনবা) তৌরমদ্রি, প্রাতঃগী স্নান অমদি সন্ধ্যা তৌরমদ্রি; প্রাতঃকৃত্য (অযুক্কী তৌগদবা আচারশিং) অসী তৌদ্রবদি কন্নাসু করিমত্তা চাবা-থকপা তৌনদে; অহুবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা সার্ব্বভৌমহু মাগী অচেৎপা আচার অমসুং ভক্তি য়াদবনচিংববু থাদোক্খি। স্মৃতিশাস্ত্রগী আচারদগী ভক্তি-অঙ্গনা রাংবা হেল্লী হায়বদো মহাক হৌজিক খঙলম্লে। মরমঅুনা প্রভুনা মখোন্দা প্রসাদী অন্ন চাঙ হায়না পীবা মতমদা করিমত্ত। চিংনদবমখৈ "শুষ্কং পর্য্যষিতং"—নচিংবা শ্লোক অহু থীরগা খুদক্কুদা প্রসাদান্নহু চাথোক্খি।

**মূল ২২০**

তথাহি পদ্মপুরাণে —

শুষ্কং পর্য্যষিতং বাপি নীতং বা দূরদেশতঃ।
প্রাপ্তমাত্রেণ ভোক্তব্যং নাত্র কালবিচারণা ॥ ২২০ ॥

**শব্দার্থ**

শুষ্কং—অকংবা; পর্য্যষিতং—চজীক্; বা—নত্রগা, অপি—সু; নীতম্—পুরক্পা; বা—নত্রগা; দূরদেশতঃ—অরাপ্পা দেশদগী; প্রাপ্ত-মাত্রেণ—হেক ফংবগা; ভোক্তব্যং—চাগদবনী; ন—নত্তে; অত্র—মরম-অসীদা; কালবিচারণা—মতমগী রা খনগদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রসাদদি অকংববু ওইরবসু, চজীক্পু ওইরবসু, লম অথাপ্পদগী পুরক্লবসু হেক ফংবগা চাগদবনী; মরম অসীদা মতমগী বিচার লৈতে;

**মূল ২২১**

ন দেশনিয়মস্তত্র ন কালনিয়মস্তথা।
প্রাপ্তমন্নং দ্রুতং শিষ্টৈর্ভোক্তব্যং হরিরব্রবীৎ ॥ ২২১ ॥

**শব্দার্থ**

ন—নত্তে, লৈতে ; দেশনিয়মঃ—মফম মফম নত্তবরা হায়বগী নিয়ম ; তত্র—মরম অদুদা ; ন—লৈতে ; কালনিয়মঃ—মতম নত্তরা হায়বগী নিয়ম ; তথা—অদুম্না ; প্রাপ্তম্-অন্নং—অফংবা অন্ন ; দ্রুতং—থুনমক ; শিষ্টৈঃ—হৌন-খঙবা সাধুশিংনা ; ভোক্তব্যং—চাগদবনী ; হরিঃ—শ্রীহরিনা ; অব্রবীৎ—হায়রম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মর্যাদা (হায়বদি মহাপ্রসাদ থৃন্বগী মরমদা) দেশগী (মফম নংলী-নত্তে হায়বগী) নিয়ম লৈতে, মতমগীসু নিয়ম লৈতে। হৌনখঙবা মীতাশিংনা (হেক ফংবগা মহাপ্রসাদ অদু) চাথোকদনবনী। বাসী স্বয়ং শ্রীহরিনা হায়বনী।

পৌনরোল

ন দেশনিয়মঃ—অশেঙবা মফম ওইগে ওইয়ু অমাংবা মফম ওইগে ওইসনু : অমাংবা মফমদসু মহাপ্রসাদ লৌবা য়াই।

মথক্কী শ্লোক অনীসী মহাপ্রসাদগী মাহাত্ম্য খঙহন্নবনী। মহাপ্রসাদদি অস্পৃক য়াম্না শেংথ্রে হায়বর, দেশ-কাল-নচিংবনা শেংদ্রবসু মহাপ্রসাদদি মাংদে। সমাজদা চন্নবা নত্রগা শোক্-পন্ন-য়াদ্রবা মীতানা শোক্লবসু মহাপ্রসাদদি মাংদে। কবি হায়নী তুইগী শনথাক্ ওইরবা ফাওবদা মহাপ্রসাদ মাংদে। মহাপ্রসাদগী মাহাত্ম্য ( মগুণ-দি ) অস্পম তৌবনী। মহাপ্রসাদ সমাজগী বিধি-নিষেধগী ( হৌনে-তৌনদেগী ) বাংমদনী। শ্রীভগবানগী চীনখাম্ থেংনবা মরম্না চিন্ময় ওইরে হায়দুনা মহাপ্রসাদগী অসিগুম্বা মহিমা লৈরিবনী। কনা কনাগুম্বনা হায়—শ্রীজগন্নাথগী মহাপ্রসাদগী মরমতদা শীজন্নবা শ্লোকনী অসীসে : জগন্নাথগী মহাপ্রসাদগী মরমদদা দেশকালপাত্রগী বিচার তৌরোইদৌবনী—অতোপ্পা মহাপ্রসাদগী মরমদদি দেশ-নচিংবগী বিচার তৌগদবনী। মদু বিচার-য়াওবা বা নত্তে, নাতৈ-চাদবা বানী। শ্রীজগন্নাথনা চিন্ময় ভগবদ্বিগ্রহ ওইবগুম্ বৃন্দাবনগী শ্রীগোবিন্দ-গোপীনাথনচিংবা, নবদ্বীপকী শ্রীগৌরাঙ্গনচিংবা, নত্রগা কনা ভক্ত অমগী মন্দুমদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহনচিংবসু চিন্ময় ভগবদ্বিগ্রহ ওাক্তনী ; অদুগা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদগুম্না অতৈ বিগ্রহশিংগী প্রসাদসু চিন্ময় অমসুং পবিত্র ( অশেঙবা ) ওই অমসুং চপ্-মান্নবা মহিমা লৈবনী।

মরমসীনা জগন্নাথদগী নত্তনা অতোপ্পা ভগবদ্‌বিগ্রহগী প্রসাদগী মরমদসু দেশ-কাল পাত্রগী বিচার চৎনবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণপ্রসাদগী মরমদা দেশকাল পাত্রনচিংবগী বিচার তৌবা তারবদি মহাপ্রসাদবু অমসুং শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহবু থওইদবা তারে ; মরমসীনা অসিগুম্বা আচরণ দি অপরাধগী মশক্নী। সমাজগী বিধি-নিষেধনা ভক্তিগী মথক্তা লৈহল্লবদি অসিগুম্বা আচরণ চৎপা মখোয়না মহাপ্রসাদগী মহিমাবু ময়েং তাহনগদৌবগী হেৎনরে। অমূক কনা কনাগুম্বনা হায়—শ্রীক্ষেত্রদদি লক্ষ্মীদেবীনা লূক হৌয়ি ; মরমদুনা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদদি বিধি-নিষেধগী ৱাংমদা লৈ। হায়রিবা ৱাসিসু নাতৈ-চাদবনী অমসুং বিচার-য়াওদবনী। চাক-থোংবা-থোংবীগী থেন্নবা মতুং ইন্না থোংলিবা চাক্নী মগুণ থেন্নবদি য়াই। অদুবু চাক অদু শ্রীভগবান্না লৌরবদি- জগন্নাথ ওইনবু লৌরবসু, শ্রীকৃষ্ণরূপ ওইনা লৌরবসু, করিগুম্বা ধাম অমদা লৈবা বিগ্রহ ওইনা লৌরবসু, নত্রগা কনাগুম্বা ভক্তগী ময়ুমদা লৈবা বিগ্রহ ওইনা লৌরবসু, স্বরূপ অমদা হেক ওইরবসু, শ্রীভগবান্না অন্ন অদুবু লৌরবদি হেক লৌবা মতমদুদা মদু চিন্ময় অমসুং পরম পবিত্র ওইরবনী ; স্বরূপ তোঙান্‌-তোঙান্‌বদা ভগবান্‌ অদুমতা ওইবগুম্বা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা ভগবদ্‌বিগ্রহগী লূক্‌-থাক্‌ ওইনা মাহাত্ম্য-চপ-মান্নবা মহাপ্রসাদ অমতা ওইরিবনী ; লোইনমক চপমান্নবা দেশ-কাল পাত্রগী মরম ওইবা বিধি-নিষেধশিংগী ৱাংমদা লৈবনী। শ্রীক্ষেত্রদা লক্ষ্মীদেবীনা লূক হৌয়ি—ৱাসি য়ারবসু, লূক তৌবা লোয়রবা মতুংদা জগন্নাথগী সেবক মীনা লূক অদু চন্‌শল্লগা জগন্নাথগী মাঙদা থম্মী ; মীনা শোক্লে হায়দুনা শ্রীক্ষেত্রদা হৌরিবা লূক অদু ভোগ ওইবা য়াদে হায়না থক হায়দে, অদু ওইরবদি অতোপ্পা মফমদদি য়াদে করম হায়দৌরিবা ? শ্রীক্ষেত্র নত্তবা অতৈ মফম অমতদা লূক কৎলিবদো ভগবান্না লৌদে হায়বদি কনানসু হায়বা ঙম্লোই। অদু ওইরবোইদি অতৈ লমগী মহাপ্রসাদগী মগুন্না শ্রীক্ষেত্রগী মহাপ্রসাদগী গুণ-দগী হন্থে হায়বগী নাতৈ-চাবা মরম অমতা উবা ফংদে। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়—"কৃষ্ণের উচ্ছিষ্ট হয় মহাপ্রসাদ নাম॥ ৩।১৬।৫৪॥" স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী ওইবা রূপ খুদিংমক্কী উচ্ছিষ্টদি ( লূক্‌থাক্তি ) মহাপ্রসাদ-নী। মহাপ্রসাদগী খ্বাইগা মাম্মদবা মাহাত্ম্যগী মরমসু প্রভুনা খওজনবিরম্লে, থোংবগী বৈশিষ্ট্যনা (থোইদোকপা মতৌনা) মহাত্ম্যগী মরম নত্তে : কৎলিবা পোত্তুদা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত চঙভী হায়বগীদমক্তা মহাপ্রসাদদুগী অসী-

য়োবা মগুণ লৈরিবনী ॥ "এই দ্রব্য এত স্বাদু কাঁহা হৈতে আইল। কৃষ্ণের অধরামৃত ইহাঁ সঞ্চারিল ॥ ৩।১৬।৮৭॥ আস্বাদ দূরে রহু, যার গন্ধে মাতে মন। আপনা বিনু অন্য মাধুর্য্য করায় বিস্মারণ ॥ তাতে এই দ্রব্যে কৃষ্ণাধর স্পর্শ হইল। অধরের গুণ সব ইহাতে সঞ্চারিল ॥ ৩।১৬।১০৪-৫॥" "আপনা বিনু অন্য মাধুর্য্য করায় বিস্মারণ"—অসীদি ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণগী চীনবান্‌গী অমৃতগী মরমদা ব্রজগোপীশিংনা হায়বা বানী— "ইতর রাগ-বিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেঽধরামৃতম্ ॥"—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা। শ্রীজগন্নাথগা শ্রীকৃষ্ণগা থেন্নদে হায়দুনা মখোয়নীগী অধরামৃতগী মাহাত্মাদি চপ্ মান্নে ॥ অদুবু "মহাপ্রসাদে গোবিন্দে বৈষ্ণবে নামব্রহ্মণি। স্বল্পপুণ্যবতাং রাজন্ বিশ্বাসো নৈব বর্ত্ততে ॥" হায়না হায়রি।

মূল ২২২

দেখি আনন্দিত হৈল মহাপ্রভুর মন।
প্রেমাবিষ্ট হৈয়া প্রভু কৈলা আলিঙ্গন ॥ ২২২ ॥

**শব্দার্থ**

দেখি—উবগা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈল—ওইরম্মী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; মন—পুক্নীং ; প্রেমাবিষ্ট হৈয়া—প্রেমাবেশ ওইদুনা ; প্রভু কৈলা—প্রভুনা তৌবম্মী ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রসাদদা সার্ব্বভৌমগী শ্রদ্ধা (থাজবা অদু) উবগা প্রভুগী পুক্নীং নুংঙাইরম্মী। প্রভুনা প্রেমাবিষ্ট ওইদুনা সার্ব্বভৌমবু কোল্লম্মী।

**তৈনবোল**

মহাপ্রসাদদা লেঙদবা শ্রদ্ধা লৈবদি মহু শুদ্ধাভক্তিগী লক্ষণ অরাঙবনী ; সার্ব্বভৌমবু অরাঙবা থাক্‌সিদা লৈবা উবদুনা য়োনা নুংঙাইখি মহাপ্রভুদো।

মূল ২২৩

দুইজন ধরি দোঁহে করেন নর্ত্তন।
প্রভু-ভৃত্য দোঁহার স্পর্শে দোঁহার ফুলে মন ॥ ২২৩ ॥

## শব্দার্থ

দুইজন—মখোয় অনী ; ধরি—পায়রগা ; দোঁহে—অনীনা ; করেন—তৌয়ি ; নর্ত্তন—জগোই শাবা ; প্রভু-ভৃত্য—মপু-মনাই ; দোঁহার—অনীগী ; স্পর্শে—শোক্ক-শম্নবদা ; দোঁহার—অনীগী ; ফুলে—মকাফল্লম্মী ; মন—পূক্নীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপু-মনাই অনীনা কোন্নরগা জগোই শারম্মী । মখোয় অনী শোক্ক-শম্নবদা মখোয়নীমক্কী পূক্নীঙ মকা লাম্লম্মী ।

## মূল ২২৪

স্বেদ কম্প অশ্রু দোঁহে আনন্দে ভাসিলা ।

প্রেমাবিষ্ট হঞা প্রভু কহিতে লাগিলা ॥ ২২৪ ॥

## শব্দার্থ

স্বেদ—হুমাং ; কম্প—নীকৃপা ; অশ্রু—পিরাং ; দোঁহে—অনীনা ; আনন্দে—নুংঙাইবদা ; ভাসিলা—তাউরম্মী ; প্রেমাবিষ্ট—কৃষ্ণ-প্রেমদা লূপ্পা ; হঞা—ওইদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীনা জগোই শাদুনা কোন্নরগদা সাত্ত্বিক বিকার ওইরম্মী । হুমাং চেন্থরম্মী, থক্ থক্ নীক্লম্মী অদুগা পিরাং শিন্থরম্মী অমসুং নুংঙাইবদা তাউরম্মী । কৃষ্ণপ্রেমদা লূপ্লদুনা প্রভুনা রা হায়বা হৌরম্মী ।

## মূল ২২৫-২২৬

আজি মুঞি অনায়াসে জিনিনু ত্রিভুবন ।

আজি মুঞি করিনু বৈকুণ্ঠে আরোহণ ॥ ২২৫ ॥

আজি মোর পূর্ণ হৈল সর্ব্ব অভিলাষ ।

সার্ব্বভৌমের হৈল মহাপ্রসাদে বিশ্বাস ॥ ২২৬ ॥

## শব্দার্থ

আজি—ঙসী ; মুঞি—ঐ ; অনায়াসে—ঈলায়-লায়না ; জিনিনু—

জয় তৌরে ; ত্রিভুবন—মালেমগী অল্পম ; আজি—ঙসী ; মুঞি—ঐ ; করিনু—তৌরে ; বৈকুণ্ঠে—বৈকুণ্ঠদা ; আরোহণ—কাবা ; আজি—ঙসী ; মোর—ঐগী ; পূর্ণ—থুংবা ; হৈল—ওইরে ; সর্ব্ব—পুম্নমক ; অভিলাষ—নীঙবা ; সার্ব্বভৌমের—সার্ব্বভৌমগী ; হৈল—ওইরে ; মহাপ্রসাদে—মহাপ্রসাদদা ; বিশ্বাস—থাজবা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী ) ঙসী ঐহাক মালেমগী অল্পম জয় তৌরে । ঙসী ঐ বৈকুণ্ঠদা কারে । ঙসীদি ঐগী নীঙবা পুম্নমক থুংলে ; মরমদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রসাদবু থাজরে ।

## নৈনরোল

জগৎকী জীবশিংবু শুদ্ধাভক্তি লৌহনবা হায়বসি মহাপ্রভুনা নীংলম্বা অমনী ; সার্ব্বভৌমদি ভক্তি-বিরোধীনা কুতার্কিক নী ; অদুগা মহাক মায়াবাদ-অনী-শুদবা পণ্ডিত অমনী । মহাক্না হায়বা বাদো ময়াম-পুম্নমক্না কোক্‌-থোংনা য়াবম্মী । লৌকিক ময়াম্না য়াবা পণ্ডিত ওইরম্বা সার্ব্বভৌমনা শুদ্ধাভক্তিবু লৌবগনা মী অয়াম্বনা করিমত্তা য়েংপা লৌদবমখৈ শুদ্ধাভক্তিবু লৌবগনা ; মরমসিনা সার্ব্বভৌমবু প্রেম-ভক্তি লৌহনবদি অমরোমদা হায়রগা জগৎকী জীববু প্রেমভক্তি লৌহনবনী । মসীগী অথদা মহাপ্রভুনা "ঙসী ত্রিভুবন জয় তৌরে অদুগা বৈকুণ্ঠ ধাম ফংলে" হায়রম্বনী । বৈকুণ্ঠ ফংবদা হায়বগা জগৎকী জীববু প্রেমভক্তি লৌহনবদা হায়বগা অমতনী ; অদুবু সার্ব্বভৌমগী প্রেম-ভক্তি পোকপনীদা অরাবদু হায়বা ওইবে । কর্ণপূরনসু-হায়রম্মী—হান্নদি সার্ব্বভৌমদি মহাপ্রসাদ থক লৌদ্রমদে ।

মূল ঃ ২১৭

আজি নিষ্কপটে তুমি হৈলা কৃষ্ণাশ্রয় ।

কৃষ্ণ নিষ্কপটে হৈলা তোমারে সদয় ॥ ২১৭ ॥

## শব্দার্থ

আজি—ঙসী ; নিষ্কপটে—লৌথুপ্‌-লৌকোক্তবা লৈতনা ; তুমি—নহাক ; হৈলা—ওইরে ; কৃষ্ণাশ্রয়—কৃষ্ণনা চঙভফম ওইবা নহাক ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; নিষ্কপটে—পুকচেল শেংনা ; হৈলা—ওইরে ; তোমারে—নহাকপু মকমদা ; সদয়—থৌজানবীরা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—ঙসীদি পূকচেল শেংনা নহাক কৃষ্ণাশ্রয় (কৃষ্ণতনা চঙজফম ওইবা) হায়বদো ওইরে : অদুগা কৃষ্ণসু পূকচেল শেংনা নঙগী মফমদা থৌজানৈবা ওইবীরে।

## নৈনরোল

**নিষ্কপটে**—বেদধর্ম্ম প্রাতঃসন্ধ্যানচিংবা তৌদনমথে মহাপ্রসাদ চাথোক্পদুদা সার্ব্বভৌমগী তাং-য়াওদবা পূকচেল শেংবা মতৌ ওইরম্লে।

**কৃষ্ণাশ্রয়**—কৃষ্ণ তনা মাগী চঙজফম ( আশ্রয় ) ওইরবা মহাক। সার্ব্বভৌম হৌজিক্তি প্রভুগী কৃপানা কৃষ্ণদা শুদ্ধা-ভক্তি তৌরে।

**কৃষ্ণ নিষ্কপটে**—শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমভক্তি পীদতনা ভুক্তি-মুক্তিদমক পীরগা লীংথোক্কে নীঙলবসু মতমদুদা ভক্তদুগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী দয়াদো অদুম উংলবনী : অদুম্মদি ওইরগা দয়াদো কপট-দয়ানী ( পূকচেল-শেংদবনা তৌবা দয়া জাংনী ) মরমদি পীগদবা পোং ময়াম মরক্তা খ্বাইদগী হেনবা পোং প্রেমভক্তি হায়বদু কৃষ্ণ মানা পীদ্রে লোংতুনা থম্লে ; অসুম্মা লোংপসি পূকচেল-শেংদবা ( কপটতা ) অমনী। প্রেমভক্তি পীদ্রে হায়দুনা কৃষ্ণগী কৃপাবু মফমসীদা কপটতা-নী হায়ববুদি হায়রে, অদুবু তশেংবা হায়রগদি মসী কপটতা নত্তে ; কনাগুম্বনা পাম্লিবা পোংতু মঙোন্দা পীদতুনা পোংতুনী হায়শন্নতুনা অতোপ্পা পোং অমা পীরবদি কপটতা লৈরে হায়বা তাকয়ি। প্রেমভক্তি পাম্বা ভক্তদা কৃষ্ণনা প্রেমভক্তি পীদতুনা ভুক্তিমুক্তিদুদা পীরগা হায়রবা— মসী প্রেমভক্তিনী, অদু ওইরবদি মহাক্কী তশেংবা কপটতা লৈরে হায়বা তাক্য়ি। ভুক্তিমুক্তি ফংলগা পেল্লিবা মহাক্তুদি প্রেমভক্তি ফংবগী মতীক-চাদবনী ; মঙোন্দা প্রেমভক্তি পীদতুনা ভুক্তি-মুক্তি পীরগদি শেংনা হায়রবদা মতুনা কৃষ্ণগী কপটতা লৈরে হায়বা য়াদে ; মফমসীদা অওইবা কপটতাদি ভুক্তি-মুক্তি-পাম্বা ভক্তগীনী ; মরমদি ভজন (লাইসেবা নত্রগা লাইনীঙবা) করিনো হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিবু ( কৃষ্ণবু পেল্হন্‌ববু ) পাম্বা হায়ববু তাক্লিবনী ; অদুগা লন্নাই-ভুক্তি-মুক্তিগীদমক—প্রেমভক্তিগী-দমক্তা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিগীদমক্তা নত্তনা—কৃষ্ণভজন তৌবা মীগী ভজন-দি কপটতা-ঙাক্তগী ভজন-নী হায়বদা করিসু চিংননঙাই লৈতে ;

"কৈতব-আত্মবঞ্চনা। কৃষ্ণ কৃষ্ণভক্তি বিনা অন্য কামনা॥" ভক্তগী কপট-তাসী ভগবানগী কৃপা ঋমি তাবনা কৃপাদুবু কপটকৃপা-নী হায়রিবনী। নত্রগা, পরমকরুণ ওইবা ভগবান্না কপট-ভক্তদুদস্তু প্রেমভক্তি য়াম্না পীনীঙ-বনী ; অদুবু ভক্তগী ভজন-দু কপটতানা থল্লী হায়দুনা—প্রেমভক্তি লৌবদা ভক্তদু মতীক চাদে হায়দুনা - ভগবান্না ভক্তদুদা প্রেমভক্তি পীদবনী। ভক্ত-দুদা প্রেমভক্তিদু উহল্লগা মহাক্না মদু পীয়ু হায়বস্তু ময়াই, অদুবু মহাক্তি প্রেমভক্তিগীদমক মতীক চাদবনীনা মদু মহাক্না থমজবা ঙমজরোই ; মরমদুনা ভগবান্না কপটভক্তদুগী মফমদা প্রেমভক্তি লোৎলী হায়দুনা মাগী কৃপাদুব কপট-কৃপা কৌবা য়াই। অদুব সার্ব্বভৌমদি কপট নৎলমদ্রে—মহাক ভুক্তি-মুক্তি পামদ্রে, সংসারদা মান-সম্মান মিংচৎ পামদ্রে ; মদু পাম্লবোইদি সন্ন্যাসীশিংগী ফাওবা গুরু-ওইবা প্রামাণিক ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা ওইরগা স্নান-সন্ধ্যা তৌদদুনা—করি হায়নী প্রাতঃকৃত্য ফাওবা তৌদবমখৈ মহাপ্রসাদ অদু চারম্লোইদৌবনী : অদুগুম্বা আচরণা মহাক্কী ময়েং তাগনী হায়বগী রাখল ফাওবা লৈরমদে। মহাক্না শুদ্ধাভক্তি পাম্মী, কৃষ্ণগী নুংঙাইরগা লোইরে হায়বা ভজন মতাদু মহাক্কী ভজন-নী, অদুনা মাগী ভজনদি নিষ্কপটনী - পূকচেল শেংনা তৌবনী ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণস্তু মাগী পুক্কৈদা লৈরম্বা থ্বাইদগী তেনবা পোৎ প্রেমভক্তি হায়বদো নিষ্কপট ওইনা মঙোন্দা পীরম্মী, করিমতা লোৎলমদ্রে।

মূল ২১৮

আজি যে খণ্ডিল তোমার দেহাদিবন্ধন।

আজি ছিন্ন কৈলে তুমি মায়ার বন্ধন॥ ২১৮॥

শব্দার্থ

আজি যে- ঙসীদি ; খণ্ডিল--কক্খরে ; তোমার— নহাক্কী ; দেহাদি বন্ধন—হক্চাঙনচিংবগী অফা-অপূন্ ; আজি ঙসী ; ছিন্ন কৈলে—থদৎলে ; তুমি— নঙ ; মায়ার বন্ধন - মায়াগী অফা-অপূন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী) - ঙসীদি নঙগী হক্চাঙনচিংবগী অফা-অপূন্ কোক্-খরে। ঙসী তৎখরে নঙগী মায়ালাংদা থুরম্বদো।

## মৈমরোল

প্রভুনা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণমা নঙব চান্‌বিবদগী ভগবৎতত্ত্ব করিমো হায়বদো মঙোন্দা ফাওরক্লে ; মরম্মসীনা দেহবু 'আত্মামী হায়বা নঙগী বুদ্ধি অমসুং আত্মাবু দেহনী হায়বা বুদ্ধি কোক্লবা মরম্মা মখল পুম্নমক্কী বন্ধন কোক্‌খরে। দেহনচিংবর আত্মানী হায়না লৌবগী কারণ লি অবিদ্যা হায়নদি মায়ানী ; ভগবান্‌গী কৃপানা ভগবৎতত্ত্ব ফাওরক্‌পনা অমসুং অকপট ওইনা ( লৌখ্রপ লৌকোই লৈত্তনা ) ভগবান্দা নছাবু কৎথোক্‌চবনা ঙসীদি নঙগী মায়ালাং তৎখরে—"মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে।" গীতা ৭।১৪॥" পয়ারসীদা হায়বিবা বাগী প্রমাণদি মখাগী শ্লোকসীনি।

### মূল ২২৯

আজি কৃষ্ণপ্রাপ্তিযোগ্য হৈল তোমার মন।
বেদধর্ম্ম লঙ্ঘি কৈলে প্রসাদভক্ষণ ॥ ২২৯ ॥

### শব্দার্থ

আজি—ঙসী ; কৃষ্ণপ্রাপ্তিযোগ্য – কৃষ্ণ ফংবগী মতীক চাবা ; হৈল—ওইরে ; তোমার —নঙগী ; মন—পুক্নীঙ ; বেদধর্ম্ম বেদনা হায়বা আচার-ধর্ম্ম ; লঙ্ঘি— লংখায়ত্ত্বনা ; কৈলে- তৌরে ; প্রসাদভক্ষণ—প্রসাদ-চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙসীদি নঙগী মন অদু কৃষ্ণ ফংবগীদমক মতীক চারে। মরমদি বেদনা তাক্‌পা আচারধর্ম্ম লংখায়ত্ত্বনা জগন্নাথগী মহাপ্রসাদ চারে নহাক।

## মৈনরোল

আজি কৃষ্ণপ্রাপ্তিযোগ্য-নচিংব, কৃষ্ণগী কৃপানা মায়াগী বন্ধন (অফা-অপূন্) তৎলবা মরম্মা অমসুং হৃদিদা শ্রদ্ধাভক্তি কাওরক্লবনীনা নঙগী মন অদু হৌজিক্তি য়াম্না শেংবা (পবিত্র ওইবা) ফীভমদা লৈরে ; মবমত্তনা নঙগী মন অদু কৃষ্ণ ফংবগীদমক মতীক-চাবা ওইরে।

বেদধর্ম্ম লঙ্ঘি—স্নান-সন্ধ্যা তৌদ্রিঙৈদা চাবদি বেদধর্ম্মনা য়াদে। য়াদবগী মিয়ম্ব সার্ব্বভৌমনা থুগায়রে ; মসীনা তাক্‌পদি মহাক কৃষ্ণতদা নিষ্ঠা থম্মে হায়বত্তু প্রমাণ ওইরে অসীনী : শ্রীকৃষ্ণদা অস্যমা অমত্তা-ভায়বা

নিষ্ঠা পোক্পা মতমদা ভক্তশী মন অড় কৃষ্ণ ফংবগী যোগ্যতা (মতীক চাবা) ফংবা য়ারবনী। শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমনা বিচার তৌনা বেদধর্ম্ম লংখায়বা নত্তে। শুদ্ধাভক্তিগী কৃপানা শ্রীকৃষ্ণদা অমতা-ঙাইবা নিষ্ঠাগী (লৈইশনবগী) ফল ওইনা মানা বেদবিধি থাদোক্পড় স্বতঃস্ফূর্ত (মথন্তমক ফোং ফাওরক্পা) ওইখবনী।

## শ্লোক ১৩০

তথাপি (ভাঃ ২/৭/৪২)—

যেষাং স এব ভগবান্ দয়য়েদনন্তঃ
সর্ব্বাত্মনাশ্রিতপদো যদি নির্ব্ব্যলীকম্ ।
তে দুস্তরামতিতরন্তি চ দেবমায়াং
নৈষাং মমাহমিতি ধীঃ শ্বশৃগালভক্ষ্যে ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

যেষাং—মখোয়গী ; সঃ এব—মহাক্তক ; ভগবান্—ভগবান্না ; দয়য়েৎ—দয়া তৌবা ; অনন্তঃ—অনন্ত ; সর্ব্বাত্মনা—মচা পূম্নমক্না ; আশ্রিতপদঃ—(ভগবান্দা) কৎথোক্লবা ; যদি—যদি ; নির্ব্ব্যলীকম্—লৌথুপ লৌকোইবা তোক্লনা ; তে—মখোয়দি ; দুস্তরাম্—লান্থোক্পদা রানঙাই ওইরবা ; অতিতরন্তি—লান্থোক্নি ; চ—অমসুং ; দেবমায়াং—দেবমায়াদ্ ; ন—নত্তে ; এষাং—মখোয়গী ; মম-অহম্ ইতি—ঐগী-ঐ হায়বনচিংবা ; ধীঃ—বুদ্ধি ; শ্ব—হুই ; শৃগাল—লমহুই ; ভক্ষ্যে—চাগাদৌরিবা (শ্ব-শৃগাল ভক্ষ্যে—হুই অমসুং লমহুইনা চাগাদৌরিবা হকচাংদা)।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা নারদদা হায়রম্মী—ভগবান্ অনন্তপুনা কৃপা তৌরিবা মখোয়পুনা লৌথুপ-লৌকোইদ্রবা লৈতনা (অকপট ওইনা) মহাক্কী খুয়াখাদা পূন্‌চঙ চঙজর-বদি মখোয়না লানবদা রানঙাই-ওইবা দেবী মায়াবু লান্থোক্পা ঙমগনী অমসুং ভগবংতত্ত্ব খঙবস্তু ঙমগনী, মহুমতুদা হুইগা লমহুইগগী চানঙাই ওইবা দেহসী 'ঐনী' অমসুং 'ঐগীনী' হায়বনচিংবা মওংগী বুদ্ধি পোল্লরোই।

## নেনরোল

শ্রীমদভাগবতমদা নৈনরিবা শ্লোকসীগী মমাঙদা হায়রি—"হে নারদ !

নঙগী মাঙদা পোক্খিবা মুনিশিং অমস্তুং স্বয়ং ব্রহ্মা ঐনা ভগবান্গী মায়া-শক্তিগী অন্ত খঙবা ঙমদে। কোক-লীশীঙ লোঙবা অনন্তদেবস্তু ভগবান্গী গুণ শোন্দুনা লোইফম (অন্ত) খঙদে।" রাসী নাকোঙনা তারগা মীয়ামগী পুক্নীঙদা রা অমা হংনীঙবা য়াই, মতুদি—মতু খঙবা ঙমদ্রবোইদি করম্না মীশিংনা মায়া লান্থোক্পা ঙমগনী ? মতুগী পাউখুমদা—"যেষাং স এব ভগবান্" অসিনচিংবা—ভগবান্দুনা কৃপা পীরবা মখোয়তুনা মায়া লান্থোকপা ঙমগনী অতৈনদি ঙম্লোই হায়রিবনী। নুমীৎনা মফম থৃদিংদা মঙাল য়েনবগুম্ ভগবান্সু জীব পুম্নমক্তা চপ্ নাম্লনা মাগী কৃপাতু য়েল্লী ; মরমদি ভগবান্দি মীচঙ-মীখায় নাইদে, জীবনা অরান্-খুভম ফংবসী মহাক্না থোইদোক্না ফংহন্নীঙঙী—"লোক নিস্তারিব এই ঈশ্বর স্বভাব॥৩।২।৫॥" অতু ওইরবদি জীব পুম্নমক মায়াসমুদ্র লান্থোক্পা ঙমদবা তাই ; লোইন-মক্তি লান্থোক্পা ঙম্লোই ; ভগবান্গী কৃপা ফংবা মীওশিংনা লৌথুপ্-লৌকোই লৈতনা মছা মছাবু ভগবান্গী খুয়া-খাদা কখোক্লবদি মখোয়তুদনা মায়ালাংদগী নান্থোক্পা ঙম্গনী।

মায়া-ঈপাক লানবা তারগাদি পোংলম অনী চঙঙী—অহান্বদা ভগবান্গী দয়া, অনীশুবদা ভগবান্গী খুয়াখাদা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা আত্মসমর্পণ (ইছা-ইচাবু কখোক্পা) তৌবা। ভগবান্গী দয়া নত্তনদি জীবনা আত্মসমর্পণ তৌবগী মতীক-চাবা ওইবা ঙম্লোই। হন্দক্কী দয়াসীদি নুমীৎকী মঙাল য়েনবগুম্ মীচং-মাখায় নাইদবা মওংদা মফম পুম্নমক্ থুংনা য়েল্লিবা দয়া মতাতু নত্তে ; দয়া মতাতুনা আত্মসমর্পণ তৌবা ঙম্হল্লবদি মী পুম্নমক আত্মসমর্পণ তৌগদবনী অতুগা মী পুম্নমক্ মায়া কোক্পা ঙমগ-দবনী। জীবনা আত্মসমর্পণ তৌবা ঙম্নবগী দয়াদি ভক্তগা তিন্নরগা অহানবা ওইনা ফোঙলকৃয়ি। মহৎকৃপা (ভক্তগী কৃপা) ওইনা ভগবৎ-কৃপাতু অহান্বদা কনাগুম্ববু ফংহল্লবা, অতু ওইরবদি মহাত্মনা ভগবান্গী খুয়াখাদা মছাবু কখোক্পা ঙমজে : মরমতুনা নৈনরিবা শ্লোকসীগী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্তীনা হায়রম্মী মতুদি—"কেন লক্ষণেন তস্য দয়া জ্ঞাতব্যেত্যত আহ সর্ব্বাত্মনা জ্ঞানকর্ম্মাদি নিরপেক্ষতয়া নির্ব্যলীকং নিষ্কপটং নিষ্কামমিতি যাবৎ।—ভগবান্গী দয়া ওইরে হায়বসে করম্বা লক্ষণনা খঙবা য়াগনী ? মতুগী পাউখুমদা হায়রি—নিষ্কপট ওইনা অমসুং জ্ঞানকর্ম্মনচিংববু থোৗশা-দ্রবা ওইনা থবাই পুঙলুপ্ লুপ্না ভগবান্গী চরণ-আশ্রয়গীদমক হোৎনরবদি

মতুনা ভগবৎ-কৃপা ওইরে হায়বা খঙগনী।" ভগবৎ-কৃপাসু কনাগুম্বা মহৎ অমগী থোঙদা মহৎকৃপা ওইনা কনাগুম্বা অমত্তু পেনবিরবা মতমদা কৃপাতুগী ময়াইনা লাইবক্ফরবা মহাক অতুনা পৃক্কীঙ শেংনা থরাই মঙা যাওনা ভগবানগী থুয়া খাদা মহাক্ন কাখৎকচনবা হোৎনবা ঙমগনী ; মতৌ অসুম্না কনাগুম্বনা মহাক্ন কখৎক্রবা তোংনজরি হায়বত্তু উবা মতমদা মাবু ভগবান্না কৃপা তৌবিরে হায়না খঙগদবনী। আত্মসমর্পণগীদমক হোৎনরগা জীবনা আত্মসমর্পণগীদমক যোগ্যতা ফংভী—হোৎনবসীদি করিনো হায়বদা শ্রবণ-কীর্ত্তন-চিংবা ভজন অতুনী। ভজনগী মতেঙনা চিত্তগী অমোংপা পৃম্নমক কোক্লবদা জীবনা ভগবচ্চরণ খাদা মঙং পৃম্বদা আত্মসমর্পণ তৌবা ঙমগনী। মতৌ অসুম্না আত্মসমর্পণ তৌবা ঙম্লবদি লান্বদা রানঙাই ওইবা মায়াদগী লান্থোক্পা ঙমগনী। শ্লোকসিদা **অতিতরন্তি চ দেবমায়াং** হায়বা বাকাসিদা যাওবিবা চকার সীনা করি তাকপগে হায়নবা শ্রীচক্রবর্ত্তীপাদনা ( অমসুং শ্রীজীবগোস্বামীসু ) হায়রম্মী—ভগবানগী কৃপানা ভগবৎ-চরণ-খাদা আত্মসমর্পণ তৌরবা মখোয়সু-দি মায়াসু লান্থোক্লে, অতুদগী হেন্দোক্না ভগবানগী ভক্তসু খঙব, ঙম্লে মসীনা চকারনা তাক্লিবা। মায়া লান্থোক্লে হায়বদি করি লক্কল্লা থঙব, ঙমগনা ? মসীগী পাউথুমদা হায়রি—এবাং শ্বশৃগালভক্ষ্য-অসিনচিংবা—তুঙ্গ অমসুং লমহুয়গী-চীনজাক ওইগদবা মায়িক দেহ অসিদা **ঐ**গী অমসুং **ঐ**গীনী হায়না মখোয়না হায়ররোয়। মখোয়দি দেহ অমসুং দেহগী ওইবা পোৎ অমতদা আসক্তি ( পাম্শন্বা ) থম্নরোই।

সমাংথংবা পযর ১২৮-১২৯ শুবগী পমাঙ্গী শ্লোকসি, সার্ব্বভৌম-ভট্টাচার্য্য কপটতা লৈতনা ভগবৎ চরণ খাদা চঙজখরে ( আশ্রয় লৌখরে ) ; ভগবানসু কপটতা য়াওদবমখৈ মহাকপু কৃপা তৌবিরগা মাগী দেহনচিংবগী বন্ধন থদংপীরগা মহাকপু কৃষ্ণ ফংবগী মতীকচাবা ( যোগ্য ) ওইহনবীরে।

মূল ২৩১

এত কহি মহাপ্রভু আইলা নিজস্থানে।
সেই হৈতে ভট্টাচার্য্যের খণ্ডিল অভিমানে॥ ২৩১ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসুক ; কহি—হায়তুনা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুদো ; আইলা—

লেঙ্ঙকখি ; নিজস্থানে—লম্নাই মফমদা (শঙ্গাইদা) ; সেই হৈতে—মতুদগী ; ভট্টাচার্য্যের - ভট্টাচার্য্যগী ; খণ্ডিল—কোকৃখি ; অভিমানে—নাপল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রা অশীথক হায়রগা মহাপ্রভুদো লম্নাই মফমদা লেঙ্ঙকখি। মতম-তুরগী ভট্টাচার্য্যগী নাপল কোকৃখি।

ঐনরোল

সেই হৈতে - স্নান সন্ধ্যা তৌদবমখে সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রসাদ চাখিবা হুমিংতুদগী। হুমীং অতুদা সার্ব্বভৌমবু প্রভুনা প্রেমাবিষ্ট ওইনা আলিঙ্গন তৌখি। আলিঙ্গন তৌবনী হায়শন্নরগা প্রভুনা মহাকপু মপুঙফানা কৃপা তৌবিখি : কৃপাসীগী মাপান্না ঐদি জ্ঞানীনী, ঐদি পণ্ডিতনী হায়ব-নচিংবা নাপলদু কোকৃখি।

মূল ২৩২

চৈতন্যচরণ বিনে নাহি জানে আন।
ভক্তি বিনু শাস্ত্রের না করে ব্যাখ্যান ॥ ২৩২ ॥

শব্দার্থ

চৈতন্যচরণ—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী খোঙ ; বিনে নত্তনা ; নাহি জানে—খঙদে ; আন - অতৈ ; ভক্তিবিনু—ভক্তি নত্তনা ; শাস্ত্রের শাস্ত্রগী ; না করে - তৌদে ; ব্যাখ্যান – ব্যাখ্যা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমদো শ্রীচৈতন্যগী চরণ নত্তনা অতৈ অমা খঙলমদ্রে। ভক্তিদা পুশনবা ব্যাখ্যা নত্তনা শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা তৌখিদ্রে।

মূল ২৩৩

গোপীনাথাচার্য্য তাঁর বৈষ্ণবতা দেখিয়া।
হরি হরি বলি নাচে করতালি দিয়া ॥ ২৩৩ ॥

শব্দার্থ

গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্য ; তাঁর—মহাক্কী (সার্ব্বভৌমগী) ; বৈষ্ণবতা—বৈষ্ণব ওইবগী মতৌ ; দেখিয়া— উবদা ; হরি হরি বলি—হরি হরি হায়দুনা ; নাচে—জগোই শাই ; করতালি দিয়া—খুবাক খুজুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা সার্ব্বভৌমগী বৈষ্ণব ওইবগী মতৌ উবদা 'হরি হরি' শোন্দুনা খুবাক থুরগা জগোই শাখি।

মূল ১৩৪

আরদিন ভট্টাচার্য্য চলিলা দর্শনে।

জগন্নাথ না দেখি আইলা প্রভু-স্থানে ॥ ১৩৪ ॥

শব্দাৰ্থ

আরদিন — অতোপ্পা নুমীৎ অমদা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ; চলিলা— চৎলম্মী ; দর্শনে — শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথবু ; না দেখি—দর্শন তৌদনা ; আইলা — লাকখি ; প্রভু স্থানে—প্রভুগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা নুমীৎ অমদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবা চৎলম্মী। শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌদনা প্রভুগী নাক্তা লাকখি।

মূল ১৩৫

দণ্ডবৎ করি কৈল বহুবিধ স্তুতি।

দৈন্য করি কহে নিজ পূর্ব্ব দুর্ম্মতি ॥ ১৩৫ ॥

শব্দার্থ

দণ্ডবৎ করি — দণ্ডবৎ তৌরগা ; কৈল — তৌখি ; বহুবিধ — মখল ময়ামগী ; স্তুতি—স্তব ; দৈন্য — নোংখ্রবা, তোঙ্গবা ; করি—উৎতুনা ; কহে —হায়রম্মী ; নিজ — মশাগী ; পূর্ব্ব —হান্নগী ; দুর্ম্মতি—শোরান্নবা বুদ্ধি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দণ্ডবৎ তৌদুনা থৃকশুগা সার্ব্বভৌমনা মখল ময়ামগী স্তুতি তৌখি। অদুগা তোঙ্গবা উৎতুনা ( ভক্তিগী য়াদবগী ) শোরান্নবা বাখল হান্নগীদুগী মরমদা থাক্তবমথৈ হায়বম্মী।

তৈবনবোল

প্রভুগী কৃপা ফংদ্রিবৈগী মমাংদা শাস্ত্রগী বাখা তৌবদা ভক্তিবু য়াদবা বা ভাক্তো হায়বা অদুগা ভক্তিগী বিরুদ্ধদা তর্কনচিংবা তৌখিবা, মদু পুম্মমক্তো হৌজিক প্রভুগী মফমদা তেংতেংনা ভূক্তখি।

মূল ২৩৬

ভক্তি সাধন-শ্রেষ্ঠ শুনিতে হৈল মন।
প্রভু উপদেশ কৈল— নামসঙ্কীর্ত্তন ॥ ২৩৬ ॥

শব্দার্থ

ভক্তি সাধন-শ্রেষ্ঠ সাধন-ভক্তিগী মনূঙদা খ্বাইদগী হেন্‌বা অঙ্গ ; শুনিতে—তাননবা ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নীঙ ; প্রভু -প্রভুনা ; উপদেশ—পাওতাক ; কৈল—পীখি ; নাম-সঙ্কীর্ত্তন - হরিগী মিংলেন শোনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধনভক্তিগী খ্বাইদগী হেন্‌বা অঙ্গ করিনো হায়নদে। সার্ব্বভৌমনা তানীঙলম্মী। অদুদা প্রভুনা তাক্‌পীখি - খ্বাইদগী হেন্‌বা সাধনভক্তিগী অঙ্গদি হরিনাম শোনবনী।

নৈনরোল

**ভক্তি সাধন-শ্রেষ্ঠ**—সাধনভক্তিগী মনূঙদা পুঙহেন্-হেন্‌বা অঙ্গ। স্মরণ ( নীঙশীঙবা ) কীর্ত্তন ( শোন্-শক্‌পা )—অসিনচিংবা সাধন ভক্তিগী অঙ্গ মখলশিংগী মনুঙদা পুঙহেন্-হেন্‌বা অঙ্গদি নাম-সঙ্কীর্ত্তন হায়বসীনী হায়না প্রভুনা তাক্‌পীখি।

মূল ২৩৭

তথাহি বৃহন্নারদীয় পুরাণে ( ৩৮/১২৬ ) -

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥ ২৩৭ ॥

শ্লোকসীগী শব্দার্থ-মচিংবদি ১/৭/৭৬ শ্লোক অমসুং ১/১৭/২১ শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

মূল ২৩৮

এই শ্লোকের অর্থ শুনাইল করিয়া বিস্তার।
শুনি ভট্টাচার্য্য মনে হৈল চমৎকার ॥ ২৩৮ ॥

### শব্দার্থ

এই শ্লোকের - শ্লোকসিগী ; অর্থ শুনাইল—অর্থ মনাকোঙদা তাকহনখি ; করিয়া বিস্তার—শন্দোক্না ; শুনি --তারগা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; মনে—পুক্নীঙদা ; হৈল-- ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( হরেনাম-নচিংবা ) শ্লোকসিগী অর্থত্তু ( সার্ব্বভৌমদা ) শন্দোক্না তাহনখি । অর্থত্তু তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মপুক্নীঙদা ঙকখি ।

### নৈনরোল

শ্লোকসিগী অথংচি ১/১৭/২২-২৪ পয়ার অমসুং মখোয়গী টীকা য়েংবিয়ু ।

### মূল ১৩৯

গোপীনাথাচার্য্য বোলে - আমি পূর্ব্বে যে কহিল ।
শুন ভট্টাচার্য্য তোমার সেইত হইল ॥ ১৩৯ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথাচার্য্য বোলে --গোপীনাথাচার্য্যনা হায় : আমি—ঐনা ; পূর্ব্বে --মমাঙৈঙদা ; যে কহিল—হায়খিবদো ; শুন ভট্টাচার্য্য—তাও ভট্টাচার্য্য ; তোমার - নঙগী ; সেইত অত্তুমক ; হইল—ওইরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যনা হায়—হে ভট্টাচার্য্য তাউনে, ঐনা মমাঙৈঙদা হায়খিবদো অত্তুমক নঙগী থোক্লরে ।

### নৈনরোল

পরিচ্ছেদসিমক্তদা য়াওবা—ঈশ্বরের কৃপা-লেশ হয় ত যাহারে । সেইত ঈশ্বরতত্ত্ব জানিবারে পারে ॥২।৬।৮৬ অমসুং তোমার উপরে তাঁর কৃপা যবে হবে । এ সব সিদ্ধান্ত তবে তুমিহ কহিবে ॥ ২।৬।১০৫—উক্তি অনীসিনী গোপীনাথনা সার্ব্বভৌমদা হায়খিবা ।

### মূল ১৪০

ভট্টাচার্য্য কহে তাঁরে করি নমস্কারে ।
তোমার সম্বন্ধে প্রভু কৃপা কৈল মোরে ॥ ১৪০ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; তাঁরে—মহাক্তাগী (গোপীনাথ আচার্য্যদা) ; করি—তৌদুনা ; নমস্কার—খুরুম্বা ; তোমার—নঙগী ; সম্বন্ধে—মরিদা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৃপা কৈল—কৃপা তৌখিরে ; মোরে—ঐবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মহাক্তাগী খুরুম্নগা খুম্নমী — নঙগী মরিদগী প্রভুনা ঐবু কৃপা তৌবিরে ।

### নৈনরোল

**তোমার সম্বন্ধে** নঙবু প্রভুনা কৃপা য়াম্না তৌবা, অদুগা ঐসে নঙগী সম্বন্ধী থোকয়ি হায়দুনা প্রভুনা ঐবু কৃপা তৌবীবনি । মসিবদি ঐমক্তি প্রভুগী কৃপা ফংবদা মশীক চাবা নত্তে । মসিগী, **তোমার সম্বন্ধে** - নঙগী কৃপাগা ঐগা সম্বন্ধ লৈনৈ হায়দুনা ; নঙনা ঐবু কৃপা তৌবিরে হায়দুনা (প্রভুনা ঐবু চানবিবনী) ।

মূল ১৯১

তুমি মহাভাগবত, আমি তর্ক-অন্ধে ।

প্রভু কৃপা কৈল মোরে তোমার সম্বন্ধে ॥ ১৯১ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নহাক ; মহাভাগবত—মহাভক্তনী , আমি—ঐনা ; তর্কঅন্ধে—তর্কনা মীৎ তাঙবনী ; প্রভু—প্রভুনা ; কৃপা কৈল—কৃপা তৌখিরে ; মোরে—ঐবু ; তোমার সম্বন্ধে—নঙগা সম্বন্ধ লৈবনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা মথা ফাথরমী—নঙদি মহাভক্তনী, অদুগা ঐনা তর্ক ভৌমন্বনা মীৎ তাঙলবনী হায়বদি অওইবা লক্ষা অদু উত্রবনী । অদুবু নঙগা সম্বন্ধ লৈবদগী প্রভুনা ঐবু কৃপা তৌখিবে ।

### নৈনরোল

ভক্তগা মরী মচেৎ অমত্তং লৈরুবদা মদুগুম্বা মীবু ভগবাম্না কৃপা তৌবী হায়বসী কুলীনগ্রামীশিংদা শ্রীমন্মহাপ্রভুম্না হায়খিবা বাক্যনা প্রমাণী ।

কুলীনগ্রামগী শ্রীগুণরাজখান-না মহাক্কী "শ্রীকৃষ্ণবিজয়"—কৌবা গ্রন্থদা ইরম্মী—"নন্দের নন্দন কৃষ্ণ মোর প্রাণনাথ—নন্দগী মপারি শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী থরাই-মপুনী।" শ্রীমন্মহাপ্রভুনা গুণরাজখানগী উক্তিসি পল্লতুনা হায়রম্মী—"এই বাক্যে বিকাইনু তাঁর বংশের নাথ ॥ তোমার কা কথা, তোমার গ্রামের কুক্কুর। সেহ মোর প্রিয় অন্য জন রহু দূর ॥ ২।১৫।১০২—১০৩ ॥" অতোপ্পা মফমদা অমুকস্সু হায়রি—"কুলীনগ্রামীর ভাগ্য কহন না যায়। শূকর চরায় ডোম সেহ কৃষ্ণ গায় ॥ ১।১০।৮৩ ॥" শ্রীপাদ সার্ব্বভৌমস্সু মফম অসিদা শ্রীপাদগোপীনাথ আচার্য্যদা হায়রম্মী—"নঙ মহাভাগবত-নী, নঙগা সম্বন্ধ লৈ হায়দুনা প্রভুনা ঐব কৃপা তৌবিবনী।"

## মূল ১৪২

বিনয় শুনি তুষ্ট প্রভু কৈল আলিঙ্গন।
কহিল—যাঞা করহ জগন্নাথ দরশন ॥ ১৪২ ॥

## শব্দার্থ

বিনয় নোল্লুকপা, শুনি তারগা; তুষ্ট পেল্লহুনা; প্রভু—প্রভুনা; কৈল তৌখি; আলিঙ্গন—কোন্‌বা; কহিল—হায়রম্মী; যাঞা—চৎলগা; করহ—তৌরু, জগন্নাথ দরশন—জগন্নাথ দর্শন।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী নোল্লুকপা নংবা হৌনখৎনা (শিষ্টাচার) মতৌগী ৱাহৈ তারগা পেল্লহুনা প্রভুনা মাবু কোল্লম্মী। অদুদগী প্রভুনা হায়রম্মী—চৎলগা জগন্নাথ দর্শন তৌরু।

## মূল ১৪৩

জগদানন্দ দামোদর দুই সঙ্গে লঞা।
ঘরে আইলা ভট্টাচার্য্য জগন্নাথ দেখিয়া ॥ ১৪৩ ॥

## শব্দার্থ

জগদানন্দ—জগদানন্দ; দামোদর—দামোদর; দুই—অনীবু; সঙ্গে—লোয়নননা; লঞা—পুদুনা; ঘরে—য়ুমদা; আইলা—লাক্‌খি; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা; জগন্নাথ দেখিয়া—জগন্নাথ দর্শন তৌরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগদানন্দ অমসুং শ্রীদামোদর অনীবু লোয়ননা পুরগা শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্যনা জগন্নাথ দর্শন তৌরগা য়ুমদা হল্লক্‌খি।

## মূল ২৪৪

উত্তম-উত্তম প্রসাদ বহুত আনিলা।

নিজ-বিপ্র-হাতে দুইজনা সঙ্গে দিলা ॥ ১৪৪ ॥

### শব্দার্থ

উত্তম-উত্তম—অথোই-অথোইবা ; প্রসাদ—প্রসাদী ; বহুত—য়াম্না ; আনিলা—পুরক্‌খি ; নিজ—মছাগী ; বিপ্র—বামোনগী ; হাতে—খুত্তা ; দুইজনা সঙ্গে—মী অনীগা ( জগদানন্দ অমসুং দামোদরগা ) লোয়ননা ; দিলা—পীখিরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অথোই-অথোইবা প্রসাদ য়াম্না পুরক্‌খি (সার্ব্বভৌমনা)। মরম্নাই বামোনগী মখুত্তা মী অনীগা ( হায়বদি জগদানন্দ অমসুং দামোদবগা ) লোয়ননা প্রসাদ থারম্মী।

## মূল ১৪৫

নিজ দুই শ্লোক লিখি এক তালপাতে।

'প্রভুকে দিহ' বলি দিল জগদানন্দ-হাথে ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

নিজ—মছাগী ; দুই শ্লোক—অনী ; লিখি—ইড়না ; এক তালপাতে—কোণা মনা অমদা ; প্রভুকে দিহ—প্রভুদা পীয়ু ; বলি—হায়দুনা ; দিল—পীরম্মী ; জগদানন্দ-হাথে—জগদানন্দগী খুত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছাগী শ্লোক অনী কোণামনা অমদা ইরগা "প্রভুদা পীয়ু" হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা জগদানন্দগী খুত্তা পীরম্মী।

## মূল ২৪৬

প্রভুস্থানে আইলা দোঁহে প্রসাদ-পত্রী লঞা।

মুকুন্দদত্ত পত্রী নিল তার হাতে পাঞা ॥ ২৪৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুস্থানে—প্রভুগী নাক্তা ; আইলা—লাকৃখি ; দোঁহে—অনীনা : ( জগদানন্দ অমস্যুং দামোদরনা ) ; প্রসাদ-পত্রী—প্রসাদ অমস্যুং পত্রী হায়বদি শ্লোক-অনী ইবা কোণামনাহুগা ; মুকুন্দদত্ত—মুকুন্দদত্তনা ; পত্রী —শ্লোক-ইবা কোণামনাদো ; দিল—লৌশিল্লম্মী ; তার—মহাক্কী (জগদানন্দগী) ; হাতে—মখুত্তগী ; পাঞা—ফংহুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীনা ( জগদানন্দগা দামোদরগা ) প্রভুগী নাক্তা প্রসাদীগা কোণামনাগী পত্রীদা পুহুনা লাক্লম্মী। মুকুন্দদত্তনা জগদানন্দগী মখুত্তগী পত্রীহু ফংহুনা লৌশিল্লম্মী।

### মূল ১৪৭

দুই শ্লোক বাহির-ভিতে লিখিয়া রাখিল।
তবে জগদানন্দ পত্রী প্রভুরে লঞা দিল ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

দুই শ্লোক—শ্লোক অনীদো ; বাহির—মপান্গী ; ভিতে—ফল্লাঙদা ; লিখিয়া—ইতুনা ; রাখিল—থনম্মী ; তবে—অতুদগী ; জগদানন্দ—জগদানন্দনা ; পত্রী—পত্রীহু ; প্রভুরে—প্রভুদা ; লঞা—পুহুনা ; দিল—পীকরে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুন্দ দত্তনা শ্লোক অনীদো মপান্গী ফল্লাঙদা ইতুনা থমজিল্লম্মী। অতুদগী জগদানন্দনা পত্রীহু পুহুনা প্রভুদা পীখি।

#### ৱৈনরোল

মহাপ্রভুনা কোণামনাহু থোয়দনমক শেগায়হুনা লংথোক্খিনী হায়বহু মুকুন্দনা শ্লোক অনীহু পাক্রগা খঙলম্মী। মরমহুনা মহাক্না ফল্লাঙদা শ্লোক অনীহু ইশিল্লগা থম্লম্বনী।

### মূল ১৪৮

প্রভু শ্লোক পড়ি পত্র চিরিয়া ফেলিল।
ভিত্তো দেখি ভক্ত সব কণ্ঠে কৈল ॥ ২৪৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; শ্লোক পঢ়ি—শ্লোক-তু পারগা ; পত্র—কোণাম্মনাহু ; চিরিয়া—শেগায়হুনা ; ফেলিল—লংথোকখ্রি ; ভিত্ত্যে—ফক্লাঙদা ; দেখি—য়েংদুনা ; ভক্ত-সব—ভক্ত পুম্নমক্না ; কণ্ঠে কৈল—চীনক্না পুরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্লোক অনীহু পারগা কোণামনাহু ( পত্রহু ) শেগায়হুনা লংথোক্খি । ভক্তশিংনা ফক্লাঙদা য়েংলগা শ্লোক অনীহু চীন্ফা পুরম্মী ।

### তৈনবোল

শ্লোক অনীহুদা সার্ব্বভৌমনা প্রভূবু স্তুতি তৌরম্বনীনা প্রভুনা কোণামনাহু শেগায়রগা লঙ্থোক্পনী । অহুগা ভক্তশিংনা প্রভুগী গুণ-থাবা শ্লোক অহু উবদা মিহৌরহুনা ফক্লাঙদা ইরম্বহু য়েংলগা চীন্ফা পুথোক্খিবনী ।

শ্লোক অনীসি চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক-তা হাপ্পী ।

### মূল ২৪৯

তথাহি চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটকে ( ৬,৭৪ )

বৈরাগ্যবিদ্যানিজভক্তিযোগ-
শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যশরীরধারী
কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে ॥ ২৪৯ ॥

### শব্দার্থ

বৈরাগ্য—কৃষ্ণভাবনাগী মতেঙ ওইদবা মরম পুম্নমক থাদোক্পা ; বিদ্যা—জ্ঞান (খঙনভাহৈ) ; নিজ—মশাগী ; ভক্তিযোগ—প্রেমসেবা ; শিক্ষার্থম্—তম্বীনবগী ; একঃ—অমত্তা ভায়বা ; পুরুষঃ—মপা ; পুরাণঃ—ইহান্হান্বা মহাক (আদি) ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যশরীরধারী—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বিগ্রহ-মূর্ত্তি-লৌবা ; কৃপাম্বুধিঃ—থৌজানগী ঈপাক ; যঃ—মহাক ; তম্—মহাকপু ; অহং—এনা ; প্রপদ্যে—খুরুমজে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈরাগ্যগী বিদ্যা অমসুং মশাগী ওইবা ভক্তি যোগ তাক্পীগে হায়হুনা

### মূল ১৫০

কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং যঃ
প্রাদুষ্কর্তুং কৃষ্ণচৈতন্যনামা।
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে
গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

কালাৎ— মতমগী মতুং ইন্না ; নষ্টম্—মাঙলুরবা ; ভক্তিযোগম্— ভক্তিযোগতু ; নিজম্—মহাগী ; যঃ—মহাক ; প্রাদুষ্কর্তুম্— অমূক হন্না পুথোক্নবা হায়তুনা ; কৃষ্ণচৈতন্য নামা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা ; আবির্ভূতঃ —থোরকখি ; তস্য—মহাক্কী : পাদারবিন্দে—খোঙ-থম্বান্দা ; গাঢ়ং গাঢ়ং — য়াম্না য়াম্না ; লীয়তাং—লূপ্‌সনু ; চিত্তভৃঙ্গঃ—পুক্নীঙ-খোইমুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমগী মতুং ইন্না মাঙলুরবা ( চংনক্রদ্রবা ) মহাগী ওইবা ভক্তিযোগ অদু অমূক হন্না পুথোক্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা মিং লৌদুনা থোকপীরক্লবা মহাক্কী খুয়া-থম্বান্দা ঐগী পুক্নীঙ-খোইমুনা লুপ্না ওইসনু।

### লেনরোল

**কালাৎ নষ্টং**—মতমগী মতু ইন্না মাঙলুরবা। স্বয়ং ভগবান্না অবতার তৌবগী নিয়মদি অসীনী ব্রহ্মাগী নোংমদা মহাক অবতার অমুথক্ তৌদুনা ময়ামদা শকউংলী। "ব্রহ্মার একদিনে তেঁহো একবার। অবতীর্ণ হৈয়া করেন প্রকট বিহার ॥১৩৫॥" নিয়মসিগী মতুং ইন্না মমাঙদা হৌখিবা করিগুম্বা কল্প অমগী করিগুম্বা কলি যুগ অমদস্ত শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অবতার তৌবিরগা মহামক্না আচরণ তৌদুনা ভক্তি-সাধন তাক্পীখি॥ মহাক্না হৌকোন্-কোনবা অবতার তৌখিবা মতমতুদগী হৌজিক তৌজিক ওইরিবা কলি যুগ অসী ফাওবদা মতম য়াম্না কান্নদুনা কুইরবফাওবসীদা হান্না প্রচার তৌখিবা ভক্তিযোগ অদু জগৎসীদা পূম্নাঙ-মাঙবগা মান্নবে হায়নদি কনানগু প্রচার তৌখিদ্রে। মরমদুনা মদু অমূক হন্না প্রচার তৌননগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা কলি অসীদা অবতার তৌবিরক্লে। সার্বভৌম ভট্টাচার্যনা অসীগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী খুয়া-থম্বান্দা মাগী পুক্নীঙ খোইমনা য়াম্না য়াম্না লুপ্না ওইসনু হায়না প্রার্থনা তৌবম্মিরনী।

মূল ২৫১

এই দুই শ্লোক ভক্তকণ্ঠে রত্নহার ।

সার্ব্বভৌমের কীর্ত্তি ঘোষে ঢক্কাবাদ্যকার ॥ ২৫১ ॥

শব্দার্থ

এই—অসি ; দুই শ্লোক—শ্লোক অনী ; ভক্তকণ্ঠে—ভক্তগী ডক্তা ; রত্নহার—রত্নগী লীক্লাং নী ; সার্ব্বভৌমের কীর্ত্তি—সার্ব্বভৌমগী মিংচৎ ; ঘোযে—লাউথোকয়ি ; ঢক্কা বাদ্য-আকার—পুঙখোল্গী মওংদা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্লোক অনীসি ভক্তগী ডক্তা রত্নগী লীক্লাং পরেংনী ; শ্লোক অনীসিনা পুঙ-খোল্গী মওংদা সার্ব্বভৌমগী মিংচৎ লাউথোকয়ি ( শন্দোকয়ি ) ।

নৈনরোল

য়াংলাউবা মায়াবাদী সার্ব্বভৌমনা ভক্তিমার্গগী রাংলবা থাক্তা কারম্বহু মহাক্কী চাউরবা মিংচৎনী ; শ্লোক অনীসিনা অঙকফনা মানা ওন্থিবা অদুগা ভক্তিযোগগী মরুকেদা অকাবম ফংখিবা অদু তাক্লী । মাগী অকার-নসী শ্লোক অনীসি পানা মীপুম পুদিংনা য়োৌনা খঙগনী ।

মূল ২৫২

সার্ব্বভৌম হৈলা প্রভুর ভক্ত একতান ।

মহাপ্রভু বিনে সেবা নাহি জানে আন ॥ ২৫২ ॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম হৈল—সার্ব্বভৌমনা ওয়রম্মী ; প্রভুর—প্রভুগী ; ভক্ত একতান—একান্ত ( অনতনা লোইবনা ) ভক্ত ; মহাপ্রভু বিনে—মহাপ্রভু নত্তনা ; সেবা—সেবা-ভৌফম, লাংফম ; নাহি জানে—খঙদে ; আন—অতোপ্পা অমা ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য প্রভুগী একান্ত ভক্ত ওইখরে । মহাক প্রভু নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লাংনফম ( সেবা ) অমা খঙলমদ্রে ।

## মূল ২৫৩

'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শচীসুত গুণধাম ।'

এই ধ্যান, এই জপ, এই লয় নাম ॥ ২৫৩ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—মহাপ্রভু ; শচীসুত—শচীদেবী মপারী ; গুণধাম—গুণ-তুঙফম ; এই—মসীনা ; ধ্যান—ধ্যান (চায়রবচুনী) ; এই জপ—মসীনা জপ-নী ; এই লয় নাম—নাম অসী লৌরি (শোল্লী)।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শচীসুত গুণধাম'—অসীনা মাগী ধ্যান অমদি জপ ওইরম্মী। মিং অসীদমক শোল্লম্মী।

## মূল ২৫৪

একদিন সার্ব্বভৌম প্রভুস্থানে আইলা ।

নমস্কার করি শ্লোক পড়িতে লাগিলা ॥ ২৫৪ ॥

### শব্দার্থ

একদিন—নোংমা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা ; প্রভুস্থানে—প্রভুগী নাক্তা ; আইলা—লাকখি ; নমস্কার করি—খুরুম্লগা ; শ্লোক পড়িতে—শ্লোক পাবা ; লাগিলা—হৌখি।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

নোংমা সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী নাক্তা লাকখি। মহাক্না খুরুম্লগা শ্লোক পাবা হৌখি।

## মূল ২৫৫

ভাগবতের ব্রহ্মস্তবের শ্লোক পড়িলা ।

শ্লোকশেষে দুই অক্ষর পাঠ ফিরাইলা ॥ ২৫৫ ॥

### শব্দার্থ

ভাগবতের—শ্রীমদ্ভাগবতমগী ; ব্রহ্মস্তবের—ব্রহ্মানা তৌবা স্তব অদুগী ; শ্লোক পড়িলা—শ্লোক পারম্মী ; শ্লোকশেষে—শ্লোক লোইরকপদা ; দুই অক্ষর—মরেক অনী ; পাঠ—পাবা ; ফিরাইলা—হোংদোক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মহুক্কী খুমীংতা সার্ব্বভৌমনা) ভাগবতগ্রন্থদা য়াওবা ব্রহ্মানা তৌরম্বা স্তবকী শ্লোক অমু থীরম্মী। শ্লোক অমুগী মমৈদা ময়েক অনীগী পাঠ অমু ওন্থোক্লম্মী।

### নৈনরোল

**দুই অক্ষর**—ব্রহ্মস্তবকী মূল শ্লোক অমুগী অরোয়বা চরণ-দা (পরেংদা) **মুক্তিপদে** হায়বা শব্দ অমা য়াওরি : সার্ব্বভৌমনা **মুক্তি** শব্দগী ময়েক অনীমু ওন্থোক্লগা **মুক্তিপদে**-গী মহুত্তা **ভক্তিপদে** হায়বা শব্দসী পাঠ তৌখি। **মুক্তি** হায়বা ময়েক অনীগী মহুত্তা **ভক্তি** হায়বা ময়েক অনীসিনা শিনখি

**মূল ১৫৬**

তত্থ হি ( ভা. ১০/১৪/৮ )

তত্তেঽনুকম্পাং সুসমীক্ষমাণো

ভুঞ্জান এবাত্মকৃতং বিপাকম্।

হৃদ্বাগ্বপুর্ভির্বিদধন্নমস্তে

জীবেত যো ভক্তিপদে স দায়ভাক্॥ ১৫৬॥

### শব্দার্থ

তৎ মরমতুনা ; তে নংগী ; অনুকম্পাং চানবীবা ; সুসমীক্ষমাণঃ—ভগবানগী কৃপা কদৌদৈ ফংগদগে হায়দুনা ভাইবা ; ভুঞ্জানঃ—থাজদুনা ; এব—লেপ্পমক ; আত্মকৃতং ইশানা তৌজবা, তাম্নশনুজবা ; বিপাকম্—তৌজমন, কর্মফল ; হৃৎ থম্মোই ; বাক্ ৱাহৈ ; বপুর্ভিঃ হকচাঙ য়াওনা ; বিদধৎ—তৌদুনা ; নমঃ খুরুমজবা ; তে নঙোন্দা ; জীবেত—হিংউী ; যঃ—মহাক ; ভক্তিপদে—ভক্তিগী বিষয়দা ; সঃ—মহাক ; দায়ভাক্—শরুক-ফংবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—( ভক্তি নকুনা নংগী মহিমাব অমসুং নঙবু থজবা য়াদে ) মরমদুনা কদৌদৈ ভগবানগী কৃপা ফংগদগে হায়না—অদুম্না ভাইদুনা মামা তৌজবা কর্ম্মগী ফল চানা চানা পূর্ণাঙ্গ-হকচাঙ-ৱাহৈ য়াওনা নহাকপু খুরুমজদুনা ( নঙবু ভজন তৌদুনা ) হিংলিবা মহাক্তুদি ভক্তি-লনগী শরুক-ফংবা ( দায়ভাক্ ) ওইয়ে।

## নৈনরোল

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গংলম্মী—ভক্তি নত্তনা অতৈ পাম্বৈ ( সাধন ) অমতনা নহাকপু ফংবা য়াদবনীনা ভক্তিতমক তৌফম থোক্লে। ভক্তি তৌবদি করম্বা মওংদা তৌগনী ? করম্বা ভক্তনা ভগবানবু ফংবা য়াগনী ? মতুগী পাউথুমদা হায়রি কনাগুম্বনা তে **অনুকম্পাং সুসমাক্ষ্যমাণঃ**—নঙগী কৃপা ঙাইহুনা, কয়ানী লৈরগা নঙগী কৃপাতু ওইগনী হায়না ঙাইহুনা, আসক্তি থাদোক্তুনা **স্বকৃতবিপাকং**—তৌজমল ( কর্ম্মফল ) মখল মথাক্ত, মছাগী তৌজমল ওইনা অরা নুংঙাই লাকপতু পুক্লীঙ লাঙতক্নবা লৈতনা **ভুঞ্জান-এব**—ভোগ তৌনা তৌনা ( চানা চানা ) পুক্লীঙ-হকচাঙ-ৱাহৈ অহুম্মক য়াওনা নঙবু খুরুম্বনচিংবা ভক্তি-অঙ্গ তৌহুনা পুন্সী চুপ্পা লেপ্লবা, অদুগুম্বা মহাক্তুদনা **ভক্তিপদে**—ভক্তিগী বিষয়দা দায়ভাক্—লন শরুক-ফংবা—হায়বতু ওইয়ে।

দায় শব্দগী অর্থদি পৈতৃকসম্পত্তি ( মপাগী মরল-মথুম ) হায়বনী, পৈত্রিকসম্পত্তি ফংবগী অধিকার লৈবা মীহু দায়ভাক্‌নী ( লন্‌শরুক ফংবা মীনী )। মচাগী কান্নগদবা পোংলম অদো মপা ওইবা মীনা মচানুপাগী-দমক থম্বী ; মতু মছাগী দায় কৌয়ি অমস্যুং পোং অদু অতুমক্কী মচানা দায়ভাক্‌নী ( দায়ভাগীনী )। সম্পত্তিদুগী দায়ভাগী ওইবা তারবদি মহাক হিংহুনা লৈগদবনী, মপাগী শাসন ( ৱারাক-রাতেম্বা ) অহু মপাগী কৃপাগী চিহ্ন ওইনা মায়থোং মকা লাম্না ইন্দুনা চংকদবনী, অতুগা অহুমগুবদা, মপাগী পেন্নবা সেবা তৌগদবনী। থবক মরম অহুমসী তৌবা ঙম্লগাদি মচানা মপাগী সম্পত্তিগী অধিকারী ওইনা য়াই। ভক্তগী মঙ্গলগীদমক ভগবানস্মু ভুংশন্দুনা থম্মী মহাক্কী বিষয় ওইবা ভক্তি অদো। ভক্তি অহু ভক্তনা ফংনীঙলবদি অহানবদা মহাক হিংহুনা লৈবা তাই, হিংলিঙৈ মতম খরহুদা মানা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফল-অৱা-নুংঙাই-অহুনা মাগী মঙ্গলগীদমক ভগবান্না তম্লকপনী হায়হুনা মায়থোঙ মকা-লাম্না লৌশন্‌গদবনী ( ভোগ তৌগদবনী), অহুদগী অহুমগুবদা ভগবান্না পেন্নবা হায়হুনা পুক্লীঙ-হকচাং-ৱাহৈ য়াওনা ভগবান্‌গী সেবা তৌগদবনী হায়বদি ভক্তি অঙ্গশিংহু পাঙ-থোক্কদবনী ; অসী পুম্নমক তৌবা ঙম্লগদি মপাগী দায় হায়বদি লম্বম মচাদা লাক্‌পগুম্না ভক্তি-লন্স হায়রিবা মওংগী ভক্তপী মফমদা লাক্কনী। মসী দায়ভাক শব্দগী তাৎপর্য্যনী।

ভূঞ্জান এব আত্মকৃতং বিপাকম্ - বাক্য অসী অর্থ নৈনবদা কান্নগনী। বিপাক শব্দগী অর্থদি কর্ম্মগী বিসদৃশ ( মথলমখাগী ওইবা ) ফল হায়বনী। সংসারদা অল্লাবা য়াম্না ফংঙী মতুদি- হক্‌চাঙগী অরাবা অত্থুগা পূক্নীঙগী অরাবা। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না ঐখোয়গী অরাবগী দায়ীদি অতু অত্থুনা ওইবনী হায়না খল্লী—স্বপীনা দায়ীনী, ইচান্নুপানা দায়ীনী, ইচিন্-ইনাওনা দায়ীনী, ইমৌনুপীনা দায়ীনী, কৈবোয়-লৈকাইনা দায়ীনী নত্রগা মরী-মতাশিংনা দায়ীনী হায়না খল্লী। তশেংবদি মখোয় কনা মতনা দায়ী নত্তে ; দায়ীদি ইচ্ছা ইথন্তনা ওইবনী, হায়বদি ঐহাক্না হন্দক মপোক্কী অমস্তুং নহাল্মপোক্কী কর্ম্মফল ( তৌজমন্ ) চাবনী। ঐনা তুংশনজরকপা ফল অত্তু ঐনা চাবা তাবনী। কর্ম্মফল অসী অয়াম্বা মতমদা অতোপ্পা মীনা থোং ওইরগা লাক্‌য়ি ; মরমতুনা অতৈ মীশিংতু অরাবতুগী বাহক (পুরকপা মী) ওইবদনী, হেতুদি ( ফল তুগী থোরকফমদি ) নত্তে। হেতুদি ঐহাক ইছানী। মরীমতা, মরূপ-মপাং অমদি কৈরোয় লৈকায়গী মরক্তা ঐহাক্না পোক্লবগী মমমদি ঐগী কর্ম্মফল ননী অমস্তুং মখোয়গী কর্ম্মফল-নস্তু ঐবু মখোয়গী মরক্তা পুশল্লকপনা ঐখোয় মশেন্না ঐখোয় মশেন্গী কর্ম্মফল চাবদা মতেঙ পাংলবগীদমক। ঐগী তানশনজবা কর্ম্মফলনা থুংঙাইবা ওইনা লাকপস্তু অরাবা ওইনা লাকপস্তু মতৌ অস্তুম্না লাকপনী—মখোয়শিংসীনা থোং ওইরগা। বাহন-বু দোষ পীতুনা করিস্তু তোংজবা লৈতে, তোংবরা হায়বগ হেন্না মাঙগনী- করিগীনো হায়ববু মখোয়দা দোষ পীবতুনা অনৌবা থবক অমা শৌথংপা হায়বত্তু ওই, মতুগী ফল তুংদা শোয়দনা ঐনা চাগ-দৌবনী। মরমসীনা "ঐগী কর্ম্মফল ঐনা চারিবনী, মসীগী দায়ীদি ঐনী, অতৈ কনামা নত্তে"—হায়না খন্দোক্তুনা পূক্নীঙ ফাজন্নবা হোৎনবনা চূম্মী, থোইদোক হেন্দোক্না সাধক অমগীদমক্তি হায়বিনা অস্তুম্না তৌফম থোকয়ি। ঐখোয়গী অরাবগী দোষ পুফম থোকয়ি হায়রবা মীতাশিংতু অহোয়নতুম ঐখোয়গী কান্ননা তৌবীবনী হায়না লৌগদবনী। করিগীনো হায়বর মোংমা নত্রা নোংমদি ঐগী কর্ম্মফলাদি শোয়দনা চারগদবনী, ঐনা মতু চাত্রিবফাওবা অতুম তুংতুনা লৈগদবনী ; অতুনা ফল-গী কোকথোঙ নাতুনা কনাগুম্বনা পুবিরক্লিবদো তুংতুনা লৈরম্বা ফলগী কোকথোঙ অতু ঐনা চাতুনা লোইথোক্লবগী মতেঙ মহাক্না তৌবিরবনীনা মহাক ঐহাক্কী ইফমদা দোষী ওইবগী মতুঙ্গা উপকারী ওইরবনী। অস্তুম্না থন্দুনা ইছানা তৌজবা

কর্ম্মফল চানবা হেৎনরবদি পুর্কাৎ ফাজনবা য়াগনা অদুগা অনৌবা কর্ম্মগা লাংদসু থুররোয়; অদুদগী হেন্দোকুনা তুংগীদমক চিন্তা পোৎলুম পুররোয়। কর্ম্ম তৌকুনা তুংগীদমক ঐনা তৃঙশনবহু ভগবান্না লন্নাই ওইনা থাবিরকনী, মরমদি মহাক্না কর্ম্মফল দাতানী। মতুংগীদমক ঐনা খল্লুফম থোক্তরে। "ঐহিকামুষ্মিকী চিন্তা নৈব কার্য্যা কদাচন। ঐহিকং তু সদাভাব্যং পূর্ব্বাচরিতকর্ম্মণা। আমুষ্মিকং তথা কৃষ্ণঃ স্বয়মেব করিষ্যতি॥ পদ্ম পু; পা ৫১/২৬-২৭॥" অসিনী নৈমরিবা ভুঞ্জান এব বিপাকম্—নচিংবা বাকাসিনা তাক্পা ব্রহ্মাগী মত-দি।

মূল ২৫৭

প্রভু কহে 'মুক্তিপদে' ইহা পাঠ হয়।

'ভক্তিপদে' কেনে পড়—কি তোমার আশয়॥ ২৫৭॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়, মুক্তিপদে—মুক্তিপদে; ইহা—মসী; পাঠ হয়—পাঠ ওই; ভক্তিপদে কেনে পড়—ভক্তিপদে হায়না করিগী পাবিবনো; কি—করি; তোমার—নংগী; আশয়—অনীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—অসীদি 'মুক্তিপদে' হায়না পাগদবনী, (মতুংগী মহুত্তা) 'ভক্তিপদে' হায়না পারিবা করিগীনো? নঙনা করি নীঙলিবনো?

নৈনমরোল

মুক্তিপদ—মুক্তিগী মশক ওইবা পদ (পোৎ), মুক্তি (অয়ান্ খুভম)। পদ-শব্দগী অর্থ অমদি বস্তু (পোৎ) হায়বনী (অমরকোষ)। সার্ব্বভৌমনা শব্দসীগী অর্থ মুক্তি-নী হায়না লৌরম্মী।

মূল ২৫৮

ভট্টাচার্য্য কহে মুক্তি নহে ভক্তি ফল।

ভগবদ্বিমুখের হয় দণ্ড কেবল॥ ২৫৮॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা; কহে—হায়; মুক্তি নহে—মুক্তি

নত্তে ; ভক্তি ফল—সাধন ভক্তিগী ফল হায়বদুদি ; ভগবৎবিমুখের—ভগবানবু নীঙদবগী ; দুই—অনী ; দণ্ড—শাস্তি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী—সাধনভক্তিগী ফল হায়বদুদি মুক্তি নত্তে। ভগবান্দা ভক্তি তৌদবা মীগীদি শাস্তিদমক ফংঙী ।

তৈনবোল

**মুক্তি নহে ভক্তি-ফল**—সাধন-ভক্তি তৌবগী ফলদি মুক্তি নত্তে। ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী—ভগবান্গী কৃপা ফংনবা হায়দুনা অনাসক্ত ওইনা বিষয় ভোগ তৌদুনা অমসুং পুরীগী ককচাঙ-রাহে পুল্লপ য়াওনা ভগবানগী খুয়াথাদা খুকমজদুনা হায়বদি ভক্তি অঙ্গ ময়ামদু পাঙথোক্লুনা পুন্সী লেল্লবাদি ভগবানগী মফমদগী দায়-অধিকার ওইনা জীবনা ফংবা ফল অদু মুক্তি নত্তে : মদু ভক্তিনী। মথক্তা পল্লিবা ভাগবতমগী শ্লোকসিগী মর্ম্ম মতুং ইননা নিয়মদা পুন্সী লেনবগী ফল-দি মুক্তি নত্তে, মদুগী ফলদি ভক্তিনী। মরমসীনা এনা ভক্তি-পদে হায়না পাঠ তৌবনী। ভগবানদা ভক্তি-তৌদবা বিমুখ ওইবা মীশিংদুবু শাস্তি পীননবা হায়দুনা মখোয়দা মুক্তি পী : মসী ভগবানন চানবিবা নত্তে, মসী দণ্ড মথেল অমনী। মরমদি মুক্তি ফংলবদি মখোয় ভগবৎসেব গী নুংঙাইবদে। ফন্দ্রে। নুংঙাইবা-য়াওদবা পোৎ অদুদি দণ্ড নত্তনা কারি ওইগনি, হায়গনী? ( মুক্তি হায়রগা মফমসীদা সাযুজ্যমুক্তিবু হায়রিবনী )।

মূল ২৫৯-২৬০

কৃষ্ণের বিগ্রহ যেই সত্য নাহি মানে।
যেই নিন্দা যুদ্ধাদিক করে তার সনে ॥ ২৫৯ ॥
সেই দুইয়ের দণ্ড হয় ব্রহ্মসাযুজ্য মুক্তি।
তার মুক্তি ফল নহে যেই করে ভক্তি ॥ ২৬০ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণের বিগ্রহ—কৃষ্ণগী বিগ্রহদ (হকচাঙ) : যেই মহাক্লুনা : সত্য—অওইবনী হায়না ; নাহি মানে—য়াদে ; যেই—মহাক্লুনা ; নিন্দা—

তাথী-না হায়বা ; যুদ্ধাদিক—লান্নচিংবা ; করে—তৌয়ি ; তাঁর সনে—নহাক্কা ( কৃষ্ণগা ) লোয়ননা ; সেই দুইয়ের—অনীদুগী ; দণ্ড—শাস্তি ; হয়—ওই ; ব্রহ্মসাযুজ্য মুক্তি—ব্রহ্মদা অমত্তা ওইনা তিন্‌বা হায়বা মুক্তি (মখন্দো) ; তার—মাগী ; মুক্তি—মুক্তিনা ; ফল নহে—ফল নত্তে ; যেই—মহাক্নুনা ; করে ভক্তি—ভক্তি তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী বিগ্রহ লৈ হায়বব য়াদবা মহাক্নুনে অদুগা কৃষ্ণব নিন্দা তৌদুনা কৃষ্ণগা লান্নচিংবা তৌরিবা মী মহাক্নুনে- মখোয় অনীনা ফংবা দণ্ডিদি ব্রহ্মসাযুজ্য হায়বা মুক্তি মখল অদুনী। সাধন-ভক্তি তৌবা মী মহাক্নুগী ফল-দি মুক্তি নত্তে।

মূল ২৬১

যদ্যপি সে মুক্তি হয় পঞ্চ পরকার—।

সালোক্য সামীপ্য সারূপ্য সাষ্টি সাযুজ্য আর ॥ ২৬১ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্‌; সে মুক্তি—মুক্তি অদু ; হয়—ওই ; পঞ্চ পরকার—মখল মঙা ; সালোক্য—ভগবান্‌গী লোক অদুদা লৈবা ; সামীপ্য—ভগবান্‌গী নাক্কা পার্ষদ ওইনা লৈবা ; সারূপ্য—ভগবান্‌গুম্না চতুর্ভুজ মূর্ত্তি ফংবা ; সাষ্টি—ভগবান্‌গুম্না ঐশ্বর্য্য লৈবা ; সাযুজ্য—ভগবান্দা অমত্তা ওইনা তিন্‌বা ; আর—অদুগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুক্তিগী মখল মঙানী। মদুদিঃ—সালোক্য, সামীপ্য, সারূপ্য, সাষ্টি অমসুং সাযুজ্য।

মূল ২৬২

সালোক্যাদি চারি যদি হয় সেবাদ্বার।

তবে কদাচিৎ ভক্ত করে অঙ্গীকার ॥ ২৬২ ॥

শব্দার্থ

সালোক্যাদি—সালোক্যনচিংবা ; চারি—মরি ; যদি হয়—ওইরবদি ;

সেবাদ্বার—ভগবৎসেবাগী থোঙ ; তবে—অতু ওইরবদি ; কদাচিৎ—করি-গুম্বা মতমদা, য়াম্না তাঙনা ; ভক্ত—ভক্তনা ; করে অঙ্গীকার—লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মরিদি ভগবৎ-সেবাগী থোঙ হায়বদি মতেঙ ওইরগদি করিগুম্বা মতমদা য়াম্না তাঙনা ভক্তনা লৌয়ি।

## নৈনশ্বোল

কনা কনাগুম্বা ভক্তনা সালোক্যনচিংবা মুক্তিবু লৌয়ি হায়রগদি করম্না ভক্তিগী ফল মুক্তি ওইদ্রিবা হায়না হংবা য়াই। মতুগী পাউথুমদি অসিনী—সালোক্যাদি চারি—সালোক্য, সামীপ্য, সারূপ্য অমসুং সার্ষ্টি মুক্তি মখল মরিসীনা সেবাগী থোঙ ওইরবা হায়রদি ভগবানবু সেবা তৌবদা মতেং ওইগনী হায়রগদি করিগুম্বা মতমদা ভক্তনা মখল মরিসীগী মুক্তিদি লৌয়ি। সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল অনীনী ; মখল অমদনা সুখ (নুংঙাইবা) অমসুং ঐশ্বর্য্য ( মপু ওইবা ) ফংবনা মরুওইবা পান্দম ওই। মসীগুম্বা মুক্তিদি ভক্তনা পামদে। অনীগুবা মখলদনা প্রেমসেবানা মরুওইবা পান্দম্নী। কনা কনাগুম্বা ভক্তনা মসীগুম্বা মুক্তিতু লৌয়ি মরমদি মসীদা সেবা তৌবা ফংঙী।

মূল ২৬৩

সাযুজ্য শুনিতে ভক্তের হয় ঘৃণা ভয়।
নরক বাঞ্ছয়ে তবু সাযুজ্য না লয় ॥ ২৬৩ ॥

## শব্দার্থ

সাযুজ্য শুনিতে—সাযুজ্য হায়বসী তাবদদা ; ভক্তের—ভক্তগী ; হয়—ওই ; ঘৃণা—তূক্কচবা ; ভয়—অকিবা ; নরক বাঞ্ছয়ে—নরকপুদি পাম্মী ; তবু—অতুম ওইনমক ; সাযুজ্য না লয়—সাযুজ্য মুক্তিদি লৌদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাযুজ্য হায়বসী তাবদদা ভক্তগী তূক্কচবা অমসুং অকিবা পোকয়ি নরকপু পাম্বা য়াওয়ি ; অতুম ওইনমক সাযুজ্যদি লৌদে।

নৈনন্নোল

**নৃষ্য ষ্মণা ভয়**— ভগবান্‌বু য়েংথিবা দৈত্যশিংনা ফাওবা সাযুজ্য মুক্তিসী ইলায়-লায়না ফংবা ওম্মী অদুগা মুক্তিসীদা সেবাসুখ ( ভগবান্‌গী সেবা তৌরগা নুংঙাইবা) হায়বদো ফংদবা মরম্না মসীবু ভক্তনা তৃক্কচৈ অদুগা সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব অদু মাওডী হায়দুনা কি।

**নরক বাঞ্ছয়ে**— নরক-তা থাওজমদবা অৱাবা ফংলবসু ফংলিচৈ মচুম-দুদা করিগুম্বদা ভগবান্‌বু নীঙশীঙলকপা য়াই হায়দুনা অমসুং নরক-ভোগ তৌবা লোন্নইরগা অমুক ভক্তিধর্ম্ম চংপা য়াই হায়দুনা নরকপুসু পাম্মী, অদুম্বা সাযুজ্য মুক্তিদদি হায়রিবসী ওইনা য়াদ্রে হায়দুনা সাযুজ্যবু পামদে।

মূল ২৬৪

ব্রহ্মে ঈশ্বরে সাযুজ্য দুইত প্রকার।
ব্রহ্মসাযুজ্য হৈতে ঈশ্বরসাযুজ্য ধিক্কার॥ ২৬৪॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মে— ব্রহ্মদা; ঈশ্বরে- ঈশ্বরদা, সাকার ভগবান্দা; সাযুজ্য— সাযুজ্য মুক্তি; দুইত অনী; প্রকার—মথল; ব্রহ্মসাযুজ্য হৈতে— ব্রহ্মসাযুজ্যদগী; ঈশ্বরসাযুজ্য ঈশ্বরসাযুজ্যদি; ধিক্কার অমুক হেন্না তৃক্কচনঙাইনী।

মৈইতেলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মদা তিনবা অদুগা ঈশ্বরদা তিনবা—সাযুজ্য মথল অনীনি। ব্রহ্ম-সাযুজ্যদগী ঈশ্বর-সাযুজ্যদা হেন্না তৃক্কচনঙাইনী।

নৈনন্নোল

**ব্রহ্মসাযুজ্য**—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা লয় ওইবা। **ঈশ্বরসাযুজ্য** সাকার ভগবান্দা লয় ওইবা। "মুক্তা অপি লীলয়া বিগ্রহং কৃত্বা ভগবন্তং ভজন্তে— মুক্ত ( ব্রহ্মসাযুজ্য ফংলবা ) জীবশিংসু ভক্তিগী কৃপানা তোঙানবা হকচাঙ লৌরগা ভগবান্‌বু ভজন তৌবা ওম্মী" হায়বা প্রমাণ অসিদগী খঙবা ওম্বদি—ভক্তি পাম্লবদি ব্রহ্মসাযুজ্য ফংলবা জীব-নসু তুংদা ভক্তি ফংবা ওম্মী; অদুবু ঈশ্বর-সাযুজ্য-ফংবা জীবদি মদু ওমদরে; মরমদুনা ঈশ্বর-সাযুজ্যবু ধিক্কার তৌরিব্নী।

**মূল ২৬৫**

সালোক্য-সার্ষ্টি সামীপ্য-সারূপ্যৈকত্বম প্যুত ।
দীয়মানং ন গৃহ্ণন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ ॥ ২৬৫ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/২১৮ শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু ।

**মূল ২৬৬**

প্রভু কহে—মুক্তি পদের আর অর্থ হয় ।
মুক্তিপদ-শব্দে— সাক্ষাৎ ঈশ্বর কহয় ॥ ২৬৬ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; মুক্তিপদের—মুক্তিপদগী ; আর—অতোপ্পা ; অর্থ হয়—অর্থ লৈ ; মুক্তিপদ শব্দে—মুক্তিপদ শব্দনা ; সাক্ষাৎ—শংশংবা ; ঈশ্বর—ঈশ্বর ; কহয়—কৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—মুক্তিপদ হায়বা শব্দগী অতোপ্পা অর্থ অমা লৈ । মুক্তিপদ-শব্দনা সাক্ষাৎ ঈশ্বরবু হায়রিবনী ।

**নৈনরোল**

**তত্তেহনুকম্পাং**-নচিংবা মূলশ্লোক-অতুদা য়াওরিবা **মুক্তিপদে** শব্দগী অর্থদি সাযুজ্যমুক্তিবু হায়রিবনী হায়না থন্দুনা সার্ব্বভৌমনা **মুক্তি-পদে**-গী মফমদা ভক্তিপদে হাপ্লিবনী ; মসীনী সার্ব্বভৌমগী উক্তিগী মর্ম্মদি । প্রভুনা হায়রম্মী সার্ব্বভৌম ! নঙনা রাহে হোংদোক্লিবদো হোংদোক্তবস্তু য়াই ; "মুক্তিপদে" শব্দগী অর্থ অতোপ্পা অমা ওইবা য়াই ; মুক্তিপদ-শব্দগী অর্থদি **সাক্ষাৎ ঈশ্বর** হায়বস্তু য়াই ।

**মূল ২৬৭**

মুক্তি পদে যার সেই 'মুক্তিপদ' হয় ।
নবমপদার্থ—মুক্তির কিম্বা সমাশ্রয় ॥ ২৬৭ ॥

**শব্দার্থ**

মুক্তি—মুক্তি, মোক্ষ ( অরান্-খুভম ) ; পদে—খোঙদা ; যার—মহাক্কী ; সেই—মহাক্তো ; মুক্তিপদ—মুক্তিপদ ; হয়—ওই ; নবমপদার্থ—মাপল-শুবা পোৎ ; মুক্তির—মুক্তিগী ; কিম্বা—নত্রগা ; সমাশ্রয়—মপুঙ্কানা ওইবা আশ্রয় ( তুঙন্নম ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মখোঙদা মুক্তি লৈবা, অদুগুম্বা মহাক্তো মুক্তিপদ-নী। নত্রগা ( পোৎলম তরাগী মনুঙদা ) মাপন-শুবা পোৎলম 'মুক্তি' হায়বদুগী তুঙফম ( আশ্রয় ) ওইবা মহাক্তো মুক্তিপদনী।

## চৈনজ্রোল

**মুক্তিপদ**-শব্দগী অর্থ ঈশ্বর হায়বনী হায়বদো উৎলি। **মুক্তিপদে** যার-অসিনচিংবা- মুক্তি মহাক্কী পদ-দা ( মখোঙদা ) হায়বদি মখোঙদুদু চঙফম ওইহল্লবদি মুক্তি ( অরান্-খুভম ) ফংবা য়াই ; নত্রগা, মুক্তিনা মহাক্কী পদবু ( মখোঙবু ) আশ্রয় ( চংফম ) ওইহল্লে ; অদুগুম্বা মহাক্তু মুক্তিপদ-নী। অর্থ অনীমক্তা মুক্তিপদ-শব্দসীনা ঈশ্বরবু খংহল্লে ; মসীনা অর্থ অমনী। অতৈ অর্থ অমসু তৌরি নবমপদার্থ নচিংবা অসীনা। ভাগবতম্‌গী অনীশুবা স্কন্ধদা তরাশুবা অধ্যায়দা অহান্‌বা শ্লোক অদুদা ( মদু আদিগী অনীশুবা পরিচ্ছেদদা হাপ্লি ) পদার্থ ( পোৎলম ) তরাখক পল্লী, তরাসীগী মনুঙদা মাপনশুবদো ( নবমদো ) মুক্তি হায়বসীনী অমসুং তরাশুবদুনা ( দশম-দুনা ) **আশ্রয়** ( তুঙফম ) নী ; হায়বদি তরাশুবা পদার্থদো মমাঙদা পল্লিবা পদার্থ মাপলদুগী **আশ্রয়** নী। আশ্রয় ওইরিবা **মুক্তিপদ**-শব্দগী মনুঙদা য়াওরিবা **পদ** শব্দগী অর্থদি **আশ্রয়** নী, অদুগা **মুক্তি**-না হায়রিবা মাপল-শুবা (নবম) পদার্থ ( পোৎলম ) অদুনী ; মরমসীনা মুক্তিপদ-শব্দগী অর্থদি "মুক্তিগী আশ্রয় ওইবা মহাক" হায়বদি ভগবান্ হায়বনি।

**সমাশ্রয়**—সম্যক ওইবা ( মপুঙ-ফানা ওইবা ) আশ্রয় (তুঙফম) ; মফমসীদা **পদ** শব্দগী অর্থ **সমাশ্রয়**-নী।

**অন্বয়**—মুক্তি পদে যাঁর, তিনি মুক্তিপদ ; কিম্বা, নবম পদার্থ মুক্তির সমাশ্রয় যিনি, তিনি মুক্তিপদ।

## মূল ২৬৮

দুই অর্থে 'কৃষ্ণ' কহি কাহে পাঠ ফিরি।

সার্ব্বভৌম কহে—ও-শব্দ কহিতে না পারি ॥ ২৬৮ ॥

## শব্দার্থ

**দুই অর্থে**—অর্থ অনীনা ; কৃষ্ণ **কহি**—কৃষ্ণনী হায়রি ; **কাহে**—

করিগীদমক ; পাঠ ফিরি—পাঠছু হোংদোকনী ; সার্ব্বভৌম কহে— সার্ব্বভৌমনা হায় ; ও-শব্দ —শব্দ অদু (হায়বদি মুক্তিপদ শব্দদো) ; কহিতে—হায়বা ; না পারি ঙমজদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অর্থ অনীমক্তা কৃষ্ণবু হায়রিবনী, করিগীদমক পাঠ হোংদোকনী ? সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী- শব্দ অদু হায়বা ঙমজদেনে ( হায়বদি হায়নীঙদেনে )।

মূল ২৬৯

যদ্যপি তোমার অর্থ এই শব্দে কয়।
তথাপি আশ্লিষ্যদোষে কহনে না যায় ॥ ২৬৯ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্থু ; তোমার অর্থ- নঙনা হায়বা অর্থদু ; এই শব্দে—শব্দসীনা ; কয় হায় ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; আশ্লিষ্যদোষে—অর্থ অমদগী হেন্না লৈবা দোষনা ; কহনে—পন্বা, হায়দোক্পা ; না যায় - য়াদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শব্দসীনা (মুক্তিপদ-সীনা) নহাক্কী (প্রভুগী) অর্থদুনী হায়রবস্থু আশ্লিষ্যদোষ লৈবা মরম্না শব্দদু পন্দোক্পা ( হায়দোকপা ) য়াদেনে।

নৈনরোল

আশ্লিষ্যদোষ- অর্থ অমদগী হেন্না খঙহল্লবদি দোষ অদুবু আশ্লিষ্যদোষ কৌয়ি। মুক্তিপদ শব্দদা আশ্লিষ্যদোষ করম্না লৈবনো হায়বদো মথাগী পয়ারসিদা উংলি।

মূল ২৭০

যদ্যপিহ মুক্তি শব্দের পঞ্চ মুক্ত্যে বৃত্তি।
রূঢ়ি বৃত্ত্যে করে তবু সাযুজ্য প্রতীতি ॥ ২৭০ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপিহ—বস্থু ; মুক্তি শব্দের—মুক্তিশব্দগী ; পঞ্চমুক্ত্যে—মুক্তিমঙাদা ; বৃত্তি—অর্থ ( ওই ) ; রূঢ়িবৃত্ত্যে—রূঢ়ি-অর্থদা ; করে—তৌয়ি ; তবু—অদু ওইরবস্থু ; সাযুজ্য প্রতীতি—সাযুজ্যবু খঙনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুক্তি শব্দগী অর্থ মুক্তি মঙা খঙনরবস্থু রূঢ়ি অর্থদা সাযুজ্যবু খঙনৈ।

## লৈনরোল

**পঞ্চমুক্তে্য বৃত্তি**—মুক্তি মখল মঙাদা বৃত্তি হায়রলদি অর্থ। সারূপ্য, সালোক্য, সামীপ্য, সার্ষ্টি অমসুং সাযুজ্য—মুক্তি শব্দগী বৃত্তি মখল মঙানী। **রূঢ়ি বৃত্তি—মুক্তি** হায়রগা সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মঙাবু খঙহল্লী হায়রবা চুশ্নী, অদুবু মুক্তি হায়বা শব্দসী হেক তাবদা অচান্বনক্তদা সাযুজ্যমুক্তিশী বা ওইরবোয় হায়না খল্লী।

শব্দ অমনা প্রকৃতি-প্রত্যয়নচিংবা হাপত্রি্ দৈদা ফোঙদোকপা অর্থ অদুবু শব্দদুগী রূঢ়িবৃত্তি নত্রগা রূঢ়ার্থ কৌয়ি। মদুদি, প্রকৃতি-প্রত্যয়নচিংবা য়েংলুরগদি **মণ্ডপ** শব্দগী অর্থদি—মণ্ড (চরোন) পান তৌবা (থকপা) মী—হায়বনী ; অদুবু শীজন্নবগী মতুং ইন্নদি মণ্ডপ-শব্দনা মণ্ডপায়ীব (চরোন্ থক্পা মীবু) খঙনদে, মসীনা খঙহন্বদি উংসবনচিংবগী শাবা শঙজাও অদুবুনী। মফমসীদা মণ্ডপ-শব্দগী অর্থ য়ুমজাও অমা খঙনরিবসী মণ্ডপ-শব্দগী রূঢ়িবৃত্তিনী হায়বদি রূঢ়-অর্থনী ; মণ্ডপ-শব্দগী মাকোঙনা হেক তাবমক্তদা মণ্ডপ কৌবা শঙজাও অদুগী বা হেক্তা খল্লী। মতৌ অদুগুম্না মুক্তি-শব্দসী হেক তাবদা খ্বাইনা হেক খনবদি সাযুজ্যমুক্তিব হায়রিবনী হায়না খল্লী, তৌবগীদি মুক্তিশব্দনা মুক্তি মখল মঙাবু খঙনরিবনী। মরম-সীনা সাযুজ্যমুক্তিনা মুক্তিশব্দগী রূঢ়ার্থনী। মণ্ডপ-শব্দগী প্রকৃতি প্রত্যয় হাপ্লগা ওইবা অর্থগা মণ্ডপ-শঙগা মরী অমত্তা লৈমদে। অদুবু মুক্তি-শব্দগী আশেঙবা অর্থ মখল মঙাগদি সাযুজ্যমুক্তিগা সম্বন্ধ অমা লৈ—মসী মুক্তি মখল মঙাগী মরক্তা মখল অমগী মুক্তিনী ; মরমদুনা মণ্ডপ শব্দগী রূঢ়ার্থগা মুক্তিশব্দগী মথক্তা হায়রিবা রূঢ়ার্থগা খজিক্তং খেন্নে। **পঙ্কজ** হায়রগা থম্বালবু খঙনৈ। অদুবু পঙ্কজ-শব্দগী প্রকৃতি-প্রত্যয় য়েংলগা হন্বা অর্থদি—যাহা পঙ্কে জন্মে (লৈখোমদা হৌবা অদু) হায়বনী ; থম্বাল নত্রবা থরোন-চিংবা পোং কয়া লৈখোমদা হৌরিবদুবু খঙহন্দতুনা থম্বালতবু খঙতল্লী ; অসীগুম্বা অর্থবু যোগরূঢ়ার্থ কৌয়ি ; মুক্তি-শব্দগী সাযুজ্যমুক্তি হায়বা অর্থসী অসীগুম্বা যোগরূঢ়ার্থনী মরমদি মখল মঙাগী মুক্তিবু খঙহন্দতুনা মখল-অমতগী মুক্তিবু খঙহল্লী।

### মূল ২৭১

মুক্তি শব্দ কহিতে মনে হয় ঘৃণা-ত্রাস।
ভক্তি-শব্দ কহিতে মনে হয় ত উল্লাস॥ ২৭১॥

### শব্দার্থ

মুক্তি-শব্দ কহিতে—মুক্তি-শব্দ পন্‌বদা ; মনে হয়—পুক্নীংদা পোক্নি ; ঘৃণা—তুক্কচবা ; ত্রাস—অকিবা ; ভক্তি শব্দ কহিতে—ভক্তি-শব্দ পন্‌বদা ; মনে হয় ত—পুক্নীংদা পোক্নিদো ; উল্লাস—নুংঙাইবা, আনন্দ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুক্তি-শব্দসি পল্লুবদা পুক্নীংদা তুক্কচবা অমদি অকিবা পোক্নি। ভক্তি-শব্দ পন্‌বদা পুক্নীংদা নুংঙাইবা পোক্নি।

### নৈনরোল

ঘৃণা ত্রাস—ঘৃণা ও ভয় মমাংগী ১৬৩ পয়ারগী নৈনরোল য়েংবিয়ু।

### মূল ১৭২

শুনিয়া হাসেন প্রভু আনন্দিত মনে।
ভট্টাচার্য্যে কৈলা প্রভু দৃঢ় আলিঙ্গনে ॥ ১৭২ ॥

### শব্দার্থ

শুনিয়া—তাকোংনা তারগা ; হাসেন—নোক্নি ; প্রভু—প্রভুনা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; মনে—পুক্নীংদা ; ভট্টাচার্য্যে—ভট্টাচার্য্যদা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; দৃঢ়—চেংপা ; আলিঙ্গনে—কোন্‌বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী ৱা তাবদা প্রভুগী পুক্নীংদা নুংঙাইখি। প্রভুনা ভট্টাচার্য্যবু চেংনা কোন্‌বিখি।

### মূল ১৭৩

যেই ভট্টাচার্য্য পড়ে পড়ায় মায়াবাদ।
তাঁর ঐছে বাক্য স্ফুরে চৈতন্যপ্রসাদ ॥ ১৭৩ ॥

### শব্দার্থ

যেই ভট্টাচার্য্য—ভট্টাচার্য্য অদুনা ; পড়ে—পাই ; পড়ায়—তাক্পী ; মায়াবাদ—শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য মায়াবাদ ; তাঁর—মহাক্কী ; ঐছে—অদুগুম্বা ; বাক্য—ৱাড়া ; স্ফুরে—থোরক্নি ; চৈতন্যপ্রসাদ—শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা চাণ বিবনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়াবাদ-ভাষ্য পায়রম্বা অদুগা অদ্বৈতবাদ তম্বিরম্বা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য

অদুগী মচীন্দা অসিগুম্বা ৱাহৈ (বাক্য) থোরক্পদি শ্রীচৈতন্য প্রভুগী প্রসাদ ( চাণ্বীবা ) নত্তনা করি ওইগদগে ?

মূল ২৭৪

লোহাকে যাবৎ স্পর্শি হেম নাহি করে ।
তাবৎ স্পর্শমণি কেহো চিনিতে না পারে ॥ ২৭৪ ॥

শব্দার্থ

লোহাকে— য়োংপু ; যাবৎ— মতমদু ফাওবা ; স্পর্শি — শোক্তুনা ; হেম —সনা ; নাহি করে— ওল্হন্দে ; তাবৎ — মতমদু ফাওবা ; স্পর্শমণি— স্পর্শমণিবু ; কেহো— কনামতনা ; চিনিতে — শক্-খঙবা ; না পারে —ঙমদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়োংপু শোক্লগা সনা ওল্হন্দ্রিবা মতম অদু ফাওদা কনামতনা স্পর্শ-মণিদুগী শক্ খঙবা ঙমদে ।

মূল ২৭৫

ভট্টাচার্য্যের বৈষ্ণবতা দেখি সর্ব্বজন ।
প্রভুকে জানিল সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২৭৫ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; বৈষ্ণবতা— বৈষ্ণব ওইবা মতৌ ; দেখি— উরগা ; সর্ব্বজন— মী পুম্নমক্না ; প্রভুকে— প্রভুবু ; জানিল— খঙখি ; সাক্ষাৎ —শংশংবা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন —ব্রজনিংথৌ মপাৱিদুনী হায়না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী বৈষ্ণব ওইবা মতৌদু উরগা মী পুম্নমক্না প্রভুবু সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্রনন্দন নী হায়বদু খঙখি ।

নৈনরোল

অয়াম্বা মীনা মহাপ্রভুবু ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খঙবা ঙম্মদে ; তুংদা, প্রভুগী কৃপাদগী সার্ব্বভৌমগুম্বা ভগৎথীরবা মায়াবাদী অমসুং ভক্তিবু য়েংথিবা মীম্বু ঐকান্তিক ভক্ত ওল্লক্লবদা অদুগা মায়াবাদনা হায়বা মুক্তি শব্দদু মনাকোঙদা হাপ্নীঙদবা মতৌদু উবদা মী পুম্নমক্না প্রভুদো স্বরূপকী য়েংলুরগা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ অমা নত্তে হায়বদু খঙখি । মরম্মদি, শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কুতর্ক-পাম্বা মায়াবাদী সার্ব্বভৌমবু মতৌসিগুম্বা

বৈষ্ণব ওইহন্নবা শক্তি অতৈ কনামতগী মৈক্ষম থোক্কে ; মহুদি স্পর্শমণি নত্তনা অতৈ পোং অমতনা য়োংপু সনা ওলহন্‌বা ঙমদবগুম্বনী।

মূল ২৭৬

কাশীমিশ্র আদি যত নীলাচলবাসী।
শরণ লইল সভে প্রভুপদে আসি ॥ ২৭৬ ॥

শব্দার্থ

কাশীমিশ্র-আদি — কাশীমিশ্রনচিংবা ; যত — খিবিক ; নীলাচলবাসী— নীলাচলদা লৈবা মী ; শরণ —চঙজবা ; লইল —লৌখি ; সভে—লোইননক্না ; প্রভুপদে—প্রভুগী খুয়াদা ; আসি -- লাক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্রনচিংবা নীলাচলগী মীখিবিক্তো লাক্লগা প্রভুগী খুয়াখাদা চঙজখি।

মূল ২৭৭

সেই সব কথা আগে করিব বর্ণন।
সার্ব্বভৌম করে যৈছে প্রভুর সেবন ॥ ২৭৭ ॥

শব্দার্থ

সেই সব কথা — মসি পুম্নমক অদো ; আগে — মতুঙদা ; করিব বর্ণন— নীংথরক্কে ; সার্ব্বভৌম করে — সার্ব্বভৌমনা তৌরম্মী ; যৈছে—অদুগুম্না ; প্রভুর — প্রভুগী ; সেবন — সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী সেবা তৌরম্বা মওংহুনচিংবা মসি পুম্নমক মথাদা নীংথরক্কে।

মূল ২৭৮

যৈছে পরিপাটী করে ভিক্ষা নির্ব্বাহণ।
বিস্তারিয়া আগে তাহা করিব বর্ণন ॥ ২৭৮ ॥

শব্দার্থ

যৈছে — অদুগুম্না ; পরিপাটী — চঙথোক্লা, মথং মনাও নাইনা ; করে —তৌয়ি ; ভিক্ষানির্ব্বাহণ — প্রসাদী ফংহন্‌বা ; বিস্তারিয়া—শন্দোক্না ; আগে—তুংদা ; তাহা — মহু ; করিব বর্ণন — নীংগে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুবু ) প্রসাদী ফংহন্‌বদো কয়ামুক চঙথোক্লা তৌবনো হায়বহু শন্দোক্না তুংদা বর্ণন তৌরক্‌খিনী।

মূল ২৭৯-২৮০

এই মহাপ্রভুর লীলা সার্ব্বভৌম-মিলন।
ইহা যেই শ্রদ্ধা করি করয়ে শ্রবণ ॥ ২৭৯।
জ্ঞানকর্ম্মপাশ হৈতে হয় বিমোচন।
অচিরাতে পায় সেই চৈতন্যচরণ ॥ ২৮০ ॥

**শব্দার্থ**

এই—মসী ; মহাপ্রভুর লীলা—মহাপ্রভুগী লীলা ; সার্ব্বভৌম-মিলন—সার্ব্বভৌমগা উনবা ; ইহা—অসীবু ; যেই—মহাক অতনা ; শ্রদ্ধা—থাজবা ; করি—তৌদুনা ; করয়ে—তৌয়ি ; শ্রবণ নাকোঙনা তাবা ; জ্ঞানকর্ম্মপাশ—জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী মশক ওইবা থৌরী ; হৈতে—দগী ; হয়—ওই ; বিমোচন—নাম্থোক্পা ; অচিরাতে—থুনমক ; পায়—ফংগনী ; সেই—মহাক্না ; চৈতন্যচরণ—শ্রীচৈতন্যগী খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগা উনবা হায়বা মহাপ্রভুগী লীলা অসীবু থাজনগা লোয়ননা শ্রবণ তৌবা মীতুনা জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী মশক ওইবা থৌরিদগী নাম্থোক্পা ওন্মী অমত্তা ইথীন্-থীন্দবমক্তা শ্রীচৈতন্যচরণ ফংজে।



মূল ২৮১

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২৮১ ॥

**শব্দার্থ**

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং রঘুনাথগী খুয়াখাদা ; যার—মহাকী ; আশ—আশা ( লৈ ) ; চৈতন্যচরিতামৃত কহে—চৈতন্যচরিতামৃত লীজরি ; কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুয়াখাদা আশা থমজবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা চৈতন্যচরিতামৃত লীজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে সার্ব্বভৌমোদ্ধারো নাম ষষ্ঠ-পরিচ্ছেদঃ ॥

# শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

উপন্যাস—ইমা, খাদোকপা, রোহিণী, নুংশিরাখৈবা।
নারী-মচা—লৈকোন্নুংদা, লৈন্নুংশি।
শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখোলা বা, শকুন্তলা
শৈরা বা ( ২বা শরুক )।

অহৌ অহৌ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ
২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোনদা )
৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল সংস্কৃত মৈতৈলোনগা
অনুবাদকা লোন্নবা ) মমল লুপা ২০,
৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শারোন শৈখন
৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.
৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )
৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা, লুপা ১০
৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা লুপা ১৮,
৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ১৫,
১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা— লুপা ৩২
১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা - লুপা ২০
১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ২৮
১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা - লুপা ২৫,
১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা - লুপা ২০
১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা — লুপা ৭০,
১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা — লুপা ২৫,
১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ৪৮,
১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ৪০,